# নীংতম ৱারী

(রচনা অমা)

রাজকুমার মণি সিংহ



সুলোচনা পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল

*Ningtam Waree - An Essay by Rajkumar Mani Singh, published by Ms Sulochana Publications, Sagolband Ingudam Leirak, Imphal, Manipur - 795 001* **Price : Rs. 100/-**






| | | |
|---|---|---|
| *অহানবা ফোঙবা* | : | ওগষ্ট, ১৯৯৯ |
| *কোপীরাইট* | : | অইবা |
| *কোপী* | : | ১১০০ |
| *অফোঙবা* | : | সুলোচনা পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল |
| *মমল* | : | লুপা ১০০/- |
| *লাইরিক ফংফম* | : | সুলোচনা পব্লিকেসন্স,<br>শগোলবন্দ ইঙুদম লৈরক, ইম্ফাল<br>(অইবগী য়ুম) |
| *লাইরিক নম্ফম* | : | বি: সি: পি: দব্লিউ:, লম্ফেলপাৎ<br>ইম্ফাল |

# ৱাহৈ অমা অনীদং

মণিপুরী লোলদা নীংতম ৱরীগী মপুং ফাবা লাইরিক অমা ওইনা কাচিন কোযা শোক্লা। ইদুনা ফোঙ্নবা শ্রীৱাজকুমাৰ মণিনা হোৎনবকপদা নুঙাইবা অপেনবা ফোঙদোকনিঙ্ঙী, থাগৎনিঙ্ঙী। ৱানা হোৎনদুনা ফোঙনবগী শেম শাবা লোইববা মতমদা লাইরিক্কী। বাকোক্তা বাহৈ খবা ইদুনা ফোঙবা যা ওহৌ হাযনা হৌবীবকপা অসি এতোন্দাদ ফজবৰা তোংবা নুংহইবা অযাঙবা গাড়ী অমা লৈবা গুম্বা কনা গুম্বনা লৈবীবগা শঙ্গাবদা তোংজৌ লেবাক শানবা খংনা পুৰীাগে পংনা ফন্দবা তাঙা যংজৌ হাযবগা মাময়বে।

শামাগণগী নীংতম লৌবি মতৌমতা লেপ্লতা নত্তনা যাওনা চৎপা তমগদবা কাগাৎ শুবা লাইরিক্ক। এগী বাইবং মচা অমনা লাইরিক মশক তাকপা নত্তু। ইবম অসিদা শাতবগী পগা অচেল অমনা ইংলোমরবান বাথা শানবান। শ্রীমানন অইবা অমা ওইনা লাইরিক মশং নকথা লো। চান তোচানলা হাবমদা ঙদন। যোঙশ্নে। জাতিগী সম্মান ন শ্নো। নীংতম লাবা যোংনমদ ওদ নচোন্দা বাহৈ খব ইনলবা হাবরীবকপা অসিগী মবম খব লৰুগ্না লেবদি ঙক্ত নাইনা যানন মনংদ এনা মতম শাংনা বাহনীতিগী। ক্ষেত্রদা লৈডবকপা অমদি শামাগনা মতাকা অহল অমনি হায়না শীংথাবাবা অনীসি শোযদনা যাওবমগনি হাল্লে। ২ লেপা ২৫ শদিনা লওবক মসিগী হবৈ অতইচন্দ্রবা অমদি নের্নবিবা ইবম তাসদা মংং চাই। চাবদা তাপাচনবা থেংচিনবা যাবা থোক্লনদি এগী পান্দমদি পাংথোকচনে।

অইবা বাজকুমাৰ মাণবু এখোযন। থাগৎকদবা মবম কযামুর্ক লেবগী মনুংদা অহানবদি লাইরিক হেবগী নাম্নবা অদু মশা মতোমতা যংবগী মহুত্তা লৈবাক সমাজগী যংমন্নবা হাযবা মগুন আর্সান। এনা হঙবা লাইরিক অমগী শক তাকপা বা অমা ডাক্তৰ সুনীতিকুমাৰনা চট্টর্জীনা ইবীবকখি। ইবাবকপা অদুদা ডাঃ চট্টর্জীনা হাযখি মতম অসিগী মণিপুৰগী লাইরিক হৈবশিংনা লাইরিক হেবগী মহে অদু সমাজদা কঙনা চামিন্নবা ৱাৎলী। মসিগী অর্থদি এখোয অসি ইগন্দে হাৎবাস চহি কনমাৰ কুম্মগী মমাংদা হাযখিবনি হৌৰ্জিক ইগনবা মথাম থোক্লক্লবাননা যিভম অসি হোংলে অদুবু ডাক্তৰ চট্টর্জীগী বা অসিগী মমল হৌজিকস্ কাবি। শ্রীমণিবু ইবম অসিদা থৌগৎনিঙই। মগাক্লা সাহিত্যদা নহা ওর্হাবদৈদগী থবায যাওনকহ। কলচবেল ফোনম মণিপুৰ লিংখৎমিন্নবগী মতম অদু

নিঙ্শিঙ্ত্তী। ঐখোয়না কলেজগী ওজা ওইবা মহাকনা ছাত্র ওইবা মতম অদুদগী মহাক্কী শাহৌ মিৎয়েং নক্না উদুনা লাকপনি। মহাক অমসুং ডাক্তর আই, আর, বাবুনচিংবা নহারোলশিং অদু তুংদা মশক নাইরক্কনি থবক তৌরক্কনি ঐনা খনখি। চুম্নরে।

নীংতমলান পূম্নমক মফম মতম লালওং খেন্নখ্রবসু ইতিহাসকী অচৌবা মরুওইবা তাংকক্ঙাকনি। লৈবাক কয়াদা নীংতমলান শোক্লখি। আমেরিকাগী নীংতম লান নিংশিংবা য়াই। ভারতকী নীংতম লান কন্না নৈনরিবা ফোঙ্ ফোঙ্ শারিবা লোইশিনখিবা কুইদ্রিবা থোইদোক্লি। অমনা আমেরিকাগী ইতিহাসকী, অতোপ্পা অমনা ভারতকী ইতিহাসকী অচৌবা তাকক্ ওইবর্বনি। মফম মতম লালওং মান্নখিদে। মান্নখিবা হায়ববু বৃটিশ সাম্রাজ্যগী মনুংদা অমসুং বৃটিশ শক্তিগী মায়য়োক্তা শোক্লখিবা অদুতনি। আমেরিকাগী নীংতমলান মতম শাংনা শোক্লখিদে খুৎলাই পাযবা খুৎ থোক্লবা হিংসা যাওবা লাননি। ভারতকীনা মদুগী ওন্ন-তৈনর্বনি। খুৎলাই পায়দুনা হিংসা য়াওনা বৃটিশ শক্তিগা থেংনখিদে, ইতোপ তোপ্পা খ্বাইগা মান্নদবা লালওংদা ভারতকী নীংতমলান থেংনখি। শাংলবা লান অদুগী মনুংদা তাংকক্ খরদা হিংসাগী অমসুং খুৎলাই পায়বগী থৌথোক লৈত্রবসু লান অদুগী মপূংদি খুৎলাই পায়দবা ইমু নাইমু তাহন্দবা য়েক্লবদা হিংসা তৌদবা হায়বা লাঞ্ছনা ওইখিবা মবম্না বৃটিশ শক্তিনা লালহৌ অদু নমথনবা হোৎনবদা তমথীবা শাজৎ খুথা মীহাৎ মীপুল শীজিন্নখিবা থোক্লবসু লালহৌবাশং মদুগী পাউখুম অহিংসানা পীখি অমসুং থৱায়গী শক্তি (*soul force*) তমক শীজিন্নখি। ইতিহাসকারশিংনা ভারতকী নীংতমলানগী মওং অদু অধিকারগী মায়য়োক্তা বলকার হায়না শীংথাবা চুম্মী।

রামায়ণগী রাম রাবণ লান্থেংনবগী মতাংদা শ্রীরামনা হনুমানদা অধিকার বলকার অনীগী পোলোই তাকখি। লানফম মযায়দা হনূমাননা শ্রীরামদা হঙ্গৎখি ঃ "প্রভু, রাবণগীদি লাম্মী খুৎশু খুৎলাই অরোইবা লৈতনা পুথোক্লকই— তোংননবা রথনচিংবা তেকপগা শৌগৎলকপগা মান্নবা য়াওরি — মশামক্কী মকোকশু কক্পগা শৌবগা মান্নরি— অদুগী মথক্তা মরৈবাক্তা শোক্লবগী খুদোং চাবা পূম্নমক ফংলি। প্রভূগী মায়কৈদা করি করি য়াওরি য়েংবীয়ু অৱাৎপমক্তনি" শ্রীরামনা পাউখুম পীখি ঃ "হনূমান— নঙনা হায়রিবদু অচুম্বনি। রাবণদা লৈবা ঐখোয়গী মায়কৈদা লৈত্রবা খর নঙনা পল্লি; ঐখোয়দা লৈবা রাবণদা লৈতবা খর ঐ হায়গে : ঐখোয়দা লমচৎ চরিত্র লৈ রাবণদা লৈতে সতী সীতাবু হূবা ওন্মী, সীতা কনবা ঐখোয়গী অধিকারনি। অধিকার অদুবু মাঙ্হন্নবা শীজিন্নরিবা খুৎলাই অদু বলকারনি; অদুদি, খঙ্ঙু, ঐখোয়দা অধিকার অমদি লমচৎ মাঙ্দ্রি রাবণগীদি অধিকার অমসুং চরিত্রনা শৌগৎত্রবা বলকারদগী হেন্না করি লৈরি ? অধিকার অমসুং অচুম্বা লমচৎকী মায়োক্তা বলকারনা মায় পাকপা হৌনদে।"

শ্রীবাম অমসুং হনুমান অনীনা শানবিবা ৱাবীগী মচং অসি ভাবতকী পবম্পবা অমসুং সংস্কৃতীগী থৱাযনি। ভাবতকী নীংতমলান অসিদা লালহৌবশিংগী মার্যকৈদগী ভাবতকী চহি লীশীং কযা চেৎনা ঙাক্লকপা ফিদম, পবম্পবা অমসুং শাজৎ কাযহন্দবা উবি।

ভাবতকী নীংতমলান শাংখি। অদুবু হৈশিংলবা বৃটিশনা ভাবতপু মচেৎ মচেৎ লৌশিল্লকপা, ভাবতমচাশিংগী একতা থুগাইবকপা অমদি ভাবতকী অপৃনবা শাসন লৈববা মতুংদা হাযর্বাদ ভাবতনা বৃটিশকী মীখা পোনবা মপুং ফাববদা ভাবতমচানা লৈবাক শীন্না মীপৃম খৃদিংনা মীকপ থোকপা মতম কুইনা চঙবা তাখি।

নীংতমলান অসিগী মবমদা ইবা অর্মদি নৈনবদা পূম্নমক্লা যেংশিন্দবা যাদবা, চিত্থবা তৌবোইদবা ৱাফম লংলা লংজাল খব লৈ। বৃটিশনা ভাবতপু মপুঙ ফানা লোই চনবা মতম শাংনা চঙখি। লোই চনবা মতমদা চাউখ্রবা দেশ অসি বৃটিশ সবকাবগী মখাদা পুন্না লৈবা মাল্লবসু মনুংদদি বৃটিশ ইন্দিযা অমসুং ইন্দিযান ইন্দিযা অনী থোক্লা লৈহনবা মবমনা শাসন তৌবিবা বৃটিশ শাক্তদা খুদোঙ চাবা যাম্না লৈখি অমসুং ভাবতন' মীকপ থোক্লকপদা লৈবাক শীনবা থুংনা অমসু মীপৃম তিংনা মীকপ থোকপগী মঙাল অদু যৌহনবদা নীংতমলানগী অবোইবা পুঙফম ফাওবদা ঙমখিদে। শক ১৮৫৭ তগী শক ১৯৪৭ ফাওবা অদু চাহ ৯০গী শাংলবা মতমনি। শক ১৮৫৭ কী সিপোই ম্যুটিনিগী হুন্তৌ তৌববকপা অমসু শাখিনা খঙনম নমথখিবা অদুনা তুংগী নীংতমলানগী লুচিংবশিংগী পাবা অমা ওইখি। চহি ২৮ গী মতুংদা ১৮৮৫ দা ভাবত জাতিয কংগ্রেস লিংখৎপা অমসুং চহি অদদগী হৌনগা শক ১৯৪৭ ফাওবা হাযর্বাদি চহি ৬২ গী তাঙ্কক অদু নিযম, থকাশ খাশ, লুচিংবা অমসুং পান্দম খঙনা চঙশিনবা লান ওইখি। চাহ ৬২ অদুগী মনুংদা অহানবগী তাঙ্কক হাযর্বাদি চাওবাক্লা চহি ২৩ দি সভা যম্বা, ৱাবেপ তাবা, যাম্না খন্ন নৈনবা অমসুং বৃটিশ সবকাবদা চে অমসুং ৱাবেপশিং অদু পীশিনবা অসিগুম্বা থৌওংনা মপুঙ ওইখি। মতম অদুগী লুচিংবশিংগী মথংদা মতিক চাবা মগুণ লৈবা বৃটিশ সবকাবনা সন্মান তৌববা যাম্না যাওখি। দাদা ভাই নাওবোজি, ফেবোজ সাহ মেহতা, সুবেন্দ্রনাঠ বেনর্জি, লোকটান্য তিলক, গোপাল কৃষ্ণ গোখলে অচৌবা লুচিংবশিংনি। মখোযগী লুচিংমখাদা নীংতমলানগী অহানবা তাঙ্কক্ অসি পাঙথোকখিবনি। শক ১৯১৫ দা মহাত্মা গান্ধীনা খা অফ্রিকাদগী হল্লকপা অমসুং মতুংগী চহি খবগী মনুংদা নীংতমলান অদুগী শাজৎ খোঙথাং হৈ বা নৈনদবা যাদবা ৱাফমনি।

মহাত্মা গান্ধীগী লুচিংমখাদা নীংতমলান অদু চহি ২৮ রোম শোক্লখি। মদুনা অরোইবা তাঙ্কক্সু ওইখি। তাঙ্কক্ অদুদা লৈবাক হুপ্পা, থৌরম পরেং নাইনা লানগী খোঙজং চংবা অমসুং মমৈথংদা বৃটিশ শক্তিনা মায়থিরে হায়না লেম্মা মশগী পার্লিয়ামেন্ততা ৱারেপ লৌদুনা ভারততা শক্তি শীন্নরকপা অমসুং ভারত মনিং তম্বা লৈবাক অমা ওইরে হায়না পৃথিবীনা মশক খঙখিবা মপুঙ ওইবা ৱানি।

শ্রী রাজকুমার মণি সিংহগী নীংতম ৱারী কৌবা লাইরিক অসি হীরম অসিদা মপুঙ ফাবা লাইরিক অমা ওইনা মণিপুরী লোলদা ইহান-হান্না পুথোকপনি। নীংতমলানগী অমসুং মদুগী মমাংগী হায়বদি বৃটিশনা ভারত লৌরকপগী ৱারী মচা তানা লাইরিক অসিদা য়াওরি। লাইরিক অসি মশা মতোমতা লেপচবা ঙস্বা কায়াৎশুবা লাইবিকনি। য়াম্না নৈনরগা, থিজিল্লগা ৱা মচং খোমজিল্লগা ইবনি। মশক তাকপা ৱামাঙ য়ানবা করিগুম্বা ৱারেং মচা অমা হাপ্লগী তঙাইফদবা লৈত্রবসু রাজনীতিগী ক্ষেত্রদা কুম্বা মথক খোংবা অমনি খন্দুনা ৱারেং মচা অমত্তং ইয়ু হায়না শ্রীমণিনা হায়বীবদগী ইজবিবনি। তশেংবমক্তি হিরম অসিদা হায়ফম থোকপা নৈনফম থোকপা পুন্নমক লাইবিক অসিদা নৎত্রগা অতোপ্পা করিগুম্বা লাইরিক অমদা শুননবা য়াওরে হায়বসিদি হায়বা লুই। মরমদি হিরম অসি য়াম্না পাক চাওই। ম্যায়কৈ কয়াদগী য়েংবা নৈনবা খঙননবা হোৎনবা য়াই। হৌজিকমকসু ইতিহাস নৈনবশিংনা অনৌ-অনৌবা লাইরিক পুথোক্লরকলি। শ্রীমণিনা হীরম অসিদা ফনা নিংথিনা নৈনরে হায়বা লাইরিক অসিনা উৎলি।

লাইরিক অসিদগী অপাবশিংনা মরুওইনা ফংবা য়াই হায়না খনবা ৱাফম পন্নিংই। অহানবদা করিগীদমক নীংতমলান অদু অদুক শাংনা শোক্লখিবা;অনীশুবদা মহাত্মা গান্ধীনা খা অফ্রিকাদগী হল্লকপা অমসুং মহাক্কী লুচিং মখাদা লান অদুদা ভারতকী লাইরিক হৈবা হৈতবা লৌমী-শীনমী পুন্নমক য়াওশিনখিবা, অহুমশুবদা সত্য অহিংসা অমদি সত্যাগ্রহনা লান অদুগী পোৎচঙ খুৎলাই অমসুং লাঞ্জং ওইখিবা অমসুং অরোইবা অমদি মরিশুবদা গান্ধীজীনা ঈ তোৎপা স্বরাজ পামদে চহি শাংনা চঙলবসু অহিংসাগী আন্দোলন ওইগনি হায়খিবা অসিগী করি অর্থ লৈবা।

নীংতমলানগী খ্বাইদগী মপুং ওইবা শক্তম অমসুং ফন ফন চোংথোক্লা ঙান্দুনা লৈখিবা মঙাল খরগী মনুংদা মহাক্লা গান্ধিজীগী মপোক শাহৌ শাজৎ মিৎয়েং খ্বাইদগী হেন্দোকপা মগুনশিং, মহাক্লা পুথোকপা অমসুং মপৃং ফানা মশামক্লা হিনাউ শারগা শীজিন্নখিবা অহিংসাদা য়ুম্ফম ওইবা সত্যাগ্রহ মহাক্কী লুচিংগী মওং, মদুমক্লা মহাকপু রাষ্ট্রপিতা লৈবাক্কী মপানি হায়না লাংনখিবা, মহাক্কী পোলোইনা মহাকপু অমর খুভমদা থাজংখিবা, ডাক্তর আইনষ্টাইন্না হায়খিবা "মহাকুম্না চাউবা মী অমা ঐখোয়গী মতম অসিদা অহিংবা মী অমা ওইনা পৃথ্বী অসিগী লৈমায়দা চৎলম্মী হায়বসি তুংগী মীরোলনদি

থাজরোই" অসির্নাচংবা অমদি মবৈবাক্কীদমক থব্রায় ফাওবা থৌনা ফনা চিংনবা লৈতনা থাদোকপা ঙম্বা, জেলবু মান্দিরনি হায়না খন্দুনা অব্রাবা অনাবা পুম্নমক খাঙ্বদা পেঞ্জখিবা, লৈবাক পুম্নমক পুন্নহৌদুনা খুৎলাই য়াওদনা অঙকপা থকশী খাশী উত্তুনা পৃথ্বীগী মতম অদুগী খ্বাইদগী লুচিংবা শক্তি ওইরিবা বৃটিশকী লাম্মী, বোম তোপ খুৎশৃ খুৎলাই, বৃটিশকী হৌশিংবা মগুন পুম্নমক শীজিন্নফম লৈহনখিদবা হন্না হন্না পনবা য়াই।

ভারতনা মীখা পোল্লম্বা অদু লোইশ্রবনিনা ইতিহাস ওইখ্রে। নীংতমলান অদুসু ইতিহাসতা চঙখ্রে। ইতিহাস পারিবা নৈনরিবা ঐখোয়না লৌখৎলিবা ব্রা মচং খর অসি হৌজিকসু মমল লৈরি অমসুং মতুংগী মীরোলদসু মমল লৈখিগনি।

জাতি অমগী মীপুম থুংবা ব্রাখলগী মপাঙ্গল য়াম্না লৈ। বৃটিশ জাতিনা মতম অমদা তাহবং পানবা পুম্নমকপু মীখা পোলহনবা অমসুং মখোয়গী নিংথৌরেল ওইনা পানবা ঙমগনি থার্জখি। মদুগী মহৈ ওইনা বৃটিশ সাম্রাজ্য পোকখি। অতৈ জাতিদসু অসিগুম্বা ব্রাখল মরক মরক্তা পোর্কখি। জর্ম্মন, জাপান অমসুং ইটালিগী অনীশুবা লাঞ্জাও মমাংদা অমদি মনুংদা পুন্সিন্নখিবা অদু শীংথাবা য়াই। মমাংঙৈদা অলেকজেণ্ডর নিংথৌ অমসুং থেংথরক্কবা মতুংদা নেপোলিয়ন পৃথিবী জয় তৌগে খর্নাখবদু মীৎয়েং অমত্তনি। ভারতমক্তদা লীনরিবশিংগী মনুংদা দিগ্বীজয় চৎপগী ব্রারি য়াম্না লৈ।

মণিপুরী লোলদা মণিপুরদা ফোঙ্বা নীংতম ব্রারী পার্বাশংনা মনিপুরগী তাঙ্কক্ শোয়দনা পানিংগনি। মণিপুরগী নীংতম ব্রারী অপাকপা সাধারণ ভারতকী ব্রারীগা মান্নরোই, মান্নদে। ভারততা ১৮৫৭ তা সিপাই লালহৌবা থোকখিবা মতম অদুদা মণিপুর মীখা পোন্দ্রি। ১৮৯১ গী এংগ্লো- মনিপুর ব্রার হায়রগা খঙ্নরিবা লানফম অদুদা মণিপুরনা মায়থীরবা মতুংদা মণিপুরবু বৃটিশ সরকারনা ইন্দিয়ান ইন্দিয়াগী শরুক অমনি লৌখিবা মতুংদা চত্থরকপা চহি য়ঞ্চেতরুক হায়বদি ১৯৪৭ ওগষ্ট ১৫ ফাওবা অদুগী মণিপুরদা থোকপা নীংতম ব্রারীগা মরী লৈনবা থৌদোকর্শিং কুপ্পা পনবা য়াই। অমরোমদা মণিপুর অমসুং বৃটিশকী লৈনরকপা মবী হৌবদগী নৈনবা য়াই। থোইদোক হেন্দোক্লা চাহ তরেৎ খুন্তাকপদগী হৌরগা মহারাজ গম্ভীরসিংহগী লুচিংমখাদা বৃটিশকী মতেংগা লোয়ননা ১৮২৬ দা য়ানচে সহি তৌর্নখিবা, মদুগী মতুং তাবদা মণিপুরদা বৃটিশনা কদায় ফাওবা হৈন- শিংনা তপ্পা তপ্পা খুৎ থিংজিনখিবা অমসুং ১৮৯১ দা মরী অদু তৎনবা তাখিবা, পাঙ্গলনা অচুম্বা শক্তুনা মণিপুর মীখা মপাং ফানা পোনবা তাখিবা অদু পনবা য়াই।

বৃটিশকী লম্রৌ অঙকপনি। মখোয়গী ব্রাখন্দা থৌশিলদা চহি তরেৎ খুন্তাকপা লোইবদদি মণিপুরবু মখোয়না ঙাকপীরবা লমনি হায়না লৌগ্রমাল্লে। ১৮৯১ গী থৌদোক্তা মখোয়গী ব্রাখল অমসুং থৌশিল মথি ফোংখ্রে। মরম অদুনা মণিপুরগী নীংতম ব্রারী ইবদা মতাং অসি নৈনবা পনবা তঙাই ফদ্রবনি খল্লি।

য়াম্না শন্দোক্লা পন্দ্রবসু মতাং অসিগী মচং ওইবা ব্রাফর্মশিং লাইরিক অসিগী অরোইবা তাঙ্কক্তা পল্লে। চহি তরেৎ খুন্তাকপদগী হৌরগা মণিপুরগী ঙসি ফাওবগী ইতিহাসকী ব্রারী তেন্তক্লা পাল্লীবসিগী কান্নবা লৈগনি। মণিপুরগী অকুপ্পা ইতিহাস মতম অসি য়ৌনা ইনদ্রিঁঙেদা শ্রীমণিগী লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ব্রা মচং অপৌবশিং অসিনা কুপ্পা ইনিংবশিংবু অচৌবা মতেং পীগনি হায়বসিদা চিংনবা লৈতে।

পীক্লবসু মণিপুর হায়বা লমদম অসিগী মশাগী সভ্যতা অমসুং ইতিহাস লিরবনি। কনাগুম্বা অমত্তনা মসিগী সভ্যতা অমসুং ইতিহাসকী মরমদা লেঙ্ফদ্রবা মত পীরে হায়বা ঙমলোই। নোংম নোংমগী অনৌবা হুন্দোকপা য়াদবা ইতিহাসকী মচল পুখোক্লরকলি।

লাইরিক অসিগী ওইনা অসুপ্পা ওইনা ব্রামাঙ য়ানবা অসিদা পনবা য়াবা ব্রাফম কয়াগী মনুংদা লৌখৎলিবদি অহানবদা ভারত হায়বসি মীখা পোনবা য়াদবা মপানগী শক্তি অমত্তনা কোনশিনবা ঙমদবা অরিবা সভ্যতাগী লৈখল লৈচন ময়াম্না শাবা লোল, চাকচা ফিজেৎ লাইনিঙ মখল শুনা লৈবা মশাগী সন্মানগী মুৎপা য়াদ্রবা মঙান্দা পাল্লিবা পৃথিবীনা মঙোন্দগী তমজদুনতা লৈগদবা মপানগী নুংশিৎনা হুমদোকপা ঙমদবা শক্তম অমনি। অনীশুবদা নীংতম লানগী ব্রারী অসিনা লমদম অসিগী লেঙদবা শক্তম অদু লৈবাক অসিগী মীশিংনা থিজিনবগী খোঙচৎ অদু শীংথাবনি। অহুমশুবদা ব্রারী অসিনা তুংগী মীরোলদা অমসুং মপানগী মীশিংদা ভারত মশক তাকপদা মতেং পীরি। মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কে চাউখৎহল্লিবা লাইরিক অসি পূম্নমক্লা য়াম্না পাম্না পানগনি হায়না আশা তৌই।

*উরিপোক, ইম্ফাল*
*ওগষ্ট ৫, ১৯৯৯*

*নিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ*
*এক্স এম পি*

# ৱাহৌদোক

পৃথিবীগী ইতিহাসতা মীখা পোল্লক্লা লৈবাক কয়া নীংতমলকপগী ৱাৰী মবাং কাযনা যাওৱি । ৱাৰীশিং অসি শম্নবু ওইববসু মৰীক চুম্নবু ওইববসু, ইমাংলোনদা লৈযম থোকই । মসিগী কান্নবা অদুদি হৌগৎলক্লিবা নহাবোলশিংনা নত্তনা অহল্লোনশিংগীসুনি, অওনবা নাইবা সমাজগী ওইনা পুক্রিং লৌশিংনি । ৱাখল অসিদা নোংমা মকপ মপাংশিংগা ৱাৰী নুংঙাইবা শামিন্নখি । ইংৱাজীদদি অসিগুম্বা লাইরিক মবাও কাযনা লৈবে, মণিপুৰীদদি চেযোঙ কযাদা মচেৎ মচেৎ খৰা থেংনবা নংতনা মপংফাবা লাইরিক ইযং ফংদবা অদুদা লাইরিক মচা অসি হানংবগী ঈগুল পোকখি ।

অদুবু, মণিপুৰদতা নংতনা ভাৰতকী অৱাং-নোংপোক অসি লালহৌ কযা লৈরিবা মতমনি, হীরম অসি অৱাঙন্দি ওইবোইদৌৰি, লান্না লৌখিবা যাবা মতাঙ কযা লৈবি । লৈজসনু কৈদৌবগে " ইতিহাসকী ওইবা মচাক খবা নৈনদুনা ইথোকপাদ করিসু কাযদেনা হাযনা খনাখিবদগী, যাম্না কুপাশনবমক নং এবসু, লাইরিক মচা অম নং হোৎনবদি তৌফম থোক্লবা ঈথৌ অমনি খঙ্খি । লাইরিক অসি ৱাখলগী ইতিহাস, ঈহৌ অমদি থৌদোকশিংনা মাঙ ওইনদুনা, যাওরিবা মীওইশিংগী অকুপ্পা পুন্সি ৱাৰীবোমদা থোযনা চংশিনজকদ্রে ।

পুক্লিংদা ৱাহং কয় লাকহ মীখা পোনবা হাযবসিনা করিনো, নীং-তম্বা হাযবগী মওংনা করম তৌবনো ? অনৌবা ৱাহংদি অমত্তা নংত্রে, ইখঙ খঙনববা ঙাক্তনি । লমাইগা ৱাযেম ডুংওইনবগা, হৈরক্নী ওইবা বা অসিনা হেন্না নক ওইনা লৌনবানিনা মীযামগী ওইবা ৱাৰীশিং খোমজিনদে । মহাদেশ মঙা হাযবদি ইউৰোপ, এশিযা, আমেৰিকা, আফ্রিক অমদি অস্ত্রেলিযাগী ৱাৰীশিং পৃথিৱীগী ইতিহাসতা মবাং কাযনা যাওবৰা ঙাক্তনা । অদুবু হৌশাগা শাগোল্লিবা মণিপুৰ অমদি ভাৰতকা ৱাৰীবোমদা পুক্লিং অসি চংশিনখ্রে । অতানবমক্লা পন্দুপ মচা মচা খবদং অসুম্না হথোকপা হৌখি ।

ভাৰতকী নীংতম ৱাৱাদ ব্রিটিশ সমাজবু শীঙনবনি । পাক চাউবৰা মপাঙ্গল লৈববা, মহে-মশিং হৈবৰা ব্রিটিশশিংগা লাম্নেংনবনি । লান অসি তোপ তোপ্পনি হিটলরগী জর্মনী নত্তে, জাবাশিংগা ৰাশিযা নত্তে, চীনাগী চিযাং কাইশেক নত্তে, কিউবাগী বাতিস্তা নত্তে । ভাৰত অসি ব্রিটিশ "কোলোনী" অমা ওইবদগী প্রজাগী "ঈহৌ" শাগৎ হনা "অহিংসা" । খুংলাযনা অবোইবা হিং শাখবনি । পুক্লিংগী

"শক্তি" শীজিন্নখবনি, লানগী খুৎশু খুৎলায়শিংনা নৎখিদে । পৃথিবীদা অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মওংগী ঈহৌনি, অঙকপা কয়া থবক ওইনা পাঙথোকলকখিবনি ।

ব্রিটেন ইনাকখুন্নবা ভাবতপু লোইলম অমা ওইনা থম্বা অসিবুনি "ব্রিটিশ কোলোনী"হায়বিবসি । ৱাখল্লোন অসিদগী "কোলোনিয়েল কল, কোলোনিয়েল ষ্টেট, কোলোনিয়েল কলচব" হায়বনচিংবা মফোঙদোক কয়া অসি ইংবাজীদা শীজিন্নবকখিবনি । ১৯ শুবা শতাব্দী লোইবমদাইদা ভাবতকী লুচিংবশিংনা "ব্রিটিশ কোলোনী" গী চংশিল্লকলিবা খোঙজংদা লম্বী অহুমদি মযেকশেংনা খঙলকই .

(১) লুট তৌবা, খাজনা খোমগৎপা অমসুং ভাবতা ইংলিশমচাশিংগী থবক পীবা ।

(২) অথিংবা অমতা লৈতনা লম্লোন ঈাতক্কী থবক চৎথনিংবা মওংদা চৎথবা ।

(৩) ব্রিটিশকা শেল থাদযম ওইবা ।

লম্বী অহুম অসি কাৎলগুনা "কোলোনিয়েল ষ্টেট" অমা নমদুনা শেমগৎলগা আইন শেমজিন শাজিন্দুনা "আইনগা থাববা শক্তি" অমা শাগৎলকপনি । শক্তি অসিগা গাউীদা চাকা অনী পানশিল্লি ঃ

(ক) থৌজাল হৈবগী ৱাখল্লোন অমা পৃশিল্লক্তুনা ব্রিটিশশিংনা ভাবতপু যাম্না চাউখৎত্রিব অথনীতিদা, সমাজনীতিদা অমসুং সংস্কৃতিদা মতমগা চূনদ্রিবা সমাজনি হায়না লৌই । সমাজ অসিগী "মমা মপা" শক্লুনা লমজিং লমতাকপগী থৌদাঙ ব্রিটিশশিংনা লৌবনি ।

(খ) ব্রিটিশ হায়বসি কৈদৌনুংদা মাযথীহনবা ঙম্লবোহদবা জাত অমান "ইনভিন্সিবল" নি । ভাবতমচাশিংদি অশোনবা জাতিনি, লিংজেল মান্নদবনি ব্রিটিশনা নমথবদা থোযনা বানিংঙাই লৈতে । যেংবিবা যেংবিদবা ব্রিটিশকী কুশীনি । নম্ফু শীজিন্নবা যাবা মতাংদা নম্ফু শীজিন্নগনি, মদু কয়া খুদোংচাবোহদবা লৈবগনা আইনগী (কন্সাতিত্যুসনেল) পান্নে শেমদুনা নমথগনি ।

চাকা অনী অসি থৌবিবনিনা বস শুলা পীজবা যাবা মযমদা বস শুলা পীজবম্মী, লীচে নৎত্রগা নোংমে সংগীন শীজিন্নবা যাবা মফমদনা মথবায লৌথোকলম্মী ।

চংশিল্লক্লিবা তমথীববা খোঙজং অসি ভাবতমচাশিংনা শক্লোন অহুমথোক্লা শাঙনবা হৌবকই । "মোডবেট" হাযনা খঙনবা লুচংবশিং দদাভাই নাউবোজী, জষ্টীস বানাডে, আব সী দত্তনচিংবনা ব্রিটিশনা "মমা মপা" শাবিবদদা কয়া শীঙনৈ, যিবেজ শাত

মেহতা, গোপাল কৃষ্ণ গোখলেনচিংবনা আইনগী ওইবা লম্বাদা লাপ্পেংনৈ, লোকমান্য তিলক, অরবিন্দ ঘোস, নেতাজী সুভাস অমদি অতৈ "বিভোলুসনরী টেবোবিষ্ট" শিং "এক্সট্রিমিষ্ট" হায়না খঙনবশিংনা "ব্রিটিশতি মায়থীবোই" হায়বদুদা শাঙনখি।

১৯১৮ গী মতুংদগীদি, লাইবিক হৈবশিং অমদি কোল কাবখানাদা থবক তৌবিবশিংতা নত্তনা, লৌমী ময়াম অমদি সবকাবগী থবক তৌবা ময়ামসু যাওশিল্লক্লনা গান্ধী অমসুং জবাহরলাল নেহরুনচিংবা লুচিংবা কয়াগী লমাজং মখাদা "মীয়ামগী আন্দোলন" শাগৎলে। ব্রিটিশপু শাঙনবা যাবোই হায়বদু শাংনবে, নন কো ওপবেসন, সিভিল দিসওবীদিযেন্স, সত্যাগ্রহ, হর্তাল, স্নাইক, হঙ্গব স্ট্রাইক, চেফোঙগী লান, শেমগৎ শাগৎপা "রিফোর্ম" গী খোঙজং আসনচিংবা লাল্লোং ময়াম চংশিল্লক্লনা "প্রজাগী অযাবা" য়াওদনা শাসন তৌবা যাবোই হায়বা আইন থুগায়বগী আন্দোলন চংশিল্লকই। মখা তাবকপদা "ভারত থাদোকউ" (কুইৎ ইন্দিয়া) "দিল্লী পাংঙ্" (দিল্লী চৎলো) নচিংবা অকনবা খোল্লাউগা লোয়ননা মীয়াম প্রজা লুপ্পা ঈবাং হৌবকই। পুম্নমক অসিগী মনুং ঙাক্তনবা নাখল্লোনদি গান্ধীনা পামনবা "রাজনীতিগী ঈবাং খঙবা প্রজা" ওইহন্নিংখিবদু পাক্লংদা অমাদ থবক্তা মথেক শেংলকখিবা অসিনি। মসিমক্লা সবকাবগী থবক তৌবিবা সিভিল সার্ভিসকী মাওহশিং, পুলিশ অমাদ থংলায় পায়বা লান্মী ফাওবা যাওনা ভারতমচাশিংনা মীয়ামগী ঈহৌ অমা অহিংসাগা পান্নবা শাগৎলকখিবা অসিনা ব্রিটিশ মাথধাদবা থাখিদবান। লোয়ননা, ভারতকী ব্রাংমদগী অমাদ ভারত মনুংমক্তদসু দলা দলা খায়দনা নাংতম খোঙজংদা অঙকপা থৌনা হাপলকখিবা অসিসু ভারতকী লুচিংবশিংগী তে থশ বানা, ব্রিটিশনা থাজরমদবা থৌদাং মশা মশানা পাঙথোকচবকখিবা অদুনি।

মহৈ অসিগা অতোপ্পা শক্লোন অমনা মতম শাংনা চংহনখিবা অসিনি। অরাং অনেম নাইহনবা ঈহৌনি। অমুক গবং-গবং চংশিল্লী, অমুক ইংনা তপ্পা সমাজ সংস্কাব তৌদুনা লৈখোকই, ফাঁভম হেক ফবকপগা অমুক গবং-গবং চংশিল্লি। মসিগী তাল পুবা অসি অবাযবা নংখিদে। তাল অসি ফজনা খঙখিবদি গান্ধীর্তান হায়না শোন্নবি। অদুমকপু গান্ধী মশামকসু হেনজিনখিবদগী "স্ববাজ" হায়বসি ব্রিটিশতবু তাম্নোকখিবা অদুতা নত্তে, প্রজা খুদিংমক, কাংলুপ নাইহন্দনা "সর্বোদয়" মপুংফাবা মী অমমম ওইদুনা "মশানা মশাবু লেপচবা ঙমহনবা" (সেল্ফ বেলাইয়েন্স) নৎত্রগা "পূর্ণ স্ববাজ" হায়বরোমদা খোঙথাং কন্না চংশিনমনখিদুনা "গান্ধীবাদ" শাগৎলি। মীয়াম্না পাম্নরিবদি "পুন্সিগী অর্থ" দগী "পুন্সি মবেল" না হেন্না খোয়দানবা অসিনি। জবাহরলাল নেহরুমক্লা "সোসিয়েলিজম" গী অকনবা লুচিংবা অমা ওইবকখিবা মতাঙ অসিদগীনি। অদুবু গান্ধীদি

ফীদমগী মীশক ওইদুনা অদুম মপুক্সি লেনখি। মীয়াম্না "রাষ্ট্রপতা" হায়না ঈবাৎনরি।

ভারতকী নীংতম য়ারীনা তাক্লিবদি প্রজানা বাজনীতিগী মতিকচাবা লৌশিং লৈত্রিবমখৈদি মীখা পোনবগী লমদম অমা অমুকসু ওইরকখিবা য়ারি হায়বসিনি। লুরিবদি, রাজনীতি করিনো হায়বসিনি। লাইরিক হৈত্রিবা, ভোটকী মমল খঙদ্রিবা, "রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট" করিনো খঙদবা মীশিংনা প্রজাগী লুচিংবা ওইবিবমখৈদি - ব্রিটিশকুম্বা নম্ফগী শাসন হৈনবা, মখোয়না খ্বাইদগী হেন্না হৈশিংলবনি হায়না খঙবা শক্তিগী মখাদা প্রজাশিং অদুম মীখা পোন্দুনা লৈবা তাবনি হায়বসিনি।

লাইবিক মচা অসিনা নহা ওইরিবা অপাবশিংদা বাজনীতিগী য়াখল খঙিক্তা ওইববসু খলহনবা ঙম্লবদি হোৎনজমলগী মহৈ য়াল্লে হায়না খঙগনি।

ইম্ফাল,

এপ্রিল ২৩, ১৯৯৯

*(খোংজোম ডে)*

*রাজকুমার মণি সিংহ*

# ১

## মতৌ করম্না ভারতনা ব্রিটিশকা শম্নরকপা

(১৬১২)

খৃষ্টিয়ান ধর্মগী মকোক পোপনা খৃষ্ট কুম ১৪৯৩ দা পৃথিবী অপূম্বদা ধর্ম অসি লাযনা শন্দোকপা যাননবগীদমক খৃষ্টিয়ান ধর্ম চৎত্রিবা লম পূম্নমক অনী থোক্লা খাযদোক্লে হায়না মীয়ামদা লাউথোর্কখি । মতম অদুদা স্পেইন অমসুং পোর্টুগাল হায়রিবা ইউবোপকী লৈবাক অনী আসনা সমুদ্রগী খ্বাইদগী ফবা জহাজশিংগী মপু ওইরি অমসুং নোংপোক লমদা লন-থুম অঙকপদা লৈ হায়বা ব্রারীদা ন্ডাওখিদুনা লন-থুম তান্নবদা লৈবাক অনী অসিনা খ্বাইদগী হেন্না মাওজিন থায় । সমুদ্র শীন থুংনা কোইচৎ চৎলি, থেংনা-থেংনরুবা মফমদগী নমদুনা লন-থুম কন্না খোমজিল্লি । লৈবাক অনী অসিদা পোপনা খা-ব্রাং অনীগী ভাবনা শাবা পরিঙ অমা তিংলগা নোংচুপথংবা তংখাইনা স্পেন্দা থুংঙি, নোংপোকথংবনা পোর্টুগালদা । মখোয়না ধর্মগী মিংদা কোইচৎ অসুম চৎলকপদা মমৈদা মরুমরাং নীংথিনা হৌবা ইষ্ট ইন্দিয়া ঈথৎ মপৈদগী খ্বাইদগী হেন্না কান্নখি ।

মতম অদুগী ইউরোপকী মীশিংনা মকুমরাং য়াম্না পাম্মে । মরুমরাংশিং অসি শীজিন্নদুনা শাজক চানিংঙাই লৈরক্কুবা শা কয়া লায়না হাংপা ঙম্মী, অশিবা মশা অদু পুমথহন্দনা অমসুং মহাও লৈহন্না মতম কুয়না থম্বা ঙম্মী । য়ু শুংবগী থবক্তসু মকুমবাংশিং অসিনা য়াম্না কান্নহল্লি । মরম অসিদগী য়ুমথোং খুদিংদা মরুমরাং য়াম্না পৌশিন্দুনা থম্লবা মতমনি । মরুমরাংগী কারবার "স্পাইস ট্রেদ" হায়না খঙনর্বসি মতম অদুগী খ্বাইদগী হেন্না শেন্দোং লৈবা কারবাব ওইরম্মী ।

মরুমবাংগী কারবার অসিগীদমক ইউরোপ অসি মায়গৈ কয়াদগী চংশিল্লকপা যাবে মরুওইনা পার্শিয়া অমসুং ইজিপ্টলোমদগী । লমদম অনী অসিদদি মোঙ্গোল, আরব অমসুং টর্কশিংনা খুদুম চল্লিবা মফমশিংনি । 'ইষ্ট ইন্দিজ' নৎত্রগা 'স্পাইস আইলেন্দ' হায়না খঙনবা ইষ্ট ইন্দিয়াগী ঈথৎ মপৈদা চৎননবা সমুদ্রগী লম্বী অসুম ফাৎলকপদা পার্শিয়া অমসুং ইজিপ্টকী মীশিংবু স্পেইন অমসুং পোর্টুগালনা য়াম্না তাথি-তাওইনা তৌই, অমাঙ অতা কয়া থোকহল্লি । ফীভম অসিদগী স্পাইস আইলেন্দশিং পোর্টুগীজশিংগী মখুত্তা তারে; লোয়ননা নোংপোকলমগী সমুদ্রশিং মখোয়গী ওইরে । ১৪৯৮ দা কেপ ওফ গুদ হোপ ফাওরগা পোর্টুগীজশিংগী খ্বাইদগী থৌনা ফরবা

ঈহোনবশিংগী মনুংদা অমা ওইববা ভাস্কো-দ-গামানা ভারত্তা য়ৌরক্লে । মতাং অসিদগী 'ওরিয়েন্ত' হায়না খঙনবা নোংপোক্কলমদা কাচিন কোয়া য়ৌনা ইউরোপকী মীওইশিংনা ঈথক ঈপোম নাইনা চংশিল্লকপা হৌরে ।

১৬ শুবা শতাব্দীগী ময়ায় চল্লকপদা পোর্টুগীজশিংনা মথং মথং ওইনা গোৱা, হর্মুজ (পার্শিয়ান গল্ফতা লৈবা) মালাক্কা (স্পাইস আইলেন্দ অমা) অমসুং মাকাও (চীনাগী) খুদুম চনশিনখ্রে । চহী য়াঙ্খৈমুক্তি মখোয়তনা মরুমরাং কারবারগী মপু ওইরে, লন থুম যাম্না তানশিনখ্রে । ১৫৯৫ দা দৎচশিং (হোলেণ্ডগী মীশিং) সমুদ্রগী অচৌবা শক্তি অমা ওইরক্লে; মখোয়গী জহাজ মপৈ অমা স্পাইস আইলেন্দশিংদা ইগান হান্না লাক্কুনা মরুমরাং যাম্না লৌশিনবা ঙমখি । থৌদোক অসিদগী থৌনা লিংজেল ফগৎলক্কুনা পোর্টুগীজশিংবু মায়থীবা পীদুনা ভাবত অমসুং সেলোন (লঙ্কা) গী মফম কযাদা মখোযগী লানবন শাগৎপা ঙমলে, লোযননা স্পাইস আইলেন্দশিং মখোযগী ওইবে ।

ইংলিশশিংসু দৎচশিংগী মতুং কন্না ইন্নবকই । ১৬০০ কী অবোইবা নুমিৎতা মখোযগী ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনী লিংখৎলি । কম্পনী অসিনা সুমাত্রা য়ৌবক্কুনা ফেক্তরী অমা অমবোইনাদা লিংখৎলবে । ১৬২৩ দা দৎচশিংনা ফেক্তরী অসি থুগায, লৈবক্না ইংলিশ পুম্নমক হাৎতোকই । ইংলিশশিং খোঙফম থুনা হন্দোকই, ভাবত্তা মবাইবক চাংযেংনবা হোৎনৈ । অসুম্না ভাবতকা শম্নবা হৌরকপনা চহী চহুম হেন্না মবা তাবে ।

হান্নমা, ১৬১২ দা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীনা নিংথৌরেল জহাঙ্গীবদগী সুরটতা লল্লোনফম বন্দর অমা শাননবা য়াথং ফংবগা লোয়ননা অতৈ খুদোংচাবা কয়ামুকসু ফংখ । মরু ওইনা য়ানখিবদি আরবসাগরদা পোর্টুগীজশিংগী হুবান চিঙ্খীদগী (পাইরেসি) ভাবতপু ইংলিশশিংনা ঙাক শেনগনি হায়বসিনি । অমবোইনাদা মায়থীরবা মতুংদা ইংলিশশিংনা সুরটতা লৈতাদুনা লৈরে, লল্লোন ইতিক্কী থবক কনখৎলে অমসুং ভারতকী অতৈ সমুদ্র খোঙবানগী লমশিংদা মীৎয়েং চংবা হৌবে । মতমগী মতুংইন্না মফম অহুম -মাদ্রাজ, বোম্বে অমসুং কলকাতা মখোযগী ওইবে ।

তরাতরেৎশুবা শতাব্দীগী মমৈদা কম্পনীগী লল্লোন-ইতিক শেন্দোং য়াম্না লৈরক্লে - বেঙ্গলদগী লশিং অমসুং রসায়নগী থুম, করমণ্ডল খোঙবান্দগী রেশম, মালাবার খোঙবান্দগী মরুমরাং অমসুং গুজরাটতগী নিম (ইন্দিগো) লল্লোনপোৎশিং অসি মপান্দা থাদোকপা ঙম্লে । লল্লোনইতিক্তা পুক্নিং চংবদা নত্তনা লম লমগী অঙম অথৌ নিংথৌনচিংবশিংগসু মূক্নবা হৌরক্লে । থুনমক রাজনীতিগী শক্তি পায়শিনবা য়াবগী

খুদোংচাবা লৌবক্লে । কম্পনীগী ডাইবেক্তব অমা ওর্তবিবা সাব জোশিয়া চাইল্ডনা অনীংবা শেংনা ফাওদোবক্লে : "মতম পুম্নমক্কী ওইনা ইংলিশ দোমিনিয়ন অমা চাউনা অমদি খোঙফম চেংনা থম্বা যাননবা শেন্দানফম মবাং কাযনা শোযদনা থম্বা তার্বনি।"

তশেংনমক আশা অসি ওইখোকপা যাবগী ফীভমশিং লাকলে । ১৭০৭ তা ঔবঙ্গজেবনা নোঙ্গাশ্রবা মতুংদা মোগল সাম্রাজ্য মচেৎ মচেৎ কাযবক্লে । মখা তাবকপা নিংথৌবেনশিং মতীক চাখিদে, লোযননা পার্শিযা অমসুং আফগানিস্থান্দগী মখোযনা থৌনা লৈনা লান্দাবকখি । নিংথৌবেনগী শক্তি শামলক্কুনা লম লমগী লৈঙাকপাশিংগী মবন্নাই শক্তিশিং অসুম অসুম হেঙ্গৎলকলে । তশেংবদি নিংথৌবেন মমিংতা ঙাযবে । খুদোংচাবা অসি লৌবদুনা ১৭১৭ তা কম্পনীনা মমিংতা ওইনা শেল খবা পীবগা বেঙ্গল শীনবা থুংনা অথিংবা লৈতনা থবক চথুবে। থবক্তা হকথেংনখিবশিংসু মবন্নাই ইনাক যাম্না খুন্নবে ।

১৭৫৬ তা বেঙ্গলগী নবাব সিবাজউদ্দৌলানা ইংলিশশিংবু মখোযগী লৈফম ফোর্ট বিলিযমদগী মফম মবাং খওদনা কিলা যাম্না শাজিল্লকই হাযদুনা তাস্থোকই । অদুবু মাদ্রাজলোমদগী বোবার্ট ক্লাইবনা লুচিংদুনা কম্পনীগী লান্মী থাবক্কুনা সিবাজবু মাযথীবা পী, মখাদা লৈবম্বা মিবজাফববু নবাব ওইহল্লি । মতম অদুদা খ্বাইদগী হেন্না শেন্থোক লৈবা মফম অমা ওইবম্বা বেঙ্গল অসি অসুম্না, ইতিহাসতা নম্ফু - শাজৎ অমসুং ব্রাখল যাওদবা থবক্তা খ্বাইদগী হেন্না হৈশিংলবা মী কযাগী মনুংদা অমা ওইবিবা ক্লাইবগী খুদোম্বীদা লৈবে ।

লল্লোনবগী কন্সেসন কযা কম্পনীদা পুকচেল চাউনা পীথোক্লুবদগী নবাবগী সবকাবগী ওইবা আয কবিসু লৈবক্রুর্বনি; তৌজিক অমুক মিনুংশি যাওদনা শুম শুমদুনা লৌবা হৌবক্লে । ১৭৫৭ তা মিজর জাফবনা লুপা কোটি অনী হেনবগী খুদোলপোৎ ক্লাইব অমসুং মাগী মীদা পীবা তাবে । নমদুনা খুদোলপোৎ থৌবা হায়বসি চহী খুদিংগী চৎনবী অমা ওইবে । ১৭৬০ গী অদুব্রাইদদি ক্লাইব মথন্তনা চহীগী ওইনা লুপা লাখ তকক্কী খাজনা লৌববা লন থুমগী মথক্তা লুপা লাখ মবিফু শেনগং ওইনা খোমজিনখ্রে ।

১৭৬৫ দা ক্লাইবনা ভাবতকী নিংথৌবেন্দা চাউববা নমথাক অমা তৌই । চহীদা শুপ্নগী লুপা মিলিযন মঙা পীবগা কম্পনীবু নিংথৌবেনগী দেবান ওইহল্লি । মসিনা খাজনা খোমগৎপগী অধিকাব কম্পনীনা ফংবা ঙমলে, বিহাব অমসুং উবিষ্যাদা লৈবিবা বেঙ্গলগী মী পুম্নমক কাববাবব্রালা, খুংনাইবা নৎত্রগা লৌমী লোযনমক মকোক্তা মখৎ হাপলে; কম্পনীনা তৌনাংবঃ। তৌদুনা মীগী মপোৎ-মচে পুম্নমব মৎপা ঙমলে ।

হার্যনিংঙাই লৈতনা ৱাৱরা ফীভম অসি উবদা ক্লাইব মশামক্কী মখাদা থবক তৌবরা মহে্ মশিং খরা হেন্না হৈরা কর্ম্মচারীশিংগী মবক্তগী অমনা হায়: "কম্পনীনা দেৱানগী ফম কাবকপদগী লম অসিগী মীশিং হান্নদগী হেন্না ফীভম যাম্না শোক্লে । তৌনিংবতা তৌবা ঙম্বা অচুম অবান যেংদবা মীওইশিংনা, হান্ননা পাল্লম্বা সরকারগী মখাদা নীংথিনা লৈজরম্বা লৈবাক অসি, হৌজিক্তি মৃৎপা যাবগী মওংদা অসুম অসুম চংশিল্লক্লি ।" চুমসু চুন্নিবনি, ১৭৭০ দা কম্পনীগী ওংনৈবগী মথক্তা ঈকং থোক্তুনা বেঙ্গল মুংকদৌবে; লৌমী কাঙবু শরুক অহুমগী মন্নুংদা অমদি চানিংঙাই লৈতদুনা শিখ্রে অদুগা কম্পনীগী কর্ম্মচারশিংনদি চাক তাংবগী খুদোংচাবা অসি লৌদুনা শেল হেন্না হেন্না তানশিনখ্রে । চাক তাংবদা নত্তনা প্রোভিন্স আসদা খুৎশা হৈবগী থবক অমুক হিঙ্গংলবোইদবা মওংদা শিথবে, মী পম্নমক হার্যনিংঙাই লৈতনা লৈত লাইব ঙাক্তা ওইহল্লে ।

ফীভম অসি কা হেন্না শাথিবকপদগী ব্রিটিশ সরকার তমীন্না যেংদুনা লৈবা ঙমলক্লে । ১৭৭৩ পার্লিয়ামেন্টতা আইন অমা শেমদুনা বেঙ্গলগী গভর্নরবু গভর্নর জেনেরেলগী থাক্ত পুখৎলে, কম্পনীগী থবক থৌরমশিং মযম খুদিংদা যেংশিনহল্লে অমসুং চাংনাইনা শেল থুম অমদি রাজনীতিগী ওইবা রিপোর্টশিং পীখৎলক্কনা শাগবে । মখা তারকপা আইন অমনা কম্পনী অসিবু লণ্ডন্দা লৈবা সরকারগী মন্ত্রীশিংগী লুচিং মখাদা থম্বা 'বোর্দ ওফ কন্ট্রোল' অমগী মখাদা থমলে । পাল্লিবদি তৌনিং তৌনিংবতা তৌবিবা কাররাবৱালাগী কাঙলুপ অমবু কৃপ্না শেন্নবরা মেনেজিং এজেন্স অমা ওইহল্লক্ত বনি । থবক অসি অরাযবা ওইরমদ্রে, অদুব্ন অহানবা গভর্নর জেনেরেল অনী বারেন হেস্তিংস অমসুং লোর্দ কর্নাবালিসতি থবক ঙম্না হাযবদু ওইবে । মখোযনা লন্নাই কাবনাব তৌবশিং নিযমগী মখাদা চেৎনা পুশিল্লে, লোযননা শাসনগী নাংথিবরা কাযাৎ অমা শেমগৎপা ঙমলে ।

কম্পনীগী মশাগী থৌশিল মওংচানা শেমগৎলগা মতুংদা পাকথোক চাওথোক্লা থবক চংথনা যানবা খুদোংচাবা কয়া কোম্বনা যেংশিল্লক্লে । লোর্দ বেলেশলী মতাংচানা ১৭৯৮ দা গভর্নর জেনেরেল ওইরবে । শাথিবরা সাম্রাজ্যবাদীন, মশাগী শ যম্না সিফাইনি । কম্পনীগী খ্বাইদগী তেন্না চাউরবা যেক্লবা মহীশুরগী টিপু সুলটানগী মথক্তা লান্দারবে, মাগী লৈবাক বাং খোং চাযহল্লে । মসিদগী মথোই কাখিদনা লাঞ্জং মখা চৎথবকই । কর্ণাটকী লমদম লোযনা লৌশল্লে, লৌনম তৌদুনা অবধ তংখাই অমসু যংল্লে । সরাসাদযারা এলাতযেন্স কৌবা যেক্লবনা লান্দারকন্দা মতেং পীগনি হাযবা সন্ধিগী মপান্না হায়দরাবাদকী নিজাম অমসু মরাঠাগী পেশনা কম্পনীগী খুদোংশীন্দা

লৈহল্লে। অসুম্না তেল্লবা চহী তবেৎকী মনুংদা লৈবাক অসি শকক অহুমগী মনুংদা অনীদি কম্পনীগী ওইবে।

ভাবতকী অতৈ লেমহৌবা লমশিংসু কম্পনীগী ওইবা হাযবসি মতম ছহাক চহিবগুম্বনি। মবাঠাশিং লাল হৌবকই, অদুবু নমথৈ, মখোযগী মখূত্তগী বাজস্থান লৌশিল্লে। ১৮৪৩ দা সিন্দ জয তৌবে, ১৮৪৯ দনা পঞ্জাব লৌশিল্লে। অস্ম্না তবামাপল শুবা শতাব্দীগী মযায চল্লকপদা ভাবতবর্ষ ব্রিটিশ সাম্রাজ্য ওইবে।

ব্রিটিশনা অশুক থুনা মায পাকাখবসি মখোযগী লানগী খূৎশু খূৎলাই হেন্না খাখবনান হাযবা যায, লোযননা লানগা লাল্লোং অমসুং অমসুং সিযাই নীথিন শেমগৎখিবনানি। মতমগী মতুংইন্না ভাবতকী নিংথৌ খবসু লাম্মী অমসুং খূৎ শু খূৎলাই মতমগা চুনবা মওংদা কন্না শেমগৎনবকই। খুদম ওইনা পঞ্জাবকী বনজিৎ সিংহ মবাঠাগী মাধব বাও সিন্ধিযা, মহিশুবগী সুলটান হাইদব অলি অমসুং টিপু মমিং পনবা যায। মখোযসু লাইবক থিখি মবমদি মখোয মশেল মোত মান্নখিদে, মশাগী লানশঙগী মীওই কয়া মপূক শেংখিদে। কম্পনীগীদি লাইবক ফবা হাযবদু ওইখি। অদুমকপু পাডা অমদি তমহৌবে। অপূনবা জাতিগী লিংজেল মান্নবা য়াম্না দবকাব ওইবে হাযবা ভাবতমচাশিংগী পূক্নিংদা তপ্না তপ্না ভাব তানবকই।

অপ্নবা জাতিগী ৱাখল্লোন (ইংবাজীদা নেসনেলিজম) অসি তশেংবদি ভবতমচাশিংনা নোংচুপলোমগী সভ্যতাদগী নৌনা তমখিবনি।

মাংকপ অসি অহানবদা বেঙ্গলদা থোকখি মবমাদ কম্পনীগী খ্বাইদগী কুযনা তঙাক্লবাস বেঙ্গলনি। ১৮শুবা শতাব্দীগী অনীশুবা তংখাইদগী নহা ওইবিবা বাঙ্গালীশিং মখা ওইনা হিন্দূ ধর্ম চৎপাশিং কম্পনীগী খনক তৌননবগাদমক ইংবাজী তম্না [illegible]। ১৯ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা খৃষ্টিযান মিসনবীশিংনা কলকাতাদা ইংলিশ [illegible] লিংখৎলি, 'নিউ টেষ্টামেন্ত" বাঙ্গালাদা হন্দোকই। ইংলিশ দুকান [illegible]। [illegible] কলকাতাগী হিন্দ কলেজ লিংখৎলুনা ইংলিশ শিক্ষা পীবক্লে, অদুদগী [illegible]। [illegible] পণ্ডিত হোবাস বিলসন্না কলকাতাদা সংস্কৃত কলেজ লিংখৎলে কলেজ অসিদ থাযনগী হিন্দূগী মহৈ মশিং নৈনবতা নত্তনা নোংচুপলোমগী বিজ্ঞানসু তম্ব হল্লে।

বঙ্গলগী নহাবোলশিং নৌনা মাং পাতলক্লে, অতবপা খাজনবী, অনৌন খাখল্লোনক [illegible] অসুম [illegible] হৌনবক্লে। খবদি মশাগী ওইবা পম্নমক খাদোক্লুনা সাহেব [illegible] খৃষ্টিযান ধর্ম [illegible] লৌনবে। খনা অমনা মসিগী [illegible] তৌনবান,

নোংচুপলোমগীনি হায়রবদি ইপাম পাম্নদে । হান্নগী পরম্পরা অদু নৎতনা অতে করিশু মখোযগী কোক্তা চংখিদে । অতোপ্পা খরা অমনা মশাগী ওইবা সংস্কৃতিগী থবকশিং হেন্না কনখৎহন্নবগীদমক নোংচুপলোমগী ব্রাখল্লোন, অচুম্বা ব্রায়েল (জষ্টিস), গনতন্ত্র (দেমোক্রেসি) অমসুং নীংতম্বা (লিবর্তি) গী লৌশিংশিং অসি হেন্না মওংচাবা য়েংদুনা শীজিন্নগদবনি হায়বা কন্না থাজনরকই ।

ভারতকী অহানবা নেসনেলিষ্টশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না মশক নায়বা মীহুৎ অমা ওইনা রাজা রাম মোহন রোয় (১৭৭৮ ১৮৩৩) থোরক্লে । য়াম্না মর্মিং লৈবা পণ্ডিতনি; লোন য়াম্না খঙবা মী (লিঙ্গুইষ্ট) অমনি । ভারতমচাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী ফম চাওবা থবক পায়রম্বদু নৌনা পোত্থাথোক্লে । মমালৈবাক্কী সেবাদা মশা কত্থোক্লে । মরৈবাক মচাশিংনা থায়নগী অন্ধবিশ্বাসকী থবকশিং অমসুং সমাজগী ফত্তবা চৎনবীশিং থাদোক্নুনা থাংনা চেল্লিবা পৃথিবীগী চাউখৎ খোঙজেলদা মতীকচানা মীপুম খূদিংনা থৌদাং লৌগদবনি হায়র্বসি মহাক্কী অকনবা পাউজেল ওইবক্লে । মহাক য়াম্না থৌনা লৈরবা অনৌবা সমাজ শেমগৎপা রিফোর্মর হাযবদু ওইবক্লে । মহাক্কী খ্বাইদগী হেন্না মায়পাকখিবা থৌদাংশিংগী মনুংদা সতী মৈ থাবা তোকহনখিবা অসিনি । মহাক্না অনৌবা ধর্ম "ব্রহ্ম সমাজ" কৌবা অমা লিংখত্নুনা হৌরকখি । ধর্ম অসিদা হিন্দূ, ইসলাম অমসুং খৃষ্টিয়ানীতিগী খ্বাইদগী হেন্না ফরবা ব্রাখল্লোনশিং অদু পূনশিন্নবা লাক্লখি অদুবু অসুম্না তোৎশিন য়ানশিন্নবা ধর্ম অমা মীয়াম্না পাম্নখিদে । মসিমদি মহাক্কী মায়থীবা অমনি ।

রাজা রাম মোহন বোযনা অহানবা ওইনা শীংথানিংঙাই ওইবা লমজিং পীরমলবদি মতৌ করম্না "সিবিক" অমসুং "রাজনৈতিক" অধিকাব ফংগদগে হাযবসিনি । মহাক্না ফোংনা সরকারগা শীঙনখিবদি সরকারনা পাউগী চেফোংদা অথিংবা পীরোইদবনি, সরকারগী আইন শেম্বদা ভারতমচাশিং য়াওহনগদবনি, জুবী এক্টতা খৃষ্টিয়ান নত্তবশিংবু জজ ওইহন্দবা অসি য়ারোই হায়বনচিংবশিং অসিনি । ব্রাফমশিং অসি অঙৌবা সাহেবশিংগী মথক্তা ফোংনা শীংনখিবনি, মরৈবাক নীংজবগী তাঙলবা খুদোল ঙাক্তনি । তুংগী মীরোলনা কাউবা লৈররোইদবা ইতিহাসকী তাংকক অমনি ।

# ২
# যুগ অমগী অরোইবা
# (১৮৫৭ - ১৮৫৮)

১৮৪৮ দা লোর্দ দালহৌসিনা ভাবতকী গর্ভর্নব জেনেবেল ওইববে। চহী নিপালচুপ্পা মক ওইববা থৌদোক কযা থোকহনখি । অকনবা সাম্রাজ্যবাদীনি, ব্রিটিশ শাসনগী লমজিং মৈবা অমনি । "কম্পনী বাহাদুব" দা মকোক নোঞ্জববসু মশা মশাগী লমদমদা মঙক কন্না পাল্লিবা নিংথৌমচাশিং লাকশিনবা হাযবসি মহাক্কী অপাম্বনি । চহী তকক্কী মনুংদা হিন্দুশিংনা পানবা ষ্টেট তবেং অমসুং মুসলিমনা পানবা হিন্দূগী ষ্টেট্ অমা আইন অমসুং ধর্মগী ব্রা যেংদনা নমদুনা লৌশিল্লে ।হিন্দূগী ষ্টেট্ শিংদনা মচা পোক্তবা নিংথৌমচাশিং থেংনববর্দি মখোযনা যোকচবা মচাশিংগী ব্রাফম কবিমত্তা থওইদনা কম্পনীনা শক্তি লৌশিনলে; অদুগা মুসলিম ষ্টেট্ অবধদদি শাসন নীংথিনা তৌদে হাযদুনা মুল্লগা লৌশিনলে ।

সাতাবা অমসুং নাগপুব লৌশিল্লবনা মবাঠাশিং শাওহল্লে । কম্পনীবু কন্না শৌগৎলম্বা, অব্রাং ভাবত্তা মুসলির্মশিংগী অমত্তা ঙাইববা শক্তি ওইজবিবা অবধগী নিংথৌ ব্রাজিদ অলি শাহবু মফম লৌথোক্লুবদগী দালহৌসিনা মুসলিম পুম্নমক ব্রাবৌহল্লে। ঝান্সীগী বাজানা যোকচবা মচাবু হিন্দূগী আইনদা যাববসু নিংথৌ খুবম ফংবা যাবোই হাযকবদগী মবিল লৈববী বানীবু থম্মোয নাহল্লে; লমন খুম্নবগী শেম শাদুনা লৈনখ্রে । অসুম্না হান্নগী পেশব্রাগী যোকচবা মচানুপা নানা সাহেবতা চৎনবীনা যাববসু পেন্সন পীবোই হাযকবদা অতোপ্পা যেকুবা অমা অমূক মক হুনহল্লে। পুম্নমক অসিগী মথক্তা মমিংতা ওইনা সম্রাটকী পদবী ফংর্জবিবা বাহাদুব শাহবু মোগলশিংগী অবোইবা সম্রাটনি, সম্রাটকী কোনুংদা লৈগদবসু মহাক্না লোইবে হাযনা দালহৌসিনা লাউথোকই । লাউথোক্লিবা অসিনা লম অসিগী মীচম প্রজা পুম্নমক্তা খাঙঙমদনা অব্রাবা অমা ওইহল্লে ।

মথংদা, ইংলিশ বেবোনশিংগী থাক্তা লৈববা ভাবতকী অঙম অথৌ ওইবিবা অবধগী কনথৌববা তালুকদাবশিংদা দালহৌসিনা মীংযেং চংলক্লে । মখোয মখোযগী লৌ ইংখোলশিং অদু মশা মশাগীনি হাযনা আইনগী ওইবা চে চাং পুথোকউ হাযবক্লে । মখোযগী অহল লমনশিংনা হান্না দখন তৌদুনা লৈবম্বা মফমশিং ওইবনা মখোয অযাম্বনা চে চাং পুথোকপা ঙমনদ্রে: তাঞ্জা অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা থাক হন্থনা লৈবিবা মা কযাগী লম, অতৈগী মচা লেবা কযাসু হাওনা দালহৌসিনা লৌশিনখ্রে ।

ঈবাং অসিদগী কিনিংঙাই ওইববা শক্তম কযা ওইহল্লক্লে । ব্রিটিশকী ইতিহাসকাবশিং ফাওবনা মতম অদু তশেংনা কিনিংঙাইনি হায । চহী কযা চুপ্না মীবোল কযা লান্না মপা মপুগী ওইজদুনা লৈবন্লবা লৌ ইংখোল পুম্নমক্কী আইনগী ওইবা চেচাং পুথোকপা ওইথোক্তে, লৈবন্লিবা অদুতনা মতীকচাবা প্রমান ওইফম থোকপনি। খোই মহুমদা চৈনা থিল্লুবর্বাননা মশানা চবাংনবা তাবকপনি। তশেংবদি ওইবক্লিবা অদু পুল্লপ নমদুনা মুনবগুম্বনি, মসিদা কবিশু চিংননিংঙাই লৈতে । অদুবু থাঙ্গৈশেংবদি দালহৌসিনা তৌবিবা থবকশিং অসি ব্রিটিশনা অবধ লৌশিল্লুবদগী কান্নবা কযা ফংখিবা অদু নীংশিংলগাদি ব্রিটিশকী ওইনদি মহাক্লা যাযফবা পুবকখ্রবনি ।

দালহৌসি হৈশিংলবা এদর্মিনিস্ট্রেতর অমনি, ভারও বেল চেলহলম্মী, টেলিগ্রাফকী খুদোংচাবা পুলকই, গ্রাণ্ড এঙ্ক বোড শেমজিল্লি, চাউববা গঙ্গা কেনেল হুংলি; অদুবু ভারতমচাশিংগী মিহুলদি মহাক্লা কবিশু খঙবা ঙমখিদে । মহাক্লা তৌববা থবক পুম্নমক্লা পাকশন্না' (মক ওইনা অরাং ভারতকী লমদমশিংদা) 'কতনবা, শাউহনবা অমসুং কি থক্কংহনবা পোকহনখ । ১৮৫৬ কী অহনবদা মহাক মশা যাম্না' পেঞ্জনা ইংলণ্ডদা হনখি।

থোকাখ্রবা থৌদোকশিং অসিদগা ব্রিটিশগী শাসনবু পেন্নাদ্রবা অসি নিংথৌ মচাশিং অমসুং লৌযাম চাবশিংতা নংখিদ্রে । বেঙ্গল আর্মিদা মনুংগী ওইবা উংখংনবা শাথিনা হেঙ্গংলক্লে । মবম কযাদগীনি । মকওইনা দালহৌসনা অবধদা অকাযবা কযা তৌখিবা অদুনি । বেঙ্গল আর্মি চাওববা লাম্মী কাঙলুপনি, মখোযনা বঙ্গোপসাগবদগা আফগানিষ্টানগী চিদাই যাওবা ব্রিটিশ শাসন ঙাকশেল্লিবান । কম্পনীগী লাম্মাশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবিবান অমসুং খ্বাইদগী হেন্না মক ওইবিবান । অদুবু সিপোই হযনা খঙনবিবা লাম্মাশ, অদুদি চহী কযাদগী পেন্নদনা লৈবক্লবনি । মবমদি তলব খজিক্লনি, ফম কাবগী খুদোংচাবসু ঠপা পাবিদবান । অসিগী মথক্তা লাল্দাদুনা লৌশিল্লুবা মফম খুদিংগী অতেনবা শেনফম (এলাবেন্স) হেক হেক পীবপ্পা অদুসু মখা তানা পাখিদ্রবান। লোযননা, কামশন তৌবসু তৌদবসু মথৌ নীংথিনা তৌদনা ব্রিটিশ অফিসাবশিংদগী মখোযনা ইকাযবা কযা নংলিবান । হৌখিবা চহী কুনগী মনুংদা অফিসাবশিং অসিগী লমচংকী থাক শাথিনা তম্বক্কুনা অঙৌবা অফিসাব খুদিংগী হুকুম মতম অদুদাদি মখোযনা থৌশাবক্লবনি । মচান্না খোক্লা চৈ থাংবা হৌবক্লবনি, ব্রাকং কযা চিংনবা লৈতনা পীখংনবক্লবনি ।

অসিগুম্বা মতাং অসিদা দালহৌসি লাকখিবনি । মহাক্লা বেঙ্গল আর্মিগীদমক করিশু খনবিখিদে । অহোইনদুম অবধগী লৌযাম চাবা মচা মচাশিং ওং-নেবদা অমুকসু হেন্না

বেঙ্গল আর্মিগী সিপোইশিংবু তাখি তাইওন্নবা কয়া তৌখি। সিপোইশিং অসিদি চামগী মনুংদা নিফুমুক্তি লৌয়াম চাবশিং অসিগী ইমুং-মনুংগী মীওই ঙাক্তনি। লৌয়ামচাবশিং অসি তাম্বোকপদা সিপোইশিংগী ঈজ্জৎ অমসুং মরল মথুম হায়নিংঙাই লৈতনা মাঙজরিবনি।

আর্মিগী মকোকথোংবশিংনদি মমাঙমক্তদা থোক্লিবা নুংঙাইত্রবা থৌদোকশিং অসি উনা উনা করিশু খঙশিন্নখিদে, অহোইনদুম করেম কথাইনখি। ১৮৫৬ তা 'জেনেরেল শার্ভিসেস এনলিস্তমেন্ত এক্ট' পাস তৌদুনা সিপোইশিং অসি ভারত মনুংদতা নত্তনা পৃথিবীগী মফম অমদা হেক্তা ট্রান্সফর তৌবা য়াহনল্লে। বেঙ্গল আর্মিদদি উত্তর প্রদেশ অমসুং বিহারনা হৌজিক কোল্লিবা মফমশিং অসিদগী থাক-ৱাংনা লৈজবা হিন্দূশিংনা অয়াম্বা থবক তৌরিবনি। অনৌবা এক্ট অসি উবদা হিন্দূ ধর্মবু শীংনরবনি হায়না লৌনরে। মরমদি বর্মাদা লান শোক্লরুনবা সমুদ্র লান্দুনা চৎকনি, মুসলিমগী লম আফগনিস্থানদসু চৎলুগনি। মফম অদুদা চারু থক্লুগদৌরিবা পূম্নমক অদু হিন্দূ ধর্মনা য়াদবা চিঞ্জাক ঙাক্তনি হায়না লৌনরে। খরা লৈরগা অমুকসু লাউথোরক্লে- অনৌবা এনফিল্দ রাইফলগী কার্ত্রিজদা ওক অমসুং ষনগী মহাও শীজিন্নরগনি। হান্না শীজিন্নরম্বদি যোম অমসুং মনা মশিংদগী শুংবা থাউশিংনি। অনৌবা কার্ত্রিজ অসি চীন্না চীক্কদবনি হায়বা পাউ অসিনা হিন্দূ মুসলিম অনীমক্কী সিপোইশিংদা শাখিনা মীপাইহনখি। মরমদি ষন মহাওবু হিন্দূশিংনা য়াদবগুম ওক্কী মহাওসু মুসলিম ধর্মনা য়াদে। মহাও অনী অসি শীজিন্নবা হায়বসি হিন্দূ মুসলিম অনীমক মাংথোকপীরবনি হায়না লৌনখি। মসি তোকহনবা তঙাইফদে হায়না চপ য়ুংনা নীংদুনা, তাঞ্জা ঙাইনখি।

১৮৫৬ লোর্দ দালহৌসিগী মহুত্তা লোর্দ কেন্নিংনা ভারতকী গভর্নর জেনেরেল ওইনা লাক্লে। অনৌবা গভর্নর জেনেরেলনা হান্না পাউ ফংখিবগুম তৌই, ইংলণ্ড থাদোক্লমদাইদা পূক্লিংদা য়াম্না চিংনখি। ইফোঙ-ফোঙনা অৱাবা কয়া শোয়দনা থেংনরুরগনি হায়না হায়রমখি। হায়গুল্লদনা ১৮৫৭ কী জানুয়ারী থাদা দমদমগী সিপোইশিংনা অনৌবা কার্ত্রিজ অসি শীজিন্নরোই হায়রে, চহী অসিগী মার্চ্চ থাদনা বারাকপুরগী লাম্মী রেজিমেন্ত অমনা শীজিন্নরোই হায়রুবগী দণ্ডি তৌরে। মেগী তাং ৯ দনা মীরট কেন্টোনমেন্তকী সিপোই খরা অনৌবা কার্ত্রিজ অসি শীজিন্নৌ য়াদবদগী মশা মশাদগী ইউনিফোর্ম মুনখি, চহী তরা জেলদা থম্বগী হুকুম থোকখি। মথংগী নুমিৎনি, নোংমাইজিংনি, মীরটতা লৈবা রেজিমেন্ত অহুম্মক খুৎলাই পায়দুনা লালহৌই, জেলদা থমখিবা বন্দীশিং থাদোকই, ব্রিটিশ অফিসারশিং মঙক কক্লুনা হাৎলি। অদুদগী দিল্লীরোমদা লাকই (মতম অদুদা দিল্লীদদি ব্রিটিশ অফিসার অমত্তা লৈতে, মফম অদুগী ভারতমচা সিপোইশিংগী মতেং লৌদুনা শহর অদু লৌশিল্লি, অদুগা বাহাদুর শাহবু ভারতকী সম্রাটনি হায়না লাউথোকই।

মতাং অসিদগী, সিপোইশিংনা লালহৌবগী (সিপোই ম্যুতিনি) মীযামগী লালহৌ ওইবকই, ভাবতকী অচৌ অশাং কয়াগী ইমুংদগী থোক্লকপা মীওইশিংনা লমজিংবা হৌবকই। বাহাদুব শাহগী মতুংইনবা কাঙলুপ মশিঙ যামখৎলে। মখোয অদুগী মবক্তা অবধগী মপুবোইবা লৈত্রবী বেগম হজবত মহল, পেশৱা ওইবম্বগী যোকচবা মচানুপা নানা সাহেব, মবাঠাগী গুবেলা লুচিংবা মতিক লৈববা তান্তিযা তোপে, ঝান্সীগী বানী লক্ষ্মীবাই যাওশিনখ্রে। চৈবক অসিদা মুসলিম ধর্মবু শীংনবক্লবা মীওইশিংগী মাযোক্তা ফৈজাবাদ অমসুং এলাহাবাদকী মৌলবীশিংনা মুসলিম পূম্নমক্তা লালহৌনবা লাউথোকলে।

নানা সাহেবকী লুচিং মখাদা লালহৌবা লাশ্মীশিংনা কানপূবদা ব্রিটিশশিংদা আক্রমন তৌবা হৌবে; সন্ধি তৌসি হায়শিন্নদুনা লাকপা ব্রিটিশ কয়া গঙ্গা তুবেলদা হী তোল্লকপদা লশ্নীদা হাৎলে। লক্ষ্ণৌদসু হজবত মহলনা লুচিংলকপা লাশ্মী খুৎপু অমনা ব্রিটিশশিংদা আক্রমন তৌই, অদুবু মখোযনা চীফ কমিশনাবগী লৈফম বেসিদেন্সীদা লোত্তুনা হিংহৌই। মফম অদু ব্রিটিশকী কিলা ওন্থোকলে, মখোযবু কন্নবা অহেনবা ব্রিটিশ লাশ্মী থাজিল্লক্লিবফাওবদি হিংবা ঙম্মখি, অদুবু থবায কযাদি শেম শাবিথৈদা মাঙনখি। লালহৌবা কয়া মথং মথং চোংথোক্লবক্তুনা তান্তিযা টোপে অমসুং ঝান্সীগী বানীনা বন্দেলখণ্ড লৌশিনবদা, খান বাহাদুব খান্না বোহিলখণ্ড লৌশিনবদা, কনৱাবসিংহনা নোংচুপ বিহাবদা শক্তি লৈনা পালহনবদা অঙম অঙম্বা মতেং পীনবকই। ব্রিটিশশিং মফম পূম্নমক্তা সিপাইবক্লে, মফম পূম্নমক্তা সিপোইশিংগী মতম কুযনদগী খাঙদুনা লাক্লবা পেন্দবা অদু ফোঙদোক্লবগী তাঞ্জা ফংলদুনা ব্রিটিশ অফিসাবমখৈ থেংন থেংনকুবদা হাৎলক্লে। জুনগী ময়ায চনশিল্লকপর্দদি বিহাবগী পাটনাদগী বাজস্থানগী নাসিবাবাদ ফাওবা অৱাং ভাবতকী লম মখৈ লালহৌবশিংগী মখুত্তা তাবে।

অদুবু লালহৌবশিংগী মমায পাক্লিবা অদু মতম শাংখিদে। মবমদি মখোযগী অপূনবা লুচিংবা অমসুং মতম শাংনা লান শোক্লনবগী মচাক মথুম ৱাংখি। বাহাদুব শাহ চহী মবিফু হেল্লবনি, লাশ্মীগী কম্যাণ্ডব-ইন চিফ ওইবগী অচৌবা থৌদাং লৌবগী মহুত্তা লাই মচা মশু যোকপদা হেন্না পূক্লিং চঙদুনা লৈথোকই। মহাক্কী হেক মথংদা শক্তি পায়বিবসি নানা সাহেবনি: মহাকসু যেক্লবা লাশ্বা তৌনবগী অকুপ্পা লাম্ছোং শীনবদদি খন্না শোন্না থোকখি। ব্রিটিশশিংগীদি নীংথিনা শীল্লাংবা হৈবতা নত্তনা মী অমসুং খুৎশু খুৎলাই মবাং কাযনা লৈবিবনি। মখোয়না মখোয়গী লাশ্মীশিং হেন্না ফগৎপা মওংদা শেমজিল্লি। ইৱা ৱাদনা মাঙখ্রিবা লম পূম্নমক অমুক হন্না লৌশিনবা ঙমলে।

খণ্ডক্তৈদনা চাউনা লালহৌবকাখবা অসিদগী ব্রিটিশশিংনা শাথিববা অকিবা অমদি থোংনবে । অকিবা অসিগী মথঙ্গা কানপুরদা ব্রিটিশ মচা কয়া তম্থনা হাংখিবগী, লক্ষ্ণৌ লৌশিনখিবদা তুজুংনংঙৈ ওইবা থৌদোক কয়া পাখংথোকাখবগী অমসুং নুপী অঙাং কয়া পংহাংবা হাংখিবগী অশাংবস লৈবিবনি । মসিদগী ব্রিটিশশিংনা লমন খল্লকপা হায়বনিংঙাই লৈতনা তমাথাখি । পঞ্জাবতগী লান্মী কৌবগা দিল্লী অমুক হন্না লৌশিনবগা মথম পম্মমঙা অক অখঙগী ঈবাং শন্দোকই । ঈবাং অসি নাদিব শাহনা ঙৌখবা ও হৈনবগী নংখ দৃগা পাংখক ৩১, শহর শদ ইংগে থনা থুমহংলে ব্রিটিশ শাসন হাংখোকখবা মফমশিং কানপুর, লক্ষ্ণৌ এলাহাবাদ অমসুং অতৈ শহর বয়াদা লাপা নপা অমসুং অঙাং মশিং লাকখমদনা শা নগ হাংপশুম হাংলে । শহরশিং অসিগা নক্না লৈবা খুঙ্গংশিং মবম হলে লৈতনা মৈ থাদোকই । ফাববা সিপোইশিং ফিল্ডগন্না কাপ্পুনা নংত্রগা সংগিল্লা খনদনা হাংতোকই । বাহাদুর শাহ বর্মাগী রেঙ্গুনদা লোই থাবে, মচাশিং লোয়ননক নংশি হৈতনা হাংতোকই । ব্রিটিশকী চাউববা অবোইবা খে ঙজং অমনা বার্কাদগা তান্তোবকপা বানীনা তান্তিয়াগা লোয়ননা খর্গলযব লৌশিন্নবা হোংনবক্লে । ১০৫৮ গী জুন ৭ দা নুপাগী ফিজেৎ শেৎলগা শগোল তোংদুনা অবোইবা লাং খাংনবল্লগা বানী শীখ্রে । তান্তিয়া নাপ্থোকখি, অদুবু মমেদা ফাবগা ফাঁসী তৌদুনা হাংখ্রে ।

ব্রিটিশকী যোংদ্ধিংদগী নাপ্থোক্লবা পাক চাউনা ইহান হন্না হোৎনবিবা অসি ভারতকী হাতহাস তা যাম্না মরু ওইবুং লালহৌ অমনি । অদুবু লালহৌবশিংদা পৃক্কিং ঝৌংখংনাখবা অরাংবা মদশা অমনা নংখিদে, চমগী মখোযবু ওৎলিবা ব্রিটিশ মচা শাসক তুকচ্চখবা অদনা ওইখি । মোগলশিং না পাল্লিংঙ মতমদসু লালহৌবগী ঈবাং লৈখনব নত্রে, অদন মোগলশিংদ মখোযনু মখা তান তাখিখিদে । মবম অদুনা নম্পংগা মখাদব লৈরবাদ, হন্নগুম্মা লৈবা ঙমগনি হায়না নীংনখবনি । মখোযগী পাংদমদি হনৌবা ভারত অমা শেমগৎপা নংখিদে, অবিবা ভারত অদু নৌনা হংগৎনবা । মবম অসিনা মখোযনা মায়থীখিবদা ভারতকী পরম্পরাদদি শাথিনা শোকহল্লবনি । অদুব, মখোযনা মায়থীজববসু, ব্রিটিশশিংগী মঙক কনাবা শাজংতাদ চংথোং অমা পাবে । শাসন পায়াবলগা পায়দনগগী মবক্তা অনৌবা ঈবাং অমা লাক্লবগী ফীভম শাগৎখ্রে ।

৩

# ব্রিটিশ ক্রাউন্না মখা তাথরকপা

## (১৮৫৮-১৮৮৫)

অচৌবা লালহৌ (গ্রেত বিভোল্ট) অসিনা কম্পনীবু মৎহনখিবা যাবগী মতমদা লাক্লবদা ব্রিটিশ সবকাবনা হকথেংননা চংশিল্লকলে । মখোযগী "ইন্দিযা হাউস" শেমজিন শাত্তিনবা হাল্লে । ১৮৫৮ গী ওগষ্ট তাং ২ দা ইষ্ট ইন্দযা কম্পনী মুৎথৎলগা লগুন্দা লৈবা "সেক্রেটবী ওফ ষ্টেট" তা কম্পনীগী দাযত্ব পুম্নমক শিন্নবে হাযনা ব্রিটিশ সবকাবনা লাউথোকলে। ভাবতকী হান্নগী থবক পুবন্মশিং অযাম্না যাওববা "ইন্দিযা কাউন্সিল" অমনা সেক্রেটাব ওফ ষ্টেটপু তেংবাংগনি হাযবে। লোযননা গভর্নব জেনেবেলগী ঈজ্জৎ হেন্গৎনবগীদমক ভাইসবোই হাযবা মীংথোল অমসু হাপাচনলে । মসিনা ব্রিটিশ ক্রাউনগী লন্নাই ৬মথৎ ওইহল্লে । অস্মা মহাবানী ভিক্টোবিযানা ১৮৭৭ তা ভাবতকী সম্রাট ওইবে হাযনা লাউথোকখিবদগী ভাবত অসি ব্রিটিশ সাম্রাজ্যদা যাওহল্লে । চহী অসিগী নভেম্বব তাং অমদা মহাবানীনা লাউথোকলে :

(ক) ভাবত্তা লম লমগী ওইবা ওথোবিটি অমত্তনা ধর্মগী থাজনবা কযাদা অমসুং প্রজাশিংনা লাইনিং লাইশোন তৌজবদা কবিগুম্বা মখলগী খুৎ থিংজল্লোইদবনি, কবিগুম্বা থিংজিল্লম্লবদি মদু ঐখোযগী খ্বাইদগী হেনবা পূক্নিং নুংঙাইতনিংঙাই ওইগনি ।

(খ) ভাবতকী নিংথৌমচাশিংগা তৌনখিবা সন্ধিশিং অমসুং থবক চংশনমিন্নখিবা পুম্নমক ব্রিটিশ সবকাবনা চেকশিন্না ইকাইখুম্নবি ।

(গ) ভাবতমচাশিংদা মখোযগী "মহৈমশিং, থবক ঙম্বা অমসুং পূক্নিং চেৎপা" থাক অদুগী মতুংইন্না লৈবাক শাসন তৌবগী থবক্তা যাওহন্নবগী খুদোংচাবশিং পীগনি ।

(ঘ) ভাবত্তা শান্তি ওইনা ইন্দষ্ট্রি চাউখৎহন্নবগী অপাম্বা থম্মোযশেংনা ফোঙদোক্লি ।

তাইশিন্নবগী পোলিসিশিং অসি "গ্রেত বিভোল্ট" না ব্রিটিশশিংদা তম্বীখিবা পাডা অদুদা যুম্ফম ওইখিবনি । বেঙ্গল আর্মিদা সিপোইশিংগী ধর্ম শোকপা ব্রাখল্লোন ঙাওথোক্লুবদগী ব্রিটিশবাজগী মাযোক্তা লান হৌবকখিবনি । দালহৌসিনা ভাবতকী নিংথৌমচাশিংগা তৌনখিবা সন্ধিশিং থুগাযকবদগী নিংথৌমচাশিং অসিনা লালহৌবদা

মকোক চিংলকখিৰবনি । মৰম অদুনা সম্বিধান ইকাই খুমদুনা থম্বা তাখিৰবনি । নোংচুপলোমগী মহৈমশিং তম্লুববা মীওইশিংনা মফম ... লালহৌবগী ঈবাংদগী থাপতোক্কা লৈনখি । মখোযবু সাম্রাজ্যগী শাসন পুবদা যাওহনবা তাবি, কম্পনীগী শার্ভিসতা ফংলম্বা খুদোংচাবশিং হেন্দংহনবা তাবিৰবনি ।

তশেংবদি, কম্পনীগী মখুত্তা ক্রাউনা শীল্লক্লিবা অসি ভাৰত্তা ব্রিটিশকী খুৰম হেন্না চেৎশিনহন্নবনি । ব্রিটেনগী মনুং অমসুং মপান্দা লৈবিবা মহাবানীগী এজেন্তশিংনা মহাবানীগী পোলিসি অদু ইঙ্গববসু মশা মশাগী চাউৰ চাউববা মগু কয়া মগুনখি, মক ওইনা ভাৰতকী প্রজাশিং অমগা অমগা যেংথিনহল্লগা সাম্রাজ্যগী সবকাব অসিগী মাযোক্তা পূন্না হৌবকপা ঙমদনবা থৌশিল থৌবাং ঙাক্তা ওইখি । মসিবু ইংবাজীদা "দিভাইদ এণ্ড রুল" হায়না খঙনে । অনৌবা বাখল্লোন অসি হেক হেক থবক ওইনা কয়াবক পাঙথোক্লুৰবনি । অদুবু ভাৰ তা চলাইবিবা ব্রিটিশবাজ অসিদদি যাম্না হৈশিংনা, মতৌ ইমান মালহন্দনা শাফ কন্না থবক ওইনা চংশল্লকখি ।

খুদম ওইনা, ভাৰতকী নিংথৌপানবা লৈবাকশিং ভাৰতকী অতে মফমদগা তোপ্না লৈহনলে মখোযগী শাসনগী থবক্তা খুং থিংজিনদ্রে। আর্মি নৌনা শেমগৎপদা বাঙনা তগী মফম লৈহনদ্রে, "মার্সিয়েল ক্লাস" হায়না তোপ্না থমদুনা মাযামগী মবক্তা মগুক লোন্না চৎচবা মীশিংগীদমক যিদা কন্দুনা থমলে । সিভিল এদমিনিস্ট্রেসন শেমজিন শানবদা কাঙলুপ খবক তাম্না ওকহ, কাঙলুপ খববুনা থৈদোক্তুনা থমই । মহাবানীগী লাউথোকখ্রবা পোলিসি ষ্টেটমেন্টতা বমদ খুং থিংজিল্লোই হায়জববসু হিন্দু মুসলিম অনীগী মবক্তা নুংঙাইহনহন্দনাবগী চবান্দি তপ্পা তপ্পা অসম শাগংলকই । অহানবদা বাহাদব শাহনা 'হেডিবেভোন্ট' ঃ মাগা অযাবা উংখব, লোযননা মৌলবী কয়ান লালহৌবাশিংগী পুক্লিং থৌগৎখিবা মতমদা ব্রিটিশনা হিন্দূশিংগী মাযগেদা লৈখি । মমৈদা হিন্দুগা লুচিংবা খবনা ব্রিটিশ শাসনগী মাযোক্তা অসম অসুম লৈবক্লবদা ব্রিটিশনা অমুক মুসলিমশিংগা লুননা চান্না থৌশিন্নখ । মুসলিমশিংবু হিন্দুশিংগী মাযোক্তা লৈহনবা উমখ । পোলিসি অসি লিশাং শিংনা অসুম চত্থবকই । মমৈদদি কনি ওইবকপা, কানংঙাইনি ।

ভাৰতকী নিংথৌমচাশিংদা মহাবানা ভিক্তোবিযানা পুক্লিং থিংজিল্লকখিবদি মখোযগা মকপ শান্নিংখিৰবনি । মতম অদুদা ভাৰ তা নিংথৌ পাল্লিবা লৈবাক ৫৬২ নি, ভাৰতকী অপূনবা লম পুম্নমক্কী শরুক মঙাগী মনুংদা অনী ওইবিবনি । নিংথৌমচাশং অসিনবু যাবর্দি ব্রিটিশবাজদি শোযদনা মবা চেৎলগদৰবনি হায়না খনাখৰবনি । মৰম অসিদগী

মখোযবু থেমাজনবা ঙাখি । মখোযগা কম্পনীগা তৌনখিবা সান্ধ পুম্নমক ব্যবহার তৌবগা মখোযগী থাক ব্রাংহল্লে, খুদোংচাবা কযা হকথেংননা ব্রিটিশকী ক্রাউন্দগী ফংবা ঙমহল্লে, মখোযনসু ক্রাউন্দা ব্যবহাব উৎলে। পোলিসি অসিনা অমুক ভাবতপু অনী থোকহল্লে ব্রিটিশ সবকারনা হকথেংননা শাসন তৌবা "ব্রিটিশ ইন্দিযা" হাযবা অমা, অদুগা অতোপ্পনা ফিউদেলিজম যোকখৎতুনা "প্রিন্সলি ইন্দিযা" হাযবসিনি ।

যীভম অসিদগী নিংথৌমচাশিংনা মবাই যাম্না হাইগৎপা ঙমলে । ব্রিটিশনা মখোযদা বাংল ব্রাংলবা মিংথোল কযা অখাকপা লৈতনা পীবে । খুদম ওইনা "দৌলত ই ইংলিশিযা" (ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী মবল) "ইন্দব মহিন্দব" (লাহশিংগী লাই) অসিনচিংবা। মসিগী মথক্তা মখল কযা থোক্লা ইকায খুম্নবে । মখোয অদুগী মনুংদা খ্বাইদগী মক ওইবদি চেকশিন্না শেমশাববা মখল কনাগী "ফিল্ড গন সেলুত" (নোংমৈ কাপ্পুনা খুকস্বা) ৯ দগী ২১ যাওবা অমমমতা ওইনা পীবে । লোযননা, "গ্রেত বিভোল্ট" কী মতমদা ব্রিটিশকী মাযগেদা লৈখিবা নিংথৌমচাশিংদা শেল ওইনা নৎত্রগা লম ওইনা পীদুনা মনা মথুম কযা যংহল্লে । অসম্না "প্রিন্সলি ইন্দিযা" না ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী মতিক মঙাল লৈববা সম্প্রি ওইহল্লে ।

অদুমকপু নিংথৌমচাশিংদা পীবিবা শক্তি অসি অকক্লবা মওংগীনি । মনাক মনাক্তা ব্রিটিশ বেসিদেন্ত থম্লিবনি । মহাক ভাইসবোইগী মীহুৎনি, অদুনা ক্রাউনগীসুনি । হাবম খুদিংদা মহাক্লা পাউতাক পীবা ঙম্মী, লমজিংবা ঙম্মী । মক ওইনা যম্বাল কাবগী মতাংদা যেৎনবক্লবদি মহাক্লা বিচাব তৌই, শাসন নীংথিনা তৌবক্তগনা আইন শেম্বা ঙম্মী । শাক্ত অসি চলাইবকপদা, কবিগুম্বা মতাংদা নিংথৌমচাশিং মথবায পান্দবা লাহধীগুম্না লেবা ঙাখি । মতাং অমদাদ নিংথৌ মথম লৌথোক্লবা হোৎনখিদবসু নত্তে । ১৮৭৬ তা বাবোদাগী গাযক্বাদনা বেসিদেন্তপু হু পীডদনা হাৎকে তৌকবদগী মথম লৌথোকখি । অসি তায হাযদুনা নিংথৌমচা লোগনমক লাইধী ওনখ্রে হাধবাদ নত্তে, অযাম্বনা বেসিদেন্তশিংগা নীংথিনা লৈমন্নাখব নাওাব, বোসদেন্ত অযাম্বসু ব্রিটিশবাজদা হকাহবা তৌবক্তগদি নিংথৌমচাশিংগা থনক্তা খুৎ থংাজন্নদে । নিংথৌমচাশিংনসু দাযিত্ব যাওদনা থবক থৌবম চথনদে খুদম ওইনা বাবোদা অহসুং মহিশুবগী নিংথৌশিংনা প্রজাশিংগী যাইফনবা হোৎনে, অবব অমসু অনৌবা গুন কযা পুনশিন্দুনা অনৌবা সংস্কৃতি যোকখৎনবে ।

নিংথৌমচাশিংবু লৈতাহনবা হাযবসি যাম্না চাউখ্রবা থবক অমনি । মসিগী মথক্তা অনৌবা ব্রিটিশ সবকাব আসনা অকনবা লাম্নাগী মগুৎ শিন্নিগুহ অৎে অমা লৈতে

হাযবসিদসু যাম্না খোযজংখি । মমৈদদি লান্মী নত্তনা অতে উপায় লৈবোইদৌবিবান । মতম অদুদা বেঙ্গল আমি লৈতবগুমাখ, নৌনা শেমগৎপা তাখি । "ডাযবা ইনবা" লান্মী তঙাইফখিদে । থবক অসিনা খ্বাইদগী মাঙুজিন থাবা তাখি । মখা তাবকপনা অমুক "দিভাইদ এণ্ড রুল" শাজিনবা তাবকখি । মখাগী থবকশিং অসি ব্রিটিশনা খুমাং চাউশিন্না হোৎনবক্কে :

(ক) "গ্রেত বিভেল্ট" তা যাওখদবা মী কাঙলুপ খবব "মার্সিযেল ক্লাস" হাযখ্রে, যাওখবা নংত্রগা মতেং পাংখিবশিংবুনা "নন মার্সিযেল ক্লাস" কৌখ্রে । মসিনা মবম ওইদনা ঊড াপ অমসুং বিহারগী ব্রাহ্মন অমসুং রাজপুটশিং অনৌবা বেঙ্গল আর্মিদা যাওবা যাহনখিদ্রে, অদুগা গুর্খা, পাঠান, শিখ, পঞ্জাবকী রাজপুট অমসুং জাট-কাঙবুশিং অসিবুদি হবাওনা লৌশিনখ্রে ।

(খ) নৌনা লৌশিনবা অসিদা বাঙলুপ, জাৎ নংএগা এাইব এাইবকী ওইবা বেতালিযনশিং হান্নগুম্না শেন্নবসু, ব্রিগেদ অমদা কাঙলুপ, জাৎ নংএগা এাইবকী ওইবা বেটালিযন অনীদ পুন্না যাওহনবা যাখিদ্রে ।

(গ) বেটালিযন খুদিংদা বাঙলুপকা, জাৎকা নংত্রগা এাইবকী ওইবা চাউথোকচবা শাখল অমংবা লৈতনা যোকখৎচববসু, ভারতপুম্বগী লান্মী "ইন্দিযান ক্রুপ" তা মপানগী ওইবা ঈাথন, এবব কাগজাশং যাওনা, চেকশিন্না চংহন্দনবা শেমশাখ্রে ।

(ঘ) সিপোইশিংনা লানহৌবক্তনবা অতে চেকশিন থৌবাং কযাসু পাযখৎখ্রে । ব্রিগেদ অমদা বেটালিযন অহুম লৈবগা মন্যংদা অমদি ব্রিটিশকী শোযদনা ওইহল্লে, অতে অনাদনা মখোযব তাক শিন্নবা । লোযননা ভারতমচাগী বেটালিযন কাঙলুপ বযা পুনাশনাখবা অদুগা মবঙা নুংঙাইনদবা লাক্লবসু ব্রিটিশ বেটালযনবু যেংশিনহল্লে ।

ভারতমচা অমঙা ভাইসরোইগী কমিশনগী থাক্তগী তেঙ্গৎপা বেঙ্ক ফংহনখিদে । বেঙ্ক অসিদি খ্বাইদগী নৌনা চংলকপা ইংলিশ অমনা ফংবা যাবা বেঙ্ককী মখানি ।

(ঙ) তোপকী ইউনিত পুম্নমক ব্রিটিশ লান্মীগী মখাদা থমখি ।

মথক্কী চৎনবোল অসি মাদ্রাজ অমসুং বোম্বে আর্মিদসু চৎনহনখি, অদুবু যাম্না কুপশিনখিবাদ নংখিদে । অসুম্না, চহী মঙাগী তেল্লবা মতমদা যাম্না অরাংবা থাক্কী থাজনিংঙাই ওইববা লান্মীশিং শেমগৎখি ; অদুবু "মার্সিযেল" অমসুং "নন-মার্সিযেল" হাযবা মীৎত্রংগী খেন্নবা অমা থমখিবা অসিনা জাতিগী ওইবা লান্মীদি ওইবা

ঙমখিদে, শুপ্পগী কাঙলুপকী ওইবা লাম্মী ফাওবদি ফজনা শেমগৎখি । মীৎত্রং অসি ব্রিটিশ শাসনগী অবোইবা মতম ফাওবা থমখি । মসিনা মবম ওইদুনা হউ: পি. অমসুং বিহাবগী অৱাংবা থাক্তা লৈবা হিন্দূশিংগী মচা মশুশিংনা লাম্মীগী থবক্তা চংশিনবা ঙমহনখিদে ।

কম্পনীগী মহুৎ ক্রাউন্না শীল্লকপা অসিদা সিভিল এর্দমিনিস্ট্রেসনগী থবকস্ অনৌবা ফীভর্মশিং অসিগা চুশিন্ননা শেমগৎলকপা তাখি । মী মিলযন চন্থমগী শাসন তৌবা সবকাব অমত্তনা মমাঙদা তৌথিদ্রিবনি । মবম অদুনা এর্দমানস্ট্রেসনগী "নেটৱার্ক" য়াম্না থুনা পাইখৎখি । নেটৱার্ক অসিবু ষ্টেটুতবি সিভিল শার্ভিস হায়না খঙনদুনা মিং চনবগী থবক যাংশিল্লক্লে । ১৮৭০ দা মেম্বব ৯১৬ শুবে, ভাবত শীনবা থুংনা থবক নীংথিনা পাঙথোকপা হৌবক্লে । মেম্বব খর্বদি থবক কন্না শুবদা, লৌশিং লৈবা থবক চৎথবকপদা অফবা মিংচৎ ফংনবক্লে । মখোযগী শক্তি যাম্না কনখৎলকপদগী ইন্দযান সিভিল শার্ভিস অসি ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী যোৎকী ফ্রেম্যান হায়নবক্লে । অতৈ ভাবতপুম্বগী শার্ভিস-ইন্দিযান পুলিশ্, ইন্দিযান ওদিৎ এন্দ একাউন্তস্ অসিনচিংবসু ইন্দিযান সিভিল শার্ভিসকী মতৌগুম্না থবক ফগৎলক্তুনা লৈবাক পুম্নমক অসি মমাঙদা অমুক্তা ওইর্থিদ্রবা এদমিনিস্ট্রেটিব ইউনিটি অমা যজনা পুবকপা ঙমখ্রে ।

মতুং তাবদা প্রোভিন্সিয়েল শার্ভিসশিং মরুওইনা বেভেনিউ অমসু, জুদিসযেল শার্ভিসশিং অসিসু মবা চেৎশিনহল্লে । আইনগী শাংলবা পাম্বোম লাপখ্রবা খুঙ্গংশিংদা যৌহনবা ঙমখ্রে, কোর্টশিং মীযাম্না থাজনবক্লে । ১৮৬১ দগী গভর্নব জেনেবেলগী কাউন্সিলগী আইনগী মেম্বব টোমাস বেবিংটন মেকোলেনা চহী কযাগী মমাঙদা শেমলম্বা "ইন্দিযান পেনাল কোদ" তা জুর্দিসযেল সিস্তেম শেমগৎখ্রে । ভাবতকী ওইবা চৎনবোল যেংদুনা ইংলিশ আইনগী নিযমশিং পানশিন্দুনা ইন্দস্ত্রিগী পোৎথোক নীংথিনা লৈহল্লে । মেকোলে মশানা হাযবম্বগুল্লদনা "নহাক্লা হেক ফংবমখৈ মওং মান্নহল্লু, তৌবতদি শুকশোয় শোযদনা" হাযবা পান্দম চপচানা থমখ্রে । মেকোলেনা তশেংবদি ভাবতকী আইনগী "স্ত্রকচব" নীংথিনা থম্বীবল্লে, হৌজিকফাওবা হোংদোক্তনা অসুম লৈবিবসিনি ।

শেমগৎলক্লিবা চাউববা থবক অসি বেলৱে অমসুং ডাকঘবগী মতেং যাওদনদি ওইথোক্লক্লোই । ১৮৭২ দা বেল লম্বী কিলোমিটব লিশিং নিপাল শাংনা প্রেসিদেন্সী তাউনশিং- কলকাতা, বোম্বে অমসুং মাদ্রাজ শম্নহনখ্রে । টেলিগ্রাফ অমসুং ডাকঘবগী

থবকসু হেন্না মপূংফানা শেমগৎলে । অদুবু বেল অমসুং ডাকঘবগী থবক অনী অসিনা ব্যুবোক্রেসীগী মবন্নাই অনৌবা মযোলসু চোংখৎহনলে, মখোয মখোযগী থৌবাং মশা মশাগী অনীংবা মতুংইন্না শীন্দোকনবে । বেলবে অসি লন্নাই ব্রিটিশ কম্পনীশিংগী ওইজববসু থবক্কী মতাং লাকপদদি "অর্ফিসযেল এদর্মিনিস্ত্রেতিব স্ত্রকচব" গী তঙাইফদবা শকক অমা ওইবে ।

চৈবক অসিদা নোংচুপলোমগী মচৈ মশিং তন্নুববা ভাবতমচাশিংদা থাক হন্থবা থবকশিং শুহনবদা থোযনা অবাযবা লৈববোই হাযনা খন্নবক্লে, মবমদ শাসনগী থবক অসি যাম্না পাব চাউবক্লে । "প্রেত বিভোল্ট" কী মতমদা মখোযনা হাযবা ইনাখবা অদুনসু থোযনা কাযবোই হাযবা প্রমান তৌখ্রে । সবকাবগী অযবা থবক পীবা অসিনা মখোযগী শোয চামদবা অমসুং ইজ্জৎ শোযদনা হেঙ্গৎযম থোকপানি, মবমদি অতৈ মযমদা অহৌবা থবক মবাং কাযনা হংনদে । সেন্তব অমসুং প্রোভিন্স অনীমক্তা এদমিনিস্ত্রেসনগী থবক মচ মচাশিং ভাবতমচাশিংদা অসুম্না লাঙ্খোকপা হৌবক্লে । অদমকপু মসি থৌজালগা হবাক্ত লৈহৌদে, মবমদি অসিগুম্না থবক মচা তৌবিনবা হ লিশমচা মতম অদদা লৈখদে ।

অনৌব ফৌবা আসনা ব্রিটিশবদগী থবক যাম্না যগৎখ । পান্দমদি যাম্না কল্লখি, শুপ্রগী খাজনা কোমিজিনবা অমসুং শান্তি লৈহনবা অসি তান । শান্তিদি লৈবে । হদব্ পজা মাথামগী যাযফনর্বদি ব'বগু খমাং চাউশিনবা ঙমখিদে ।

সবকাবগী আয় লৌবুক খাদগী খাজনা তাম্না লৈবম্বা অদুনা ওইখি । কম্পনীগী মতমদা খাজনা মাম পোং ওইনা লৌখৎপগী মহুক্তা শেল ওইনা খোমগৎপা হৌবল্লবনি । খ গনাগি চং হংহাং হ দনা যম্ন অমা লৈএগা মতম মতমগী মতুংইম্না হোংদোক চা ভিন তৌখিবা, মতাং মতাংগা মতংইন্না চংশিনখি, অদুবু লৌ লোক্তবা মতাং লমগা খাজনাদি শাযবা থাখিদে । ক্রাউন্না যেংশিন্নদনা লৈখিবা যবেপ অদিনা অকক্ক বা মতমদা অকক্কবা খাজনা সবকাবনা যংবা ঙমলে । তৌবর্তাদ মসিনা লৌউবাশিংদা অকনবা শাথ অমা ওইবে । খাজনাগী চাং অবেপ্পা থমদনা অসুম হেঙ্গৎলকপা, লোযননা লৌবোক নীংথিনা লোক্তবা মতমর্দদি লৌউবশিং মকোক্তা মখুৎ হাপলে, অতৈ লম খবদনা লৌপুশিংবু তাইনহন্দুনা খাজনাগী চাং লেপ্পা লেপ্তবা যেংদনা নমদুনা অদুম খোমগৎহনল্লি ।

থৌদৌ অসিনা লৌপুশিংগী যাযফবা ওইবে, সবকাবগীসু নীংবা থুংলে, লৌপুশিং সবকাবগী থাজনিংঙাই ওইবা কাঙলুপ (ক্লাস) অমা ওইবে । মসিদগী হেন্দোক্লনা

লৌপ্‌পাশিংগা সম্পাত্তগী অধিকার অকাই অতোই লৈহন্দনা থমলে। ওনবেবি মেজিস্ট্রেটকী ফম ফাওবা অখাকপা লৈতনা লাম্থোকলে। "গ্রেত বিভোল্ট" কী মতমদা ওৎনৈবিখিবা " তালুকদারশিং" , " জামিন্দারশিং" ফাওবা মশা মশাগী লম অমুক হঞ্জিনবিবে। অসুম্না, সাম্রাজ্যগী শক্তি লৈববা যুম্বীবেন কয়া য়ৎনা শাগৎলে।

মবক অসিদা মীয়াম্না শীংথাবা ঙমদনা অৱাবা কয়া মাযযোক্লখি। "গ্রেত বিভোল্ট" কী মতুং তারকপা চহী ১৫ অসিদা পাকচাউনা চাকতাংবা মঙাবক থেংনখি, মী মিলিয়ন কয়া শিখি, খরদি সরকারনা মতেং পাবিখিদবদগীনি। মবম আসদগী খ্বাইদগী হেন্না শাথিখিবদি ১৮৬৬ কী উরিষ্যাগী চাকতাংবা অদুনি; মীশিং শকক মরিগী মনুংদা অমা হেন্না শিখি। ১৮৭৬ ৭৮ দা থোর্কখিবা দক্ষিনাত্যগী (দেক্কান) চাকতাংবগী শাথিববা অৱাবা অসিগী মব- ওইবা মরমদি মীয়াম্না লৌউবগী শিনফমদতা মাযওনশিনখিবা অসিননি, মী খবতা ওইববসু ইন্দস্ত্রিদগী মতেং ফংবা ঙমখিদবনি।" ব্রিটিশ মহাবানীনদি ভারত্তা শান্তি ওইবা মওংদা ইন্দস্ত্রি চাউখৎহন্নিংবগী অপাম্বা ফোঙদোকখি। লম্বী থোং অমসুং বেলরে লৈবাক শীনথুংনা লৈহল্লবসু ভারত্তা লৌবিবা মতাক্কী সরকারনদি ওন্নতৈননা থবক চৎথখি, শুপ্পগী ব্রিটিশ ইন্দস্ত্রিখক্কুংদা মখোযনা মীৎযেং থমখি। কম্পনীনা রেষ্ট ইন্দিজদগা ব্রিটিশকা ইন্দাস্ত্রিভৌবাশং, মখোয অযাম্বদি মীনাই লল্লোনবনি, কৌথোক্লুনা বেঙ্গলদা নিম থানবগী থবক পাযখৎহনখি। মখোযনা মায পাক্লা থবক চৎথখি, অদুবু গুজরাটকী নিম থারশিংদি মখুৎ হামদুনা লৈবা তাখি। ব্রিটিশশিংনা লোন্না চৎথখিবা থবক্ত নিম থাননবা নেল্লিবা মীওইশিং অদু শাথিনা ওৎপিনৈবিখিবা অদুনি, ওৎনৈবগী চাং হেনমনখিদুনা ১৮৫৯ দদি হিংসাগী "বিভোল্ট" থোকহনখ্রে [illegible]

[illegible]

[illegible]

ভারতকা ইন্দাস্ত্রন লাপ্পবসু লাপ্পা খৈ [illegible], অদুনা ব্রি[illegible] মহাশিং[illegible] ভারতকী ইন্দস্ত্রিবু কবেম কথাইননা পূক্লিং থৌগৎপাখদে। অসি ওইজববসু ভারতমচাশিংনা মবন্নাই প্লান্তেসন ইন্দস্ত্রি তৌবদা কান্ননিংঙাই অদুম লৈবনি। অদুবু মায়গৈ অসোমদদি অঙৌবা জাতিগীদমক অদুম ঙাক শেন্দুনা ব্রিটিশনা থমখিবনি। হান্নবা ১৮৫৪ দা কম্পনীনা চা থাবা যাবা অফবা লম একর ৩০০০ আসামদা শেল অমত্তা তিংদনা ব্রিটিশ প্লান্তরশিংগীদমক খাক্লুনা থমখ্রবনি, মপান্দা চা থাদোকপা যাননবগীদমক সাম্রাজ্যবাদীগী সরকার অসিনা অসুম্না ব্রিটিশ মচা খবগী শেঙ্গাউ যাম্না

চোলহনখি । চৎথাবিবা মওংদি চাগী ইন্দস্ত্রি অসিদা শীজিন্নবিবা ভাবতমচা খবক শুবশিংদি (লেবব) কুলিনি, থবক কাহেন্না শীজিন্নখি, শেলনা মমিংতা ওইনা খজিক্তমক পীর্বাখিবনি । অযাম্বা শাথীনা নীংবা কাযদুনা লোন্না চেস্থোকনখি । অসুম্না বেঙ্গলগী লিমোনগী ইন্দস্ত্রিদসু অসি মঙাই । মবাইবক থীববা ভাবতমচা কযানা মখোযগী স্কোটিশ মাস্তবশিংনা ইনাকখুন্ননবগীদমক শেগাযববা থাংপোক মখাদা পৃক্লিং ন্নুংশিনিংঙাই ওইববা খুংশুমন খজিক্তংগীদমক ওন থোইনা থবক শুজখিবনি ।

লাহবক খজিক্তং ফখিবদি জামসেৎজী নুছববানজী টাটা থোবকপদগী ভাবতনা লশিংগী ইন্দ্রস্তিদা অচেৎপা খোঙফম মচা অমদি ফংবা ঙমখ্রে । ১৮৭৭তা নাগপুবদা মহাক্লা টেক্সটাইল মিল অমা লিংখৎখি । মিল অসি চাউই, অনৌবা মেছিন থমখি, হান্নদি অসিগুম্না অমত্তা লৈবমদে, ফি মমলহোংনা, চাং যাম্না পুথোকপা ঙমখি । মাযগৈ অসোমদা মায পাক্লকপা অসিনা থৌনা হাপ্তুনা মিল কযা মথং মথং- অহমদাবাদ, বোম্বে, শোলাপুব অমসুং মাদ্রাজদা লিংখৎনবকখি । ওইবক্লিবা ফীভম অসিদা লাঙ্কাশিযাবগী টেক্সটাইল কাববাবব্রালা অচৌবশিংগী মোনোপোলি থুগাযবক্লে, মখোয শাউবক্লে । ভাবত সবকাবনা হান্না লৌবম্বা ডিউতি (পোৎ পুশিল্লকপগী খাজনা) অদু লৌদনবা তক্লবক্লে; লৌসু লৌথোকখ্রে । খোঙথাং অসিনা ভাবতকী নৌনা পোৎথোক পুথোকচবক্লিবা মিলশিংদা অকনবা চৈফু পীখ্রে, লোযননা সবকাবগী আযসু ফনা যাম্না হন্থহনখ্রে । ব্রিটিশ ইন্দ্রস্ত্রিযেলিস্তশিংগী যাযফনবা হোৎনবদা মহাবানীগী অপাম্বা থৌশিল তৄংওইনখ্রে ।

এদম্মিনিস্ত্রেসনগী মাযগৈদনা ভাবতমচাশিংদা মযায ওইবা থাক্কী থবক পীবিববস্ মহাবানীনা পামজখিবা "মহে মশিং, থবক ঙম্বা অমসুং মপুকচেল চেৎপা" হাযবা শুণশিংগী মপান্না ভাবতমচাশিংনা খ্বাইদগী বাংবা থাকফাওবা যৌবা ঙমগনি হাযবদুগী ওন্নতৈনবদা 'ব্রিটিশবাজনা থবক চৎথখি । ১৮৬১ দা ভাইসবোইগী লেজিসলেটিব কাউন্সিল অদ আথিসিযেল নংতবা মী তবক হাপ্পবা পাকথোক চাউগোকহল্লি । অদুবু হাপখিবা মীওইশিং অদুদি শুকযেৎ যেৎলক্লবোই হাযনা হান্না খঙদোক্লবা মীশক চাক্তনি । অদুগা সু মথক্তা কাউন্সিল আসমক এদভাইজবী যেদীনি, ভাইসবোইনা মব্রা লৌদবসু যাবা, অসুম্না ব্রিটিশবাজদা আইনশেম্বগী থবক্তা ভাবতমচাশিং যাওহনগনি হাযবগা থবক ওইনাদি পুমতো হোনবনি।

ইন্দিয়ান সিভিল শার্ভিসকী মী লৌবদা অঙৌবশিংনা লম অসিগী মীওই য়াওহন্নিংখিদে হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলে। মী লৌবগী কেন্দিদেট অমনা মশাগী চহী ২৩ দগী হেন্নবা য়াদে। ভারতমচা অয়াম্বা লণ্ডন তান্না চৎতুনা চাংয়েং অদু য়াওরব্বা ঙমদে। অদুমকপু ১৮৬৩ দা সত্যেন্দ্রনাথ টেগোর হায়বা ভারতমচা অমা য়াওরুই, খল্লকই। মসি ব্রিটিশরাজনা লম হেঞ্জিল্লকপনি হায়না লৌখি। তুমীন্না লৈথোকপা ঙমখিদে, চহী ২৩গী মহুত্তা চহী ২১ দা হন্থহনখি। অদুবু অমুকসু ১৮৬৯ দা সুরেন্দ্রনাথ বেনর্জি হায়বা ভারতমচা অসিসু মায় পাকলক্লে; অদুবু ব্রিটিশরাজনা নমথাক কয় তৌরগা মহাকপু চহী অহুমগী মতুংদা থবক তোকহনখি। ১৮৭৬ তা অমুক চহী ২১ দগী ১৯ দা হন্থহল্লে-পান্দমদি শার্ভিস অসি অঙৌবশিংগীতা ওইনা থম্বা অসিনি।

১৮৮৩ দা লৌশিং অমসুং জ্ঞাণ নীংথিনা লৈরবা ভাইসরোইশিংগী মনুংদা অমা ওইখিবা লোর্দ রিপোন্না লিবর্তি বিল কৌবা আইন অমা হৌদোকই। আইন অসিগী মতুংইন্না অঙৌবশিংবু বিচার তৌবদা ব্রিটিশ অমসুং ইন্দিয়ান জজশিং থাক মান্নমা থম্বনি। ব্রিটিশ লল্লোনবা কাঙলুপনা খুদক্তা লালহৌরে, সরকাববু খবরগী থোঙদা শীংনরে, মখোয়বু নমথবা ঙমদননবা 'দিফেন্স ওর্গেনাইজেসন' অমা শেমলে, ভাইসরোই ফাওবা নমদুনা ফাগে তৌরে। ব্রিটিশ আফিসিয়েলশিংগী থৌইন্সিন্নি খঙলবদা লোর্দ রিপোন্না বিল অসি অমুক শেমদোক শেমজিন তৌরে। ইন্দিয়ান জজনা অঙৌবশিংবু বিচার তৌবদি য়াগনি, অদুবু বিচার অদু অঙৌবা জজগী মশিঙ তংখাইদগী তাদনা শেম্বা "জুরী" না বিচাব চৎথগনি। শেমদোকখিবা অসিনা লিবর্তি বিল মমিংতা ওইনা অদুম লৈহল্লে।

ব্রিটিশশিংনা মখোয়না হেল্লি হায়বা ৱাখল অমা চেনখিবর্সি থাজবা অমদগীনি। থাজবা অদুদি মখোয় অসি আইন লৈতবা অতোনবা কাঙলুপকী মথক্তা শাসন তৌরুনবা লাইনা থারকপনি হায়বসিনি। ভারতকুম্বা মহাদেশ মচা অমা লাযনা জয় তৌবা ঙমখিবসি অসিগুম্বা থাজবা অসিননি হায়না লৌনখি। ৱাখল্লোন অসিনা "গ্রেত রিভোল্ট" কী অৱাবশিং অদু ময়ায় চমহনখি। পীকখ্রবা বঙ্গলো অমদা থবক মচা অমা তৌজরিবা, মরু ওইবা প্রোভিন্স অমগী চিফ কমিশনারগী থবক পুরিবা, সিংহাসন্দা ঙাম্বোইরিবা ভাইসরোই ফাওবা য়াওনা খ্বাইদগী পীকপদগী খ্বাইদগী চাউবা থৌদাং পুরিবা ইংলিশ মচা পুমমক্না মখোয়দি ঈশ্বরনা শাসন তৌরুনবা অর্মদি নমথরুনবা পোকহল্লকপনি হায়বা ৱাখল অসিনা তৌথোবকপা খুদিংগী লমজিং ওইখি।

# ৪

# ঈচীক হুন্না চৎথরকপা রিভোলুসন অমা

## (১৮৫৮-১৮৮৫)

বিটিশবাজনা অহানবদা মখোযগী য়ুম্ফম চেৎনবা হোৎনবিগৈদা ভাবতনা তুকথদুনা তৌফম খণ্ডনা লৈখি। অদুবু ক্রাউনগী মখাদা শাসনগী মওং অমাংং নোংচুপলোমগী মহৈ মশিং লৈবাক শীল্লকপদগী ভাবত্তা অহোংবা অমা চাউনা লাক্লে। নোংচুপলোমগী মহৈ মশিং তম্লববা কাণ্ডবুনা ভাবতকী ওইবা অপূনবা শক্তম অমা যাম্না থুনা শাগৎলক্লে। লোযননা মবৈবাক নীংবগী (নেসনেলিজম) বাখল্লোন মবা চেৎশিল্লক্লে, মওং কযাদা থবক ওইনা উৎথোক্লবক্লে। মমেদা ব্রিটিশবাজনা পামজবিবা নোংচুপলোমগী অব্রাংবা বাখল অদু মাণ্ডওইনবগা হজলাম অমসুং হিন্দূধর্ম অনীনা অমগা অমগা তোৎশিন তিনশিন্নবা থম্মোয শেংনা চংশিন্নবক্লে।

লাইবিক লাইশু তম্বীবগী মতাংদা নোংপোকলোমগী সভ্যতা মশক খণ্ডবশিংনা ভাবতকী হান্না লৈজবম্বা পবম্পবাগী মতুংইন্না চৎথগদবনি হায। মসিগী মাযযোক্তা অমুক ইংলিস সভ্যতা পাম্বশিংনা ইংবাজীগী মতেংনা নোংচুপলোমগী মহৈ তম্বগী থৌওং অসিনা হেন্না ফগনি হাযখি। কম্পনীনা মতম শাংনা যেৎনবিবা অসি তাশিন খণ্ডজিন্নদনা লৈথোকই। ১৮৩৫ দা মেকোলেনা হাযবকপদগী নোংচুপলোমগী শিক্ষা বোমদা থুনা যাংনা চৎথবক্লে। মসিনা কম্পনীগী থবক মচা মচাদা লৌশিনবা যাবা মীওইশিং শেমগৎপদা অচৌবা মতেং অমা ওইবগনি হাযনা খনাখবদগীনি। অদুবু মেকোলেনা ভাবতকী কলা, ধম, সাহিত্য অমসুং আইনগী পবম্পবা অসি শুকমুং মুৎলবোইদবনি হাযবসিদা থাজিব মী অমা ওইজবগসু বাফম অসি নাথৈবল্লগা "অনৌবা মহৈ মশিং" তমগদবনি হাযনা শম্পৎনা লোহশিনখি। থবক ওইনা চৎথবকপদা, "ওবিযেন্তেল কলচব" তুংওইনখ্রে, মশামক্লা হাযদোবকখি "অফবা ইউবোপিয়ান লাইব্রেবীগী কাখল অমখক্তংনা ভাবত অমসু অবাবিযা অনীগী মশাগী ওইজবা সাহিত্যগী অপূনবা পুক্লেদগী হেন্না মমল যাম্মা"। অমবোমদা, মেকোলেনা লৌথ্রবা ফবেপ অসিনা কম্পনীগী ব্রাবেপ ওইজখ্রবস ভাবতকী ওইনদি যাম্না ফববনি, মবমদি লৈবাক অসিনা অনৌবা যুগতা খোঙদাবক্লে।

কম্পনীগী অতোপ্পা ব্রাবেপ অমনা সবকাবগী থবক চলাইনবগীদমক অমসুং কোর্টতা শীজিন্নবগীদমক পার্শীগী মহুত্তা ইংবাজীনা "আফিসিয়েল লেঙ্গুয়েজ" ওইবগনি হায়না লাউথোকখিবা অসিনি। ব্রাবেপ অসি মুসলিমশিংনা যানিংখিদে। মখোযদি হায়সু নোংচুপলোমগী কলচব, মক ওইনা নোংচুপলোমগী এডুকেসন অসিনা পূম্নমক মাংথোক্কদৌবে, থৌশাফম শুকথোক থোক্কে হায়না লাউখোংদুনা লৈবিবনি। ১৮৩৫গী মমাঙ ফাওবদা বেঙ্গলদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা শন্দোবক্লবা মতমদা মখোযনা খৃষ্টিযান মিসনবীশিংনা অযাম্বা চলাইবিবা ইংলিশ স্কুলশিংদা চংদদুনা মখোযগী মাদ্রাসাশিংদা পৃক্লিং লুপ্তুনা লৈনবে। যীভম অসি অসুম চৎথবক্তুনা ১৮৩৫ গা মতুংদসু হেন্নদুম চেৎশিন্না লৈনবে। মবম অসিন্দগী অনৌবা সবকাবগী স্কুলশিংদা মুসলিম মহৈবোই ইলৈ লৈতবগুমলে।

অদুগা হিন্দুশিংদি স্কুলশিং অসিদা চযোম শাখি, অযাম্বনা লাইবিক তৈবা ইমুংশিংদগীনি, হান্নন্না মখোযগী শিনযমদি পাডমী, একাউন্টেন্ট, ওজা, লাঙ্গযেংবা অমসুং শাসনগী থবক্তা চংশিন্নখ্রবা ঙাক্তনি। মেকোলেগী বাবোলশিং যাববা মতুং চহী অহুমগী মনুংদা কম্পনীনা বেঙ্গলদা লিংখৎপা ইংলিশ স্কুল নিফদা মিং চনবগী অব্রাবা লৈবে। কলকাতা বুক সোসাইতিতনা চহী অনী ফাবাৎত্রিঙৈদা ইংলিশ তম্নবা লাইবিক ৩০,০০০ গী মথক্তা যোল্লে। ১৮৫৭তা কম্পনীনা লিংখৎখিবা কলকাতা, বোম্বে অমসুং মাদ্রাজগী বিশ্ববিদ্যালযশিংদা খুদক্তা মিং চন্নবা মহৈবোইশিংনা যোমলে।

সাম্রাজ্যবাদীগী সবকাব অসিনা সবকাবগী শেলথুমতনা অব্রাংবা থাক্কী মহৈমাশিং তম্নগী থৌবাং অসি নীংবা থুংনববোই খল্লকুনা প্রাইভেৎ কলেজশিং সবকাবনা শেলগী ওৎবা, খবা খবা পীবগা লিংখৎপা থাহনলে। ১৮৭০গী মতুংদদি অসি শুম্বা কলেজশিং অসিগী মশিঙনা সবকাবগী অমসুং মিসনবী কলেজাশংগী মশিঙদগী থুংমক হেন্দোকলে, ১৯ শুবা শতাব্দীগী অবোইবা শকক্তদি মেকোলেগী মঙলান অদুদগী যাম্না হেন্দোক্লা গ্রেজুযেৎ মশিঙ লাকঙমদনা পুথোক্লবই।

অসুম্না নোংচুপলোমগী শিক্ষা ফংলবা মীযাম অমা, অপূনবা মীশি, যেংলুবগদি খঙ্কক্তং ওইজববসু, লৈবাক শীনবা থুংনা লৈবক্লে। ইংবাজী লোন অমসুং মান্নবা শিক্ষা ফংলকপা, লোযনন্না পাকথোক চাউথোবক্লিবা লম্বী থোংগী খুদোংচাবা পূম্নমক আসনা জাতি অসিগী ইতিহাসতা অমুক্তা ওইখিদ্রবা মওংদা ভাবতপম্বগী অপূনবা শক্তম অমা নীংথিনা শাগৎলক্লে। মখোযগী মীৎযেং পাকই, ভাবতকী পবম্পবা অমসুং নোংচুপলোমগী ঈবাং অনীগী কান্নবা লাংদাই অমা লৈবাকাসদা পুবকপা ঙমলে।

ইংলিশ স্কুল অমসুং কলেজদগী থোক্লকপা নহাবোল অযাম্বা সবকাবগী থবক্তা চংর্নখি, থবক অসিদা হেক চংখিবদগী মখোযনা ব্রিটিশরাজগী হাযবা ইল্লবা কর্ম্মচারী ওইবে। অদুবু ফীভম অসি শেলথুমগী চৈথেংনা ওইহনখিবনি, মখোয়গী মাস্তর্বশিংগী যাযফনবা ভাক্তি নর্খিদে। লাইবক ফবদগী মখোয থবনা সবকাবগী থবক্তা চংখিদে। উকিল, পাউমী, ভাক্তব নং এগা প্রাইভেৎ মহৈ তস্ফর্মশিংদা ওজা ওইদুনা মখোযনা মবোমদোম পুন্সি লেন্নাখি। অসিগুম্বা পুন্সি আসদা মখোযনা সবকাবগী কম্মাচারীশিংনা যংদবা, নাং খা ওম্বা অদু ফংবা ঙমখি। অসুম্না নীংতম্লকপা অসিগী কান্নবা নোংম নোংমগী হেঙ্গংলক্লে। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিনা মবৈবাক নীংবগী খোল্লাউ মক' লাম্না ফোঙদোকচবা ওল্লক্লে। তুংগী ইতিহাস মখোযগী ওইববে।

কম্পনীনা নীংজবম্বদি নোংচুপলোমগা শিক্ষা ফংলগা হাযবা ইল্লবা ভাবতমচাশিং ওইবক্কনি, মখোয চাবদা থকপদ' শাজৎ লমচৎতা মবুধি মবৌশিংদা ইংলিশ হাযবদু ওইবক্কনি আসনি। অদুবু অনৌবা মীওইশিং অসি অদুম্না ওইবক্লে। নোংচুপলোমগী অবাংবা ব্রাখল অদু ফংলুবদগী ভাবতকী মীখাপোল্লবা মীযামগীদমক মথম্মোয অসুম অসুম শোক্লক্লে। নোংমদি ব্রিটিশশিংগী মীনাই যোংহুইংদগী নাম্থোকপা চুম্মী খল্লক্লে। মবক অসিদা, অবানবা তৌবিবশিং, মঙক কল্লিবশিং অসি মখোযনা ঙমজবা মওংদা চুমখোক্লবা থবক কযা চংশিনখ্রে। মপু শাজিন্নবিবশিং অসিনা সংস্কৃতিগী থবক্তি মপু শাহনফম থোক্তে হাযনা পূক্লিং চপ যুংনখ্রে।

মখোযগী লাইবক ফবনা, ১৯শুবা শতাব্দীগী ইউবোপকী পণ্ডিত কযানা ভাবতকী তৌখবা মতমগী ফজবা কয' খুদমগা লোযননা শীংথানবকই। সম্রাট অশোকনা নৃংদা হত্ত্বনা থমলম্বা অব্রাংবা ব্রাখল্লোনশিং, সংস্কৃত লোন অমসুং সাহিত্যগী মপা লৈতনা ফজবিবশিং গ্রীক অমসুং লাটিন ফাওবনা যৌদ্রিবা বর্সাশিং, নীংথিনা নৈনবকই। ১৮৭৫ দদি জর্ম্মনগী পীথোবক্লবা মগুণনা লৈতেংলবা নোংপোকলোমগী সভ্যতা মশক খঙলবা পণ্ডিত মেক্স মুল্লবগী "দি সেক্রেদ বুক্স ওফ দি ইষ্ট", অমসুং জেমস ফবগুসনগী "হিস্তরী ওখ ইন্দিযান এন্দ ইষ্টবন অর্কিতেকচব" লাইবিক অনী অসি ফোঙলকপদগীদি থাযনগী হিন্দূশিংগী মতীক মগুণ পাকশন্না খঙনরক্লে। মসিগী মমাঙদা কালিদাসকী 'শকুন্তলা" ব্রিলিযম জোন্সনা ইংবাজীদা হন্দোক্লনা অখঙ অহৈ পুম্নমক্না ফজবা মশক খঙর্নখি।

১৯ শুবা শতাব্দীগী অনীশুবা তংখাইদা ভাবতমচাশিংনা চলাইজবা প্রেসশিংনা নেসনেলিজমগী ঈনোৎ যাম্না শক্তি লৈনা হাপখি। ইংলিশ চেফোঙশিংনা ইংবাজী

ঙাংবা অপাবাশিংদা বাজনীতিগী শিক্ষা মথং মথং পীবকপগা লোয়ননা, ভারতকী লোন্দা ফোঙলিবা চেফোঙশিংনা ইংরাজী খঙদবা অপাবাশিংদা অসিগুম্বা শিক্ষা অসি পীখি।

ভারত্তা খ্বাইদগী অহানবা পাউচেদি ইংলিশশিংনা ১৮শুবা শতাব্দীগী তংখাই চল্লক্লবা মতুংদা কলকাতা, বোম্বে অমসুং মাদ্রাজদা চয়োলগী ওইনা ফোঙবা চেফোঙশিং অদুনি। ১৯ শুবা শতাব্দীগী অওনবদদি রাজা রাম মোহন রোয়না চাংনাইনা ইখিবা কলকাতা "সম্বাদ কৌমুদি" নচিংবা ভারতকী লোন্দা ফোঙবা হাপ্তাগী নৎত্রগা থাখাইগী ওইবা চেফোঙ কয়া থোরক্লে। চেফোঙশিং অসি অয়াম্বনা লম লমগী ওইনা (লোকেল) তৌখিবা মরম্না কোপী য়াম্না চৎখিদে। অদুগীসু মথক্তা হেন্না পাকচাউবিবা বাজনীতিগী সমস্যাদা মোত পীবগী মহৎতা সংস্কৃতি অমসুং সমাজগী ওইবা হীরমদা অয়াম্বা নৈনখি।

পাউচেশিংনা তশেংনা চাউখৎখিবদি রেলবে, পোস্ত অমসুং টেলিগ্রাফ লাকপদগীনি। নুংতিগী ফোঙবা চেফোঙ অহানবা অদু ব্রিটিশ লল্লোনবশিংনা শেল পুথোকখি। মরমদি মদুনা মখোয়গী কারবাব হেন্না চাউখৎনবা। মসিগী তুংওইননা ভারতমচাশিংনা শীঞ্জ-লাংজবা চেফোঙশিং (কলকাতাগী আনন্দ বাজাব পত্রিকা, মাদ্রাজগী হিন্দু, এলাহাবাদকী লীদর, লাহোরগী ত্রিবুন অসিনচিংবা) মথং মথং পুথোক্লবকই। ভারতমচাশিংগী ইংলিশ পাউচেশিংদা ব্রিটিশরাজগী খোঙথাং খুদিংমক জাতিগী ওইবা মীৎয়েংদগী খন্ন-নৈনবকই। ভাবতকী ওইবা মীৎযেং থমজববসু মপাল লমগী থৌদোকশিং মীবাইখিদে। ইটালীদা গবিবাল্ডীনা কবম্না নীংতম্বা পুবকখিবা, অইযবলেং দদা পার্নেলনা "আইরিশ হোম রুল" কবম্না লাম্বেংনখিবা অসিনচিংবা কয়া থোকনা নৈনদুনা ফোঙখি। ভারতমচাশিংনা ফোংবা ইংরাজী চেফোঙশিংদগী ভাবতকী লোনশিংদা ফোঙবা চেফোঙশিংনা হেন্না মায পাকখি। মরমদি মশিঙ যাম্না চৎপা হেনখি, অপাবা যাম্বা হেনখি। ১৮৮৫ দা অপূনবা কোপী ৩০০,০০০ গুম্না চৎলে। কোপী অমা খুৎথাং য়ৈনা পানখিবনা অপাবশিংগী মশিঙ লাখ তরাগী মথক ওইগনি। মশিঙ অসি হৌজিক্কীগা চাংদম্নরুবদা য়ামজদ্রবসু, মতম অদুগী ওইনা যেংলগদি যাম্না য়াম্লবনি, লেমজনিংঙাই ওইরবনি। বেঙ্গল অমসুং মহারাষ্ট্রদদি ইংলিশ চেফোঙশিংদগী লন্নাই চেফোংশিংনা হেন্না থৌনা লৈনা মোত ফোঙদোক্লবকখি। খুদম ওইনা ১৮৭৬ তা বারোদাগী মহাবাজ মলহার রাও গাইক্বাদ মফম লৌথোকখিবগী মতাংদা ইনরকখিবা অদুনা মহারাজ অসিগী মীচংদা মী কয়া খোমজিনবা ঙমখি।

ওইরক্লুবা মতং অসিদা সরকারনা তমাগ্না লৈথোকপা ঙম্লম্মে । মাবতকী মমাবোলদা ফোঙালবা চেথো ভাশং কাব শু কান্নদবান, বাবেম ওাক্তনি হাথনা সরকারনা লৌখ্রে । মসিনা সরকার শোক্তহন্নবগী মচাক অমা ওইনে হায়না আর্থিাসযেল বিপোর্ট ফাওবা ফোঙদোবক্লে । ১৮৭৮ দা সরকারনা ভর্নাকুলার প্রেস এক্ট চলাইবক্তুনা পাউরচোশিংগী নীংতম্বা যাহনাখদ্রে ।

পাউচেশিংনা পাল্লক্কী মোত যোতদোক্লবনা হায়বসি এক্ট আসনা প্রমাণ তৌরে, লৈবাক শানবা থুংনা নেসনোলজমগী অকনবা শাফু অমা লৈরে হায়বাস চংলে । অদুবু থাঙ্গশেংবদি পাউচোশংদ তানরে । ১৮৩১ দগী তৌনা বেঙ্গলদা লাইরিক লাইশু তম্লবনা ইংলবাক মচাশিংগী ওইনা পাৎগী কাখল চেলহন্নবা সোসাইটি শেমলে । সোসাইটি অসিনা ইংলিশকী হায়বদমদে হংবা মীৎযেংনা যেংতম্লগা ইন্দিয়ানগী হায়বদমখে বাংলা থাঙ্গৎলগা মম লৈবাক না শিংক্লবগী থৌবাং পাদখৎলে । মসৈ অসিনা খ্নাইদগী চ উবা শাফু লৈতনর্বদি চহী কনগী মতুংদা বঙ্কিমচন্দ্র চেটর্জীগা খুংহনখি. মহাক্কী বাঙ্গালী উপন্যাস অযাম্বদা তৌখ্রবা মতমগা ফজবশিং নীংথিনা শীংথাখি; মীযাম্না খ্নাইদগী হেন্না পাম্নখিবদি "বন্দে মাবতম" গী মশৈ যাওবা " আনন্দময়" না ওত্তাখি ।

মনক অসিদা দাদা ভাই নাওবোজী ( ১৮২৫ ১৯১৭) না লৈবাক আসগী মাগজিন থাবব বাজনীতিগী লুচিংবা ওইবক্লে । মহাক্না ইংলণ্ড মক্তদা ব্রুজিনেস য়াম লিংখৎলুবা অতানবা ইন্দিযানি, মামং যাম্না চৎখ । মাবতকী যাম্লবা লন থুম পম্নমক মহং মথং চংথোকাখদুনা মাবত অসি ব্রিটিশনা পুম্নাং মুৎহনগদৌবে হায়না শন্দোকপা তৌরকত । মাযদো অসিদা মামং লৈরবা পণ্ডিত অমসুং জজ মহাদেব গোবিন্দ বানাদে ( ১৮৪২ ১৯০১ ) সু মতৌব লৈনা থবক চংশেকই । মহাক্না ১৮৭০দা "পুনা সর্বজনিক সভা" ( পুনা পপলস এসোসিযেসন ওফ পুনা ) লিংখৎখিবা সোসাইটি অসিগী লমজিং পুংই । মাবতকী মীযাম্না শেলং মগী খাজনা খৎত্রবা অসিগী মরম কয়া থাদোক্তুনা সরকারদা থংগাশন্নবিনবা বিপোর্ট পানখৎলি । মসিদগী হেন্না কনাশিন্না থবক চৎথনবগীদমক ১৮৭৬ তা ইন্দিয়ান সিভিল সার্ভিসতগী তাম্থোক্লকুবা মতুংদা প্রোফেসাব অমসুং জর্নেলিস্ত ওইনা মমিং লৈববা সুবেন্দ্রনাথ বেনর্জীনা "ইন্দিযান এসোসিযেসন" লিংখৎলি । মহাক্না পাঙথোকখিবা পল্লিক্কী ওইবা থবকশিংগী মনুংদা ১৮৭৮ গী ভর্নাকলাব প্রেস এক্ট অমসুং আই: সি: এস: তা চংননবগীদমক চহী ১৯ দগী হেনবা যাবোই হাযবকপা অনী অসি মমিং পনবা যায । মহাক্কী ব্রাঙাং হৈবা অমসুং অকিবা লৈতনা ইথোকপা ঙম্বগী শক্তিনা মীযামগী খোল্লাউ নীংথিনা শাগৎলি । মহাক্কী ভাষন অমসুং আর্তিকল মতম অদুগী যাম্না পাম্নববা ইংলিশ চেফোঙ "বেঙ্গলী" দা শাফু লৈনা

ফোঙলকই । মমৈদা ১৮৮২ দা খাঙবা ভমদ্রদুনা সবকাবনা ভর্নাকুলার প্রেস এক্ট লৌথোকখি, আই: সি: এস: কী বাফমদুদাদি মতম খরা অদুম মচংখি ।

আই· সি: এস: তা ভাবমচাশিংতগী ওইবা, চাংযে, তৌদনা নোংমিনেৎ হৌদবা শার্ভিস অমা হৌদোকই । খোঙথাং অসিদা বেনর্জীগা অমা ভরবা মপা লৈখিদে । মথমাদ মসিনা ভারতমচাশিংবু ইকাইবা পীবতা নংতনা ভারতমচাশিংনা আই· সি. এস পরীক্ষা থাবা যাবোই, লোমননা হঙবা থাক্কী শার্ভিস অসি মখোয়না হাপবা ঙম্দনাতা লৈবগাদবা লোয়েলিস্তশিংগী মচা মশুশিংতগী ওইবগনি । মতমথদা ১৮৮৭ তা স্টেট ওবা সিভিল শার্ভিস মৃংখংখ্রে, আই.সি এস· পরীক্ষাগীনা চহী ১৯ দগী চহী ২১ ফাওব হেঙ্গৎহনদুনা হান্নগী ফীভমদা হাঞ্জনহনবা ঙমলে ।

মরকাবগী মুক্লনবা অতোপ্পা থৌওং অমনা, ১৮৭৯দা বসুদেও বলবন্ত । ফড়কে হাইবা কোঙ্কনগী ব্রাহ্মন মচা অমনা তিংসাগী লম্নীদা চংশিল্লকখিবা অদুনি । মহাক অহানবদা সবকাবগী কেরানী ওইরম্মী । কেরানী ওইরিবদা মথকতে লৈবা ইংলিশ অফিসারশিংনা ওৎনৌখিবা, ১৮৭৬ ৭৭ তা লেকানগী চারতানবদা মহারাষ্ট্রদা পঙা মীযাম্না বাখিবা, জস্টিস রানাদেনা ভারতকী লাইরবগী মরম তাদোরবপা ভাষনশিংনা অসিনা মাগী থম্মোয়দা মৈ হৌনা চাকলক্লনা ব্রিটিশকী মথক্তা লালহৌখো । তৌরবহা মহাক্না ইথোরকই "হৌজিক প্রজাশিং যাম্না নুংঙাইনদ্রে, অনৌবা খোঙথাং অমা থাংবা তায, মপুক লাম্লবা মী খুদিংনা শোযদনা যাওশিল্লক্লনি ।" হাক ইঙনা লৈরা মাওইনা অযাম্বা ওইবা মী ২০০ মহাক্না খোমজিল্লে, কম্পনা অনা শেল্লে । মহাক্না লাম্লোবা ইনা কথুনবশিং লুট তৌবগা লাইরবশিংদা যেঙ্খোকপা হাযবা মনি, থবক অসিনা লাইরবা লৌমী পুল্লমক মাগী লুচিং মথাদা লাক্কনি হায়ে মহাক্না ... ... ... ওইনা চংখবদে, অদুবু থুনমক সবকারগী লান্মীনা কোইহিং থিবক্লনা মহাক ফাখ্রে, এডেনদা পুন্নিঙা মীযাং পীদুনা লোই থাখ্রে । ১৮৮৩ দা মযম অদদা মশাগী চহী ৩৮ শুযাংদা ... ... শিখি । অদুমকপু মহাক্কী ৱাবী অমসং থবকনা তোল্লে তারবা জ্ঞান শুদ্রবা নহাবোলশিংদদি শক্তি যাম্না লৈরবা সাম্রাজ্য অমগী মথাওঙা লালহৌনবগী ইতিহাস অমনি ওইহৌই ।

মরক অসিদা ব্রিটিশরাজনা শাগৎলক্লিবা "বেঙ্গবন কলচর" অসিদা চুশিন্নবা যাবক্তবদগী মুসলিম অমসুং হিন্দু অনীমক ককওডিনবক্লে, ধর্মগী ওংতাদবা ফীভমদা লাক্লে । "গ্রেত বিভোল্ট" কী হেক মতুংদা মৌলবীশিংনা বিভোল্ট অদু শৌগৎনবা "ফতবা" পিখি, বাহাদুব শাহবু হিন্দুস্থানগী বাদশাহান হাযনা লাউথোকই । মতম

অদনগী তৌদনা ব্রিটিশনা মুসলমানশিংবু চংনখি । মুসলিমশিংনা অঙৌবা মাশিংবু ধর্মন থাদবা মানি হায়না লৌই, মখোয়গা শম্নানংখিদে । নোংচুপলোমগী শিক্ষা শন্দোকপিবা অদুদসু থওইদে । মখা তারক্লিবনা হিন্দুশিংনা মখোয়দগী হেন্না মতমগা চাউখৎ ঈচেলদা যাওবে, মখোয়না অসুম মতম কুইনগী ওইনা শোখদনা লৈহৌবে । মাও তাক্লকদৌবিবা ফীভম অসিদগী মখোয়বু সৈদ অহমদ খান্না কনখি । ইজলামদা পূক্নিং লুপচবসু মহাক্না ইংলিশ তমলে, নোংচুপলোমগী বাখল্লোন মশক খঙবা ঙমলে । কম্পনীগী কেবানী ওইবদগী, মহাক্না সর্বোর্দিনেত জজ ফাওবা ওইবে, "গ্রেত বিভোল্ট" কী মতমদা ব্রিটিশকী মীচংদা লৈ । মুসলিমশিংগী অমত্তা ঙাইববা নুংঙাই যাযফনবগী লম্বীদি ব্রিটিশবাজগা খুৎশম্নবা আসতনি হায়না মহাক্না খনখি ।

"বিভোল্ট" হৌবকপদা মুসলিমদি থাওখিদে হায়বসি ব্রিটিশশিংদা মযেক শেংনা খঙহন্নবগীদমক সৈদ অহমদনা অহানবদা লাইবিক অমা ইদুনা যোঙঙি । লোয়ননা, থাযম কয়ামুক পুখোঙ্কুনা ইসলাম ধর্মনা হার্যাবর্বশিং অসিদা ব্রিটিশ শাসন নৎত্রগা নোংচুপলোমগী বিজ্ঞানগা মনুংদদি কবিসু যেৎনবা লৈতে হায়না পুখৎলকই । মাগী মবাইবক যযনা মতম অদুদা সবকাবনসু মুসলিমশিংদা হান্না যেংলম্বা মীৎযেং অদু হোংলক্লবান । মকুপ শান্নানিংবগী মওং উৎলকপা অদুদা তবাম্না ওক্লিংখি । মহাকপু শৌগৎলকপা অসিনা অনৌবা থৌইনশিন অমা ওইনা থোক্লবদুনা, ব্রিটিশ ক্রাউনগী মতিকচাবা নাগৰিক ওইননবগীদমক আলিগড়দা "মুসলিম এঙ্গলো ওরিয়েন্তেল কলেজ" ১৮৭৫ দা লিংখৎলে । সবকাবদগী ফংবা যাবা মতেং ফংখি, ভাইসরোই মশামক্না লুপা ১০,০০০ দান তৌখি । প্রিন্সিপাল অমসুং সিনিয়াব ফেকল্টি মেম্বরশিং অযাম্না ব্রিটিশনা ওইখ । নোংচুপলোমগী এডুকেসন ওইববসু, ইজলামগী মশাগী কলচব অদু মহেৎবোইশিংদা অদুম তমহনখি । উর্দুলোন কম্পলসবি সবজেক্ট ওইহনখি, লাইবিক হৈববা মুসলিমশিংগী লেমজনিংঙাই ওইববা লোনগী থাক্তা পুখৎখি ।

অদুবু কলেজ অদু চুম্নগী লাইবিক তম্ফমশঙ অমা ওইনতা লৈখিবা নত্তে । লৈবাক শীনবা থুংনা আলিগড়গী লাইবিক মতম্বী অসি শন্দোক্লবা হোৎনখি । মবমদি ইজলামগী পবম্পবা ঙাক শেনবতা নত্তনা নোংচুপলোমগী বাখল্লোন অমসুং ব্রিটিশ শাসন অনীগী চুশিন্নহল্লগা মুসলিমশিংগী ঈজ্জৎ লৈহন্নবা পান্দম অমা থম্মখিবনি । মসিনা "মুসলিম রেনাঁশা" গী শক্তম অমা ওইনা আলিগড় মুভমেন্ত হায়না খঙনবকখি । মুভমেন্ত অসিগী চাউববা থবকশিংগী মনুংদা " অনজুমন (এসোসিয়েসন)" শিং মক ওইবা শহব পুম্নমক্তা শেমগৎলকখিনা আসন । মযম অসিদা মুসলিমশিংব উর্দুগা শকখঙনহন্নাখ

অমসুং নোংচুপলোমগী শিক্ষাদা থওইবমদবা অদু কোকহনখি । থবক অসিগীদমক সৈদ অহমদ খানবু মুসলিমগী লুচিংবা অমসুং অচম্বা মুসলিম অযাম্বনা কন্না যানিংখিদে, মহাক্না হন্দোক্লিবা ইজলামগী ব্রাহন্দোক অদু যাবা ঙমখিদে । অদুবু মতমগী খোঙথাং অদ্দি মহাক্না নীংথিনা খংখি । অদুনা মহাক্না নীংতম্নবা লৈতনা চংশিনখি । মদুগী মহে ওইনা মুসলিমশিংনা অনৌবা দর্শন অমসুং অনৌবা শক্তম অমা মখোযগীদমক পৃথিবীসিদা পুবকখি । ব্রিটিশবাজনা চাউববা থৌদাং অসি পাঙথোকপগীদমক মহাকপু ইম্পিরিয়েল লেজিসলেটিব কাউন্সিলদা যাওহনখি, মমৈদা "নাইট" হায়বা মিংথোল অদু পীখি ।

নোংচুপলোমগী বাখল্লোন শন্দোবকপদা হিন্দূশিংনা শক্লোন অহুমথোক্লা পাউখুমখি। অহানবদা, ধর্মগী চৎনবোল পুম্নমক ঙাক শেন্দুনা বেঙ্গল অমসুং মহারাষ্ট্রদা খ্বাইদগী হেন্না কনখি । অনীশুবদা ধর্মগী থবক থৌবমশিংদা যজবোইদবা দেব কর্মশিং তৌবোইদবনি । ফিবেপ অসিদগী বানাদেনা খুদম ওইনা "প্রার্থনা সমাজ" হৌদোকই । অদুবু মাযদি কয়া পার্কখিদ্রে । অহুমশুবদা গুজরাটী সন্যাসী স্বামী দযানন্দ সরস্বতীগী দর্শন শাস্ত্র অসিনি । মশামক নোংচুপ লোমগী মহে মশিংদ তমখিদে । অদুবু হিন্দূধর্মদা যত্তবা মওং কয়া চংশিল্লক্লিবা অসিদি কন্না যানিংখিদে, কবমা শেংদোক্কনি হায়বসি মহাক্কী লাইনীং ওইখি । মহাক্না অরাং ভাবত্তা চহী ১৮ চুপ্পা মযমাশং অদুগী মুনি ঋষিশিংগা ররী শাদুনা অনৌবা জ্ঞান লাক্লবা হোৎনখি । মমৈদা বেদ মবি অসিদা হিন্দূ ধর্মগী মচি পুম্নমক য়াওবে হায়না থাজখি । বেদগী মতুংইন্না হিন্দূশিংনা পুন্সি লেন্নবা পাউজেল লেমহৌবিবা পুন্সিচুপ্পা শন্দো ক্রুনা লৈখি। মহাক্না কন্না হায়বল্লিবশিং অদুগী মনুংদা কন্না যানিংদবা যোঙদোকলমলিবর্দি মূর্তি লাৎপা, অথাং ওইনা লুহোংবা, জাতি বর্ণ খাযবা অমসুং নুপীবু নমথবা অসিনি । ১৮৭৫ দগী অনৌবা কাঙলোন অসি " আর্য্য সমাজ" হায়না মিংথোন্দুনা কন্না শন্দোবকই । ব্রাহ্মনশিংগী ফীভম চেৎতনা লৈবা পঞ্জাব অমসুং নোংচুপথংবা ইউ পি.দা পাম্মনা তৌখি । সমাজ অসিনা কান্নবা থবক কয়া তৌবম্মী, মরু ওইনা নুপীশিংবু অনৌবা পান্স অমা লেনহনবা অমসুং ওৎনৈবিববা কাঙলুপশিংবু কনবিবদা । মহৈ তম্নগী মতাংদনা কাঙলুপ অনী থোকখি অমনা বেদনা মপুং ওইদুনা থাযনগী লাইবিক মতম্বী হিংগৎহনবা, অদুগা অতোপ্পনা বেদগী চৎনবোল তম্বতা নত্তনা নেংচুপলোমগী বাখল্লোনসু তম্বা অসিনি । হরিদ্বারগী "গুরুকুল" মতম খবা চৎথবম্নগা মায পাকপা ঙমখিদ্রে । অদুবু মসিগী মতৌ তমদুনা পঞ্জাবতদি দযানন্দ এঙ্গলোবেদিক স্কুল অমসুং কলেজশিং হোৎনবা মহৈ যানখি ।

# কঙ্গ্রেসকী যুগ হৌবা

## (১৮৮৫-১৯০৫)

লিবর্তি বিল চৎনহনবা হ্মদবদগী অহৌবশিংগী থোঙাচৎনবা হেঙ্গৎখি । মসি মপাঙ্গোংগী ওইজবনস্ মন্নদবদি নেসনেলিস্তশিংনা তাংখি থাওইনা লাক্লবা অসিদা অহৌবশিংনা পূর্নাশিংদুনা চপ লেপ্পা ঙমখিবা অদু মখোযগী মায পাকপানি । সুরেন্দ্রনাথ বেনর্জীনা ভার্নাকুলার প্রেস এক্ট অমসুং ষ্টেটুতবি সিভিল সার্ভিস স্কীমগী মাযযোক্তা থল্লাযশোক্লা যানিংদবা ফোংদোবকপদা ভারতমচাশিংগী অপুনবা * ক্রম অমা হংহইফদ্রে হাযবসি ভারতমচাশিংগা মবক্তা ঈহৌনবক্লবনি । বেনর্জী মশামক্লস মহাক্কী ইন্দিয়ান এসোসিযেসন অসি ভারতপস্বগী থাক্তা থম্লনবগীদমক জাতিগী ওইবা কনফবেন্স অনীবক কৌখ্রবান । মহাক্লা হোংনখ্রিবা অদু খূমাঙ চাউশিনবা ঙমখিদ্রবসু লৈবাক অসিদা অনৌবা রাখলগী ঈচেল অমাদ চেনবা হৌবক্লে । জাতি অপুন্বগী ওইনা "মাদ্রাজ মহাজন সভা" অমসুং "বোম্বে প্রেসিদেন্সী এসোসিযেসন" লিংখৎনবক্লে ।

ওক্লা থোক্লিবা ফীভম অমনা জাতি অপুন্বগী ওইবা থবক চৎথনবগীদমক সেন্ত্রেল ফোবম অমা তঙাইফদ্রে হাযর্বাসিদা ইংলিশমচা অল্লান ওক্তাভিযান হিউমনা লমজিংলকাখি । মহাক আই: সি: এস: তগী মতমগুদনা থবক তোকলকপনি, মাগী পূক্লিংগী ওইবা নীংতম্নগী রাখল অদু অতৈ ইংলিশ মচাশিংনা যানিংখিদে । মহাক্লা থৌনা ফনা হাযদোক্লবনি "মতম অসিদা মীযাম্না অশুক পানববদা হিংসাগী থবক শোযদনা অমুক তৌবক্লুনা সাম্রাজ্য অসি দোল মোল হাইবকপা যাহ ।" ফীভম অসি যৌবক্লিবগী মক ওইবা মবমদি সবকাবগা মীচম প্রজাশিংগা যাম্না থাপতোক্লা লৈনখ্রে, থাপ্লবিবা অসি নেসনোলস্তাশিংনা নকাশিন্নহনবা ঙমগনি হাযনা মহাকনা হায়খি । মহাক্লা ভাইসবোয় দফবিনগা রাফম অসি বা তাম্লখি, দফবিনসু যানিংখি । নেসনেলিস্তশিংনস্ যাম্না পামখি । মসিদগী ইন্দিযান নেসনেল কঙ্গ্রেস ওইখ্রে । ১৮৮৫গী ডিসেম্বর তা, ২৮দগী ৩০ ফাওবা বোম্বেদা অহানবা সেসন যমখ্রে । সেসন অসিনা কলকাতাগী মমীংলেবা বেরিস্তব দব্লিউ, সি, বেনর্জীনা সভাপতি ওইখি ।

কঙ্গ্রেসকী অহানবা সেসন অসিদা লৈবাক্কী মফম পুম্নমক্তগী দেলগেট ৭২ না শরুক যাখি । অমাম্বনা নুংভাই যাযফবা ইমুংদগী হৌবকপা উকিলশিং, জর্নেলিস্তশিং অমসুং ওজাশিংনি । কাববান তৌনা মীওই অমসুং সরকাবগী থবক্তগী পোখাববা মী

খনস্ যাওখি । কঙ্গ্রেস অসিগী যাযফনবা খঙনবদা পূক্নুং লুপচর্বিবা অমত্তা ডাইববা ইংলিশ মচা অহুমদগী তাদনা কঙ্গ্রেসকী প্রেসিদেন্ত ওইখি ।

কঙ্গ্রেস সেসনশিং অসিনবা মতমদদি চহী খুদিংগী নামং হুম্মি হুম্মি ফম্মী. বাবেপ বলা খন্নবগা কাযনৈ। পৃথি লৈবাক দাদাভাই নাওরোজী, ফিরোজশাহ মেহতা, দিনশো বাচা, বদ্রুদ্দিন তায়বজীনচিংবান । মখোযদি ব্রিটিশবাংদা থাজবা মীওই চাক্তনি । লোংচুপলোমগী গনতন্ত্রগী চৎনবী পথাপ মতুংইন্না কবিশুম্না ফনবা খবা (রিফোর্ম) তৌস হায়জক্লবদা শেম্দনা তাবিবক্লনি, থবক্তা তপ্লোক্লক্লনি হাননা কন্না থাজনখিবনি। বাখল আসনা মাও ওইনদুনা সরকারদা নীংথিনা শেমশাবগা প্রস্তাব কয়া তৌখি, তৌবগদি বাহৌদোক ওইনা মতম পুম্নদা ক্রান্তিনা চাযবা হংদোকপা হায়বা বাবোল তেক তেব হাপখি ।

প্রস্তাবশিং অসি চহী চহীগী ওইনা হন্ডিনা হাপ্লন শেম শাই. মখল কয়া কোনশিল্লি । মক ওইবা প্রস্তাবশিংগী মনুংদা খবাদ মখাগী আসনি :

ভাইসরোইগী অমসুং প্রোভিন্সশিংগী লেজিসলেটিব কান্সিলশিংদা মীখলদা কাবকপা মেম্বরশিং যাওহনবা, আই.সি:এস: পরীক্ষা অসি ইংলণ্ড অমসুং ভারত্তা মতম অমত্তদা পাঙথোকপা, শার্ভিস অসিদা ভারতমচাশিং যাম্না যাওহনবা, লৌমীশিংগী অরাবা খবদং ওইবনস কোক্লনবা লমগী খাজনা হন্থহনবা, ইজিপ্ট অমসুং চেনাশুম্না অথাপ্পা লমদা মিলিটরী খোংচৎ থৌবাংবা, ব্রিটিশ সরকারগী ইন্দিয়া আফস চলাইবা অমসুং ভারত্তা রেলরে শাবগী ব্রিটিশ কম্পনীশিংদা পীগনি হায়বববা শেন্দোই আসনচিংবা থবক কযাদা মরম চাদনা মখল কযাগা খাজনা টেক্স অমসুং দিউতি লৌদুনা ভারতকী লনথুম মযেং তাহনাবদনা তোৎনবা আসনচিংবান ।

সরকারনাদ প্রস্তাবশিং আসদা হঙ্গোইবা পোকখি । কঙ্গ্রেসকা পার্মেনেন্ত অমসুং ফল তাইম সেক্রেটরী ওইরিবা হিউমনা লাপ্লোং হেংদোকখ্রে । মীযাম্না প্রস্তাবশিং অসি শৌগৎলক্লবা তোৎনখ্রে । ১৮৮৭ তা ভারতকী লোন তর্বানিথোইদা খঙ্গংগী শাসনগী মতাংদা নীংথিনা ইরবা পম্পলেত অনী যোংখ্রে । লেজিসলেটিব কাউন্সিলগী মরমদা পম্পলেত অমসু তামল লোন্দা যোংখে । পম্পলেতশিং অসি মীযাম্না পাম্না পাম্নবা ডরদা সরকার মপাইখ্রে, যানিংদবা যোংদোবক্লে । ভাইসরোইনা কঙ্গ্রেসপু মী খজিক্তগী "বাবু পার্লিযামেন্ত" হায়না কবেম্নবক্লে । সেক্রেটরী ওফ ষ্টেটনস ভারতকী প্রজানা যাযফগদবদি ইংলিশগী বাযেন অমসুং শাসন ফংবরহদা ওইগদবান, মরম অদুন অনী অসি ওইনিংবা ফাভম ওইজবক্লবস যাম্ন যগাৎহনগদবানি. চাংদাম্নংঙাহ লৈবোইদবনি হায়বকখি ।

সবকাবগা মাযযোক্লবগী পাঙ্গল লৈত্রি খল্লদুনা কঙ্গ্রেসনা হান্নগুম্না চহীগী ব্রাবেপ খনা খবা তাবগা অদুম লৈবা তাখি । মখোযগী হোৎনজমলগী খজিক্তং মহৈ চাবকংদি ১৮৯২ গী ইন্দিযান কাউন্সিল এক্টতা কন্সেসন মচা অমওং যাবিবকপা অদুনি । এক্ট অসিনা লেজিসলেটিব কাউন্সিলশিংদা নন আর্ফিসিযেলগী চাং খবদং হেঙ্গৎলকখি । অদুব্ মখোয অদ্ চেম্বরস ওফ কম্মাস অমসুং ইউনিভর্সিটি সিনেটকুম্বা সংস্থান কযানা থাঙ্গৎলকপা মীওইশিং অদুদগী অপাপ্পা খনগদৌবিবনি । লোযননা সাম্রাজ্যগী বদজেটস্ খন্নবা যাহনখি । অদুবু মীখল তৌসি হাযবদি যাখিদে । মবম পুম্নমক্তা ভাবতমচাশিং মাইনোর্বিতি ওইদ্না লৈহন্নবা তোৎনাখ ।

গোপাল কৃষ্ণ গোখলে (১৮৬৬ ১৯১৫) তংদি ইম্পবিযেল লেজিসলেটিব কাউন্সিলবু নেসর্নেলিজমগী মপূং ওইবা ফোবম অমা ওইহনবা ওমখিবা অমত্তা ওাইববা ভাবতমচানি । বানাদেগী থাজববা পনবানি, ব্রাখল কা হেন্দবা মীনি, নহা ওইনা কঙ্গ্রেসকী অবাংবা থাক যৌবা ওমখি । কুনগুবা শতাব্দী হৌবকপদা মহাক্না কাউন্সিলদা চংলকখিবনি; ভাবতকী মবমদা মমৃৎতাবা জ্ঞান লৈবা, ভাবতকী মীযামগীদমক যাম্না নুংশিহৈখিবা অমসুং মহাক্কী শক্তি লৈববা ব্রাওাং, পুম্নমক অসিনা চহী তবা হেন্না কাউন্সিলগা নৈনবদা মমি ফজনা তাখি । বদজেটকী মতাংদা মহাক্না ব্রা ওাংলকপা মবেলাক লমগী মী পুম্নমক্না খৌবাংনা ঙাইনৈ; মীযামগীদমক য়াম্না হৈশিংনা পুখৎলক্লিবা নাহ মাশং অদু তাবগা ব্রিটিশবাজ ফাওবনা শাউনিংলবসু মহাকপু ব্যবহাবদি তৌখি ।

ইন্দিযান কাউন্সিলস এক্ট পাস তৌখিবা চহী তবা হেনগ্রবসু কঙ্গ্রেস মথৌ পাংথোকপা ওমদনা অসুম লৈবি, অদুবু মতম অদুদা ব্রিটিশ মীযামদদি হকথেংননা আপীল তৌখি । থবক অসি ব্রিটিশ কমিতি অমা শেম্নগা ব্রিটেন্দা থবক চৎথকনবা তোৎনাখিবনি; বিলিযম ৱেদ্দব বর্ন, এ:ও: হিউম, অমসুং ব্রিটিশ পার্লিযামেন্তকী পোথাববা দাদাভাই নাওবোজী যাম্না থৌনা লৈনা চংশিনখিবনি । সাধাবন ইংলিশমচাশিং অমসুং বাজনীতিতৌবশিংনা ভাবতকী নেসনেলিজমগী মতাংদা কবিসু থৌশানখিদে ।

ব্রিটিশবাজনদি কঙ্গ্রেসমেনশিং অসি হঙ্গোইনিংঙাই ওইবা, মথৌ নত্তবা থবক্তা ব্রাবেমগুবা কাওবুনি হাযনা চেৎনা থাজবকখি । কঙ্গ্রেসকী মখুত্তা জাতিগী লুচিংবশিং যাওখ্রে হাযবসিদি খঙবা ওমখিদে, নিংথৌমচাশিং, লৌযাম চাবা ভদ্রলোগশিং ফাওবা কঙ্গ্রেসনা কোনাশনখ্রে, মশা মশা হকথেংননা চংশিনখ্রে হায়বসিসু খঙখিদে । অমবোমদনা তৌখিবা চহী কুন অসিদা কঙ্গ্রেসনা বাজনীতিগী পার্তি অমা ওইবগী মহুত্তা

দিবেটিং সোসাইতি অমগুম্না মতম লেনখি । চুম্মী, মেন্বর মশিঙ য়াম্লক্লে, ব্রাঞ্চ কয়া লৈরক্লে, অদুবু চহীগী সেসনশিংদা থাননবা দেলিগেট খনবা অসিতনা মখোয়গী মরু ওইবা থবক ওই। অসুম্না, নেসনেলিজমগী ঈহৌ মফম মরাং খঙদনা অসুম অসুম মমি শামখিবগুম তৌই।

মশানা তাবনি, কঙ্গ্রেস মনুংদগী মখোয়গী লুচিংবশিংবু হুন্নবক্লে । মসিদা মৈ চুবা হৌরক্লিবসি অরবিন্দ ঘোস (১৮৭২ ১৯৫০) নি। ইংলণ্ডদা চহী ১৪ লাইরিক তমদুনা লৈরুরগা অরবিন্দনা বারোদা কলেজদা ইংলিশকী প্রোফেসাব ওই । মহাক্না ৱেষ্টরন কলচর থাদোক্তুনা পৃথিবীদা নীংতম ঈহৌশিং নৈনবকপশিং অদুদা মথৱায় লুপপি, মশামক রিভোলুসনরী অমা ওইরে । ১৮৯৩ দা মহাক্না আর্টিকল অমদা কঙ্গ্রেসপু মিদল-ক্লাসকী কান্নদবা সংস্থান্নি, মশাগী অরেপ্পা ফিবেপ লৈতবা, ব্রিটিশরাজতবু লাইগুম্না লাৎচবা মরৈবাক নীংজবগী ৱাখল্লোনদি শেমজিন শাজিল্লগা তৌশিন্নদুনা লৈবা সংস্থান্নি হায়না কঙ্গ্রেসপু শীদোকই । হৌজিক লৈবাক অসিনা তৌগদবদি লাইরবা লৈমী শিন্মীশিং অসিবু কনবনি, লৈবাক্কী শক্তি পূম্নমক মাযগৈ অসোমদা লমজিংদুনা মপাঙ্গল কনখৎহনগদবনি হায়না মহাক্না কন্না লাউরকই । মহাবাষ্ট্র, বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবতসু কঙ্গ্রেসকী লুচিংবশিংবু কন্না য়ানিংদবা অমা ওইবগী নীংখিরবা গুর্ণশিংনা লৈতেংলবা চিৎপাবন ব্রাহ্মন মচা বাল গঙ্গাধর তিলক (১৮৫৬ ১৯২০) চোংথোরক্লে । চহী অমদা অম্যক্তং হৎতোইগুম্না খোংবা কঙ্গ্রেসনা মশাগী হৈনবী অসি থাদোক্তিবমখৈদি করিশু কান্নবা পুরক্লরোই হায়না থৌনা ফনা কঙ্গ্রেসপু আলোচনা তৌরকই । মশাগী লাম্লোংদি মহারাষ্ট্রদা ব্রিটিশকী ঙকচাউ থেকপা শাজৎ থিংগদবনি হায়বসিনা লমজিং ওইখি ।

অরবিন্দগুম্না তিলকসু কঙ্গ্রেসনা মীচম প্রজাশিংদগী শক্তি শেমগৎকদবনি হায়না লাউই । অদুবু মহাক্কী অহানবা প্রচারদি ধর্মগা য়াম্না নকশিন্নৈ, অদুনা হিন্দূশিংদতা তানিংবা পোকনৈ । হিন্দূশিংগী লাইরিক লাইশু নীংথিনা নৈনরগা মী অমগী খ্বাইদগী হেনবা পুন্সিগী মহে য়ানবদি "কর্ম যোগী" অমা ওইবনি হায় । ওইনিংবা মওংগী ওইরকসনু, অরানববু তৌরবদি তুমীন্না লৈশিনফম থোক্তে, থৌনা লিংজেল লৈনা লাম্থেংনগদবনি হায়না কন্না শন্দোকই । ৱাফমশিং অসি মীয়াম্না কন্না পান্নরবা মহাক্কী চেফোংগ মরাঠী লোনগী "কেসরী" অমসুং ইংরাজীগী "মরাঠা" দা শাফু য়াওনা ফোঙখি । ব্রিটিশশিংবু য়ানিংদনবা মহাক্না অতৈ পান্থৈ কয়াসু শীজিন্নৈ । হিন্দূগী নুপীমচাশিংগী লুহোংবা য়াবা চহী য়ামদ্রবদা তরাদগী তরানিথোই ফাওবা হেঙ্গৎনবা ১৮৯০ দা সরকারনা "এজ ওফ কন্সেন্ত বিল" পুথোরকপদা মহাক্না শাখিনা য়ানিংদবা

· পেনকই, হিন্দুগী চংনবা খংবংনবা যাবোত ঙাক ওক্লবা মোত পা। 'বন্দেমাতরম'গী মাখোয়গী শাক্তি হৈনবা চাংশনবা তম্নাবনি দিময় চাংপা ওনা উংসব অমসুং 'বাজা ফেস্টিবেল মতাক্' থবাই খাংজনা পখংলক্লনা মইমিংগী ওইবা কুম্মৈ লৌনা হৈদোকই। অসুম্না তলকনা কংগ্রেস না "একাত্মমিন্ত রিং" গী শাকংবা অমা ওইবক্লে। মাযামগী শাক্ত শাক্তংপা অসনা ক লূপ আসগী মকওইবা পাংদম ওইবে। তিলক, রেশন্স, এডুবেসন অমসুং খুদম ১ বংলেনবা চাংনবদা ব্রিটিশকী মতেং ডাইবগী মহুত্তা চশানা ইশানু মতেং পাংবোনবা চৎনা হায়বা পাইদোল কয়। শন্দোকই। মাসদগী "স্বদেশী" গী ঈঙুই শাগাদ্রল। ১৯০৫ দগীদি স্বদেশী আন্দোলন অসি নীতম আন্দোলনগী মব ওইনা শকক অমা ওইবে। ১৮৯৬ তা তলকনা ভাবতকী লশিংগী যি শাবদা সবকাবনা একসাইজ দিউতি লৌবিবা অদু পীদনবা কেম্পেন তৌই। অসি শুম্না খোউজং অসি তুংদ মহাত্মা গান্ধীনা "সিভিল দিসওবিদিয়েন্স মুভমেন্ত" তা শীজিন্নবকই।

মবক অসিদা, মবম কযাদগী হিন্দু মুসলিম অসুম অসুম যানবক্লে। লেজিসলেটিব কাউন্সিলশিংদা মীখলদগী কানকপা মেম্বরশিংনা মেজোবিতি ওইহনবা, ভাবত অমসুং ইংলণ্ড অনীমক্তা পবীক্ষা থাবা যাববা আই: সি:এস: কী মতাংদা ভাবতমচাশিং চাং হেন্না যা ওহনবা হাযবা কংগ্রেসকী দাবী অসিনা আলিগড মুভমেন্ততা যা ওবা মুসলিমশিংবু বালৌহনাখ, মবমদি মুসলিমশিংনা কাউন্সিলদস্ আই:সি:এস: তস্ মাযবোং যানা যাওবা ওল্লোইদৌব। লোইনা সৈদ অহমদ খাননা মহাক্তি ব্রিটিশবাক্দা মডক নোন্না লৈজবা মীনিনা কংগ্রেসপু যানিংদে, মসালমশিংবু মসিদা য়াওহন্দনবা তোংনখি। মহাকী মকপ আলিগড কলেজগী প্রান্সিপাল হি ওদোব বেকক খংশমবগী ১৮৯৩ দা মসালমশিংগী ওইজবা মাংদনবগীমক "মুহমদ্দন এঙ্গলো ওবিয়েন্তেল দিফেন্স এসোসিযেসন" কৌবা সংস্থা অমা লংখোল। মুসলিমশিংনা হিন্দূশিংগা বাজনীতিগী মযাংদা খংশমকবদি মমেদা মাশ ও যাম্লিবা হিন্দূশিংগী মীনাই ওইবক্নি হাযনা মহাক্না লৌই। দিফেন্স এসোসিযেসন অসি থংনমক মুংশ্লবসু হিন্দু মুসলিম অনীগী মবক্তা থাজনদবগী মর্কদি শুল্লক্লে। লোইনা কংগ্রেসতগী মুসলিমশিং অথুবা মতমদা তোক্লবে।

হেন্না শাথিবা থৌদোক অমসু অমুক থোক্লবে। ১৮৮০গী থংবা অথেংবা চহী খবদা "আর্য্য সমাজ" যম্মা কনখংলকই। যনবী হাংপা যাবোই হাযনা হিন্দূশিংনা পঞ্জাব অমসং নোংচুপ ইউ:পি:দা নস্তনা মফম অতৈদস্ কন্না আন্দোলন তৌবকই। অদবু মসলিমশিংনা মখোযগী ধর্মগী মতুংইন্না মন হাংতুনা পূজা কংপা হাযবসি তোকহেদনা থবকনা হাযনা কন্না শন্দোকই। ঈদৌ অনী অসি মকখাযনদুনা ১৮৯৩গী মন যবাইদা বিহাব অমসুং ইউ:পি শীনা থংনা কাংলূপ মশেল তাংনবকই।

যাংঙম অসিদগী হেন্না অমুক লুশিন্না শতাব্দী অদুগী অরোইবা চহী মঙাদা পাকশন্না চাক তাংলক্লে, মহারাষ্ট্রদা প্লেগকী লৌনগনবা লাইনা শন্দোরক্লে । ব্রিটিশ অফিসিয়েলশিংনা প্লেগ থিংনবা হায়ধুনা হাথু হোৎনবকপদা ১৮৯৭ দা রান্দ অমসুং আয়েস্ট কৌবা মী অনী হাৎলে । হাৎখ্রিবা অসি তিলকনা "কেসরী" দা আর্টিকল অমা য়েক্লকপদগীনি হায়না মরাল শীজিন্দনা মহাকপু চহী অনী জেলদা থমখ । আর্টিকল অসিদা শিবাজীনা মহাক্কী য়েক্রব অফজল খান হাৎপদা "অচৌবা মীশিংদি অচম্বা অচম অরালগী বিচারগী মথক্তা লৈ" হায়খি হায়না তিলকনা হিখি । রায়ম অসি সরকারনা লালহৌবগী রাতনি হায়না লৌখি । নহা ওইরিবা চাপেকর মচানা মনাও অনীসু মী হাৎপগী মরাল শীজিন্দুনা ফাঁসী তৌবগা হাৎখি । মখোয় অনীনা শাডানংবা অমসুং নীংবা কায়বত্না লমজিংখিদুনা, মতং ইনালনবা কনা য়াওদনা, লালহৌবগা থবক অদু পাংথোকখিবনি । অদুবু, অসিগুম্বা রাখল অসিদগী "টেরোরিজম" গা থবক শেমগৎ শাগৎনবকলে ।

১৯ শুবা শতাব্দী লোইশিন্নক্লে, লৈবাক্কা যাংঙমদি হায়নিংঙই লৈতনা শোকচিনখ্রে । চাক তাংবনা মী কয়া শিহৎখ্রে, মীশিং হন্থরক্লে, লৌমীশিংনা তেমথিরবা খাজনা লৌখৎপিবদগী উপ্রাক্লা শিংতুনা লৈনবক্লে, মহৈ তম্লরবা নহাবোলনখেনা থবক থৌদবগী মৈরক্তা মৈশা খাঙদুনা লেন্নবক্লে । অদুবু শাসন পায়রিবা কা নুদাদ কবিশু নাচৈংদনা অদুম লৈখি । থোইনা হেন্নদুম সাম্রাজ্য অসি মথং মথং চাউখৎলকুনা অয়বা মওংদা লৈবে হায়না চাউথোকচবা উৎখি । ব্রিটিশরাজনা ভারতকা মায়থম্বু নীংথিনা লোইচনশিন্দুনা থম্বা অসিনা মখোয়গীদমক্তদি চাউরবা থুদোলপোৎ অমনি হায়না লৌনাখ । রাখল অসি ১৮৯৯ দা ভাৎওা লৈবা কান অমসং জর্নালিস্ট নদয়াদ কিপ্লিংনা ময়ুম হংলগু য়ৌবগা পাঙদমন্নই

*লৌবো অঙৌবা মীগী থৌদাংগী পোৎলুম*
*নখোয়গী মবক্তগী থাখো খ্বাইদগী ফবদু*
*নচাশিংদু লাপ্না অদম লৈসনু*
*নখোয়না ফাজিল্লিবশিংগী সেবা তৌসনু ।*

মবাইরক থীবরা কুচ রাউথাংনবা মীখা পোল্লবা মীওহাশিংবু বৈচেন্না নমীকদনা থম্লিবা অসিবু কুচ অঙৌবশিংগী পোৎলম হায়না কল্লনা লৌরবা সিশা থানা সাহা, অদুবু ব্রিটিশরাজদা পোৎকী অশেংবা শক্তম মরাখদনা মচদ্র গা স্বগা তমদা লৈশঙ্খ হায়রসিদি খঙাখন্দে ।

যাম্না তাঞ্জা চানখি, কিপ্লিংনা কল্পনাগী মঙলান অমা শাগৎলিঙেদা ব্রিটেন্না মাগী ঙববা মচানুপা অমা ভাবতকী মীখা পোল্লবা মীওইশিংবু মশানা মশাবু সেবা তৌননবা থাবকই। চঠী নিযু শুদ্রিবা লোর্দ কর্জন্নি। কিপ্লিংগুম্না, যাম্না থাজজবা, কাহেন্না মবৈবাক নীংবা মীনি। ছাত্র ওইরিবা ঙদা মহাক্না হাযখিবা লৈ "পৃথিবীগী ইতিহাসতা ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগুম্বা মীওইবগী ফননবা তৌবা অত্তোপ্পা শক্তি অমা লৈএবনি। ঐখোযনা পাঙ্গল অমসুং পুন্সি পুম্নমক খাভম অসি ঙাকশেন্নবা হোৎনযম থোকই।" হৌজিক মহাক্না ভাবতকী ভাহসবোই ওইববে, মহাক্না ব্রাংনা থমর্জাববা সাম্রাজ্য অদু সেবা তৌননবা ব্রাংলবা খুবম অমা ফংলে।

কর্জন হিংচা যাইতম্বা তৌনিংবতা তৌবা নুপা অমনি। শাসনগী থবক ফববতদা প্রজানা পেঞ্জগদবনি হাযনা খল্লদুনা সবকাবগী থবক পুবিবশিং শেমদোক শেমজিন, পূক্লিং অনী লোঙদনা, পবপ পবপ পাযখৎলক্লে। প্রজাশিংনা পেনবগী ব্রা মহাক্না কাডথোকখ্রে, আইন বক্ষাবু নীংথিনা থল্লবদি, মাগী মমাঙদা ভাইসবোই ওইবম্ব শংগুম্না, প্রজাশিংনা হেক্তা পেঞ্জবগদবনি অসিনি। বাখল অসিদগী কঙ্গ্রেসকী দাবীশিং মথং মথং ককথৎলকই লৌমীশিংদগী খোমগৎলিবা খাজনাগী চাং লেংদনা খসুম লৈবা যাবোহ, চাক ভাংবা অমসুং চাথোক ফংদবা অসি কা হেন্না খাজনা লৌবনা নাওে, লোং থাদদনা তৌবনি। কঙ্গ্রেস হাযবসি মুৎথৎপা ঙল্লবোইদবা ফৎত্রবা সংস্থান অমানি হাযনা লৌখদুনা মখোযনা হাযবকপমখে শুকযা যানিংখিদে। ১৯০০ দা মহাক্না হায "এইশাগী থাক্তজবদি কঙ্গ্রেস হায়বসি মচেৎ মচেৎ তানা কাযবগনি, ঐনা ভাবত্তা লৈবতেদা খ্ব ইদগী হেন্না পামজবা অমাদ কঙ্গ্রেসনা শান্তি ওইনা তুমজখিবদা ঐনা মতেং পা বা অদনি।" নোংচুপলোমগী মতৈ মশিং তম্লবব মীওই কাংলুপ পুম্নমক নগী মমাংতা লেটিনা চীংনানিংঙাত ওইববে। মহাক্না ভাবওা থুংলবা কুইদ্রিঙেদা পাচিশতা পাইদবা অবাংবা ফম পুম্নমক, 'নেটিব' হাযাববা লম অসিগী মীওইশিংনা মাতেক মাবৌ হৈবক্লনা পাযশিনখিবগুম উখি। নেটিবশিং মীতেক মীবৌ হৈবম্বা যাহ, অদুব মহাক্নদি ইংলিশ মচাতনা, অহল লমন হাক্তক্তগী লৈজবকপা মগুণ অমা ওহনা যোক থাকলকপা মহৈ তমহল্লকপগী মহে ওইনা, সবকাবগী থৌশীল থৌওং খঙবগী মতুংইন্না, পক্লিং অমসুং লমচৎ শাজৎ অব্রাংবা থাক্না ওইবনা থবকশিং অসি মখোযতনা তৌযম থোকই হাযনা মহাক্না লৌবে। শম্না হাযববদা ইংলিশনা পানগদবনি, ভাবতমচাশিংনা মীখা পোন্না মীনাহ ওইনা লৈগদবান অসিনি। থাঙ্গৈশেংবনি, কর্জন মশামক খ্বাইদগী হেন্না পীথোবকপা গুণনা লৈতেংলবা ইংলিশমচাশিংগী মবক্তা যাম্না বাং চাউনা লৌপ্লবা চাউববা নুপা অমনি।

৭শুবা এদৱর্দনা ব্রিটিশ সিংহাসন কাবগী নুংঙাইবা ফোঙদোকপা সভা অমা কর্জন মশামক্না শীল্লাংঙি। দিল্লীগী দববার লুপা লাখ কুন চংনা ঈঙ্গ্রিশিংনা শেমজিল্লগা য়াম্না চাংলেম্না মহাক্না সভাপতিগী তাংবল লৌই। মাবু খুরুন্নবা ভারতকী নিংথৌমচা পুম্নমক, মপাল লৈবাক কয়াদগী এম্বাসাদরশিং বার্তন তৌদুনা লাকই। নিংথৌ এদৱার্দকী ডিউক ওফ কোনোটস্ মাগী নুপীগা লোয়ননা লাকই। লাম্মী ৩৪,০০০ না পেরেদ তৌই, মী ২০০০ না বেন্দ খোংঙি। ইরোপিযার্নাশংতগী চাউববা বোলদান্স তৌহল্লি অমসুং ভারতকী নিংথৌমচাশিং তরাম্না অঙকপা মওংদা ওকই। ১৯০২ গী ডিসেম্বর লোইবমদাইদা চযোল অনীচুপ্পা কুম্মৈ ফিযোং তৌই। ইম্পরিয়েল সেলুৎ ওইনা তোপ ১০১ রক ড্রুং ড্রুং ঙংনা কাপ্লগা ভাইসরোইগী দরবারদা পীবা ৱারোলনা কুম্মৈ ফিয়োংগী অরোইবা শরুক ওই। দরবারগী ৱারোল অদুদা জাতিগী ওইবা মঙক কনবগী চয়েৎনবা শক্তম য়াম্না য়াওই। লৈবাক অসিগী তুংগী ফীভম য়াম্না ফরবনি হায়না মখৌ পোংনা লাউথোকই। অসিগুম্বা তুংগী ফীভম অসি ব্রিটিশ ক্রাউনগী কনা অমত্তনা লাকথুবা ঙমদ্রবা খ্বাইগী হেল্লবা শক্তি অসিদা লৈরবনি হায়না চাউথোকচবা উৎচৈ।

থা খরা লৈরগা বেঙ্গল প্রেসিদেন্সীদা মীখা পোন্দুনা লৈরিবা মী ক্রোড় নিপালমুক্কী তুংগী পুন্সি শেমদোক শের্মজিন তৌনবা থৌরাং পায়খৎলকই। প্রেসিদেন্সী অসিদা বিহার অমসুং উরিষ্যাসু য়াওরিবনিনা য়াম্না পাক চাউমনখ্রে লাকশিনবা ৱাই হায়না খল্লদুনা পীকশিন্নবা কৃপ্না খন্ন- নৈনরক্লবনি। মওং কয়া থোক্না শেমদোক শেমজিন তৌবা য়ারিবনি। অদুবু কর্জননা পামখিবদি নোংচুপলোমগী মহৈ তম্লুরবা বাঙ্গালী হিন্দূ "ভদ্রলোকশিং" অসি নমথবনি। বেঙ্গলগী নোংপোকথংবা শরুক অসি মুসলিম য়াম্না তাবা লমশিংনি অমসুং আসামগা পুনশিল্লগা ঢাকানা কোনুং ওইদুনা অনৌবা প্রোভিন্স অমা শেম্বনি।

১৯০৩ গী ডিসেম্বর থাদা থৌরাং অসিগী চাউরকপা শক্তম অমা লাউথোরকপদা "ভদ্রলোক" শিংনা মখোয়গী সংস্কৃতি, অর্থনীতি অমসুং রাজনীতিগী মওং মতৌ নুংশিহৈতনা শেমদোক শেমজিন তৌখিগদৌরে হায়বসি নীংথিনা খঙবা ঙমখি। ১৯০৪ গী ফেব্রুয়ারী থাদা কর্জননা ঢাকাদা ৱা ঙাংবদা বেঙ্গল শেমদোক শাদোক্লদৌরিবা অসিদা মুসলিমশিংনা করি করি কান্নবা ফংগদগে হায়বদু ময়েক শেংনা হায়খি। মসিনা থায়নগী মুসলমান ভাইসরোই অমসুং নিংথৌশিংগী মতমদগী হৌনা লৈরক্লবা মুসলিমশিং অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবগী খুদোংচাবা অদু অহানবা ওইনা পীগদৌরিবনি

হাং । মতম্ না সরকারগী সেনিয়র মেম্বর অমনস্ মখেক হেন্না শে না যেংদোকই “অপুনবা বেঙ্গল শক্তি অমনি, খন্দোক্লবদি মাযকে কয়া থোক্লা চিংখাইনদুনা লৈখিগনি। ঐখোযগী মক ওইবা পান্দম অমদি” অপনবা বিরোধিশিংবু চিংখাইনহল্লগা সরকারগী মপাঙ্গল হেন্না কনখৎকনা হায়নসিনা ।

সরকারগী মাযযোক্তা লেপ্পনা অপনবা বিরোধি হাযরিবসি “ভদ্রলোক” শিংবুনি । মখোযনা সুরেন্দ্রনাথ বেনর্জীগী লুচিং মখাদ বেঙ্গল থুগাযবা যাবোই হাযনা চাওব চাউরবা মিটিং কয়া তৌরে, সরকারদা দরখাস্ত কয়া লানখৎলে । অদুবু কজায়া চংখিদে । অহোইনদুম ইউনিভর্সিটি এক্ট কী মতেং লৌবগা কলেজ এফিলিযেসন অমসুং স্কুল রিকোগ্নিসনগী মতাংদা সরকারনা শুপনম তৌদুনা হেন্না ইকাইবা পাবক্লে। পান্দমাদ মহৈরোয়শিং তম্ফমশিংদা নেসনেলিস্তশিংগী থৌদাং পাংথোক্লকপা থিংননবনি । খরা লৈরগা ১৯০৫ গী অক্তোবর থাদা বেঙ্গল পার্টিসন তৌরগনি হাযনা লাউথোকক্লে ।

তাঙ্গা অসিদ কর্জনগা মাগা কমাণ্ডর ইন চীফকা যানরক্লে । ব্রিটিশ সরকারনা মতাকপ থৌগৎলক্লে । মদুনা মরম ওইরদুনা ১৯০৫ গী আগষ্ট থাদা হাথু হাথু রিজাইন তৌখ্রে । মহাক্না থনমলিবা হাযরব অমগা অমগা নুংশিনাহন্দবা অখাবা মীৎযেংনা যেংনহনবা অসিনি । মহাক্না যাম্না নং শক্তবম্না সাম্রাজ্য অসিগী যুম্ফম অখাবা মীৎযেংশিং অসিনা থুগাযরকপা হাযরদ ওইগদৌরে ।

অসিগী পান্দমদি বেদান্তগা হাইবগ মান্নবা মীওইবগী মবক্তা মচিন মনাও ওইবগী অমসুং লাইগী শক্তি লৈবগী ব্রাখম্লোন শন্দোকপা হায়বসিনি । সোসাইতি অসিগী পাকশন্না খঙনববা লুচিংবা লুচিংবীশিংগী মবও্য মামং লৈববী এন্নি বেশান্ত ভাবত্তা ১৮৯৩ দা থুংলবে । মহাক্কী নীংথিববা বাঙাং শাঙাংগা মপান্না হিন্দূধর্মবু তাখ তাওইবিবা মীশিংদা জ্ঞান তাহনবা ঙম্মী । লোয়ননা ১৮৯৮ দা বাবানসীদা হিন্দূ কলেজ লিংখৎখি, তুংদা বিশ্ববিদ্যালয় অমা ওইবকই । শাসন পায়বিবা ইংলিশমচাশিংগী মবঙগী মমিং চৎলবী মেম্বর অসিনা হিন্দুধর্মবু কন্না শৌগৎলকপা আসদা লাইবিক হৈববা হিন্দূশিংনা যাম্না পেন্নখি ।

২০ শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা ভাবতকী মপান্দা মশাগী ইজ্জৎ (সেল্ফ বেসপেক্ট, অমসুং মশাগী থাজবা (সেল্ফ কনফিদেন্স) গুণশিং অসিগী অনৌবা যাওন অমা কন্না লাকখ । গুণশিং অসি ববীন্দ্রনাথ টেগোব (১৮৬১ ১৯৪১) গা কবি, দেশভক্ত, পণ্ডিত অমসুং ঋষি অমা ওইনা মশ গা পাথোকচবক্লবা থবকশিংনা যাম্না নীংথিজনা উৎলি । মহাক্কী শৈবেং অমসুং বাবীমচাশং বেঙ্গলীদগী ভাবতকী লোন কযামুক্তা হন্দ দাও্না যোঙনবকই । অপাবশিংনা যাম্না থাগৎনবকই । মহাক্কী ভাষন অমসুং আর্টিকলশিংদা কঙ্গ্রেসকী মপাঙ্গল যজনা তাপখি । ইশানা ইশাগীদমক লেপচবা (সেল্ফ বেলাইযেন্স) হায়বা যিবেপ আসদা শক্তি লৈনা থবক চংশিন্নবা বাজনীতিগী ওহবা লাম্দা লৌমীশিং শোযদনা যাওহনগদবনি হায়খ । মহেমশিং তম্বগী মাযগৈদসু ভাবতকা অমসুং নোংচুপলোমগা মহৈ তম্নাবগী মওং অনী পূনশিল্লগা সবকাবগী খুং থংজিনতন্দনা শান্তিনিকেতনদা বিশ্ববিদ্যালয অমা লিংখৎখি, ইতিহাসতা মযম চাওনা কনখ ।

মৎম শাসদা হোলণ্ডদগী খা আগ্রিবাদ হুন্দাববা "বোর্স" হায়না খওনবা মাশিং আসগা ব্রিটিশকা খৎ থোক্লবকপগা মিল্লল চোংনিংডাই ওইবা পাউ কযা শন্দোবকই । চেযনা পঙ্গল লৈববা বাশিযাবু পাক্লবা জাপাননা মাযথীবা পীবগী পাউসু লাকই । তৌ দোবাশিং অসনা ব্রিটিশকী ঙকচাউ থেকপা শাজৎকী মাযযোঙা ভাবতমচাশিংগী মবেবাক নাংৎগা পাঙ্গল অসুম অসম কনখৎহল্লকই ।

অনৌপ আশা অসিদগী বেঙ্গল সবকাবনা আন্দোলন কযা পাকশন্না মযযোক্লখ । "বেঙ্গল পার্তিসন" দা যানিংদবা উত্তুনা হিংসা যাওবা থবক কযা চৎথবা তৌবকও । "স্বদেশী" আন্দোলন কনখৎলকই, ব্রিটিশনা শাবা পোৎচৌশং "বোইকোট" তৌনবকই । ঈহৌ অসি বাঙাং বাতা হৈববা বিপিনচন্দ্র পালনা লুচিংলকই, মামং লৈববা বাঙ্গালী মচাশিং মক ওইনা ববীন্দ্রনাথ টেগোব, অববিন্দ ঘোসনচিংবনা থবায হকচাং যাওনা শৌগৎলকই । লোয়ননা ভাবতমচাশিংনা যোঙজবা পাউর্চোশিংনসু

অখাকপা লৈতনা পূৰ্কুং থৌগৎলকই। মতাং অসিদা "নিউ ইন্দিয়া", "বন্দে মাতৰম", "সন্ধ্যা" অমসুং "যুগান্তৰ" মমিং নীংথিনা লৈখি।

ব্ৰিটিশনা শাবা পোৎচৈ যোনবা দুকানশিং পাকশন্না থোড হাংহনখিদে, মক ওইনা মহৈবোইশিংনা। মসিনা ব্ৰিটিশকী পোৎ পুশিল্লকপা ডমদদুনা মখোযগী কাববাবদা অচৌবা শাফু অমা পীবে, অদুগা বেঙ্গলগী লংনাইবা অমসুং ফি শাবগী হান্নগী ইন্দস্ত্ৰিশিং অমুক নৌনা হিংগৎলক্লে। অনৌবা মেছিনবীশিং শীজিন্নদুনা "বঙ্গ লক্ষ্মী কত্তন মিলস" অমসুং "কলকাতা পোত্তৰী ৱাক্স" লিংখৎলক্লে। "স্বদেশী" ফিদম লাকশিন্দুনা মহৈ তম্ফম কয়া লিংখৎনবা "নেসনেল কাউন্সিল ওফ এডুকেসন" অমা লিংখৎখি, অদুবু নীংথিনা মায পাকপদি ঙমখিদ্রে। ঈহৌ অদুদি যাম্না কান্নখি মমৈদা "বেঙ্গল নেসনেল কলেজ", "টেক্নিকেল ইনস্তিট্যূৎ" অমসুং অতৈ জাতিগী ওইবা স্কুল কয়ামুক লিংখৎপা ঙমখি। "স্বদেশী" গী ৱাখল্লোন অসি হেন্না মপুংফানা থবক ওইনা পাঙথোক্লবগীদমক অমসুং সমাজ সেবা তৌনবগীদমক "সমিতি" শিং নৎত্ৰগা "নেসনেল ভোলুন্তিযাৰ এসোসিযেসন" শিং শহৰ অমসুং খুঙ্গংগী মচি মচিদা লিংখৎনবকই।

তৌবক্লিবা "বোইকোট" শিং অদুদগী লঙ্কাশিযাবগী টেক্সতাইল ইন্দস্ত্ৰি শাখিনা শিথবকখি। বেঙ্গল সবকাৰ শাউবনা মৈ হৌবে। মহৈবোইশিংদা তাইনবে, চাম চামনা খুজিং ওইদুনা ফাজিন পুনশিল্লক্লে। কৰ্জনগী ইউনিভৰ্সিতি এক্ট চলাইদুনা স্কুলশিং, বিকোগনাইজ তৌববোই, কলেজশিং এফিলিযেৎ তৌববোই হায়দুনা কিহল্লক্লে। কিহল্লকপা অসিনা অমুক সবকাবগী আৰ্যিসিযেল মহৈ তম্ফমশিং অমুক "বোইকোট" তৌনবক্লে। সুবোধ চন্দ্ৰ মল্লিক কৌবা ভদ্ৰলোক অমনা জাতিগী এডুকেসনগাদমক লুপা লাখ অমা দান তৌজবগে হায়বক্লে। অসুম্না কনাখৎলক্লিবা চিংবাং ভাইসবোইনা বেঙ্গল গভৰ্নবগী মহৈবোইশিংবু নমথনবা থৌবাং অদুদা অযাবা পীবক্লবদা বেঙ্গল গভৰ্নৰ সাৰ বাম্পফিল্ড ফুল্লৰ বিজাইন তৌখি।

অদুবু ১৯০৮ লোইদ্ৰবৈদা আন্দোলন অসি শিংথবকপগী মগুং অমুক লাক্লে। কঙ্গ্ৰেস মপুংগী "মবক্তা লৈবা কাঙবু" (মোডবেট) গা লুচিংবাশিংনা সবকাবগী স্কুল অমসুং কলেজশিং বোইকোট তৌবা তোকহনবা ঙমখ্রে। "স্বদেশী" ইন্দাস্ত্ৰিশিংনা বগ শেলগী অবাংপা কযামুক লৈবনা মায পাক্লান হায়বা থাজনবক্ত্রে। অদুবু লুচিংবাশিং অসিনা মখোযনা চংশাল্লবা থবকশিং অদুদা গান্ধী যাওশিল্লবপদগী অচৌপ্পা মাযযোন অমবোমদা চৎখ্রে। গান্ধী মশাম্ক্লা হায়খি "ভাৰতনা মাৎ পাংলকপদ বেঙ্গল পাৰ্তিসনগী মতুংদগীনি। পাৰ্তিসনগী মতুংদা মাযাম্না মখোযগী দবখাস্তশিং অদু শাও শীজিন্নদুনা অৰ্থ লৈহনবা তাৰবনি, অবাবা কোঙ্গাই খাঙবা ঙম্লা তাৰবনি।"

বেঙ্গল পার্তিসন তৌদনবা বিপিনচন্দ্রনা থৌনা লৈনা চংশিল্লকখিবা অদু মায়পাকখিদ্রে, অদুবু মফম অতৈদা মহাক্কী থৌদৌ অদুনা অনৌবা লম্বী পুথোক্লখি, মরু ওইনা মহারাষ্ট্রদা তিলক্লা অমসুং পঞ্জাবতনা লালা লাজপৎ রাইনা। অসুম্না লাল-বাল-পাল অহুম্না (লালা লাজপৎ রাইদগী লাল, বাল গঙ্গাধর তিলক্তগী বাল অমসুং বিপিনচন্দ্র পালদগী পাল) জাতিগী লুচিংবা ওইরক্লে। অদুবু মখোয় অহুম্মক জেলদা থুনমক থমখিবা মরম্না ঈহৌ অদু মমি শামখি।

পঞ্জাবতা লোমীশিংনা লম অমসুং ঈশিংগী খাজনা চাউনা থীবা তাবকপদগী খোংগী ঈশিং শীজিন্নরকপা তাবনা য়াম্না পেন্নখিদে। কঙ্গ্রেসকী মোডরেটশিংগী মায়য়োক্তা লেপ্লিবা লাজপৎ রাইনা তমথিববা খাজনাশিং অদুগী মায়য়োক্তা আন্দোলন তৌনবা শীল্লাংখি। লাজপৎ রাইগী থবক্তা মতেং পাংলক্লিবা অজিৎ সিংহ কৌবা অমনা মরৈবাকনীংবা মীশিংগী সংস্থান অমা উর্দ্দু লোন্দা মমিং থোন্দুনা লিংখৎলক্লে, লোয়ননা হিন্দী লোনদা মমিং থোন্দুনা চেফোঙ অমা ফোঙবা হৌরক্লে, পঞ্জাব সরকারগী মায়য়োক্তা মীয়ামগী খোল্লাউ শাগৎখি অমসুং খাজনা পীদনবা পাউজেনখি। লৌমীশিংগী মরক্তা মরুওইনা মুসলিমশিং অমসুং শিখশিং (হিন্দূদি য়ামখিদে) য়াম্না শাউনরকই। খুঙ্গংগী "রিভোল্ট" অমা লাকপা তারদুনা সরকারনা রাজনীতিগী ওইবা মিটিং তৌবা থিংখ্রে, অদুগা অজিৎ সিংহ অমসুং লাজপৎরাই অনীমক লোই থাখ্রে। মীয়ামগী শক্তিদি কনখৎলকই, ইকান কান্নখিদবদি নৎখিদে। থা খরগী মনুংদা ঈশিংগী খাজনা হুম্বরকই।

তিলক্কী খোঙজংদদি ব্রিটিশরাজগা মুকখাইনবা ওমখিদে। অদুবু বোম্বেগী শিন্মী য়াম্না লৈবা মফমশিংদা মীয়ামগী মিটিং তৌদুনা যুগী দুকান থিংবা অমসুং "স্বদেশী" গী ব্রাখল শন্দোকপদদি য়াম্না মহৈ য়ানখি। মহাক্কী চেফোঙ "কেসরী" মীয়াম্না য়াম্না পাম্নরকই। ১৯০৭ তা ২০,০০০ ফোঙবা ওমখি। মতম অদুর্দদি থোইদোক হেন্দোক্লবা চেফোঙগী মশিঙনি। ১৮৯৭ দা তৌখিবগুম্না, চেফোঙ অসিগী চেরোল খরদগী সরকারগা অমুক মুক্নরক্লে। ১৯০৮ দা বাঙ্গালী নহাবোল কয়ানা টেরোরিজমগী থবক কয়া পায়খৎলকই, থৌদোকশিং অসিগী মতাঙদা তিলকনা আর্টিকল কয়ামুক ইখি। মদুদা লালহৌবগী থৌদৌ কযা য়াওবে হায়না সরকারনা লৌখি। বোম্বেদা জুরী অমনা তিলক্কী মথক্তা বিচার তৌহনখি। জুরীগী মেম্বর তরেৎনা ইংলিশমচানি অনীনা পার্শীমচানি। পার্শীশিংনা তিলকপু লান্দে হায়জববসু মশিঙ য়াম্বা ইংলিশমচাশিংনা মরাল লৈরে হাযখি। দণ্ডী ওইনা তিলকপু বর্মাগী মন্দলেদা চহী তরুক লোই থায। তিলকপু মরাল শিখিবা অসিগীদমক বোম্বেগী তেক্সতাইল মীলশিংদা অমসুং রেলবে ব্রার্কশোপশিংদা ইশিল্লুবা লৈতনা "স্ত্রাইক" কয়া চৎথরকই। তিলকপু মীয়াম্না য়ারবা অহানবা নেসনেলিস্ত লীদর অমনি হায়না শোন্নরকই।

জেলদা থম্মখিবা এক্সট্রিমিস্ত অহুমগী মনুংদা তিলক্না অবোইবনি । ১৯০৭ তা অনী অদু দাণ্ড পীখিবনি, মতম্মদি তেনখি । থাদোবক্লগা লাজপৎ রাইনা আমেরিকাদা অদুগা বিপিন চন্দ্রনা ব্রিটেন্দা চৎনখি । অসুম্না ১৯০৮ লোইবমদাইদা কঙ্গ্রেসতা মোডরেটশিংনা যেৎপিনিংঙাই লৈএবা লুচিংবশিং ওইরে। অদুবু "এক্সট্রিমিজম" পৃন্মং মৎথিবদি নত্তে । অমরোমদা ব্রিটিশরাজনা রাজনীতিগী ওইবা "রিফোম " মখা চৎথবকই, লোয়নবা " মোডরেট" শিং খবা হন্থবা "মোডরেট" শিং ওইহনবা ঙম্মখি । ১৯০৬ তা কঙ্গ্রেস সেসনগী সভাপতি ওইনবগীদমক তিলক • ৎএগা লাজপৎরাই হায়জিল্লকনবগীদমক চহী ৮০ গী মথক্তা অহল ওইদুনা থবক্তগী পোৎথাদুনা লৈরবা দাদাভাই নাউরোজী কৌশিনখি । অদুবু অহল আসনসু কঙ্গ্রেসনা "মশানা মশাবু লৈঙাকচনবা নৎএগা স্বরাজ ফংনবা" হোৎনফম থোকই হায়রকখি ।

মবক অসিদা বেঙ্গল পার্তিসন তৌদনবগাদমক স্বদেশী অমসুং বোইকোটকী থবক পুম্নমক মায পাক্লক্লবদা বেঙ্গলগী লাইরক হৈরবা নহাবোলশিং শাথিনা পেনরক্লে । মখোয অযাম্বা অসি 'সমিতি' দা কয়া যাওশিল্লক্লে । পেন্দবা আসগী মথক্তা পোৎচৈগী মমল জব ঙব তাংখৎলকপা অমসুং পাকশন্না থবক থংনবক্তবা অসিনাচংবা কযাদগী ব্রিটিশ তাম্খোক্লবা শেম শাববা টেরোরিজমগী থবকশিং পাযখৎলক্লে । মখোযনা ব্রিটিশশিংবু ঈচুপ্লা হিংচা কোৎচাবা ওইনা উবক্লে । নহাবোলশিং আসনা হিংচাবশিং মাঙনবা সমিতিশিংদা টেরোরিজমগী ট্রেনিং তৌযম ওইরে, ব্রিটিশরাজ তাম্খোক্লবা থৌশীল থৌবা কযা শাগৎলে। থৌবাং অসিদা যাওরিবশিংদি ট্রেজরীশিং, বেঙ্কশিং, পোস্ত অফিসশিং, ইনাকখুনবা ভারতমচাশিংগী মযম্মশিং থাওবা যাওনা লান্দাদুনা শেল খোমগৎপা, ব্রিটিশরাজগী এজেন্তশিং, পব্লিক প্রোজেকিউটরবশিং অমসুং পুলিশতা পাউ পীবা কাংবুশিং যাওনা হাৎপা । নহাবোলশিং অসিগী মরক্তগী হেমচন্দ্র কানুঙ্গো কৌবা অমনা ইউরোপতা চত্তুনা বোম শাব তমলরে, কলকাতাগী শহর মচাইদা অমদা বোম যে ওবা অমা লিংখৎলে । রাজনীতিগী ওইবা অবানবা মচা অমখক্তং তৌবগীসু মীযাম মমাঙদা পুথোক্লুনা য চৈনবগী হুকুম যাম্লা তাগনবা, মুজাফরপুরগী তম্মথিরবা মেজিস্ট্রেত দৌগ্লাস কিংসফোর্দ হাৎননবা থৌনা তৌরবগা ওমতৌদনদগা বোম যেংরবী অদুগা শম্লরবা মী পুম্নমক লোইনা যাগৎখি । মতাকপু হাৎননবা বোম অদনা হুংলশ নুপী অনা শিহনখি । থৌদৌ অসনা লম অসিদা লৈরিবা অট্রোবা পুম্নমকপু শাথিনা শাউহনখি । মতাং আসদন ক্ষুদিরাম বসুবু ফাসী তৌদুনা হাৎখিবা, অদুগা প্রফুল্ল চাকিনা মথন্তা শিজ্জখিবা । ফাখিবশিং অদুগা মবক্তা অরবিন্দ ঘোস যাওখি, মহাক্না পণ্ডিচেরীবোমদা চেনখ্রগা মযম অদুদা "আশ্রম" লংখৎলে । আশ্রম আসনা মহাকপু মতম কুযনগী লাইংশিংলনিংঙাই ওহহনখি । অতৈ খোঙজাশিংস মায়পাকখিদ্রে, বেঙ্গলগী গভর্নর হাৎপা শেমখিদে, ১৯০৯ দা ভাইসরয় মশা মকসু হাৎপা ঙম্মখিদে

টেরোরিস্তকী থবক অসি বেঙ্গলদতা নংখিদে। রাশিয়ান, ইট্যালিয়ান অমসুং আইরিশ নীংতম আন্দোলনগী ব্রারীশিংনা পূক্লিংগী লমজিং ওইদুনা বিনায়ক দামোদর সাবার্করনা নাশিক্তা লালহৌবা কাণ্ডলুপ অমা লিংখৎলি, তুংদা লণ্ডনদা হেদ ক্বার্টর অমসু লিংখৎলি। ১৯০৯ গী জুলাই থাদা মাগী মরূপ মদন লাল থিঙ্গ্রানা লণ্ডনদা সেক্রেটরী ওফ ষ্টেটকী শাগোন্নবা মী কর্জন ব্রাইলী হাৎলুবগী ব্রাথোক চাওনা থোক্লকখি। থিঙ্গ্রা শিবগী দণ্ডী ফংণ্ডি। মহাক্লা শিগ্রিভৈদা হাযরম্মী "শেলসু পাঙ্গলসু শোঞ্জবা, ঐগুম্বা লাইববা মচা অমগীদি ইমাগী নীংতম পূজা কৎফমদা ঈগী বলিদান তৌবা নৎতনা অতৈ কবিশু লৈজদে; ইমা মসিমক্লা ঐবু অমুকহন্না পোকপিসনু, ঐগী থৌদাং মপুং ফাদ্রিবমখৈদি শেণ্ডলবা মবম অসিগীদমক ঐ অমুকহন্না শিখিবা ওইসনু, ইমা মহাক্তি মীওইবগী য়ায়ফনবগীদমক অমদি ঈশ্বরগী মগুণ হেন্নবগীদমক নীংতম্লা লৈবিবনি।" চহী অদুমক্তদা মতম খরা লৈরগা সাবার্কবনা লণ্ডন্দগী লোন্না পিস্তোল খরা থারকই। খুৎলাইশিং অসি মনাওনুপাগা, মাগী মরূপ গণেশকা বিচার তৌদুনা দণ্ডি পীখিবা নাশিক্কী দিস্ত্রিক্ট মেজিস্ট্রেত জেক্সন হাৎপদা শীজিন্নবে। হাৎলুবা অসিদগী বিনাযক মশামক ফাবে, মমৈদা আন্দামানদা লোই থারে।

মবক অসিদা, টেবোবিজম অমসুং কঙ্গ্রেসকী "এক্সত্রিমিজম" মুৎথনবা অখন্নবা আইন কযা সবকাবনা পুথোবকই। লালহৌবগী মিটিংশিং, বেঙ্গলগী "সমিতি" শিং আইনগী ওইনা অথিংবা থমখ্রে; থিংজিন্নবা শক্তি পীখ্রে: পোকখাইবা য়াবা (এসপ্লোসিবশিং) পোৎ খুদিংমক শাবা অমসুং থম্বা থিংখ্রে; প্রোভিন্সশিংগী সবকার্বশিংদা শম্না বিচাব তৌনবা শক্তি পাকচাউনা পীখ্রে। তশেংবদি ব্রিটিশবাজ মিপাইববর্ান।

কর্জন্না চৎখিবদগী ব্রিটিশবাজ অসিনা বাজনীতিগী ওইবা চবাংনর্বাশং থেংনবদা মেন মান তাদবা থৌশীল কযা মাণ্ডওইনে অমসুং খোইবাণ্ড খোইশাউনৈ। খোইবাণ্ডলবা অসি মতৌকবম্না কঙ্গ্রেসকী "একস্ত্রিমিস্ত" শিং লাকশিনখদগে হাযর্বাসিদা চনিণ্ড তাদবদগীান। মখোযনা হোৎনখিবশিং যাম্না হুম্বা থাক্কী ম ওংদা চৎথৈ। ১৯০৬ কী ওক্টোবব থাদা অব্রাংবা থাক্তা লৈবা মুসলিম খবনা সাম্রাজ্যগী ঙাকশেনবদা অচৌবা থৌবাং লৌখিবদুগী খোইদোকপা মীৎযেং মখোযদা থম্বীগদবনি হাযনা দাবী তৌই। নাতৈ হুক্তবা বাকৎ অসি খুদক্তা যাবকই, থা অনী ফাবাণ্ডনা সাম্রাজ্যগী মনুংদা মুসলিমশিংবু ঙাকশেন্নবা অমসুং অব্রাবা যাম্না পীবিবা "একস্ত্রিমিস্ত" শিংগী মাযযোক্তা ব্রিটিশবাজগী মীচংদা লেপ্পবা " ওল ইন্দিযা মুসলিম লীগ" শেমহল্লী। লোযননা কঙ্গ্রেস "মোডবেট" শিংগী মতেং ফংননবা বাজনীতিগী ওইবা বিফোর্ম কযা মথং

মথং পায়খৎলগনি হায়না থাজহন্নখি । অরোইবদা নিংথৌমচাশিংদা মখোয়গী মনুংগী ওইবা থবক থৌরমশিংদা খুৎ করিগু থিংজিল্লবোই হায়না থাজহন্দুনা কাহেন্না মরুপ মপাং ওইবগী থৌশীল উৎলি ।

মসি ফাওবদি ফরে । অদুবু ১৯০৯ দা লাউথোকখিবা মোর্লি মিন্তো রিফোর্ম (মতম অদুগী সেক্রেটরী ওফ ষ্টেট অমসুং ভাইসরোইগী মমিংদগী খণ্ডনখিবা) নদি মোডরেটশিংবু শাখিনা নীংবা কায়হন্নখি । লেজিসলেটিব কাউন্সিলশিং পাকথোক চাউথোকহল্লে, মীখল পাংথোক্লে । অদুবু ফীভম অনীখক্লা খুবৌ কন্না চেলহল্লে অহানবদা মীখলদা কারকপা ইন্দিয়ান মেম্বরশিংনা মেজোরিতি খক ওইবা য়ারোই, অনীশুবদা মুসলিমশিংগীদমক তোখাইবা ইলেক্তোরেত (ভোৎ থাদনবগী দিস্ট্রিক) লৈহনবা । অকোনবগী অসিনা ওইজবা খরা ফংননবগীদমক মুসলিমশিং ভারতকী রাজনীতি পুক্সিদগী তোঙান তাহনখ্রে । মসিনসু পেন্দদুনা রিজর্ব তৌদবা মফমদা মখোয়না ভোট লেপ্লসু য়াহল্লে । থৌরাং অসিনা ভারতকী নীংতম ঈহৌদা অকনবা খুরৌ অমা চেলহল্লে । মুসলিম লীগ কনখৎনবা থৌশীল কয়া মথং মথং চৎথরক্নুনা (মায় পাক্লা চৎপসু চৎথরকখি), ব্রিটিশরাজগী রিফোর্মশিং ফাগী তাহল্লে । কঙ্গ্রেসকী ১৯০৯ গী সেসন্দা য়াম্না ইকাইখুম্নরবা পণ্ডিত মদন মোহন মালবিয়ানা "মোডরেট" শিংগী নীংবা কায়খিবা অদু ময়েকশেংনা মখাগী অসুম্না ফোঙদোকই "থৌরাং অসিনা লমন খুম্লগে হায়বা ৱাখলগা লোয়ননা মাইনোরিতিশিংবু ঙাকশেল্লে । মাইনোরিতিশিংনা মেজোবিতিশিংবু কাচিন্দা তানশিনহনবগা চপ মান্নরে"। ব্রিটিশশিংনা মখোয়গী খোঙথাং অসি লাল্লে হায়বা থুনমক খঙলকই । মরমদি মুসলিম প্রজা অয়াম্বনা ব্রিটিশরাজগীদমক লেপচরবসু, "লীগ" পু মখোয়না মশক ইখঙ খঙখিদে, ফনবা তৌনরক্নি হায়বদুতনা লৌশিংশিংবা হায়বদু ওইখিদ্রে । ১৯১১ গী ডিসেম্বর থাদা দিল্লীদা ফমখিবা "কোরোনেসন দরবার" দা ব্রিটিশগী "কিং-ইমপরর" মশামক্লা লাউথোক্লরিবা অসি ব্রিটিশরাজগী ভারত্তা থৌপুবিবশিংদা কোকথক্তা বজ্র তারকপগুম থোকখি । হান্না পাঙথোকখিবা বেঙ্গল পার্তিসন গী মতমদা প্রিন্স ওফ ৱেলস ওইরিবৌদা মঙাশুবা জর্জনা ভারত্তা লাকলম্মী, মদুদা মহাক্লা খনখি: "ইংলিশশিংনা ভারতমচাশিংবু লোইচল্লবা লৈখা তারবা জাতি অমনি হায়না লৌই, অদুগা "নেটিব" হায়না খঙনরিবা লম অসিগী মীওই কয়া লাইরিক লাইশু অসুম অসুম হৈবক্লবনা ফীভম অসি মখোয়না খঙঙি ।" হৌজিক মহাক্লা ব্রিটিশকী সিংহাসন কারবানিনা অমসুং নেটিবশিং না লৈফম চাফম খঙদবগী মতৌ অসুম উৎলক্লবনিনা, পার্তিসন তৌদবা হায়বসিনা মখোয়গী মতীকচারবা "বর" অমা ওইরগনি হায়না মহাক্লা ৱাবেপ লৌই ।

অদুবু মসিসু অরানবা খোঙথাং অমা ওইখি । মরমদি কঙ্গ্রেসপু থেমজিল্লমদনা লীগপু খোইশাউনহনখি । বেঙ্গলী ভদ্রলোকশিংদি হরাওই, অদুবু কঙ্গ্রেসকী "মোডরেট" লুচিংবশিংনদি "বর" অসিদগী মিন্তো রিফোর্মসনা শোকহনখিবশিং অদুদি ফহনবা ঙমদ্রে । লীগনসু মখোয়বু মীনম্বীখ্রে হায়না লৌই । সরকারনদি বিহার অমসুং উরিষ্যা তোঙানবা প্রোভিন্স অমা ওইজখ্রবসু অনৌবা বেঙ্গল অসিদা মুসলিমগী মেজোরিটি ওইরিবনি হায়বা ৱারোল অদু লীগনা থাজবা ঙম্মখিদে । অদুগা মোগল সাম্রাজ্যগী কোনুং ওইরম্বা দিল্লীবু অমুক হন্না সাম্রাজ্যগী কোনুং ওইহনবা হায়র্বসি থোয়না হরাওনখিদে ।

লীগ মনুংদসু লীদরশীপকী লাড়াই হৌরক্লে । অরিবা লীদরশিংগা নোংচুপলোমগী মহৈমশিং তম্লুরবা শাউগল্লবা নহারোলশিং "য়ং পার্তি" হায়না খঙনখিবশিংগী লীদরশিংগা মুক্করক্লে । বেঙ্গল পার্তিসন তোকথোকখিবা অসিদা য়ং পার্তিনা সরকারবু শীংনখি, অকনবা খোল্লাউ লাউখি, "নো বোম নো বুন" (বোম নৎত্রর্বদি বব ফংলোই) । খরা লৈরগা মুসলিমশিংগী ধর্মগী লুচিংবা ওইরিবা (খালিফা) টর্কিগী সুলতানগী লম য়ুমলোন্নবা খৃষ্টিয়ানশিংনা লান্দারকপদা ব্রিটেননা মতেং করিশু পাংবিখিদবগীদমক ইংলিশশিংবু য়াম্না ৱাবৌখি । ১৯১২ দা মখোয়না লীগকী লুচিংবা ওইরে, ১৯১৩ দা কঙ্গ্রেসকী মতৌগুম্না ভারতকী নীংতম্বগী লান শোক্লরগনি হায়না ৱারেপ লৌরে । অসুম্না ব্রিটিশরাজগী চয়েৎনবা থৌশীল কয়াদগী লীগকা কঙ্গ্রেসকা খুৎশম্নরক্লবগী য়ুম্ফম থোনলে ।

১৯১৪ দা থোকখিবা পৃথিবীগী লাঞ্জাউনা রাজনীতিগী ঈরাং পুম্নমক নমশিনখ্রে । মন্দলেদগী থাদোরকপদা ঙাইরিবা তিলক ফাওবনা ভাবতমচা খুদিংদা ঙমজবমখৈ ব্রিটিশ সরকারবু মতেং পাংননবা হায়খ্রে । চাউরাক্লা তৌনখিবা আশাদি ব্রিটেন অমসুং মসিগা খুৎশম্নখিবা কাংবুশিংনা জর্মন অমসুং অস্ট্রিয়াগী অপূনবা কাঙবুবু শোয়দনা জয় তৌরগনি, মতুং তাবদা ভারতসু, কানাডাগুম্না মশানা মশাবু লৈঙাকচবা দোমিনিয়ন অমা ওইহল্লবগনি হাযর্বসিনি । অদুবু 'এলাইজ' হাযনা খঙনরিবা ব্রিটেনগা খুৎশম্নরিবা কাংবুশিং মথং মথং শোন্থরক্কুনা লান শাংনা শোক্লদুনা লৈবা তাখি । হৌগৎলকপগী আশা পুম্নমক তনথরকপা অমসুং খাঙঙমদবা ওইরকখি । ১৯১৫ দা টর্কিনা "সেস্ত্রেল পাৱার্স" হায়না খঙনরিবা জর্মন- অস্ট্রিয়াগী মীচংদা চংশিনখ্রবদা মুসলিমশিংনা ব্রিটিশরাজদা নৌহৌননা য়েংথিরক্লে । কাবুলদা আফগানশিংগী মতেং লৌরগা কাহেনবা মুসলিমশিংনা "প্রোভিন্সিয়েল গভর্নমেন্ত ওফ ফ্রি ইন্দিয়া" লিংখৎখ্রে । পান্দমদি ব্রিটিশ শাসনগী মখাদগী ভারত নীংতমহল্লগনি হায়বসিনি ।

হিংসাগী শক্তিনা ব্রিটিশরাজবু লৌথোকখিনবা হোংনখিবগী য়াম্না নীংশিংনিংঙাই ওইবা থৌওং অমা কানাডাগী নোংচুপ তোবর্বান্দা অমসুং ইউনাইটেদ ষ্টেটসতা খুন্দাদুনা লৈবা ভাবতমচাশিংনা পাঙথোক্লককই । মফমশিং অদুদা অঙৌবা জাতিনা মখোয়বু হন্থনা য়েংলিবা মীংয়েং অমসুং ভাবত সবকারনা মখোয়গীদমক করিশু তৌবিরক্তবা অদুদা ভাবত্তা হল্লগা ব্রিটিশকী মায়যোক্তা লালহৌরুবনা হেন্না ফরগনি হায়না মখোয়না খনখি । ১৯১৩ দা ব্রিটিশ কলম্বিযাদা উ য়াম্দুনা থবক তৌজবা সোহন সিংহ ভাক্না কৌবা অমগা কালিফোর্নিয়াগী কলেজ অমদা ওজা ওইবা হরদয়াল কৌবা অমগনা ৱাখল অদু থবক ওইনা পাঙথোক্লুনবগীদমক লালহৌবগী সংস্থান "ঘদ্র" পার্তি কৌবা অমা শেম্লে । (ঘদ্র হায়বদি উর্দু লোন্দা লালহৌবা হায়বনি) লাঞ্জাউ হেক থোক্লককপগা ভারত্তা লৈবা রাসবিহাবী বোস অমসুং সচিন সন্যালগা খুৎশম্নরগা থবক-থৌওং শীন্দোকই । পার্তি অসিনা তৌগদৌরিবসি পঞ্জাবকী মনুং অমসুং অকোয়বদা লৈরিবা ভারতকী লাম্মীশিংদা লালহৌহন্নবা হোংনবা অমসুং অরাপ্পা খুঙ্গংশিংদা লৈরিবা লৌমিশিং য়াওহল্লগা লালহৌবা অসি পাকথোক চাউথোকহন্দুনা অপুনবা "রিভোল্ট" অমা শাগৎপনি । লাইবক থীবদগী হৌরকপদা হান্ননা সরকারনা খঙদোকখ্রে । ১৯১৪ গী সেপ্তেম্বর তাং ৫ দগী ভারত্তা মপানগী মীওই অমত্তা চংহনখিদ্রে । অদুবু 'ঘদ্র' পার্তিগী মী লিশিং কয়া ভারত্তা য়ৌরকই, অয়াম্বা ফাখি । লেমহৌরিবা খরা অদুনা পঞ্জাবতা লৈবা সিফাই অমসুং লৌমী কয়ামুক্কী মপূক্লিং ওলহনবদি ঙমখি । "রিভোল্ট" অমা হৌরক্কদৌরে হায়বসি পুলিশশিংনা মমৈদা খঙলকই । 'ঘদ্র' পার্তিগী মী অমসুং সিফাই, চাম চামনা খুজিং ওইদুনা হাংতোকখি নংত্রগা জেলদা শাখিনা নর্মশিনখি ।

হোংনরম্বা লালহৌ অসি চাউনা মায়থীজখ্রবসু মসিগী পাকচাওববা থৌরাং অদুগীদমক শীল্লাংলিবা কাঙবুবু থাগৎনিংঙাইনি, মীয়ামদা মরৈবাকনীংবগী অকনবা ঈথীল অমা পীরমদুনা তুংগী নহারোল মীরোল কয়াগী পুক্লিং থৌগৎনফম ওইখি । লালহৌবগী ঈরাং শন্দোকপগীদমক সৈদ কার্তার সিংহ সরভা কৌবা নহা অমা মশাগী চহী ১৯ শুবদা মথৱাই কৎখি । শিদ্রিঙৈদা মহাক্না হায়রমই "ঐগী পুন্সি অসি কয়ারক হন্না পোকপা তারবদি, মপোক খুদিংমক ইমালৈবাক্কীদমক কৎথোক্কনি "। মমান্নবা হিন্দূমচা কয়াগা লোয়ননা সিপোই অব্দুলানা শিবগী দণ্ডি ফংলমদাইদা হায়রমই: "মীশিং অসিগতনি ঐগীদমক স্বর্গগী থোঙ হাংবিরক্কদবা ।"

১৯১৫ দা "ঘদ্র" গী ঈহৌ থুপচিনখিবতা নত্তনা কঙ্গ্রেস "মোডরেট" শিংগী অবোইবা তাঙ্গাসু লাক্লে । চহী ৩০ চুপ্পা সরকারগী য়ায়ফ থৌরাংশিংদা হায়বা ইনখিদবনি, মহৃযদি করিশু ফংদবগুম তৌবা অসিদা মখোয়গী পূক্লিং শোম্থখ্রে, মখোয়গী ঈজ্জৎ মাঙখ্রে । অদুগী মথক্তা, ১৯১৫ দা গোখলে অমসুং ফিবোজশাহ মেহতা শিখিবদা, মখোয়গী লুচিংবিনবা লৈরক্ত্রে । মতাং অসিদা তিলক অমুক চোংথোরক্লে, কঙ্গ্রেসকী লুচিংবা ওইববে, মহাক্কী হান্নগী হিন্দুশিংতগী ওইবা বাখল অদু থাদোক্তুনা নেসনেলিস্ত ইন্দিয়াগী অমওা ভাইববা লুচিংবা ওইবরে । মতমগী মতুংইন্না হান্নগী পুকচেল কল্লবা মোডরেটশিং, নৌনা "লিবরেল" ওইরক্লে । মখোয়গী মরক্তা চোংথোক্লকখি - শ্রীনিবাস শাস্ত্রী অমসুং তেজ বাহাদুব সাপ্রু । অদুবু মখোযগী অকনবা ঈথিন্না লৈবাক অসিগী রাজনীতি পুন্সিদা অচৌবা অহোঙবা পুরকপদা ঙমখিদে ।

তিল্লক্কী অহানবা থবকশিংগী মনুংদা, পান্দম মান্নরবনিনা লীগ অমসুং কঙ্গ্রেস অনী চুংশিন্ননবা হোৎনবনি । চুংশিন্নবা অসিদগী ১৯১৬ তা "লক্ষ্ণৌ পেক্ট" ওইবক্লে। মুসলিমশিংগী তোঙানবা ইলেক্তোরেত থম্লগা, মুসলিম্মা মেজোরিটি ওইবা পোভিন্সশিংদা বির্জাব সীট খরদমক লৌবা, মুসলিম্মা মাইনোরিটি ওইবা প্রোভিন্সশিংদা শকক যাম্না লৌবা হায়বা ফিবেপ অসিদা য়ানবগা কঙ্গ্রেসনা তাল্লিবা "দোমিনিযন স্তেটস" অদু পূন্না তানমিন্নবা হাযবসিদা খুৎশম্নবে । থৌশীল অসিনা ব্রিটিশকী "দিভাইদ এণ্ড রুল" গী পোলিসিদা অচৌবা শাফু অমা পীবে । মসি তিলক্কী রাজনীতি হৈবগী চাউববা খুদম অমনি ।

অদুবু দাবী অদু কঙ্গ্রেস অমসুং লীগ অনীনা পুন্না তানমিন্নববসু মীয়ামগী অকনবা মতেং যাওদনদি ওইথোক্লোই হাযবসি তিলক্না খঙখি, অদুনদা পার্তি অনীমক্না মতেং অসি ফংবা ঙমখিদে । মতম অদুদা এন্নী বেশান্তনা "হোম রুল লীগ" হায়বা সংস্থান অমা শেমগৎলগা পাউচে অমসুং মিটিং কয়া তৌদুনা প্রজাগী খোল্লাউ শাগৎনবা হোৎনবকই । রাফম অসি তিলক্না থবক ওইনা পায়খৎলকই, ১৯১৬ কী এপ্রিল থাদা পুনাদা 'হোম রুল লীগ' অমা লিংখৎই । থা মঙা লৈরগা এন্নী বেশান্তগী মশাগী "লীগ" সু আদ্যারদা লিংখৎখ। 'লীগ' অনী অসিদা মুসলিম লীগকী মীওই কয়ামুকসু মতেং য়াম্না পীবকলি । অসুম্না জাতিগী ওইবা ঈহৌ অমা লৈবাকপুম্বা শীনবা থুংনা, শিন্নী লিশিং কয়া কয়া য়াওহন্দুনা শাগৎলকই ।

তিলক্কী লীগনা মহারাষ্ট্র অমসুং কর্নাতিকাদা থবক চংথৈ, মেম্বর মশিঙ ৩২.০০০ শুরকই । বেশান্তগী লীগনা গুজরাট, সিন্ধ অমসুং ইউ: পী: ফাওবা শন্দোরকই, মেম্বর মশিঙ ২৭.০০০ শুই । লীগ অনীমক্তা লেকচর, দিসকসন গ্রুপ, পম্পলেট অমসুং পাউচেদা ইবা আর্টিকলশিংগী মতেংনা হোম রুলগী রাফম মীযামদা ভাব তাহনবা হোৎনে । তিলক অমসুং এন্নী বেশান্তগী লেকচরশিং যাম্না পাম্না তানৈ, মী লিশিং তরা হেন্না তিনবফাওবা যাওই, পম্পলেট ৩৫০.০০০ অহানবা চহীমক্তদা যোনবা ঙমখি । অদুবু ঈহৌ অসি খুমাঙ যাম্না চাউশিল্লক্লি হাযবদি যাদ্রি যাম্না অর্থ লৈনা সেক্রেটরী ওফ ষ্টেট মোণ্টেগুনা ১৯১৭ কী আগষ্ট থাদা লাউথোরকই : "ভারতা ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী মনুংদা লৈবা 'রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ত' অমা লৈবদা খুমাং চাউশিনহন্নবগীদমক মথং মথং ওইনা সেল্ফ গভর্নিং ইনস্টিতুসনশিং শেমগৎপগী পান্দম ব্রিটিশরাজনা থল্লি ।" লেজিসলেটিব কাউন্সিলশিংদা ভারতমচা যাম্না যাওহনবতা নত্তনা 'রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ত' অমা লৈহল্লগনি হাযবসি ব্রিটিশকী ইহান হানবা ৱাশক অমনি ।

ৱাশক অসিনা "দোমিনিযন ষ্টেটস" কী দাবী মশানা যাওজররনি হাযনা খনখিদনা এন্নী বেশান্তনা হোম রুল আন্দোলন যাওখিদ্রে । তিলকতি মসি থাজখিদে, ব্রিটিশ জর্নেলিস্ত অমগা আইনগী ওইবা রাফম কযা পুথোক্লদুনা যেৎনখি । মহাকপু ১৯১৮ গী সেপ্তেম্বর থাদা ইংলণ্ডদা চৎহনখি । তাঞ্জা অসিদা মশাগী হকচাংগী ফীভম ফৎলক্লে, রাজনীতিগী থবক্তগী পোথাক্লে । মহাক্কী হনবা নাইদ্ররা লাঞ্জং কযা নীংতম লানযমদা শোক্লবম্বগীদমক মীযাম্না মহাকপু "লোকমান্য" হাযনা শকখণ্ডদুনা ইকাইখুম্নখি ।

# ৭

# মহাত্মাগী মেজিক

# (১৯১৮-১৯২২)

১৯১৮ গা নবেম্বর থাদা পৃথিবীগী অহানবা লান্দাও লোইরে, ভার্বাও শান্থিনা যাওম কায়রৈবে। এলাইদ আর্মি পাঙ্গনবা গেন্থ থাম্না থাদোকই, কাহেন্না শেন্দোং পান্নবা লল্লোনবশিংনা চান্না থক্লবা মরু মরাংশিং লোন্না পৈশিন পোশন্দুনা থম্লে। মথা ভারক্লিবদি খ্বাইদগী হেন্না লাইরবশিং, লৌ লৈঙদবা লৌমীশিং অমসুং যেওবাগী শিং মীশিং, মকোক্তা মথুং হাপ্লি, লোংমগী চরা অমত্তং ওইরবস্ নোংখাংনবা লৈবক্লে। লৈবাক্কী মযম পম্নমথা চান্না থরবা যোনবা দুকানশিংদা চঙমনবক্লে। মযায ওইবা থাক্কী মাওঙশিংসু (মিদল ক্লাস) অবাবগী পন্দোন লোম্লবক্লে। মতম অদগী মীল নংএগা যেওবীদা শাবা পে হেলম চৈবর্মাশিং লোথনমকপু হায়বা যাই, মপান্দগী পুশিল্লকপা ওক্তান। লান মতমগী অবাং অপা লৈবনা, মখোযগী মমল তিংখত্তুনা বাংখংখ্রবনি। মতম অদুদা মোমোন নোকখিবা কাংবুদি লোন্না পোৎ পৈশিল্লিবশিং অমসুং আর্মি ঠিকাদারশিংনি। মরৈবাকমচাশিংনা উপ্রাক্লা শিংতুনা লৈবিঙৈদা মখোযগী মবল মথুম চাং চাংমুক বাংনখি।

ভারতও লান তৌবনা বাহনখিরবসি শেল থুমগী যীভমতদা নংখিদে। আর্মিদা মী কয়া নমদুনা যাওহল্লী, পঞ্জাবমক্তদা মা ৩৫০ ০০০ দগী হেন্না চষ্টী অনাবু শুযাওবা, নমদনা ইর্নিযোম শেংহল্লা। লান লোইরবকপদা মশাগী মবম ইলে লে ঙনা নীবেবা ডা লৈন নহা ওহাববা ভবতমচ লোশং লোশং কযা কযা হাংতোকই। লাপখ্রবা ইন্দিআ ভবতমচাশিংনা তহান হাংনা লান যাওনমক্তদা মী ২৮,০০ খবা হৈনবগী মনুংদা ৭ ১০ হাংতোকই। আসমধাই, মেসোপতোমিযাদস্ ভাবতমচা কযা কয শি। লোযং ন, লৈব ক মনুং অসিদস ইনয় গোপানচংবা লাযনা তৌন্না কযা, লান হেক লোইরগ। পাক শন্না শন্দোবক্তনা মী কয পাকহন্নি। শৈ, ভৌবগীদি মখোযশিং অদো সবাম চদংনবরা মা ওইনা অযাম্বনি। লান লোইববদা জাতি ৎপ্না ব্রিটিশবাজনু কি ৩৫৮০ বক্লে। অদুগা লোযননা ব্রিটিশ মিলিটরীগী জজ্জং পবপ পবপ লৈখা তাবকলে। ১৯১৮ গী সেপ্তেম্বর থাদা জর্মনগী লানগী জহাজ "এমদেন" ভারতকী সমুদ্র সিমা। লানশিল্লক্লুনা ব্রিটিশকী পোৎ হোনবা জহাজ কযা মাংহন্নবা অমসুং মাদ্রাজদা বোম থাদনবা চংশিল্লকই। অদুগা

মপান্দা লৈখিবা ভারতকী সিপাহি ৫০,০০০ হেন্না ব্রিটিশকী লানগী মকোকথোংবশিংনা কযাম্ব থৌশীল তৈতবা অমসুং "এলাইজ" শিং মায়থৌগনবা শম্মাদা লিংহৌবা অদানা হৌগনা ঊশিনবা ওমখি। অমা অদদা আমেরিকা মাংলানগী মখুদুদ ইংশিংনমক "ওয়াল্দ ওয়ার" মাংথবমং দনা।

অদুম ওইনমক, ব্রিটিশনা জাদ কাবগুম্বা অনম্বা খুদোংথিব অমগা থোকাখদং, হায়নবী ৫ ১৯ অদ ভারতগা অদুম চৎখে। লাঙ্গাউগী মমাঙদা শক্তি চাউনা লৈবক্তদু লৈখিদ্রে ঢাযবা খঙ্খিদে, লৈবাকপুম্বা চবাংনরে তাম্বসি ঊশিন্নখিদে, সাম্রাজ্য কন্নবগীদমক পঞ্জাবকী নগাবোর্লাশিংনা অব। অনা ঢাখিবশিংদুনা পেঃাদলগী চাং ওমখৈ লৈতনা বাংখৎখ্রে হাযবা খঙশিন্নখিদে, মখোং মবম খওদনা অবাবা ঢাববা সিপাহিশিংগী অবাবা উশিন্নাখদে অমসুং 'ঘদ্র' পার্তিদা যাওখিবশিংদা শা ষনগুম খোঙ্গেইনখিবা কাউথোকখ্রে, অমসুং টর্কিগী সুলতান খালিফানা মাযথীবদুনা ইকাইথিনংঙাই ওইবা শান্তিগী সন্ধি তৌনাখিবদা মুসলিমশিংনা যাম্না যেংথিবক্লবনি হাযবসি ঢাশিন ঊশিংখিদে। ১৯১৭ কী ওগষ্ট থাদা বেসপোন্সিবল সেল্ফ গভর্নমেন্ত ভারতা লৈহনগনি হাযবা ব্রাশক অদুসু কাউথোকখ্রে। মোন্তেগুনদি মক ওইবা খোঙথাং খবা শোযদনা চংশিল্লগনি হাযনা মযেকশেংনা লাউথোকখিবনি। ১৯১৮ গী অঙনবদা তৌগদৌবিবা বিফোর্মশিং অদুগী চাউথোকচখিবনি। ১৯১৮গী অঙনবদা তৌগদৌবিবা বিফোর্মশিং অদুগী চাউবাকপা শক্তম অমগী বিপোর্ট অমসু ফোঙখ্রবনি। অদুব অদুম নর্মশিন্দুনা লৈখ্রে। লাঙ্গাও হেক লোইবগা আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ত ৱিলসননা মতম কইনা শান্তি থম্মনবগীদমক পোইন্ত তবামাব যাওবা ফোবমুলা অমদি লাউথোকই। মদুগা মন্নদা "সেল্ফ দিতরমিনেসন" (সেল্ফ গভর্নমেন্ত) লোইচল্লবা লম পুম্নমক্তা পীগনি হাযবসু যাওব, ৯১৮গী নৌতৌনবা বাথম অসিনসু ব্রিটিশকা নাত্রা শেন্দ্রানবা অদু কোকতনবা ওমখিদে।

ভারতকা মাচম প্রজাশিংনা, মহোযনা লাগড়েগী মতমদা অবা অনা নমা খাঙজববগী কাবশু কান্নবা যংলওবা অদুদা মখোবগী চৈনা খাওবদা যাবক্লে, পন্দোন লোপ্লে। নমথাক তৌবা রাশকাশংগা অনুতাপ কাবমতা তৌদনা ভারতমচা অমবু মীনাহগা যোল্লুংনা পুন্দুনা থম্বা বদা অমতম ব্রিটিশনা লৌবমাপ্লে হাযনা চপখ্রংন খন্নবক্লে, মখোং গুরুত্ব সরকাব অমগা মখাদা মীওইনা অমগী চংনবোল অমও ভাকশেনাবদনা খৌজাল চইদনা কন পুহনা লৈখগনা। অদুব বাখল হুসিনা ভারতমচা

পম্মমক্কী লিংজেলদি মায়াহনলে। খুদক্তা পোকখাইবকপা যাবা অশাউবা অসি মমাংদা অসুম্না অমুক্তা ওইখ্রদ্রি। তৌজক, "বৌলত এক্ট" পুশিল্লক্তুনা অমক্তা হেন্না খাঙবা যাবা সিমানাগী মপাল থোকহনগদৌবে।

লাম্বা ও তৌগৎলকপা মতমদদি, সবকাবনা "দিফেন্স ওফ ইন্দিযা এক্ট" কী মতৌং লৌদনা শাক্ত যান্না লৈনা, যানিংবতা যবা, দণ্ড তৌনিংবতা তৌবা ঙমলম্মী। লাম্বা ও লেইখ্রবস্ এক্ট অসিদি অসুম চৎথাব। ১৯১৭ কী ডিসেম্বর থাদা বিষয অসিদা প্রস্তাব কযা তৌবক্লবা জস্তিস বৌলততা শামবে। প্রস্তাবশিং অদুদা যুম্ফম ওইবগা সাম্রাজ্যগী আইনসভাদা হাপ্পা খবগী মনুংদা, নন আর্ফিসিযেল মেম্বর ২২ না যেৎচবরস্ এক্ট পাস তৌবক্লে। ১৯১৯ গী মার্চ থাদা বৌলত এক্ট হাযনা খঙনবসি চৎনবা হৌবক্লে। এক্ট অসিদা যাওবিবা ঈবাং অমত্তা লৈতবা মতমদসু স্পেসিযেল কোর্ট অমসুং বিচাব তৌদনা মাযা মীপুন তৌবগী আইন যাওবিবা অসি ব্রিটিশবাজগী মপুক শেংদবা মতৌন হাযদুনা পুম্নমক্না কন্না চিংনবা পোক্লবে। জাতিগী ওইনা চিংনবা অসি মুসলিম লীগকী নহা ওইবিবা চেযাবমেন মুহম্মদ অলি জিন্নানা বৌলত বীল নৈনবা মতমদা অসুম্না হাযখ "খবর্কশিং অসি যাহল্লবাদ, নখোযনা অমুক্তা উদ্রিবা মতংদা লৈবাক শানবা থুংনা পেন্দবা অমসুং আন্দোলনা পুমচাই চাইবগনি।"

মতং [illegible] চহী কুপ্পুর্মক্ত ভাবতকী বাজনীতিগী ফম্বাক্তা মোহনদাস [illegible] লাতপুবা মী ওই শামত্তুম্না মতীক মগুল শন্দোবকই। গুজবাটকী [illegible] পোরবন্দবদা [illegible] "মিদল ক্লাস" ইমুং অমদা ১৮৬৯ গী [illegible] মতাক পোকই। অসিগুম্বা ইমুংদা পোকচনবস মতাক্লা [illegible] পম্মমক্ত [illegible] থগা ইবদা [illegible] লৈখদে। [illegible] মতাক্ল [illegible] চানা [illegible] অমসুং হৌনা হাপ্পা [illegible] লোয়া শা চাখি: ভাবতকী [illegible] কোক্লব মতাক্লা [illegible] আইন [illegible] ইংলেণ্ডদা [illegible] বাইবল [illegible] "[illegible]" [illegible] মতৌ [illegible] ওইন [illegible]।

১৮৯৩ [illegible] ইল্লকপা [illegible] আফ্রিকা [illegible] লৈবা ভাবতমচা মুসলিম [illegible] ওইবনবা চংলি। মযুম অদুদা মতাক্লা ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগা অহানবা ওইনা [illegible]। ফাষ্টক্লাস [illegible] কম্পার্টমেন্ত অমদা দববানদগী প্রেতোর্বিযা [illegible] মতাক্ল [illegible] টিকেৎ থাওজববসু, অঙৌবা মীশিংনা ফাষ্টক্লাসতা

তোংগদর্বনি হায়বা রাফম অমদগী মহাকপু মপোৎ মচেগা লোয়ননা মবিৎজবর্গ স্টেসনদা ইন্থবমই, মহাক যাম্না নুংঙাইখিদে, অসুম্না ঈজ্জৎ খোঙ্গাউর্নাখবা অসি মহাক্লা খক কাউবা লৈখিদে। মসিনা মহাক্কী পুন্সিদা অচৌবা অওনবা অমা পুবকলে। মমৈদা ভাবতমচাশিংদা অসুম্না অযাম্বা মতমদা ঈজ্জৎ খোঙ্গাউনাবনা, হেন্নদুম শাথিবা মওংদা ওৎনৌবিবা অদু উকবদগী, মহাক্লা খা আফ্রিকাদা অসুম লৈথদুনা সবকাবগা লান্থেংনবগে হায়না লেপলে। শেল যাম্না থোবপা উকিলগী থবক থদোক্তুনা যাম্না তোয়্না লৈর্জাবিবা মবৈবাকমচাশিংগী পুন্সি মবেল অদু লেনলে, মখোযগী মবক্তা লৈবে।

খা আফ্রিকাদা লৈবিবা ভাবতমচাশিং অসি ১৯ শুবা শতাব্দীগী মযায চনফাৎত্রিঙৈদা লম অদুদা শেল খজিক্তং পীবগা থবক শুহনবা যাগদবা মী কযা চংনবগী মতম অদুদগীনি। "ইনদেনচব" সিস্তেম হায়দুনা মী মশিঙ কল্লা কল্লা চংহনখিবা মতাং অদুদগী চংনখিবনি। সিস্তেম অসিগী মতুংইন্না থবক শুগদৌবিবা মীশিং অসি অকক্লবা মতম খবদগীনি, মতম অদু লোইবগা যেশা উপাই তৌদুনা তিংননবা লৈখহৌবসু যায নৎত্রগা মযুম মযুমদা লেম্না হনহনখিবসু যায। অযাম্বনা লৈথনৈ, অদুনা মখোযগী মীশিং অসুম অসুম যামখৎলকই। মচা মশুশিং কাববাব হৈবা মী কযাসু ওইনবক্লে। মবম অদুদগী সবকাবনা ভাবতমচাশিং চৎখিনবা থবক কযা পাযখৎলক্লে। পুলিশশিংনা ওৎনৈবক্লে, মপোৎ মবল মৎপ-মুনবা হৌবক্লে, খাজনাসু কাহেন্না লৌশিল্লক্লে। লৈখ তাশিল্লক্লিবা মীশিং অসিনা মতৌকবম্না শাহিং ঙাহিং চাবগী শক্তি অসি মাযথোক্লদুনা লাম্বা তৌগদগে হায়বসিদা গান্ধীনা কৃপ্না মতমচঙনা খন্থবে।

হিন্দু, জৈন অমসুং খৃষ্টিযান ধর্মগী লাইবিকশিং, অযাওবা মীশিংনা মব ওইনা বাশিযাগী লিও তোলস্তোই, ইংলিশবী জোন বসাকন, আমেরিকাগা হেনবা দেবিদ থোবোনচিংবনা মখল কযাদা ইবস্বশিং অদু নীংখিনা নৈনবগা মহাক্কী পাউখুম পুথোক্লে। "অহিংসা" অমসুং "সত্যাগ্রহ"গী পূর্নাশিনবা খোঙজং অমা তম্হিযদ্রে হায়না খল্লক্লে। রাখল্লোল অসি মহাক্লা অহানবদা নাটাল হায়বা মযমদুদা থবক ওহনা পাঙথোকলে। অহানবদা "ইন্দিযান কঙ্গ্রেস ওফ নাটাল" হায়বা সংস্থান অমা শেল্লে, সংস্থান অসিগী মখাদা ভাবতমচা পূম্নমক পূনশিল্লে, জাৎ বিজাৎ খাযদনা অপূনবগী শক্তি অমা শাগৎলক্লে মথংদা মখোয মখোযগী থবক অদু তৌদুনা পাল্লক শার্ভিসকী ওইবা থবক কযা চপ লেপহনবা কবম্না যাগনি হায়বা প্রমাণ তৌদুনা মখোযগী থাজবা থমহনলে। থৌদৌ অসিদা মীচম চাম চামনা খুজিং ওইদুনা(মশামক যাওনা) তোয়না জেল চংনবে। মখোযনা মাযপাক্লে হায়বর্বাদি অরাবা অসি, তঙাই ফদনা হবাওনা খাঙগদবনি হায়বা তম্বীবে।

১৯০৬ তগী তৌনা খা-আফ্রিকাগী সরকারনা আইন কয়া মথং মথং শেমদুনা ভারতমচা লৈবা ঙমদনবা হোৎনরে । খুদম ওইনা মখোয খুদিংগী শক্তাক চে (আইদেন্তিতি কার্দ) লোযনবা তায, মদুগী ওইনা চহী খুদিংগী টেক্স থীবা তায, পার্মিৎ যাওদনা ভারতমচা অমত্তনা কাববার তৌবা যাহন্দ্রে; খৃষ্টিয়ান নৎতবা মীশিংগী লুহোংবা চৎনহনদ্রে । পুম্নমক অসি থিংননবগীদমক গান্ধীনা মীযামগী ওইনা অহিংসাগা লোযননা যানিংদবা যোঙদোকহল্লে । খোঙজং অসি চহী নিপাল চুপ্পা চংশিনখি, সত্যাগ্রহীশিং জেল চংদুনা, লোইথাদুনা, নমদুনা থবক শীজিন্নদুনা হাইনিংঙাই লৈতনা অৱাবা খাঙখি । মমেদা সরকার মাযথীরে হাযবা মশানা যাজরি । খা অফ্রিকাগী প্রাইম মিনিস্তর জেনেরেল স্মাটসনা, অহানবদদি গান্ধীবু ফোংনা তুকৎচবম্লবসু মমৈদা যাম্না ইকাযখুম্নে, মহাক্না হায : "গান্ধীদি যাম্না চাউবা মীশক অমনি, মহাক্কী খোঙউপ ফাওবা ঐনা তোংবদা ইতিক চাদে ।"

১৯১৫ দা খা আফ্রিকাগী থবক লোইবদুনা গান্ধী ভারত্তা হল্লক্লে । কবি অমসুং দার্শনিক রবীন্দ্রনাথ টেগোরনা মহাকপু "মহাত্মা" হাযনা তবাম্না ওকই । মতম অদুদগী মহাকপু মহাত্মা হাযনা অদুম খঙনখ্রে । খা আফ্রিকাদা মহাক্না মায পাক্লকখিবা অদুনা মহাকপু লাইগুম্বা মী ওই অমগুম খন্নখি, ভারতকী নীংতম্বগী ঙানখৎলকলিবা থৱাম্নিচাক অমা ওইনা মীযামনা ইকাইখুম্নবা উৎনখি । অদুবু মতম খরদি মহাক্না রাজনীতিদা খোঙদাখিদে, "সত্যাগ্রহ" গী অথুপ্পা ৱাবোলশিং শন্দোকই, মীযাম্না কবি তৌরকপগে হাযবদু যেংদুনা লৈরে ।

অহানবদা অহমদাবাদকী মনাক্তা চেল্লিবা সাবরমতি তুরেলগী তোরবান্দা মহাক্না "আশ্রম" অমা লিংখৎলে । আশ্রম অসিদ সত্যাগ্রহীশিংগী মহে তম্ফম ওইরে, সামাজিক অমসুং অর্থনৈতিক্কী ওইবা বাখলাশিং নৈনবম অমসুং শন্দোকযম ওইরে । মফম অসিদা অহানবগী ওইনা লৈখিবা মাশক ২৫ গী মনুংদা ১৩দগী তাদনা তামিলনাদুদগীনি হাযবসিনা গান্ধীবু ভারত অপম্বগী ওইবা লৌচিংবা অমনি হাযবসি প্রমাণ তৌরে, মসিগী মথক্তা, মহাক মশামক শেংলবা হিন্দু অমা ওইজবরসু, ভারতকী ধর্ম খুদিংগী মা লাক্তুনা মাগী আশ্রমদা তবা ও তবাও লৈরবা অসিনা মহাক্কী অপাকপা মীংযেং অমসু, সাম্না চম্না লেনবা পুক্নিং মীযাম্না নংশ হাযরবসি তাকখ্রে ।

সত্যাগ্রহগী পাম্নেতনা ব্রিটিশপ ভারত্তগী তাম্মোকখিবা হমগান হাযনা গান্ধীনা থাজজরনসু, মহাক্কী অরেইবা পান্দমদি রাজনীতিগী নীংতম্বা তাও নংখন্দে, মতৌ করম্না মীযাম্না ঈজ্জৎ লেনা হংগদগে হাযবসুনি । ব্রিটিশকী মহুও শাবক্তে চৎশিংনা

শাসন তৌববসু "ইংলিশমচা যাওদনা ইংলিশকী শাসন তৌবা" হায়বদু তাদুনা তোক্কদৌবি । মঙোন্দাদ তশেংনা ফর্ত্রবসি "মোদর্ন ইন্দস্ত্রিয়েল সিভিলাইজেসন" (হৌজিক্কালগী পোৎথোক চাথোক পুথোকপগী সভ্যতা) অসিনি; মসিনা সাম্রাজ্যবাদ অমসুং লাইববব্ু ইনাকখুনবনা নমথবা হায়বদু ওইহল্লি । মহাক্না হায়খি . "ভাবতকী মুক্তিদি হৌখিবা চহী যাম্মুক্কী মনুংদা তমশিল্লবিবা মহেশিং কাউথোক্লগা ঘংগদবনি । বেলবে, টেলিগ্রাফ, হস্পিতাল, উকিল, দাক্তব অসিনচিংবা অসি লৈহল্লেহইদবনি, মথক থংবা থাক্তা লৈবিবা (অপ্পব ক্লাস) মীশিংনা লৌমী অমগুম্না বাখল লৈনা, ধর্ম চেন্না অনীংবা অমগা লোয়নননা অচম্বা পুন্সি লেনগদবনি"। মহাক্না মগু মগুজাববা নীংতম্লবা ভাবত হায়বসি খুৎশা হৈবগী থবক যাম্না চাউখৎলবা, মবল মথম যাম্না পৈশনদবা খুঙ্গংশিং অমসুং শহবমচাশিংনা শাগৎপা লম অদুবুনি । মবম অসিদগী লং নাইনবা তবেং (চর্খা) না ভাবত জাতিগী মব ওইবা খদম ওইনা মহাক্না লৌখৎখি ।

"সত্যাগ্রহ" গী পাউজেল শন্দোকপদগী গান্ধীনা থবক ওহনা পাযখৎনবা থৌবাংশিং তৌবক্লে, বিহাবগী চম্পাবান জিলাদা হৌই । মফম অদুদা ব্রিটিশকী নিম (ইন্দিগো) গী ফেক্তবী তৌবা কাঙবুশিংনা লৌমীশিংবু নিম থাহনবদা ওৎনেবগী থবক যাম্না চৎথবকই । মখোযগী লমগী শক্ক ২০ গী মনুংদা ৩ মমল থাজওা মমিং ওহনা পাবগা নিম থাহনখি, মসিবু "তনখাতিযা সিস্তেম' হাযনা খঙনখি । গান্ধীনা মফম অদুদা চৎলগা মশামক্না থিজিনা হুর্মাজিন্নিংখি, অদুবু লোকেল ওথোবিতনা মহাক্না চম্পাবান চংবা অদু থিংখে । গান্ধীনা সত্যাগ্রহ তৌবগীন হাযনা কিতহল্লকপদা ৎকম অদু লৌথোকই । আইনগী মতুংইন্না থজনা খাজিল্লক্লবদা যেক্তবীবালাশিংনা অবানবা থবক কযাগী শাক্ষী শাবোন কয নীংথন পুথোবকই । থৌদৌ অদু ময়াম্ন পাবশঃ থাগৎনবকই । মমৈদা সবকাবনা ভপাউ লৈবক্রুদনা তনখাতযা সিস্তেম মুথৎখ ।

মথংদা, বাজনীতিগা মাব শুপ্পে লৈনহন্দনা অহানবদা চাংদে অমা তৌই । টেক্সতাইল মিলশিংদা থবব তৌববা শান্নাশিংনা মখোযগী তলব বকথনবা হৌবাং মিল মপুশিংনা তৌবক্লবদা আন্দোলন কন্না তৌই । মপুশিংগা শিন্নাশিংগা গান্ধীনা তাহাশঃবা হোৎনবা অদুদা মায পাক্ল ক্রুদনা শান্তিপূণ ওইবা স্ত্রাইক চৎথনবা শিন্নাশিংদা পাউতাক পী, খবা লৈবগা মশামকসু চবাহেনবগী খোঙজংদা যাওই । মমৈদা মিল মপুশিংনা শিন্নাশিংগী দাবীদা অযাবা পাখ ।

চাংযেং অমসু অবোইবা ওইনা গুজরাটকী খেডা জিলাদা তৌই । ১৯১৭-১৮দা লৌবোক খজিক্ত থোকপা কুম অমদা লৌ খব খবদং লৈজবা কাণ্ডবুশিংনা পোৎচৈগী মমল অসুম অসুম তাংখৎলকপদগী মশা মশাগী ইমুং মনুং খবচ তঙাইদনা হেঙ্গৎখি । লৌগী খাজনা থীবা ঙম্লবক্তে, মখোয খবনদি শুকপী পীদনবা ফাওবা ব্রাবেপ্লবক্লে । ব্রাথোক অসিদা লাম্মী যাওশিল্লে, খুঙ্গং কযাদা খাজনা থীদনবগী সত্যাগ্রহ পাকচাউনা তৌবক্লে । মমৈদা সবকাবনা খাজনাগী চাং খজিক্তং হন্থহনখি । চাংযেং অসিগী মতুং তানা হেন্না কান্নবক্লিবদি "সত্যাগ্রহ" গী লাল্লোং অসি খুঞ্জা লিশিং লিশিং হৈবক্লে । অসুম্না জাতিগী ওইবা তুংগী লাঞ্জংশিংদা মতুংইনবিবক্লবা মীওই কযা শেমগৎপা ঙমলে ।

১৯১৯ গী ফেব্রুযারী থাদা সবকাবনা বৌলত এক্ট পাস তৌবক্কদবা উববদা গান্ধীনা কঙ্গ্রেসকী লুচিংবা ওইবগে হায়না লেপলে । লৈবাকপুম্বা অৱা মৈশা লাংদুনা লৈনবি, ইলায লাযনা পাকচাউনা হিংসাগী থবক পাযখৎলকপা যাবি । পুম্নমক অসি গান্ধীনা অহিংসাদা থাজকবনা ঙাক শেন্দবা যাবক্তি, কা হেন্না চযেৎনবা লৈহনবা যাদ্রি হায়না খনলে । মহাক্না লৈবাকপুম্বগী ওইবা, "হর্তাল" তৌদুনা এক্ট অসি থিংসি হাযনা লাউথোবক্লে তৌবগীদি হর্তাল অসি নোংমখক্তংগীনি, মদুসু নোংমাইজিংদা, মার্চকী তাং ৩০, মমৈদা এপ্রিলগী তাং ৬ তা পাঙথোকই । হর্তাল হাযবিবা প্রজা মীযামগী স্ট্রাইক আসনা কাববাব অমসু, অতৈ থবক থানা কযা পূমলেপ লেপহনখি । অসিগুম্বা মওংগী "প্রোতেস্ত" অসি অনৌবদি নত্তে, অদুবু লৈবাক শীনবা থুংনা পাঙথোক্লক্কনি হাযবসিদি কন্নানসু থাজবমদবনি । হর্তালগা খোল্লাউনা ভাবত খুদক্তা যাহৌবকই, অদুবু মহাক্না শ্লানাদ মাস শান্তি ওইনা পাঙথোক্লিংবনি । মহাক্না "সত্যাগ্রহ সভা" অমা লিংখৎনা মাযাম্না হিংসাগী থবক তৌদনবা ঙাক শেলহল্লী, হোম রুলগা লীগ অনামক থৌবম আসগীদমক শাজনৈ । অদমকপু লাওবকথাবদি মীচমাশিংগী থাক্তা সংস্থান অমত্তা লৌখদে । গান্ধী মশামক্তা অহিংসা অমসুং সত্যাগ্রহগী পাউজেল মযম খুদিংদা চৎ চৎতুনা শন্দোকলুই, পঞ্জাবতংদি মহাক্না চংবা ঙমখিদে । হোম রুল লীগাশিংনস মযম অদুদা নীংথিনা খোঙযম শেম্বা ঙমদ্রিবনি । মবমদি "ঘদ্র" গী লৌতুনবশিং সবকাবনা কন্না নমথাখিবা মতম ওইখি ।

গান্ধীনা নীংজবম্বা অমসুং সবকাবনা নমথনবা শেম শাবিবা হর্তাল অসি মীযামদা যাম্না পাকশন্না পাম্নবা অসুম অসুম হেঙ্গৎলকই । অশুক পাম্নবক্কনি হাযবসি গান্ধীসু সবকাবসু থাজবমদবনি । পঞ্জাব নত্তবা অতৈ মফমশিংদা পুমপাম পাম্নবগুম তৌবে হাযনা খঙলে । পঞ্জাবতদি চাউববা মীযামগী প্রোসেসন, কন্না লাউ খোংবা, হিন্দূ

শিখ অমসুং মুসলিমশিং, অমুক্তা ওইখিদ্রবা মওংদা মকুপ মপাং ওইনবকপা পুন্নমক অসি উবা ফংলে। হান্না লেপ্পুখিবা নুমিৎ মার্চ ৩০ দা দিল্লীদা তৌখিবা "হর্তাল" দদি মীযামগী ওইবা তিংসা খবা থোকই, পুলিশনা নোংমৈ কাপখি, অদুবু থাজদনা মুসলিম অমসুং হিন্দূশিংনা জমা মসজিদতা চাউববা মীযাম অমা পুন্দুনা আর্য্য সমাজগী লুচিংবা স্বামী শ্রদ্ধানন্দনা ব্রিটিশবাজগী মাযযোক্তা অমত্তা ওইনা লিংজেল মান্ননবা ৱাংখিবা ৱাঙাং অদু তাদুনা লৈনৈ, মী কযানা স্বামীজীগী মখোং পাযনৈ।

দিল্লী অমসুং পঞ্জাব মফম অনী অসিদা মীযামগী শাজৎ কাহেনখিদনবা গান্ধী মশামক মফমশিং অদুদা চৎনবা থৌবাং তৌই। অদুবু এপ্রিল ৩াং ৯ দা মহাক্না বোম্বেদগী দিল্লী পাংলকপদা সবকাবনা মহাকপু দিল্লী চংদনবা থিংলে। লম্বী মযাগী ষ্টেসন অমদা কুইনা থন্নগা বোম্বেদা হলহন্নখি। থিংখিবা অসিদা মফম পুন্নমক্তা কন্না অশাউবা ফোঙদোক্লবকই, দিল্লীমক্তদা মতম শাংথনা হর্তাল তৌই, কলকাতাদা পুলিশ অমসুং আর্মিগা খুৎ থোক্লবে, অহমদাবাদতা সবকাবগী মপোৎ মচৈ কযা মাঙতাকহনখি। পঞ্জাবতা খ্বাইদগী হেন্না শাথিববা থৌদোক অমা ওইবে। গভর্নর মাইকেল ওদ্যাবনা মীযামবু নমথনবা থুনমক অবোইবী থাদুনা চংশিনখি। গান্ধীনা পাউক্তেনজবিবা "থম্মোযগী শক্তি" (সাউল ফোর্স) অদু খোঙ্গাউনদুনা চৌবি, খুত্তমতনা শক্তি অসি নমথগানি হাযনা চাউথোক্লা লাউবে। গান্ধীনা বেপ্নেবোমদা হনখিগদবা নুমিৎ অদুমক্তদ ওদ্যাবনা পঞ্জাবকী মতীকলৈববা বাঙাং বাতা যাম্না হৈববা লুচিংবশিংগী মবক্তগী অনা মপান্দা লোই থাই। মসিনা মবম ওইদনা মথংগী নুমিত্তা অমৃতসরদা অচৌবা অংম হাৎলি ইংলিশ নুপী ডাক্তর অমবুনা খোঙ্গোইনে। শহর অদু খুদক্তা মার্সেল লো (মিলিতরী শাসন) গী মখাদা থমখি, লেফ্টেনেল দাযরদা শক্তি পুন্নমক শীন্নে। মহাক্না থুনমক পব্লিক মিটিং লোইনমক থিংজিল্লে। তাং ১৩ দা মনাকনাকপা খুঞ্জাশিংনা খ্বাইদগ চাউববা পঞ্জাবী উৎসব "বৈশাখী" থাগৎনবা অমৃতসর তম্না যুগিজিল্লবকই। মখোয মিটিং থাওবা লাকখিবা নত্তে, মিটিং তৌবা থিংলে হাযবসু খঙখিবা নত্তে।

মহৌশাগুম্না অবাংবা চেকপলনা খাজিনবা জালিযানৱালাবাগ কৌবা লমহাং অদুদা খুঞ্জা লিশিং লিশিংগী লৈফম ওইদুনা তিন্নবনি। খঙহৌদনা বাগকী চংফম অমখক্তং লৈবিবা অদোমদগী সিযাই চামমুক্কা লোযননা জেনেবেল দ্যার চংলকই, ইচম চমজনা লৈর্জাবিবা মীযামদা কাবক্তু খঙহল্লমদনা সিযাইশিংদা নোংমৈ কাপাশন্নবা হুকুম তৌই। নোংমৈ বাউন ১৬৫০ কাপ্লবা মতুংদা মহাক্না চংলকপগুম অদুম থুনমক হনখি। সবকাবনা মী ৩৭৯ শিবে হাযনা লাউথোকই, তশেংবদি মদুগী শকক অনী হেনবনি।

ত্রাশ ওনা থোকহল্লিবা অসিনি। মখা ওক্তা দ্যাবনা লন্বীদা পাং তিংদুনা মী ফুবম অমসু, ইংলিস লেদি ডা. ক্তবরু লাক্লখিবা মখম অদুদা শাদুনা থল্মী। লন্বী অদুদা চংখিবা ভাবতমচা খুদিংমক পাংতিংলবা ফ্রেম অদুগী মখাদা খুক খুদক কুন্দুনা চৎকদর্বানি হায়না হুকুম তৌই, লোঘননা নহাবোল কযাম্বক পংফুদা ফুহল্লে। মসিদগী অমুক হেন্দোক্ত্বনা মফম পুন্নমক্তা অকি অখংগী থৌশীল ডাক্তা শন্দোকখি, ভাবতমচা খুদিংনা অভৌবা ত্রবদা তেওক্তা "শলাম" তৌহল্লে।

পঞ্জাবগী মফম অতেদস্য মিনুংশি যাওদনা নমথবগী থবক চংথে। লাহোবদা পাকতক্লনা শিন্মাশিংনা স্ট্রাইক তৌবক্লবদা, মার্সিয়েল লো' চলাইবে, মীযাম্না তিংসাগী থবক তৌবক্লবদা অভৌবাশিংনা কান্তোনমেন্তদা চংদুনা লোৎপা তাখি। গুজবানবালাদা নোংথওক্তগী বোম থার্দাখ, কাসুবদনা মীযাম পুন্নমক নুমিৎচুপ্পা অমা নুংশাদা ফৌখি। পুন্নমক অস লোইহবগা ওদ্যাব পেঞ্জবল্লগানি। অভৌবা মবি শিবগীদমক থামদ্রবদা ভাবতমচা ১২০০ মহাক্ল' হাৎলে, মসিগী শক্ক অহুম হেন্না অশোক অপনা নংহনলে।

ওদ্যাবনা' পাউচোশিং কাহেন্ন' চেকশিন্না থিংজিনখিবনা বৈশাখাগী মীহাৎ অসিগী মবমদা মপানগী মীওইশিংনা চযোল কযাগী মতুংদা খওনবকই। পাউ অসি তাবদা ১৯১৩ দা সাহিত্যগী নোবেল প্রাইজ ফংলবা মতুংদা ববীন্দ্রনাথনা ব্রিটিশবাজদগী ফংবা "নাইট" কী মিংথোল অদু হন্দোকখি, ভাইসবোইদা মহাক্লা খওহনখি: "অখন্নবা মিংথোলশিং অসি যাওদনা ইবৈবাকমচাশিংগী মবক্তা লৈজবগে, মখোযদি কবিগু লৈতনা খনবিবনিনা, মীওইবা অমনা' ফংফম থোক্তবা ইকাযবা অদু ফংদুনা লৈবা তবি।" মখা তাব ওইনা গান্ধীস্য মাগী মেদলশিং ঝুলু বাব মেদল অমসুং কাইজব ই হিন্দ মেদল হন্দোকখ্রে, মাস হাবখি, "হিংচাবগী শক্তম লৌববা সবকাব অসিগা কবিগুস্না মওং অমওদা থৎশম্নবা হাযবাস পাপকী মশক্লি"। মসিগী মখওক্তা 'হতাল' দগী হেন্না অকনবা খোঙথাং অম' হেক ৬ল্লিবমখৈ অথুবদা থাংলগনি হায়না লেপখি।

মহাক্লা কুযনা ভাইদ্রে, থৌদোক কযা থোক্লক্লে। টর্কি অমসুং সুলতান খালিফাগী ত্যংগী ফীভম খঙবগা মুসলিমশিংগা খেইবাংবা হেঙ্গৎলক্লে, ১৯১৯ গী সেপ্তেম্বব থাদা "ওল ইন্দিযা খিলাফৎ কমিতি" লিংখৎলে, থা অনী লৈবগা বৃটিশনা টর্কগী ফীভম অসি খডশিন্নদবগীদমক, প্রোতেস্ত তৌবা ওইনা, কমিতি আসগা মেম্বব খবনা সবকাবগী মখওক্তা "নন কোওপবেসন" তৌবদা যানিংবা ফোংদোবক্লে। ১৯২০ গী ...ন থাদা এলাইজাশিংনা টর্ক ... পাকচাওববা শক্ক অমা গ্রাস, ইতালী অম...

ফ্রান্স তা পীখোক্লবা লেপ্লখ্রে তাবদা কমিতি অসিনা "নন-কো'ওপরেসন প্রোগ্রাম "দা যোংনা যাবে হায়রক্লে । মবক অসিদা, পঞ্জাব মীহাৎকী অফিসিয়েল রিপোর্ট ফোংদোক্লে । গভর্নর ওদায়র মরাল লৈতে হায়রক্লে, অদুগা জেনেরেল দায়রনা হীং দযানা আর্মিদগী তোকহল্লগা তুমীন্না লৈশিনখ্রে । থৌদৌ আসদা ভারত জাতি পুম্নমক শাউগৎহনখ্রে, মযুমদা হন্নাখিবদা দায়রবু ব্রিটিশ প্রজাশিংনা অথৌবা অমানি হায়না তরাম্না ওকখিবা অসিনসু অমুক্কা হেন্না শাউগৎহনখ্রে । মহাকপু ভারত কনবা মী অমানি হায়বতা নংনা শেল ওইনা মনা পাউন্ড ২৬,০০০ সু পীখি । মতাং অসিদা গান্ধীনা "পঞ্জাবতা অরানবা তৌখিবা" অমসুং "খিলাফৎতা অরানবা তৌখিবা" অনী অসি চুমথোক্নবগীদমক "নন কো-ওপরেসন" লাঙ্গং চংশিন্নবা কঙ্গ্রেসনা খাল্লিখৎ কমিতিগা চুংশিন্নহনখি ।

১৯১৯গী ফেব্রুয়ারী থাদা তৌখিবা অদুদগী হেন্না ব্রিটিশরাজনা খুদোংথিবক্কদৌরি । মরমদি লানহৌনিংবগী ঈবাং অসি প্রজা মখল শুনা লৈনবে, যেকুবীগী শিন্মাশিংনা মীওইবগী অধিকার তাম্নিংলক্লে, ১৯২০ গী অহানবা তংখাইদা মখোয় লাখ মঙা হেনবনা স্ট্রাইক্কী খোঙজং চংশিনখি, লৌমীশিংসু মখোয়গী ওমজরা ফুদোক্লবক্লে, নোংপোক ইউ পি, দারভাঙ্গা অমসুং রাজস্থান্নচিংবদা "কিসান সভা" হায়দুনা মখোয়গী চাওর চাওরবা সংস্থান লিংখৎনবক্লে । পান্দমদি মখোয়গী ফংযম থোকপা অধিকার পীরিদবগীদমক আন্দোলন তৌরনি । খিলাফৎকী বাথোক অদুনা মুসলিমশিংগী ঈবাং লৈবাক শীনবা থুংনা কনখৎহনখ্রে, থুনমক ব্রিটিশ শাসনবু তুকচচমনবনা মখোয় ২০,০০০ হেনবনা আফগানিস্থানদা চংশিন্নখ্রে । কলকাতাগী মুজাফর অহমদ শাওনা থৌনা যববা নহারোল মহৈরোশিং হৈনা কাউলুপ অমা "কম্যুনিস্ট রিভোলুস্যনরী তেক্লিক" ওমলুনবা অকিবা লৈতনা বাশিযাদা চংখ্রে ।

গান্ধীনা 'নন কো-ওপরেসন' তৌরসি হায়বগা মতম, মসিদগা হেন্না ও তোপ্পা মতাং চারা লৈত্রে । অদুনা থবক ওমগদবা থৌরাং মতিকচানা তৌরে । কঙ্গ্রেস পার্টি চেকাশিন্না শেমগৎলে, মী ১৫ গী বার্কিং কমিতি শেম্লে, নহারোলশিংগী নেসনেল ভোলণ্টিয়র কাঙবু অমসু শেমগৎলে । কাঙবু অসিদা লম লমগী ওইবা অকপ্পা মরোল ভাব ওহন্নবা শীন্নবে । লৈবাকহুপ্পা মতম ঙাইনদনা লৈবে, গান্ধীতবু মীযাম্না অশেংবা লূচিংবনি হায়না খন্নবে । মীচম প্রজাশিংনা ব্রিটিশরাজগী মহুৎ গান্ধীরাজনা শোযদনা শীল্লবগনি হায়বগী থাজবা পোক্লবে । গান্ধী মশামকসু কাহেম্না থাজমনখিদুনা ১৯২১ লোইবকপদা স্বরাজ ফংলগনি হায়না লাউথোকলে । ১৯২১ অসি ভারতকী নীংতম লানগী

ইতিহাসতা যাম্না মরু ওইবা মতাংশিংগী মনুংদা অমনি । গান্ধীনা খনখিবদি সবকাবগী শক্তি অমসুং ঈজ্জৎ হাযবসি ভাবতকী প্রজাশিংনা মতেং পীববতদা ওইবক্কদবনি, মতেং অসি তাংকক নাইনা লৌথোক্লবদি সবকাবগী মপাঙ্গল কবিশু লৈববোই হাযবসিনি । থবক্কী চাউবকপা কাযাৎ অমা শেমদোক্লবসু মতাং মতাংগী থৌশীলদি গান্ধীদা মযামনা অদুম শীন্নবে ।

জানুযাবী হৌবদগী থা ৬ লোমদি সবকাবগী কোর্টশিং অমসুং মহৈ তম্ফমশিং 'বোইকোট' তৌবতনা নন কোওপবেসনগী অহানবা শক্তম ওইবে । চিত্তবঞ্জন দাস, মোতিলাল নেহরু, বল্লভাই পেটেল, বাজেন্দ্র প্রসাদ অমসুং সি, বাজাগোপালচাবীনচিংবা মমিং লৈববা উকিল কযানা উকিলগী থবক তোকথোক্লুনা কঙ্গ্রেসকী মপুংফাববা ৱার্কব ওইনবে । বেঙ্গল, বিহাব অমসুং উবিষ্যানচিংবা ভাবতকী মফম কযাদা "পঞ্চাযেত" শিং নৎত্রগা মীযামগী কোর্ট লিংখৎনবক্লে । মহৈবোই লিশিং লিশিংনা সবকাবগী স্কুল অমসুং কলেজ থাদোক্লুনা জাতিগী ওইবা মহৈতম্ফমশিং খুদম ওইনা জামিযা মিলিযা (অহানবদা আলিগডদা হৌবগা দিল্লীদা হোংখিবা), কাশী বিদ্যাপীঠ অমসুং গুজবাট বিদ্যাপীঠনচিংবদা লাইবিক তম্নবে ।

জুলাই থাদা গান্ধীনা মহাক্কী নন কোওপবেসনগী মথংগী খোঙজং হৌনবা থৌবাংলে । ব্রিটিশনা শাবা পোৎচৈ মরু ওইনা ফিবোল মখৈ বোইকোট তৌননবা লৈবাকশীনবা খুংনা ঈবাং শাগৎলক্লে । ফি লল্লোনবা কযানা থৌবাং অসিদা শকক যাখি, মপান্দগী ফি পুশিল্লকপা তংখাই হন্থবে, লঙ্কাশাইযব টেক্সটাইল ইন্দস্ট্রিদা ফনা থীনা শোকতনল্লে । ব্রিটিশবান্দবু তাখিবা উত্তুনা মযম কযাদা চাং নাইনা ব্রিটিশকী ফি মে থানবে ।

সেপ্তেম্বব থাদগীদি খোঙজং অসি কুংশিল্লক্লে । মবৈবাক নুংশিবগী ঈবাং কনখৎলক্লুনা মুসলিম লীগকী লুচিংবা মুহম্মদ অলি অমসুং মনাওনুপা শৌকত অলিনা মুসলিম সিযাইমখে আর্মিদগী তোকলক্লবা হাযবে । কঙ্গ্রেসকা খিলাফৎ কমিতিগা কাযনবক্লবা হাযদুনা সবকাবনা মখোয অনীমক ফাজিনখি । মসিদগী হেন্না শাখিবক্লিবনা গান্ধী অমসুং অতৈ কঙ্গ্রেসকী লুচিংবা কযানা আর্মি যাওনা সবকাবগী থবক পুম্নমক্তগী তোকলক্লবা হাযখি । গান্ধীসু মতম অদুদা সবকাবনা ফাজিনখিবা যাববনি, অদুবু ব্রিটিশবাজনা মদু তৌকববদি লৈবাক অসি লাকঙম ফাঙমদনা লাংলকপা যাই হাযনা খন্দুনা খুত্তুম শীংলগা লৈবা তাখি ।

অদুমকপু, সবকাবনা কঙ্গ্রেস অমসুং খিলাফৎ ৱার্কব চাম চাম যাজিল্লে, পব্লিক মিটিং তৌবা, ভোলন্তিযাব গ্রুপ শেম্বা থিংজিনখি। মসিনা হেয়া শাউগল্লবা খিলাফৎকি ল্পচিংবশিংনা, মশানা মশাগী শাসন তৌজবা (সেল্ফ গর্ভর্নমেন্ত) অসিগী মথক্তা, চপচানা নীংথৗবা লৈবাক অমা (কম্পলিত ইন্দিপেন্দেন্স) অমা ওইগদবনি হাযনা খুমাং চাউশিল্লকই। গান্ধীনসু অথিংবা হুকুমশিং অদু চবচানা থুগাযনবা ইনশিনখি। মহাত্মা হায, "ঐখোযনা মায পাকদবদি মী লিশিং লিশিংনা শাহাৎপমদা যাউমচাশিং পুশনখিবগুম, জেলদা পুশিনহনখিগদবনি।" ফীভম অসুম যৎচিল্লক্লি।

নবেম্বব তাং ১৭ তা ইংলণ্ডদগী পিন্স ওফ ৱেলস, সবকাবনা ভাবত্তা লাক্লবা বার্তন তৌব্দুনা বোম্বেদা থুংলবে। সবকাবনা খনখিবদি মহাক লাক্লগা প্রজাশিং খবা ইংথখিবা যায অসিনি। অদুবু নুমিৎ অদুদা লৈবাকপুম্বদা হর্তাল তৌখি, বোম্বে শহব ফাওদুনা প্রিন্স অসিনা চীংলেম্মা চংশিল্লকপদা লম্বী পুমহাঙ হাঙখি, থোঙনাউ থিংজিন্নখি, পুমচীক চীকখি, পার্সী অমসুং অতৈ খবনা হর্তাল যাওদবদগী ঈবাং থোক্লবকুনা মী ৫৮ শিখি। গান্ধীগী মথৱাই শোকখ্রে, হাযবকই "ঐনা তৌখিবা নুমিৎ নিনি অসিদা শাগৎচবম্বা স্ববাজ অদু নাতোল মনুংদা ফুনজিন্দুনা লৈখ্রে", হিংসা তৌদনবা মহাত্মা চবা হেনখি। সবকাবনা মীযাম পাকতক্লনা ফাগৎলক্লে, ১৯২২ গী জানুযাবী থা ফাওবদা, কঙ্গ্রেস লুচিংবা কযা যাওনা মী ৩০,০০০ মুক জেলদা থাজল্লে।

মবক অসিদা, কঙ্গ্রেসনা গান্ধীদা আন্দোলনগী অবোইবা শরুক কবম্মা, কযা পাক শন্না অমসুং কবম্বা মতমদা তৌগদগে হাযবদু লেপথোক্লবা শীন্নবে। থা অমা চপ্পা খল্লগা গান্ধীনা সুবর্টজিলাগী মী ৯০,০০০ গা মখাদা লৈবা বার্দোলী হাযবা মফম অদুদা "সিভিল দিসওবিদিযেন্স" অসি তৌবগান হাযনা খঙহন্লই। বোম্বেদা হাৎনা শুনখিবা অদুনা পাকশন্না হিংসা তৌনবক্কান হাযবগা চেকশিন থৌবা, ওইনা আন্দোলন পীকতক্লা তৌনবা শীনখিবনি। হাযবগা তৌবগা, ফেব্রুযাবী তাং ৫দা বার্দোলীগী আন্দোলন হৌবমদাইদা ইউ: পি: গী চৌবি চৌবা হাযবা খুলদুদা আন্দোলন তৌবশিংনা পুলিশশিং অদুনা কাইহৌবকপদগী মখোয ২২ হাৎলি। গান্ধীদা মসিনা অবোইবা স্বব শৎখিবগুম ফেব্রুযাবী ১১ দা নন-কোওপবেসন আন্দোলন পুম্নমক য়ৈথোক্লে হাযনা লাউথোবকই।

# ৮

# খোইশাউনখিবা চহীশিং

# (১৯২২-১৯২৯)

মখ্য পাকপগী আশা লাক্লনবা মতমদা কল্লবা খোঙজং অমা খংলেপ লেপ্পাখিবসিদা লৈবাক অসিগী মীযাম্না হৌক হুক্লখি। জেল মনুংদগী গান্ধীনা আন্দোলন লেপ্পগনি হায়না লাউথোবকপদা চিত্তরঞ্জন দাস অমসুং মোতিলাল নেহরুনা অবাবা থোকদোকই, লোযননা গান্ধীগী বা অদু থাজবা ঙমখিদে। ব্রিটিশবাজসু চপ মান্ননা ঙকাখ, অদুবু যাম্নদি নুংঙাইখি। মার্চকী তাং ১০ দা গান্ধীবু মহাক্কী আশ্রমদগী ফাবগা চহি ৬ জেল পীবে, গান্ধীসু হবাওনা যায। থা অনীগী মমাঙদা ফাজিন্দুনা জেলদা থম্লম্লবদি, লৈবাক শাব খাব শাবমগদর্বনি। অদুবু হৌজিক গান্ধীনা জেলদা লৈখ্রবা মবম্না পুম্নমক নীংবা কাযনবে, মথব্রাই মমি যাওনদ্রে। ভাইসবোই রিদিংগী বাহৈদা "হুই অমফাওবা খোংখিদ্রে" হাযনবে।

গান্ধী মশামক্লসু মাগী মতুংইনবশিং অমসুং মাবু যাবিবা কাঙবুশিংনা মকোক ঙাওনবকপা অদুদা কবিসু নাচুংবা পোকখিদে। মবমদি মহাক মশামক্কী বাখলনা লমজিংদুনা চংশিনখিবনি, ওইনিংবা ওইবকপদা নুংনাংবা পোকখিদে। মহাক্কা খ্বাইদগী চেৎনা থাজবিবা ব্রাখলগী লমজিংশিংগী মনুংদা পান্দমদগীদি (এন) লম্বীনা (মিন্স) হেন্না লুই হাযবসিনি; মক ওইনা হিংসাদগী হিংসা পোকলক্কুনা লৈবাক অসিনা নীংতম্লবা হোৎনবিবা অসিদা প্রজা অমসুং মখোযগী লুচিংবশিং শা ওইহল্লক্কনি হাযনা চেৎনা থাজখি। অদুমকপ মতুংদা সত্যাগ্রহগী খোঙজং অসি মী যামদবা, আপকপা মফমদদি কান্নবা যায, ভাবতকপ্না মীশিং যাম্না যামখ্রবা, যাম্না পাক চাউখ্রবা মফমদদি খোঙজং অসি কান্নবা বাৎলি হায়খি। মবম অসিদগী ভাবতকা চুশিন্নগদবা অতৈ খোঙজং কযাদা যাম্না পক্লিং চংনা খন্থখি।

গান্ধীনা জেলদা লৈখ্রবদা, মোন্তেগু চেমসফোর্দ রিফোর্মশিং (মযাম্না মোন্তফোর্দ হাযনা খঙনবা) ডিসেম্বর ১৯১৯ দগী হৌখিবা অদুগী মতুংইন্না ১৯২৩ দা পাংথোক্কদবা ইলেক্সন অদুদা কঙ্গ্রেসকী মী কয়ানা পক্লিং লূপনবে। রিফোর্মশিং অসিদা পাল্লবা "রেসপোন্সিবল সেল্ফ গভর্নমেন্ত" হায়রিবসি ১৯১৭ ওগষ্ট থাদা মোন্তেগুনা লাউথোকখিবা মওং অদুগাদি যাম্না শোযনরি, মীযাম্না যাম্না পেন্নাখদে। যাম্না চাওথোক্লবা আইনসভা কযাদা মীখলদা কাবকপা মীনা মশিঙ যামহল্লবসু, লোযননা মীখলদা কাবক্লবা

মিনিস্তরশিংদা খবা হস্তবা থাক্কী থবক খবা প্রোভিন্সশিংগী ওইনা খাকচববসু (মসিবু আফিসিয়েল ওইনা "দ্যৈল গভর্নমেন্ত" নত্রগা "দাইয়ার্কি" হায়না হেক হেক খঙনবা) শক্তি মপুঙদি অখন্নবা শক্তি কয়া পাযবিবা ভাইসরোয় অমসুং প্রোভিন্সশিংগী গভর্নরশিংদা অদুম মরেংনি। পাম্নদ্রবা মুসলিমশিংগী তোঙানবা ইলেক্টোরেটস অদুম লৌরে। মবম আসদগী ১৯২০ দা অহানবা ইলেক্সন পাঙথোকখিবদা কঙ্গ্রেস যাওখদে, হৌজিকসু কঙ্গ্রেসকী অযাম্বা মীনা কাউন্সিলশিংদা যাওনিংদ্রি, মদগী মহুত্তা গান্ধীনা মথং মোন্দা যাম্না পামজাববা খুঙ্গং শেমগৎপা হায়বা থবকসিদা পুক্নিং লুপ্তুনা লৈনরিল। অদুবু মোতিলাল নেহরু, চিত্তরঞ্জন দাস, বিথালভাই পেটেল অমসুং হকিম আজমল খান্নাচংবা অচৌবা লুচিংবশিংনাদ ১৯২৩ গী ইলেক্সন অসিদা যাওশিল্লগা কাউন্সিলগী থবক চংথহন্দদুনা ব্রিটিশরাজবু নমদুনা মখোযনা হায়বা যাহনবা পামখি। মসিগী ফল ওইনা কঙ্গ্রেস মনুংদা কাযনবক্লে, মোতিলাল নেহরুগী গ্রুপপু "স্বরাজিস্ত" নত্রগা "প্রো চেঞ্জরস" হায়না খঙনদুনা ইলেক্সন যাওবে, সেন্ত্রেল প্রোভিন্সতা মেজোরিটি ফংবে, বেঙ্গলদসু খবা হস্তজববসু অদুম্না ওইবে, অতৈ প্রোভিন্সশিং অমসুং সেন্তরদসু ফীভম ফবে। লেমহৌবা গ্রুপনা "নো-চেঞ্জরস" হায়না খঙনখ্রে, খুঙ্গংশিংদা থবক তৌদুনা লৈখ্রে। ১৯২৪ গী ফেব্রুয়ারী থাদা মশা নাবকপদগী গান্ধী জেলদগী থাদোবক্লে। ওইরম্লিবা ফীভম অদুদা নুংনাংবা পোকখ্রে, মমৈদদি অদুম যাখ্রে। অদুবু খুঙ্গংগী মীযাম মরক্তা মরোমদোম লেপচবগী শক্তি (সেল্ফ রেলাইয়েন্স) লৈহন্নবগীদমক, গান্ধীনা রাজনীতি পুমথা থাদোক্লগে হায়না নীংলে। মরমদি ফীভম অদুতদা নীংতম ঈহৌগী অথ লৈগনি হায়বসিদা মহাক্না কন্না থাজবক্লে।

কাউন্সিলদা চংবগা খোঙথম অদু রোম্না হৌবগা পোকলাউবানা লোইবা হায়বা ফীভমদুদা লাক্লে। ইম্পিরিয়েল কাউন্সিলদা মোতিলাল নেহরু অমসুং বিথালভাই পেটেল অনীনা যাম্না শক্তি লৈবা পার্লিয়ামেন্টারিয়ান ওইরকপসু থবক্তি অমত্তা পাঙথোকপা ঙমদ্রে। বেঙ্গলদা চিত্তরঞ্জন দাসনা কাতেনবা শাজৎ চৎলিবা গভর্নরদা খুদোংচাদবা কয়া থোকহন্নবগীদমক মুসলিম লীগকা খুৎশম্নবে। লাইবক থীখিবাদ ১৯২৫ গী মযাযচল্লকপদা মতমচাদনা মহাক লৈখিদ্রে। বেঙ্গলগী "স্বরাজিস্ত" শিং, মতিকচাববা হৌশিংলবা লুচিংবা অমনা লৈখিদ্রবদা শী কোক ঙাওদুনা লৈনবে। খবা লৈবগা সেন্ত্রেল প্রোভিন্সকা "স্বরাজিস্ত" শিংনা রিফোমশিং থ্গাযবা তোঙ্কুনা মখোযগা মরক্তগী অমনা মিনিস্তর ফাওবা ওইবে। মসিনা অমুকসু কঙ্গ্রেস মনাংদা তোখাই হেন্না তানবক্লে, মখোযগী লুচিংবা মোতিলাল নেহরু কন্থি থোক্লা শাউবক্লে। অদুবু

১৯২৬ তসু হেন্না ফীভম ফংলক্লে - মদন মোহন মালবিযা অমসুং লাজপত রাই অনীনা হিন্দূশিংতগী ওইবা "ইণ্ডেপেন্দেন্ত কঙ্গ্রেস পার্তি" হাযবা অমা লিংখত্তুনা ইলেক্সন যাওবে । ফীভম অসিদা "স্বরাজিস্ত" শিংগী ঈহৌ চপচানা মাযথীবা হাযবদু ওইখি ।

কঙ্গ্রেস মনুংদা কাযনবকপদগী হেন্না পাকচাউনা হিন্দূ অমসুং মুসলিমশিংগী মবক্তস কাযনবক্লে । ব্রিটিশরাজনা ১৯০৯দগী হৌনা মুসলিম লীগকী দাবী "তোঙানবা ইলেক্তোরেত লৈগদবনি" হাযবদুদা রাজনীতিগী ওইবা কাঙলুপ খাইদোকপগী ঈথিন পুশিনখিদুনা জাতি অনী অসি অসুম অসুম কাযনবকখিবনি । ১৯১৯ গী রিফোর্মশিংনা অমুক ভোট ব লিস্ত হেন্না পাকথোক চাওথোকহন্দুনা অমসুং প্রোভিন্সশিংদা রাজনীতিগী শক্তি হেনগৎহন্দুনা অমুক্কা হেন্না জাতি অনী নুংশিনদনবা থৌশিল চৎথখি । মতুং তারকপদা হিন্দূশিংগা মুসলিমশিংগা যেক্লবা ওইনা অমনা অমবু খলহনখি । অদুমকপু লক্ষ্নৌ পেক্ট অমসুং খিলাফৎ আন্দোলন্না মমৈদা জাতি অনী অসি গান্ধীগী লুচিং মখাদা ব্রিটিশ সরকারগী মাযযোক্তা পূন্না লেপমিন্ননবগীদমক খবা খবা নকশিন্নবকই । অদুবু নন-কোওপরেসনগী খোঙহৌ যৈথোকখিবদগীদি হিন্দূ মুসলিম অনীগী হান্নগী মলোম অদ্র মথি যোঙনবকই । ১৯২৪ দা টর্কিগী নেসনেলিস্ত লীদর কমল অতাতর্ক্কা, পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওদা মাঙাখবা লমশিং হঞ্জিনহনবা, রিপব্লিকনি হাযনা লাউথোকপা অমসুং সুলতান খালিফাবু লোই থাখিদুনা খিলাফৎ কমিতি লৈবগী কান্নবক্তবা অসিনচি'বা থৌদোকশিংদগী মুসলিমশিংনা মশাগী ফিবেপ হোংদোকলে, হিন্দূশিংগা তিনানলক্লে, হান্না অমুক্তা ওইদ্রিবা মওংদা জাতি অনী অসি ঈশিংগা থাওগা হাযবদু ওইরক্লে ।

নন কো ওপরেসনগী মতমমতুংদসু কাঙলুপ মশেলগী ওইবা হিংসাগী থবক পাংথে'ক্লাই । খিলাফৎকী বাসমদগী কাতেনবা শাজৎ চংলক্লুনা মালাবারগী মুসলিম লৌমীশিং, "মোপ্লা" হাযনা খঙনরবশিংনা ব্রিটিশ অমসুং হিন্দূ লৌপূ অনীমক্কী মখাদগী নাম্থোক্লুনা "খিলাফৎ রিপব্লিক" কযা লিংখৎলি । ঈহৌ অদু সরকারনা যাম্না তমথিনা মওংদা নমথাখি, নুংঙাইনদবা অদুদগী হিন্দূ কযা হাৎলি, মখোয কযাবুসু নমদুনা মুসলিম ওইহল্লী । মাসগী লমন খুন্না ওইনা আর্য সমাজনা অবাং ভারতকী কাঙলুপ কযা মুসলিম ওইবদগী হিন্দূ ওলহল্লী । মালবিযাগী হিন্দূ মহাসভানা খোঙজং অসিদা কন্না শৌগৎখি অমসুং তমথিররা শ্লোগান "হিন্দূ হিন্দী - হিন্দূ" কন্না লাউহন্নখি । ১৯২৫দা মুসলিমশিংনসু হিন্দূশিংবু মুসলিম ওইহন্নবা অকনবা থবক কযা লৌখৎলকই। হিন্দূ

কাঙলুপশিংনস্ নাগপুরবোমদগী "রাষ্ট্রিয় স্বয়ম সেবক সংঘ" লিংখৎলুনা কাহেন্নবা থবক কয়া চংশিল্লকই। পুম্নমক অসিগী মল ওইনা ১৯২৩ দগী ১৯২৭ফাওবা অরাং ভারত শীনবা থুংনা হিন্দু মুসলিম যান্নবকই। ১৯২৪গী সেপ্তেম্বর থাদা কোহতা হায়বা ময়মদদা মুসলিমশিংনা হিন্দু ১৫৫ হাৎলুনা খ্বাইদগী তেঙা শাং বা মতমদা মীতম থৎহনখদে। মাসিগীদমক গান্ধী মশামক্না মুহম্মদ অলীগা দিল্লীগী ময়ুমদা ন্যামৎ ২১ চরা তেনাখ। চরা হেনবা অদুনা মতম খরদং তুমিন লৈনখ্রবস, ১৯২৭ ওদি গান্ধীনা হিন্দু মুসলিমগী নাথোক অসি মীওইবনা ইংথহনবা ঙম্লবোই, ঈশ্বরনা তম্লকপা হায়বদু মঙাইবে হায়দুনা খমথেংনা নীংবা কাযবা ফোঙদোকই।

১৯২৫ দা কংগ্রেসনা শিথবকপা অদু উবদা ব্রিটেনগী সেক্রেটরী ওফ ষ্টেট লোর্দ বিরকনহেদনা করেম্নখি " ইন্দিয়ান নেসনেলিজমগী ভূত অদু মাঙখ্রে।" ১৯২৬ কী ইলেক্সনদা স্বরাজিস্ত পার্তিনা শাথিনা মাযথীবক্লবদা অমসুং কংগ্রেস মনুংদা মচেৎ মচেৎ তানবকপা অদু উবদা মোতিলাল নেহরুনা অবাবগী স্বরনা ফুনগৎলদুনা হায়. "নেসনেলিজমগী শক্তিগা, থাক যাম্না হন্থবা কম্যুনেলিজমগী শক্তিগা থেঙ্নাইনবদা অকোনবগী অসিনা ঙমখ্রে।" রাজনীতিগী অতিযাদা কুপ্শিনলক্লিবা অমসুং লৈচিলশিং অদুদা খরা খরা মঙাল উৎলক্কবদি নত্তে। গান্ধীনা জেলদগী হেক থোক্লকপগা লৈবাক্কী কাচিন কোযা যৌনা চত্তুনা "ইবোমদোম লেপচবা" (সেল্ফ রেলাইয়েন্স) গা মথং শন্দোকই। মতম অযাম্বদা তবেং নাই, খাদ শংলি। মাগী মতৌ অদুনা মী কয়াগী পাক্লিং ফাঙনখি. লাইররা লৌমী কয়ানা মাবু যাম্না পাম্নিংলবই, কংগ্রেসকা পাংদনা পাম্নবকই। খাদির নীংতম্নবগী ফিজোলনি হায়না মশাযাম্না যানবকই।

মরক অসিদা, বল্লভাই পেটেলনা "সত্যাগ্রহ"গী মশক ওইনা চেংথেংনক্লং লাইগুম্লবা মাং অমা ওইবল্লে। ১৯২৩ দ মেদা সিন্ধগী বোরসাদ তালকনা ময়ম অদগী লোকেল ওথোরিতিনা ডাকাইৎ ফানবা পুলিশকী শেল্লমলংনবগী ময়মদা ফজরর সত্যাগ্রহগী আন্দোলনা চেক্লা অদু লৌইন্দন লমাখ. নাবদোলীদসু লৌইংখোলগী হাপোনা ময়াম মনাং খণ্ডদনা হেঙ্গৎপা থিংন গাদমক তেঙা মাংপাক্লা অচৌবা সত্যাগ্রহগী আন্দোলন তৌই। থৌদোকশিং অসিদগী বল্লভাই পেটেলবু মীয়াম্না নাংশিনা "সরদার" হায়বা মিংথোল অসি পীখি অমসং ইকায খুম্নখি। অতেম্বা মখলগী লুচিংবা অমনা লাইনা পুবা মীনি হায়না খঙনবা অল্লুরী সীতারাম রাজান। ১৯২৪ দা মহাক্না গোদাবরীগী চীংগী লমদমশিংদা খুন্দাররা থাক যাম্না হম্বনা পুক্নি লৌল্লরা কোইচৎ চৎলুনা হিংলিবা জাতিশিং অদুগী যাইফনবগীদমক থবক কয়া পাযখৎলি। পুলিশ

স্তেসনশিংদগী খুৎশু-খুৎলাই মুল্লগা অবোনবা লাম্মী শেমগৎলি, লমদম অদুদা লৈবিবা সবকাবগী শক্তি পুন্নমক চপ লেপহন্দুনা থম্মী । ব্রিটিশশিংনা যাম্না ব্রানা আর্মি কযা শীজিন্নদুনা মহাকপু নমথখি অমসুং হাৎখি । নেসনেলিজমগী ভূত অদু মাঙখিবা নৎখিদে, তুমিন্না লৈখিবতনি, তাঞ্জা যংবদা অমুক হেক্তা হৌগৎলকই । ১৯২৭ গী নবেম্বব থাদা ব্রিটিশবাজনা বাজনীতিগী ওইবা বিফোর্ম কযা অমুক তৌননবা লোর্দ সাইমোন্না লুচিংদুনা বোয়েল কমিশন অমা ব্রিটিশ পার্লিযামেন্তবিযান তবেৎনা শাদুনা ভাবতপুন্বা চত্তুনা যেংশিনহল্লী । যেংশিনগদৌবিবা থৌবাং অসিদা ভাবতমচা অমত্তা যাওহনখিদে । মসিদা পুন্নমক্কা যানিংদবা কন্না ফোঙাদোকই । হেন্না শাথিবিবদি লোর্দ সাইমোন মশামক নত্তনা কমিশনগী অতে মেম্ববশিং শক্লাইখিবা মী অমত্তা নত্তে, ভাবতকী মবমদা কবিশু খঙদ্রিবা ঙাক্তা ওইনা তৌই । কাঙলুপ খুদিংগী নেসনেলিস্তশিংনা কমিশন অসিবু শীদোকখি অমসুং মখোযগী খোঙথাং খুদিংমক বোইকোট তৌনৈ । মখোযনা চৎলুবা মফম খুদিংদা "হর্তাল" তৌদুনা অমুবা ফিবাল পাযদুনা অমসুং "সাইমোন, হনশ্রো" হাযনা লাউশিন্দুনা ইকাইবা পীবকপা নত্তনা কনানসু মখোযবু তবাম তবাম তৌখিদে । আন্দোলন তৌবিবশিং অদুগী মথক্তা পুলিশশিংনা তর্মথিনা ওৎ নেখি । ওৎ নৈখিবা অদুদা ইউ পিগী থৌনা লৈববা কঙ্গ্রেসকী লুচিংবা গোবিন্দ বল্লভ পন্ত পৃঙ্গিগী ওইনা হকচাংগী ফাং শেঙ্গিনাইখি; অতোপ্পা অমনা লাহোবদা শা ষনগুম্না ওৎপীখিবা লালা লাজপৎ বাই, চযোল খবা লৈবগা ১৯২৮ গী নভেম্ববগী তাং ১৭তা নোঙ্গাখি । সাইমোন কমিশনগী মাযযোক্তা নেসনেলিস্তশিংনা বোইকোট মাযপাক্না চংখিবদা নত্তনা ভাবতকী বাজনীতিগী লুচিংবশিংনা খুম্মাঙ চাউশিনগদবা থবক থৌবম কযাদসু প্নাক্নং চংনবকই সাইমোন কমিশন্না তৌবক্কদবা বিফোর্মশিং অদুগী মগুওা মত্তাকচানা পাউখুম অম ওইবা যাননবা ভাবতনা মশানা মশাবু লেবাক ঙাক্চনবগী সংবিধানগী মবক্ত কুপ্পা মীংযেং চংনবক্লে; পাউখুম অসিনা বিবকনহেদনা হাযাখিবা ভাবতকী ব[illegible]গী ঈবাং তৌবশিংনা সবকাবনা তৌবা বিফোর্মশিংবু থওই উশিত্তে অদুগা মখে[illegible] ওইবা যাবা ব্রাবোলদি খক থাঙ্গৎলক্তে হাযবদু শীংনবগী মতম লাক্লে ।

কঙ্গ্রেস অমসুং মুসলিম লীগ অনী পূর্নশিন্নদুনা অনীমক্কা যানগদবা সংবিধান অমা পুথোক্নবা পাওে পুন্নমক্কি ওইবা কনফবেন্স অমা কৌদুনা থবক নীংথিনা চংশিনবা হৌই । কনফবেন্স অসিনা মোতিলাল নেহরুনা সংবিধানগী মক ওইবা কাযাৎ অমা শেল্লাগা পুথোবক্লে । মুসলিম লীগকী ওইনা জিন্নানা পুখৎলকখিবশিংদি - মুসলিমশিংগী ওইবা তোঙানবা ইলেক্তোবেতশিং থম্বগী মহুত্তা অতৈ ব্রাবোল কযা থাঙ্গৎলকই । মদুগী মনুংদা বেঙ্গল এসেম্বলীদা সিট শবক অহুমগী মনুংদা অমা মুসলিমশিংগী ওইবা

অসিনচিংবা য়াওরি । ৱাবোলশিং অসি কঙ্গ্রেসনা অহানবদা য়ানিংবা উৎলি, মোতিলাল নেহরুনসু কন্না শৌগৎলি । অদুবু হিন্দূ মহাসভানদি কন্না য়ানিংখিদে, মোতিলালদা শেমদোক শেমজিন অমুক তৌনবা শীন্নরে । শেমদোক্লিবা অদু জিন্নানা অমুক য়ানিংখিদে । মমৈদদি নেহরু রিপোর্ট হায়না খণ্ডনবদু কঙ্গ্রেসকী ইচম চম্বা চেরোল অমা ওইনা অদুম লৈরে ।

কঙ্গ্রেস মনুংমক্তদসু রিপোর্ট অদুদা চপচানা নীংতম্বগী মহুত্তা "দোমিনিয়ন স্তেটস" তা য়ুম্ফম ওইখিবনা কন্না য়ানিংদবা মী কয়া চোংথোরকই । মখোয় অদুগী মনুংদা, মশাগী চহী নিফু ফাওবা শুদ্রিগৈদা অকনবা কঙ্গ্রেসমেন অমা ওইরবা, মোতিলালমক্কী মচানুপা জৱাহরলালসু য়াওরি । ইংলণ্ডদা লাইরিক তম্লকপনি, লম কয়া কোয়রুরবনি। জৱাহরলাল নেহরু মশামক অকনবা দেমোক্রেত অমনি, মখল খুদিংগী শুপ্নম শাসন শুকয়া য়ানিংদবা নুপানি । ব্রিটিশশিংনা রিফোর্ম কয়াগী মমিংদা মতম মাঙহন্দুনা লাক্লিবা অসিদা মহাক য়াম্না খোইরাং খোইশাওনরবনি । খুদক্তা ব্রিটিশশিং চৎহনখিবা পাম্লম্মী । নেহরু রিপোর্ট অসিবু কন্না য়ানিংদ্রিবা লুচিংবা অমনা জৱাহরলালদগী হেন্না নহা ওইরিবা সুভাসচন্দ্র বোসনি । ১৯২১ দা গান্ধীনা নন-কোরপরেসনগী খোল্লাউ লাউরকপদগী ইন্দিয়ান সিভিল শার্ভিসতা খল্লবসু চংদ্রবনি । ব্রিটিশনা ভারতপু শাসন তৌবা হায়বসি মঙোন্দদি খ্বাইদগী হেন্না খাঙঙমদবা অৱাবনি । নেহরু রিপোর্টপু কঙ্গ্রেসতগী তোক্কুনা "ইন্দিপেন্দেন্স ওফ ইন্দিয়া লীগ" তোঙান্না শেমদুনা মখোয়গী অপাম্বা অদোমদা চংশিনগনি হাযনা তকশিনখি । ককঙাউনরবা মোতিলাল গান্ধীদা হায়জদুনা কঙ্গ্রেসগী লুচিংবা অমুক ওইহল্লে, ১৯২৯ লোইবকপদা সবকাবনা মপুংফাবা নীংতম্বা (পূণ স্বরাজ) তানবগী খোঙজং চংশিল্লগনি হায়না সরকারদা খণ্ডনবা হায় । ফিরেপ অসি লৌরগা রিপোর্ট অদু কঙ্গ্রেসনা য়াননবা হোৎনখি । ১৯২৮ গী ডিসেম্বর থাদা ফমখিবা কঙ্গ্রেসকী কলকাতা সেসন্দা অসুম্না তাইশিন্নবা মওং অসি য়াননবা থাঙ্গৎখি । অদুবু মফম অদুগী কল-কারখানাদা থবক তৌবিবা শীন্মীশিংনা অমুক্তা ওইহাখিদ্রিবা মওংদা য়ানিংদবা উৎলি; মখোয় লিশিং কয়ানা কঙ্গ্রেসকী মিটিং তৌফমদা পুল্লপ চংশিন্দুনা পুং অনী চুপ্না নীংতম্বগী খোল্লাউ লাউখি, "সোসিয়েলিস্ত রিপব্লিক ওফ ইন্দিয়া" শেম্বীয়ু হায়না কন্না দাবী তৌই । ঈরাং অদুনা গান্ধীগী পুকচেল হোংহনবা ঙমখিদে । অদুবু মীয়ামগী হোংলক্লিবা ফিরেপ অদুবুদি খঙশিন -উশিন্নদবা ঙমখিদে । হোংলক্লিবা মীয়ামগী ফিরেপ অসি, রাশিয়াগী রিভোলুসন্না অয়াম্বা লমজিংখিবনি হায়বদা থোইনা চিংনিনিংঙাই লৈখিদে । ব্রিটেনগী মায়য়োক্তা আইনগী ওইবা আন্দোলনশিংনা

অহোংবা খজিত্তং পীক্লা পুবকখিবা অদুদা যাম্না পেন্নদদুনা কম্যুনিষ্টশিংনা ১৯১৭ তা বাশযাগী লংথৌ জাবশিং শক্তিদগী থাংথোখবা অদুনা নহাবোল নোসনোলস্টশিংগী পান্নবং হুবা ডমখি । কম্যুনিজম্মা হায়বিবদি পৃথিবীগী লন থুম পুম্নমক মযম চপ মান্না যেন্নগদবনি, পান্দম অসি থবক শুবিবা মীশিংতনা মখোযবু ওৎ নোববা মযমগী ম ওইসনু মপানগী মী ওইসনু, বিভোলুসনগী মতেংনা লাম্ছেংনদুনা ওইহনাগদবানি হায়বসিনি । বাশিযাগী বোলশেভিকশিংনা লম্বী অসি ফাংলে, মখোযনা মতৌ লৈবাকশিংদসু "বেদ বিভোলুসন" (কম্যুনিষ্টকী ফিবালগী মচুনি বেদ হায়বদি অঙাংবা) দা মতেং পাংননবা শেমশাবে হায়বকই ।

বোলশেভিকশিংনা অহানবা মবি লৈনবক্কিবা ভারতমচাদি নবেন ভট্রাচ জীনি মতাকপু মনবেন্দ্রনাথ বোই হায়বা শেমজিনবা মিং অসিনা হোন্না মীযাম্না খঙনখি । তাসকেন্ততা মতাক্লা "কম্যুনিষ্ট পার্তি ওফ ইন্দিযা" অমা লিংখৎলে । অসুম্না ভারতা কম্যুনিজম চংলকই । ঈনোৎ অসিদা থন্নায লপখিবশিংদি কলকাতাগী মুজফর অহমদ, বোম্বেগী এস. ও. দাঙ্গে, মাদ্রাজগী সিঙ্গারবেলু অমসুং লাহোরগী গুলাম হুসেন্নি । ১৯২২ দা সিঙ্গারবেলুনা কঙ্গ্রেস সেসনদা কঙ্গ্রেসমেম্বরশিংনা শীন্মীশিংগী স্ত্রাইক শাজিন্নদুনা ব্রিটিশবাজগী মাযথোক্তা প্যাথবীগী ওইবা কম্যুনিষ্টকী চাউববা শক্তি শাগৎনবা হায়খি । অদুগা দাঙ্গেনা "দি সোসিযেলিষ্ট" কৌবা কম্যুনিষ্টকী অহানবা চেফোঙ ভারতা পুথোকই । (সোসিযেলিজম অমসুং কম্যুনিজম অনী অসি অচম্বা মওংদা অর্থ মান্নহন্দনা পোথোক অমসুং যেন্থোক অনীমক সবকাবনা মীযামগী অপুনবা যাথফবা পুবকহন্দুনা সমাজগী সিষ্টেম অমা শাগৎপনি; ইনাকখুনবা অমসুং লাইনবা খাযদোক্লিবা সমাজ অমা শেমগৎপা হায়বসিনা কম্যুনিজমগা অবোইবা পান্দমনি ।) ১৯২৫ দা কম্যুনিষ্ট পার্তি ওফ ইন্দিযা মওংতানা লিংখৎলে, মপানগী শক্তি অমগী এজেন্তনি হাযদনবা পার্তি অসিনা বাশযাগা মাব লৈনদে হাযনা লাউথোকলে । মতম খাজিক্তংগা মনাংদা কল কবখানানা থবক শুবিবশিংগী পাক্লিং যাজিনবা ডমদে । ১৯২৭ তগা চৈনা লৈবাক অসগা চাউব চাউববা লেবর ইউনিযনশিং পার্তি অসিনা পাযাশনলে, যাম্না চৈশিংনা স্ত্রাইক কনা পাঙথোকপা ডমলে । মদুগী মনংদা সাউথ ইন্দিযান বেলবে, বোম্বেগী টেক্সটাইল বার্কসশিংগা ইউনিযনশিং যাওশিনখ্রে । লোযননা, চাউববা গিরনি কামগার ইউনিযনসু যাওবে । বাশযাগী ঈথন অসি কম্যুনিষ্ট লেবর মুভমেন্তদা নাংখিদে । ১৯২০ দগী ১৯২৯ ফাওবা মতমগী মযায চানবদা অনৌবা টেবোরিজম মাথ ফোংলকই । সচিন সন্যাল অমসং যোগেশচন্দ্র চেটর্জীনা লিংখৎখিবা "হিন্দুস্থান

সোসিয়েলিস্ত রিপব্লিকান এসোসিয়েসন" নদি টেরোরিজম অসি ধর্মগা মরি লৈনহন্দবতা নত্তনা, ব্রিটিশ তাস্থোকথ্রগা মীনা মীবু ওৎপা হায়বসি পুমতোক তোকহনগদর্বনি হায়খি। (বোলশেবিকশিংনদি ধর্মবু মীগী কানিগুম্বা নিশানি হায়, অদুবু মীনা মীবু ওৎনৈদবা হাযবসি মখোয় মখোযগী ধর্মনি হায়।) ১৯২৮ দা এসোসিয়েসন অসি অসুম অসুম চাউখৎলক্কুনা "হিন্দুস্থান সোসিয়েলিস্ত রিপব্লিকান আর্মি" ওইরক্লে। তশেংবদি "আর্মি" নৎখিদে, মরৈবাক্কীদমক "থবক তৌবা নৎত্রগা শিবা" (দু ওর দাই) হায়বা মন্ত্র অমনা চেৎনা পুল্লবা মবৈবাক য়াম্না নুংশিজবা থৌনা লৈরবা নহারোলশিংগী সংস্থান্নি। সংস্থান অসিগী খ্বাইদগী হেন্না মমিং লৈখিবদি ভগত সিংহনি। লালা লাজপৎ রাইবু তমথিনা হাৎখিবা পুলিশ অফিসার সৌন্দর্স, ১৯২৮ গী ডিসেম্বর থাদা এসেসিয়েসন অসিনা লমন খুমদুনা হাৎলি।

রাশিয়াগী লম যাম্না পাকচাউই, অমসুং ভারতকা য়াম্না নক্লে। মরম অসিদগী ব্রিটিশশিংনা রাশিয়াবু মখোয়গী ভূত -প্রেৎকুম্না মতমশাংনা মীৎযেং অসি থমলক্লিবনি। হৌজিক্তি মখোয়না ভারত্তা কম্যুনিজম শন্দোরক্লে। ব্রিটিশশিংনা খঞ্জরম্বদু চুমলক্লে, কম্যুনিস্ত লুচিংবশিংদগী ব্রিটিশনা ভাবত্তা খুদোংথিবা কয়া নংলক্লে। ১৯২৮ দগী অসিগুম্বা লুচিংবা কয়া লৈবাক থুগায়নবা হোৎনৈ হায়বগী মবাল পীশিন্দুনা জেলদা থমলে। অদুবু মরালশিং অদু প্রমাণ তৌবদি ওমখিদে-মরু ওইনা কানপুর বোলশেবিক কন্সপিরেন্সি কেশ অমসুং ১৯২৯ মার্চকী মীরট কন্সপিরেসি কেশ অসিনচিংবা। অকোনবগী অসির্দদি কম্যুনিস্ত লুচিংবা নৎতবসু য়াওখি। মতম ইকান কান্নদনা টেরোরিজম লাকশিন্নবগীদমক সবকারনা "পব্লিক সেফতি বিল" অমা সেন্ত্রেল লেজিসলেটিব এসেম্বলীদা পুথোরক্লে। এসেম্বলী অদু বিথালভাই পেটেলনা সভাপতি ওইদুনা বিল অদু ককথৎলে। অদুবু ভাইসরোই আইবরিন্না মহাক্কী অখন্নবা শক্তি শীজিন্নদুনা আইন ওইহনখি। ১৯২৯ গী এপ্রিল তাং ৮ দা বিল অদু এসেম্বলীদা খন্নবা মতমদা হিন্দুস্থান সোসিয়েলিস্ত রিপব্লিকান আর্মিনা মশাগী ৱাবোল কযা পুখৎতুনা অথিংবা পীখি; নহা ওইরিবা "সিফাই" অনী - ভগতসিংহ অমসুং বাতুকেশ্বব দত্তনা ভিজিটরস গেলেরীদগী এসেম্বলী ফম্লিবা মফমদা বোম অনী লংশিল্লকই। মী হাৎকে হায়দুনা তৌখিবদি নত্তে, ঙাংনরিবশিং অদু তাদনবগীদমক তৌখির্বনি হায়না মমৈদা মখোয়না শেংদোকই। বিচাব চৎথবকপা মতমদা ভগতসিংহনা মশামক অমসুং মাগী মরুপ - তশেংবদি থবক শুবা কাঙলুপ (লেবরিং ক্লাস) না দিক্তেটরশিপ ফংননবগীদমক হোৎনরিবা কম্যুনিস্ত রিভোলুসনবীনি হায়খি। "রিভোলুসন অসিগী পূজা তৌফমদা

ঐখোয়গী নহাবোলশিং ধূপ [illegible] মরমদি মসিদগী হেন্‌বা অতে কৎনিংঙাই করিসু লৈতে, ঐখোয [illegible], রিভোল্যুসনবু ঐখোয়না খৌরাংনা ঙাইবিবনি; "ইনকিলাব জিন্দাবাদ (রিভোল্যুসন কুযনা হিংসনু)" হাযনা লাউরদুনা অকনবা প্রতিবাদ তৌই। মবৈবাক নীংজবগী খ্বাইদগী হেন্না শেংলবা অমসুং শাথিববা ফিবেপ অমনি। ভগতসিংহদি ব্রিটিশতবু তাম্বোকপা নত্তে, লম অসিগী মীনা মীওৎ মীনৈ তৌবিবা অসিবু পুমথিং থিংলগা ভারতকী মীচম অমনা মঙক হাইগৎনা চৎচবা অদুনি হায়না মাগী অনীংবা ফোঙদোকই।

খরা লৈবগা লাহোর অমসুং শাহাবানপুরদা বোমগী কাবখানা ফাগৎলক্লে, লাহোর কন্সপিরেসী কেশ তৌবক্লে। ভগত সিংহ যতীন দাস, রাজগুরু অমসুং শুখদেব ব্রিটিশরাজগী মায়যোক্তা লোন্না লালহৌ তৌবগী মরাল লৈরে হাযরে, বিচার চৎথবিঙৈমক্তদা জেলদা থমজিনখ্রে। রাজনীতিগী বন্দীশিংদা থীনা তৌই হায়বগীদমক যতীন দাসনা চবা হেনবগী খোঙজং (হঙ্গর স্ট্রাইক) চংশনখি, ১৯২৯ গী সেপ্তেম্বর তাং ১৩ দা শিখি। মাগী মরুপ মপাংশিং অদুবুনা মতমশাংনা বিচার চৎথরবগী মতুংদা ১৯৩১ গী মার্চ ২৩ দা হাংখি। মরিল লৈরবা নহারোলশিং অসি মতমশাংনা মীযাম্না পূজা কৎনখি। কলকাতাদা যতীন দাস শিবগী সভাযাত্রা মাইল অনীদগী তাদনা মীযাম্না শরুক যাখি; ভগতসিংহসু মীয়াম্না খ্বাইদগী হেন্না পামজরবা মীওই অমা ওইখি। আর্কিসিযেল রিপোর্ট অমনদি লৈবাক অসিদা গান্ধীবু রাজনীতিগী খ্বাইদগী হেনবা মাঙজিনা থাবা লুচিংবা অমা ওইদনবা হোৎনখি হায়না ফোঙখি। মখোয লেম্না শিখিরদি নত্তে, ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী যাংলেন শক তেক্লবা নীংতম ঈহৌ অদু মৈ হৌনা চাকখৎহল্লগনী।

## ৯

# ঈথক অৱাংবা, ঈথক অনেম্বা

## (১৯২৯ - ১৯৩৮)

ব্রিটিশপু ভারতকী মীয়াম্না য়াম্না য়ানিংদ্রে হায়বা খঙলদুনা ভাইসরোই আইরৱিন্না ১৯২৯ গী কালেন্থোদা ভারতকী নেসনেলিজমগীদমক মরুপ মপাং ওইবগী মতৌ অমা উৎলকই। মহাক্না থুনমক ইংলণ্ডদা চত্তুনা ব্রিটিশ মন্ত্রীমণ্ডল (কেবিনেট)গা ৱা তান্নরুই। হল্লকপগা ওক্টোবর ৩১ দা ব্রিটিশ পোলিসিগী অহোংবা অমা লাউথোরকই। সাইমোন কমিশন রিপোর্ট ফোঙলবা মতুংদা লণ্ডন্দা 'রাউন টেবল কনফরেন্স' অমা ফমলগনি। কনফরেন্স অসিদা ব্রিটিশরাজগী মীহুৎ, ভারতকী রাজনীতিগী লুচিংবশিং অমসুং ভারতকী নিংথৌমচাশিং য়াওরগনি হায়রকই। কনফরেন্স অসিনা মখাতাবা রাজনীতিগী রিফোর্মশিং পুথোক্তুনা খন্নগনি হায়না খঙহল্লকই। তশেংবদি 'দোমিনিয়ন স্তেটস' কী ৱাফম মশানা লাকচবনি। সরকারনা মমাঙঙৈদা 'দোমিনিয়ন স্তেটস' অমসুং 'রাউন টেবল' গী ৱাফমশিং অসি অমুক্তা থৱায় য়াওনা ফোঙদোকখিদ্রিবনি, হন্দক্তি ময়েক য়াম্না শেংলক্লে, মরুপ মপাং ওইনা ফম্থিন্নগনি হায়বা য়ারে। কঙ্গ্রেসশিংগী মরক্তা অহানবদা য়ানিংলম্মী, খরা কুপথনা য়েংশিল্লক্লগদি অচৌবা তাৎ অমনি হায়বা খঙলক্লে। মরমদি ''দোমিনিয়ন স্তেটস'' পীরকপগী আশা উদে। লোয়নননা, ভারতকী মীহুৎ ওইগদৌরিবশিং, মোত মান্নরোইদবা ঙাক্তনি, পূন্না ফম্মীন্নবা য়াবগী আশা উখিদে।

মরম অসিদগী গান্ধীনা মরু ওইবা মী কয়াগা ৱা তান্নরে। মোতিলাল নেহরু, তেজ বাহাদুর সাপ্রু, এন্নি বেশান্তনচিংবগী মোত লৌরগা ৱাফম অনী ময়েক শেংহল্লে - অহানবদা 'দোমিনিয়ন স্তেটস' কী ৱা ময়েক শেংগদবনি, অতোপ্পনা 'রাউন টেবল কনফরেন্স' দা কঙ্গ্রেসতনা ভারতকী মীহুৎ ওইগদবনি। ভাইসরোইনা ৱাফম অসি খুদক্তা য়ানিংদবা ফোঙদোরক্লে, মখা তারকপদা ব্রিটিশরাজগী মায়য়োক্তা অকনবা থবক চংশিন্দবা য়াখিদ্রে, অনৌবা ফিরেপ অমা ময়েক শেংলক্লে। হিন্দুস্থান সোসিয়েলিস্ত রিপব্লিকান আর্মিনা দিল্লী মনাক্তা আইরৱিনগী অখন্নবা ট্রেন কাপথাইনবা হোৎনরে।

কঙ্গ্রেসকী নহারোলশিংগী মপুক ফাননবগীদমক গান্ধীনা ডিসেম্বর ৩০ দা লাহোরদা তৌগদৌরিবা কঙ্গ্রেস সেসনগী প্রেসিদেন্ত ওইনা জৱাহরলালবু হান্নমা থাঙ্গৎতুনা থল্লে।

জৱাহৰলাল (১৮৮৯ ১৯৬৮) বু খনখিবগী মৰম, গান্ধীনা অসুম্না হাযই 'মহাক তশেংবদি এক্সট্রিমিস্ত অমনি অদুবু ... মঙ্ক নোল্লি, থবক্কী মীনি, থুগাই খোংকাইবগী মতাংদা মহাক্কা কবিসু চংশিল্লোই ....।' মতুংদা ৱাফম অসি যাম্না চুন্নকই ।জৱাহৰলালগী সভাপতিগী ৱাৰোলদা অৱাংবা আদর্শ্য, অন্তৰজাতিগী মীৎযেং অমসুং তাবদা পেন্নিংঙাই ওইবা ৱাহৈ বাতা যাম্না যাওই । মহাক্কা হায়ই "ঐ ইশামক সোসিযেলিস্ত অর্মান, বিপব্লিকান অর্মান গাযবা ইশানা থম্মোয শেংনা যাজে, অদুবু ঐনা নিংথৌ অমসুং নিংথৌমচাশিংগী শাজৎ পামজদে, ইন্দাস্ত্রিশিংদা হৌজিক্কালগী নিংথৌশিং পুথোবকপা নিযম অমত্তা ঐনা যার্জানংদে ... ।"

সেসন অদুগী খ্বাইদগী হেন্না নীংশিংনিংঙাই ওইবা মীৎকুপ ডিসেম্বৰ ৩১ গী অহিং নোংযাইদা লাকখি, সৰকাবদা দোমিনিয়ন স্তেটস পীনবগী অবোইবা মতম অদুফাওবতনি। "ইনকিলাব জিন্দাবাদ" হাযনা না যৈশিনবমখৈ লাউবদুনা, কঙ্গ্রেসনা "পূর্ণ স্ববাজ" (মপূংফানা নীংতম্বা) লংউথোক্লে, জাতিগী মচু অহুমগী ফিবাল চিংখৎলে । সুভাস বোসনা খুদক্তা পাকশন্না "সিভিল দিসওবিদিযেন্স" অমসুং "স্ত্রাইক" চৎথনবা কন্না তকশিল্লকই। ৱাফম অদু গান্ধীনা খুদক্তা যাবা ঙমখিদে, অদুবু ম'গী ফিবেপনা কঙ্গ্রেসকী ফিবেপ অদুম ওইদুনা লৈবে, ১৯২১ গী ডিসেম্বৰদা হান্না তৌখিবগুম, গান্ধী মখূৎ তা পুম্নমক অমুক কঙ্গ্রেসনা শীন্নবে ।

গান্ধীগী লাল্লোং শুনা লাউথোবক্লে । অহানবা ওইনা, ১৯৩০গী জানুযাবী ২৬তা কঙ্গ্রেসনা শহব অমসুং খুঙ্গং খুদিংমক্তা "স্বাধীন্তাগী নুমিৎ" পালন তৌনবা লাল্লোং শল্লক্লে । পালন অসিদা মীযাম্না অসুম্না ৱাশকখি: "অতৈ জাতিশিংগী মীযামগুম্না ভবতকী মাধাম্নসু নীংখা তম্বা, শুজমল ৱাজমল ফংজবা, তিংবদা চংলিবা পোৎলম খুদংমক যদনা চাউখৎচনবগী খুদোংচাবা পুম্নমক লৌননবা বাশকচবি । আসমসু পাংজে মদ দ সৰকাব অমত্তনা মীযামগী অধিকাব অসি কবিগুম্বা পীবিদ্রবদি, অমসুং ওৎনোবিবৰদি, মীযাম্না মদুবু হোংদোকপা নৎত্রগা মুৎথৎপগী অধিকাব লৈগনি । ভাবতা লৈখিবা ইং শ সৰকাব অসিনা ভাবতকী মীযামদা নীংতম্বা পীবিবতা নত্তনা মীযামবু ওৎনেবিবে. ভাবত অসি শেল থুমগী, বাজনীতিগী, সংস্কৃতিগী অমসুং ধর্মগী ওইনা মাঙতাকহল্লে ।"

বাশক স মীযাম্না অঙকপা ফংনা পাম্নবকই, মদু উবদা গান্ধীনা মীযামগী আগে দালন ... পাক্লগনি হাযনা থাজবা পোকখি । লাইবক ফবনা ১৯২৯ লোইশিল্লকপদা ... মাশিং শকক তবা হেন্না হেঙ্গৎলকই, ৫৬,০০০ গী ৫০০,০০০

মুক য়ৌরকই। মসি মরু ওইনা জবাহরলালনা কন্না হোংনজবকপদগীনি। হৌজিক্তি, লৈবাক শীনবা থুংনা কঙ্গ্রেসকী মরা চেংলক্লে। ব্রিটিশরাজগা নৌহৌননা হেন্না কনশিনবা লাল্লোং চংশিনবা ওন্নগনি নীংনরে। অদুবু, গান্ধীনা হাথু হাথু চংশিনখিদে, থা অমমুক ব্রাখল তৌদুনা অমুক লৈম্রে।

অনৌবা খোঙজংগী অহানবা খোঙথাং ওইনা মশামক্তা থুমগী আইনশিং থুগায়নবা হোংনরে, সাবরমতি আশ্রমদগী অখন্নবা মীওই খরনা মাগী মতুং ইনখি। সাবরমতিদগী দাণ্ডী ফাওবসি কিলোমিটর ৪০০ রোম (সমুদ্র-তোর্ব্বান লোমদা চংলবদি) শাংগনি। দাণ্ডীদা থুম য়োল্লি অমসুং নিলাম তৌরি। মফম অদু তান্না চংলগা থুমগী আইন থুগায়গনি। লোয়ননা ব্রিটিশনা থুমগী মোনোপোলী তৌবা য়াহল্লোই অমসুং মখল খুদিংগী থুমদা শীক্লা টেক্স লৌহনবা -মসিনি গান্ধীগী পান্দম। যৌদৌ অসি কঙ্গ্রেস অয়াম্বদদি ওক্লা থোকখি-চাউরবা খোঙথাং অমা চংশিল্লসি হায়রগা মী ৮০ মুক্তগী অপীকপা থৌরাং অদুদা চিংনবা পোক্লখি। সরকারদসু ওক্লা থোকখি, খুৎ থিংজিন্দনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈখি। অসুম্না মার্চ ১২ দা আশ্রমগী মীওইশিংনা নুংশিনা কৌজবা "বাপু" গান্ধীগী মাগী সত্যাগ্রহী খরদং অদুগা লোয়ননা দাণ্ডী তান্না শাংলবা খোঙচৎ অদু চংখি।

গান্ধীনা দাণ্ডীগীদমক খোঙশানখিগদবা নোংমা ব্রাংলিঙৈদা কঙ্গ্রেসমেনশিংগী আশা চাউখৎনবা অমসুং পূক্লিং থৌগৎনবগীদমক, মহাক্লা খোঙচৎ অদুদগী হল্লক্লবা মতুংদা, মফম অতৈদসু থুমগী আইনশিং থুগায়রখিনি, য়ু থকপা অমসুং মপালগী ফিরোল শীজিন্নবা বোইকোট তৌরখিনি, অতে অহিংসাগী পাম্বে কয়া শীজিন্নরখিনি হায়রম্মী। দাণ্ডীগী খোঙচৎ অদুদা মফম খুদিংদগী মীয়ামগী হৈনিংবা উৎলকই, ভারতকী মনুং অমসুং মপান্দা কল্লবা প্রচার কয়া তৌনরকই। এপ্রিল ৬ তা গান্ধীনা সমুদ্র খোঙবানগী কোঙ্গোল মরক্তা লেপ্লগা থুম খরা পায়রগা মখুৎ ব্রাংনা থাঙ্গৎলি। তাঞ্জা অদুদা রাজনীতিগী লুচিংবী, লাইরিকইবীসু (কবিয়ত্রী) ওইরিবী সরোজিনি নাইদুনা লাউখি: "তরাম্না ওক্লি, আইন থুগাইবা"। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা সমুদ্র খোঙবান পুম্নমক্তা থুমগী সত্যাগ্রহ পাকশন্না চংথরকই, লৈবাক্কী মফম পুম্নমক্তা বোইকোট তৌবগী আন্দোলন অচাকপা মৈগুম্না শন্দোক্লখি। মফম কয়াদা উমংগী আইনশিং (শীংয়ানবা, শজিক ফানবনচিংবা থিংবা) য়াওনা সিভিল দিসওবিদিয়েন্স মুভমেন্ত চংথরকই। মফম অতৈদনা ব্রিটিশকী বেঙ্কশিং, ইন্সুরেন্স কম্পানীশিং অমসুং জহাজগী থবক থৌরমশিং কন্না বোইকোট তৌখি। ব্রিটিশ লল্লোনবশিং কোক পী ঙাওনখি। গান্ধীগী ওক্লবা থৌরাং অদুনা অঙকপঙাক্তা ওইথোকহল্লকই।

কঙ্গ্রেসকী আন্দোলন অদুনা মথুম মবাং হৌইল্লক্নুনা অতৈ মবৈবাক নুংশিজবা কযাসু ফন ফন চোংথোক্লবক্লে। এপ্রিল ১৮ দা সূর্য্য সেন্না লুচিংবা বিভোল্যুসনবী কাওলুপ অমনা চিত্তাগোংদা লৈবা লানগী খুৎশু খুৎলাই শাফমদা খঙহৌদনা লান্দাই, নোংমৈ পুন্নমক পুবকই (অতোপ্পা কাদা থম্বা কার্ত্রিজশিং অদুদি পুবকপা কাউথোক্লখি)। গান্ধীনা হিংসাগী থৰ্বক্ত যাদৰনিনা, মখোযনা লান্দাবা চঙবদা "গান্ধীবাজ লাক্লে" হায়দুনা লাউথোকই।

মতা, অসিদা ভাবতকী কাচিন অমদা লৈবা পেশবাবদা থবাই কৎথোকচববা সমাজসেবক কাওলুপ অমনা "খুদাই খিদমতগাব" (লাইগী মনাইশিং) হায়না মশাবু মিংথোঞ্জদুনা মচিন তুমখৎলকই। মখোযগী লুচিংবা অব্দুল গফব খান, (মীযাম্না গান্ধীগী অহিংসা যাম্না পামজনা তৌই হাযবগীদমক ফ্রোন্তিযাব গান্ধী হায়নস্ খঙনবা) মমিং যাম্না চৎলকই, মহাক্না কবিসু তৌবক্তবস্ সবকাবনা মাবু ফাজিনল্লী। মদুদ মী কযানা অমুক অকনবা ঈবাং তৌবক্লে, লান্মী প্যাশন্দুনা নমথহল্লে। মী চা কযা শিনখি, গববালী হিন্দূ সিযাই প্লেটন অমনদি, মুসালমাশিংদা নোংমৈ কাপ্প হাযবা যাখিদে। লান্মী থুনা হন্দোকবকপ তাখি, মদুবু নুমিং তবানিগী মনংদা সবকাবনা পেশবাব লাকশিনখ্রে। গববালী সিযাশিংগী মপা লৈতনা মবৈবাক নাংখিবা অদুগীদমক তমথিবদগী হেন্না তমথিবা চৈবাক কযা পীখি, নোর্থ বেস্ত ফ্রোন্তিযাব প্রোভিন্সতা সবকাবনা মংাঙ থোকনা লমন খুমখি।

থৌদোকাশং অসিনা ব্রিটিশবাজবু মিপাইতনখি, কঙ্গ্রেসকী মকোকথোংবা লুচিংবা কযা গান্ধী যাওনা ফাজিল্লে। অদুবু মসিনা থোইনা হেন্না মৈ হৌইনখি। মে ৭ তা গান্ধী ফাখবা নুমিৎ নিনিগী মতুংদা শোলাপুবগী টেক্সটাইল ৱাকব ৫০,০০০ না চবাংনবক্রুনা সবকাবগী লোযশংশিং আক্রমন তৌই, যুগী দুকানশিং মৈ থায, থুনমক শহব অদুগী মপু ওইবে, নুমিৎ কযানি প্রজাশিংগী ওইবা শাসন চৎথদুনা লেবে।

নীংবা কাযবা আইববিন্না কঙ্গ্রেস নমথনবা হিংসাগী থবক কযা চৎথবকই। কঙ্গ্রেসকী বাৰ্কিং কমিতি মেম্বব পুন্নমক ফাজিনখি, থা তরুকমুক্কী মনুংদা নুপী অঙাং যাওনা কঙ্গ্রেস ৱাৰ্কব ৯০,০০০ দগী তাদনা অফা অপুন তৌখি। মসিনস্ লোইখিদে, আন্দোলন তৌবিবশিংদা মযম মবাং খঙদনা নোংমৈ পংকা প্পা কাপশিনখি, চৈনা কযা যুখি, মী চাম চামনা খুজিং ওইদুনা শিনখি, লিশিং লিশিংনা শোইনাইখি। সাববমতি আশ্রমদ লৈবা ইকাস খুম্মাবধা হমাম সাহনবা লুচিংদগা নর্শানা সোল্ট ডিপোশিংদা আন্দোলন তৌনবা অদম্রুনা পুলিশকী কাউইনবা শাবনচৎ পাদগা পদনা অমা তশেংনা

ওইবে। আমেরিকাগী জর্নেলিস্ত অমনা অসুমনা হায়: "লৈবাক ২২ দা চহি ১৮ চুপ্পা রিপোর্টিং তৌরুবগা লাকপদা, ধর্শানাদা থোক্লিবা পাক্তকননা অকিবগী মশক ওইবিবা থৌদৌ অসি অমুক্তা থেংনবকপা লৈখিদ্রি; নুপা, নুপী অমসুং অঙাং পুম্নমক, মখোযনা কবিসু অকাযবা তৌজকদ্রবসু, তৌগে হাযবা অমা যাওনা ঈ মতুম ঙাক্তা ওইহনখি।"

অসুম্না খোঙনেৎনবগী থবক অসিনা আইববিনগী অপাম্বা ফংবা ঙমদ্রে। লালহৌবগী ঈবাং অসুম কনখৎলকই, ব্রিটিশকী লল্লোন ইতিক্কী ফিবম অসুম অসুম ফৎচিল্লকক্লে। মবম অসিনা ব্রিটিশবাজনা কঙ্গ্রেসকা তঙাইফদনা খুৎশম্নবকপা তাখি। পূক্লিং থৌগৎপগী অহানবা রাঙাং ব্রিটিশ প্রাইম মিনিস্তব মশামক্তগী লাকখি। ১৯৩১গী জানুযারী ২০ দা কঙ্গ্রেসনা যাও হাযবা যাখিদ্রবা রাউন টেবল কনফরেন্স যৈথোকপা মতমদা মহাক্না হার্যখি; "ভারতনা থুনমক রেসপোন্সিবল সেল্ফ গভর্নমেন্তকী চিং লেমজবা অমসুং ইকাযখুমনবা অদু ফংলগনি।" জানুযারী ২৫ দা নীংতম নুমিৎকী মাঙওইনবদা আইবব্রিন্না কঙ্গ্রেস রাকিং কর্মিতিগী মেম্বর অতৈশিং যাওনা গান্ধী থাদোরকই। থৌদৌ অসিনা কঙ্গ্রেসনা পামর্জবিবা স্বরাজ অদু ব্রিটিশবাজনা পীনিংলমাল্লে হায়না খন্নবে। এলাহাবাদতা শিবা যানা নাদুনা লৈবিবা মোতিলাল নেহরু মক্লসু থাজবা পোকই। মহাক্না হায, "শিবা তাববদি নীংতম্লগা ভারতকী তম্পাক অসিদা ঐ শিজগে। ঐগী অবোইবা যাহিপ লোইলম অমদা তাঞ্জবোই, নীংতম্লবা লমদম অমদা তাঞ্জবগে।" অদুবু ওইথোকখিদে, নীংতমদ্রিঙৈদা ফেব্রুযারী ৬ তা লুচিংবা অসি নোঙ্গাখি।

কঙ্গ্রেসকী রার্কিং কর্মিতি মেম্বরশিং থাদোক্লবনিনা আইববিন্না গান্ধীগা খুৎশম্নবা যাবগনি হাযনা খঞে, রাবি শামিন্নে। রারী শান্নববা মতৃংদা মার্চ ৫ দা যানবা অমা সাহি তৌনৈ। মসিবু "গান্ধী আইববিন পেক্ট" হাযনা খঙনৈ। গান্ধীনা খোঙথাং অনী চংে দাকখিবদগী আইববিন্না মথন্তা মায পাক্লে হাযনা নীংখি। অহানবদা, সিভিল দিসওবিদিযেন্সকী বন্দীশিং থাদোক্লবদি সিভিল দিসওবিদিযেন্স অসি মখা চৎথববোই মপানগী পোৎচৈশিং (ব্রিটিশনা শাবতা নত্তনা) শান্তি ওইনা বোইকোট তৌবা অদু তৌববোই; অনীশুবদা মথংগী রাউন টেবল কনফরেন্সতা কঙ্গ্রেস যাওবগনি অদুগা ব্রিটিশকী মখুত্তা দিফেন্স, ফাইনান্স, অমসুং ফোরেন এফেযার্স তি অসুম লৈহন্দুনা খন্নবদা যাওবোই। হান্নবা ১৯২২ দা যাম্না থুনা নন-কোওপরেসন গী আন্দোলন তোকখিনদা পেন্নাখিদবা অদুগুম্না গান্ধীগী কঙ্গ্রেস মরুপ মপাংশিং নীংবা কার্যখি,

ওন্নতৈনবা থৌদৌশিং অদুদা চম্মমনখি । অদুবু গান্ধীনা হায়রিবদুদা চিংনরবসু চিংননা অদুম ব্রাকৎনখিদে, পেক্ট অদু য়াবা তাখি ।

থাঙ্গেশেংবমক্তি, গান্ধীনা আইরব্রিনগী মফমদা পুকচেল চাউবা য়াম্না উৎলি, মখা সন্ধি তৌনরকপদা অমসুং স্বাধীনতাগী লম্বীদা খুরৌ থাংদনা চংশিনবা য়ানবা থৌরাং তৌই । ব্রিটিশরাজনা মরুপ মপাং ওইবগী মতৌ উৎলক্লবদা, সত্যাগ্রহী অমা ওইনা য়ানিংদবা কয়া খাঙজিনখিবনি। পেক্ট অদু ইকান কান্নখিদবদি নৎখিদে, আইরব্রিন্না গান্ধীবু লেংমান্নবা অমগুম ব্যবহার তৌরক্লিবা অদু, গান্ধীনা থম্মোয়গী ওইনদি মায় পাক্লবনি । তুংদা ব্রিটেনগী প্রাইম মিনিস্তর ওইরক্লবা ৱিনস্তোন চর্চিলমক্তা নুংঙাইতবা ৱাফম খরা ফোঙদোক্লকপা অদুনা ফীভম অসি ময়েক শেংহনখি । চর্চিলনা হায়খি: "মিদল তেম্পলগী উকিল লালহৌবা অমা ওইরিবা মিস্তর গান্ধী হায়বা নোংপোকলোমগী ফকির অমগুম্না ফিজেৎ তংখাই শেত্তুনা নিংথৌ কোনুংগী সিড়িদা অসুম কাখৎলক্লিবা অসি পূক্রিং লাংনিংঙাইনি, হঙ্গোইনিংঙাইনি; মহাক মশামক্তা সিভিল দিসওবিদিয়েন্সকী হনবা নাইদনা আন্দোলন চৎথ-চৎথনা, কিং ইম্পররগী মীওইশিংগা মান্নবা থাক্তা ৱা তান্নবা লাক্লিবসি ইকাইনিংঙাইনি ।"

অদুমকপু, পেক্ট অদু হৌবদগী অদুম কান্নখিদ্রে । অহানবদা, রাউন টেবল কনফরেন্সতগী করিশু কান্ননিংঙাই লৈতবনা কঙ্গ্রেসনা. মপানগী পোৎ-চৈশিং তুমীন্না বোইকোট তৌদুনা মতম শাংনা লৈথোকপা ঙম্লক্রে; অনীশুবদা, মসিগা মরি লৈননা তৌরকপা আন্দোলনশিং লোকেল আফিসিয়েলশিংনা ইরাই লাইনা বদনাম. তৌবা ঙমখি; অরোইবদা, ব্রিটিশরাজমক্তা সিভিল দিসওবিদিয়েন্স আন্দোলনগী চৈথেং কয়া ফংলবসু, করিগুম্বা মরম অমা নৎত্রগা অমা তৌদুনা গান্ধী অমসুং মাগী কঙ্গ্রেসপু নমথনবা থৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরিবনি। এপ্রিল থাদা, হায়গুম্লদনা আইরব্রিন্নগী মহুত্তা ৱারী ৱাতাই শামিন্নবা, ৱাথোক কয়া তেমশিনমিন্নবদা করিশু থাজদবা লোর্দ ৱিলিংদন লাক্লে । মাগীদি খুত্তুম শীংবনি । চর্চিলনা গান্ধীবু য়াদবা অদুগুম্না মহাক্সু গান্ধীবু য়াদে। গান্ধীবু রাজনীতিগী লৌনম হৈবা পীকখ্রবা চোয়চাং তম্বা মীশক অমনি হায় । ১৯৩১ দগী কালেন্থাদগী অসুম্না পেক্ট অদু পূমনান চৎলে ।

ওগষ্ট থাদা গান্ধীনা রাউন টেবল কনফরেন্স য়াওনবা ভারত থাদোকলে । চুংশিন্নবা য়াদ্রবা মীয়ামগী সংস্থানশিং মুসলিম লীগ, হিন্দূ মহাসভা, লিবরেলস, শিখ, "নমথদুনা লৈখ্রবা কাঙলুপশিং", এঙ্গলো ইন্দিয়ানশিং, খৃষ্টিয়ানশিং, ব্রিটিশ কারবার তৌবশিং, পুম্নমক অসি মশা মশাগী তোঙানবা ইলেক্তোরেত অমসুং রিজার্ব এসেম্বলী সীট

তাল্লিবা ঙাক্তনি, মখোয় পুম্নমক অসিগী মতুং কঙ্গ্রেসনা শিল্লদুনা গান্ধী মথন্তনা কনফরেন্স অসি য়াওরুগদৌরিবনি। খন্ননৈনরকপদা তশেংবদি, কাঙলুপ খুদিংগী দাবী তৌরিবশিং খন্নবনি। লীগ, মহাসভা অমসুং শিখশিংনা মখোয় মশেল য়ানবা অমত্তা লৈতবনা ব্রিটিশ সরকারনা য়েৎনরিবশিং অদু হেক্তা ব্রারেপ্লগনি হায়না লেপখি। কনফরেন্স অদুনা মায় পাকখ্রিবদি ভারতমচাশিংগী মরক্তা মোত মান্নদ্রিবশিং অদু প্রচাব তৌবনা ওইখি, ব্রিটিশরাজনা পামজবসু মদুর্তনি। ডিসেম্বর লোইরমদাইদা গান্ধী ভারত্তা হল্লক্লে। হেন্না খুদোংগিবা অমুক নংলে। টেবোবিজমগী অনৌবা ঈপোম হৌরক্লে, মিদনাপুর অমসুং তিপ্পেরাগী মেজিস্ট্রেটশিং য়াওনা মী মাপলগী মথব্রাই মাঙলে। মিদনাপুবগী মেজিস্ট্রেটতি স্কুল তল্লিবী নুপীমচা অনী শান্তি অমসুং সুনীতি চৌধুরীগী খুজিল থৌরাংদগীনি। থৌদোক অসিনা সরকারবু নমথনবগী তমথিরবা থবক কয়া পায়খৎহল্লী। খুদম ওইনা চিটাগোংমক্তদা হিন্দূ নুপা মচা চহী ১৬ তগী ২৫ ফাওবগী মনুংদা লৈবা পুম্নমক আইদেন্তিতি কার্দ পুবা তাখি, একাগাড়ী তোংবা য়াহনখিদে, নুমিদাংদা কর্ফিউ থমখি। প্রোভিন্সশিংগী সরকারনা টেরোরিস্তশিংবু শৌগৎলে হায়না চিংনরবদি ফানিংবা মী ফাবা ঙমহনখি।

নোর্থ ব্রেষ্ট ফ্রোন্তিয়ার প্রোভিন্স অমসুং ইউ:পী: দসু সরকারনা ওৎ-নৈবা অমুক হৌরকই। "খুদাই খিদমতগার" শিংনা ফুরিৎ অঙাংবা লিৎলুবদগী কম্যুনিস্ত ওইবে হায়না সরকারনা খনখি। মসিগী ওয়তৈনবদা মখোয়না কঙ্গ্রেসকা পুনশিন্নখি। খোঙজং হেনজিল্লকপদগী মখোয়গী লুচংবা আব্দুল গফব খান জেলদা থমজিনলে। ইউ :পী: দনা লৌউশিংউবগী পোৎথোক্কী মমল য়াম্না হন্থবকখিবদগী লমদম অদুগী লৌমীশিংনা খাজনা থীবদা মতেং খরা ওইনবা হায়দুনা এলাহাবাদ দিস্ত্রিক্তা "সত্যাগ্রহ" অমা জব্রাহরলালনা শীল্লাংলুবগীদমক মহাকপুসু জেলদা থমজিনখি।

'পেক্ট' অদু মওং চারক্ত্রবদা উপায় অমা পুথোক্লবা গান্ধীনা ব্রিলিংদনগা ব্রাবী শানবা হোৎনখি। ব্রিলিংদন্না উন্নসি হায়বা যারকখিদে। নীংবা কাযববা গান্ধীনা সিভিল দিসওবিদিয়েন্স অমুক চৎথরগনি হায়না লাউথোকই। মদুগী পাউখুম ১৯৩২ গী জানুয়ারী ৪ দা ব্রিলিংদন্না পী, কঙ্গ্রেস তকখায়রকই, অতৈ কঙ্গ্রেসকী লুচিংবশিংগা লোয়ননা গান্ধী ফাজিনলে, কঙ্গ্রেস অমসুং মসিগা মরি লৈনরিবা সংস্থান পুম্নমক আইন্না য়াদ্রে হায়না লাউথোকখ্রে; কঙ্গ্রেসকী মরল মথুম মৎলে; অথিংবা পুম্নমক মায়য়োক্লনবা প্রোভিন্সশিংগী সরকার পুম্নমক্তা "ইমর্জেন্সী" শক্তি পীরে। পাল্লিবদি কঙ্গ্রেস মরুফংনা মুৎথৎপনি। অনৌবা সেক্রেটরী ওফ ষ্টেট সার সামুয়েল থোরেনা "হন্দাক্তি লান লোয়রে" হায়না হায়খি।

গান্ধীনা লণ্ডনদা চৎত্রিঙৈ মমাঙদা ব্রিলিংদন্নদি কঙ্গ্রেস মুৎথৎনবা থৌরাং হান্না তৌদুনা থনম্লবনি। ১৯৩১ লোইদ্রিঙৈদা চয়োল তরুক্কী মনুংদা পাঙথোক্কদবা থবকশিং য়াংথোক্কুনা থমখ্রবনি। সরকারগী মেছিনরী পুম্নমক খুদক্তা থবক হৌহনখ্রবনি; আন্দোলন তৌবমখৈ লিশিং লিশিং ওইনা জেলদা থমজিনলে; পুলিশশিং থাদোক্কুনা ওৎ-নৈবা কয়া তৌহনলে, খুঙ্গংশিংদা য়াংলেন শরু তেকপমখৈ কলেক্তিব ফাইন লৌখৎলে; খাজনা থীয়ু য়াদবা লৌমীমখৈ খুদক্তা লৌফমতা নত্তনা মপোৎ মচৈ কয়া মুল্লে; অঙাংমখৈ, "হুইপ্পিং এক্ট" কী মখাদা ফু চৈরে, পাউচেশিংবুনা হান্না অমুক্তা তৌদ্রিবা মওংদা চরম মেৎলে। মে থাগী অঙনবদা মী ৮০,০০০ ফারে, ৪০,০০০ হেনবনা দণ্ডী পীরে। অদুবু, লুচিংবসু লৈজদ্রবা, মরল মথুমসু কোল্লবা কঙ্গ্রেসনা, নোর্থ ৱেস্ত ফ্রোন্তিয়ার প্রোভিন্স, ইউ পী, বিহার, বেঙ্গল অমসুং বোম্বে শহরদা পাকশন্না সিভিল দিসওবিদিয়েন্সকী থবকশিং চৎথরে। ১৯৩২ লোইদ্রিবফাওবদি সবকারনা মায় পাক্লে হায়বা য়াদ্রি; ১৯৩৪ গী এপ্রিল থা ফাওবদি আন্দোলন অসি মপাম্থোংগী ওইনা তোকখ্রে হায়বা য়াদ্রি ।

মরক অসিদা ইতোপ তোপ্পা হীরম অমদা গান্ধীনা চংশিল্লক্লে। অনীশুবা রাউন টেবল কনফরেন্সকী মতমদা ব্রিটিশ প্রাইম মিনিস্তর বামসে মেকদোনাল্ডনা পাঙথোক্কনি হায়খিবা "কম্যুনেল এৱার্দ" অদু ১৯৩২ গী ওগষ্ট থাদা ফোঙলক্লে । এৱার্দ অসিগী মতুংইন্না, হিন্দূশিংনা মখোয়গী সমাজগী মরক্তা অমাংবনি হায়না পীদোন্না থন্নিবা "দিপ্রেসদ ক্লাসেস" হায়না খঙনরিবশিং অদু য়াওনা মশিঙ য়ামজদবা মী কাঙলুপ তবামাথোইগী তোঙানবা ইলেক্তোরেত থম্লগনি হাযবে । মেকদোনাল্ডনা অসুমনা মীওইশিং অসিবু হিন্দূগী মপান্দা পুথোক্লবা লাক্লরকপা অসিদা গান্ধীনা শাউরদুনা পুনাগী য়েৱাদা জেলদগী সেপ্তেম্বব ২০ দগী এৱার্দ অসি নাংথিনা শেমদোক্ত্রিমখৈদি শিদ্রিবা ফাওবা চরা হেল্লগনি হাযনা লাউথোরক্লে। মসিনা অরুবা সমস্যা অমা ওইহনখ্রে, হিন্দূ অশেঙবগী লুচিংবশিংগা, শোক্ল-পন্নবা য়াদবা মীওইশিংগী ৱা ঙা ংবা মীওই ওইরিবা ডাক্তর বি আর আমবেদকরগা লোযননা গান্ধীগী ফমুং ময়াদা ৱা তান্ননবা চংশিনখ্রে। খন্ন-নৈনবা অসিগী মখা তারকপা ওইনা শোক্ল পন্নবা যাদবশিং অসিনা তোঙানবা ইলেক্তোরেত তাল্লরোই, এৱার্দ অসদা পাল্লবা লেজিসলেটিব সীটশিং অসিদগী মশিঙ হেঙ্গৎনা ফংগনি হায়না মখোয়দা অচেৎপা ৱা তায়রে। ব্রিটিশ সরকারনা যানরিবা অসি লৌখৎলে, নুমিৎ ৬ নিগী মতুংদা গান্ধীনা চবা হেনবা লেপলে।

খুদক্তা, গান্ধীনা "দিপ্রেসদ ক্লাসেস" অসিদা হিন্দূশিংনা যুগ কয়াদগী লান্না উরক্লিবা অসি তোকহন্নবগীদমক "ওল ইন্দিয়া অনতচেবিলিতি লীগ" কৌবা সংস্থান অমা লিংখৎলে। থা খবা লৈবগা "হরিজন" কৌবা হাপ্তাগী চেফোঙ অমা (হরিজন হায়বদি "লাইগী মচা" হায়বা ব্রাহে অসি গান্ধীনা শেমজবনি, হিন্দূ সমাজদা মরাইবক থীরবা মী মিলিয়ন নিফু লৈরিবনি।) পুথোক্লুনা অনৌবা ব্রাখল্লোন অমা শন্দোক্লবা হোৎনরে। গান্ধীনা অহানবদা হরিজনশিংবু লাইশংদা চংবা য়াহন্নবা হোৎনৈ; অদুবু হিন্দূশিংনা কন্না য়ানিংলক্তবদগী ১৯৩৩ গী মে থাদা চরা হেনবা অমুক হৌরে । হন্দক্তি মশানা মশাবু শেঙদোকচবনি হায়, অশেঙবা হিন্দূশিংদা মহাক্কী আপীল তাবিনবা হায়জে।

গান্ধী জেল মনুংদা শিখি হায়বসি থোক্তনবা সবকারনা মহাকপু থুনমক থাদোরক্লে । ফিরেপ অসি উরক্লবদা চয়োল তকক সিভিল দিসওবিদিয়েন্স তোক্লে। লোয়ননা ভাইসরোইগা অমুক উন্ননবা হোৎনরক্লে। মসিনা ব্রিটিশরাজগা কঙ্গ্রেসকা অমুক খুৎশন্নবগী তাঞ্জা ফংলে। অদুবু হান্নগী মতৌগুম্না, ব্রিলিংদন্না উন্নসি হায়বদু য়ারক্লে। গান্ধীগী মথংগী খোঙজংদি ওগষ্ট ১ দগী অমুক সিভিল দিসওবিদিয়েন্স হৌরগনি হাযরে, হন্দক্তি মশামক য়াওনা অখন্নবা মীশিংতনা চংশিনগদবা খোঙজংনি হায়খি। ব্রিলিংদন্না গান্ধীবু অমুক ফাজিল্লে, গান্ধীনসু হান্ননা জেলদগী হরিজনগী আন্দোলন তৌবা য়াহল্লম্বদু য়াদবদগী অমুক চরা হেনবা হৌরে। মাগী ফীভম থুনা শোকচিনমল্লকপদগী সবকারনা আগষ্ট ২৩ দা থাদোরকই।

মসিগী মতুংদা গান্ধী মশামক হরিজনগীদমক চপ য়ুংনা লেপলে। চহী অমবোম চুপ্পা শহব শহরদা অমসুং খুঙ্গং খুঙ্গংদা চত্তুনা শোক্ল-পন্নবা যাদবগী মাযযোক্তা নীংথিজবা ব্রাঙাং ঙাংদুনা হিন্দূ অশেঙবাশিংদগী শেল খোমদুনা "হরিজন ফন্দ" শেমগৎলে। মাগী খোঙচৎ অসিসু অচম্বদি নৎখিদে, ফিরাল অমুবা পায়বা আন্দোলনকাবী কয়ানা মহাক্কী মিটিং কয়াদা মাবু তেমশিংনৈ, পুনাদা মানা তোংলিবা কাবদা বোম লংশিল্লকই। অদুমকপু ১৯৩৪ গী ওগষ্ট থাদা মাগী খোঙচৎ লোইশিল্লকপদা "শোক্ল পন্নবা যাদবগী মতাং লোইশিল্লক্লে" হাযনা মহাক্না থাজবে। মসিমক মহাক্কী হেজিন্না থাজগনবা ওইবগসু হরিজনগী ব্রাফম অসি জাতিগী থাক্তা মীৎয়েং চিংশিনবা ঙমখি অমসুং শোক্ল-পন্নবা য়াদবগী ফঙবশিং হিন্দূ অশেঙবশিংগী থোপতা চংহনখি।

হরিজনগী থবক তৌরুবদা গান্ধীনা রাজনীতিগী লমদা তুংওইনরে হায়না খুদক্তা রাজনীতি তৌবাশিংনা ব্রাবৌনবে। হিন্দূগী সমাজদা জাতি বর্ণ খাযদোকপা অসি

মুথৎত্রিবমখৈ শোক্ক-পন্নবা য়াদবশিংগী হরাওনিংঙাই করিসু লৈতে হায়বসিদা কন্না থাজজরিবা ডা:আমবেদকরনা গান্ধীবু জাতি বর্ণ খায়বা পান্বা মীশকনি হায়না মরাল শিরে । মালবিযাগুম্বা হিন্দূ অশেঙবা কঙ্গ্রেসমেনমক্কসু গান্ধীনা কান্নদবদা হিন্দূগী চৎনবীশিংদা খুৎ থিংজিল্লি হায়না অকনবা মোত পীরকই। অদুনা কঙ্গ্রেসকী মরক্তা ঈ শারিবা মীশিংনা সিভিল দিসওবিদিযেন্স আন্দোলনদা পুক্লিং লুপকেদি হায়দ্রদুনা শোক্ক -পন্নবা য়াদবগী ব্রাথোক পৃশিন্দুনা লৈ হায়না ব্রারৌনৈ । ১৯৩৩ গী ময়ায় চল্লকপদা সুভাস বোস অমসুং বিথালভাই পেটেল অনীনা কঙ্গ্রেস·অসি অনৌবা নীতি অমগী মতুংইন্না পূমশেম শেমদোকপা তঙাইফদ্রে, অনৌবা থৌশীল অমা পুথোক্তবা য়াদ্রে, মসিগীদমক অনৌবা লুচিংবা অমা তঙাই ফদ্রে হায়রকই । ১৯৩৪ গী এপ্রিলদা, গান্ধীনা ঈহৌ অদু মুৎথৎলক্লবদা, গান্ধীবু য়াম্না পামজরিবা জব্রাহরলালমক্লা মঙোন্দা থাজবা পুম্মাঙ মাঙখিবগী ব্রা হাযরক্লে।

মবম অসিদগী গান্ধীনা রাজনীতিদগী পোথারগে হায়না খল্লকই, অদুবু কঙ্গ্রেস মনুংদা কাযনবক্লিবা অসিদি থিংহৌদবা য়াদে হায়বা ব্রাফম অসিদি হান্না মওং তাহল্লমদবা য়াদ্রি হায়না নীংখি। শেম্নবা হোৎনরিবা সংবিধান অসিগী মখাদা স্বরাজিস্ত নৎত্রগা বাইতিস্ত হাযনা খঙনবিবশিং অসিনা ইলেক্সন য়াওবা পার্মলি, অদুগা লেপ্টিস্ত হায়বিবা কাঙবু অসিনা, (মখোযগী মশিঙদি য়ামখৎলাক্ল ) অচৌবা অহোংবা কয়া অমসুং সমাজগী ওইনা অচুম্বা কয়া পুরকখিনি হায়রি। অনী অসিগী মরক্তা শান্দাইনবা ঙম্বা মীদি জব্রাহবলালর্তান হায়না গান্ধীনা থাজৈ। অদুগা মহাক্লা হায়: " ঐ অমদি অতৈ অহল ওর্হশিল্লক্লবা নূপা নুপীশিংনা তোর্কাখিবদা কঙ্গ্রেসকী তিংখংগী লুহুপ অসি উপকদবদি জব্রাহবলালতনি হায়বসি মশানা তাজবান।" ১৯৩৪ গী ওক্টোবরদা খুঙ্গং চাউখৎনবা হোৎনবদা শকক য়ারুনবগীদমক গান্ধীনা কঙ্গ্রেস থাদোকখি।

১০

# অৱা-পোলোইনবা ফীভম অমা শাগৎলকপা

## (১৯৩৪-১৯৪০)

১৯৩৪ গী জুন থাদা কঙ্গ্রেসতা সরকারনা অথিংবা থল্লম্বা অদু লৌথোকখ্রবদা চয়োল খরগী মনুংদা শিরুরবদগী হিঙ্গৎলক্লে- হেন্নদুম মপাঙ্গল লৈরক্লে। ব্রিটিশরাজগা মতম শাংনা লান্থেংনরকপদগী অনৌবা ৱাখল কয়া, সমাজগী অনৌবা কাঙলুপ কয়া, তোৎন-তিন্নবা ঙল্লক্লে। লাইরিক হৈতবা খুঙ্গংগী নুপা, নুপী, নুপামচা অমসুং নুপীমচা কয়া লিশিং লিশিং কঙ্গ্রেসতা য়াওশিল্লক্লে। ফ্রোন্তিয়ার গান্ধীগী মপান্দগী নোর্থ ৱেস্ত ফ্রোন্তিয়ার প্রোভিন্সতা কল্লবা অনৌবা খোঙদাফম অমসু ফংলে; মফম অদুগী লুচিংবশিংনা, মথকলোমদগী লমজিং কয়া হকথেংননা ফংদবদগী, মশা মশাগী শক্তি অমসুং পাঙ্গল মথন মথন্তনা য়াম্না শেমগৎচরক্লে; থা কয়া ৱিলিংদন্না ওৎনৈখিবদু থিংবা ঙমখিবদগী মশানা মশাবু থাজবা য়াম্না হেঙ্গৎলে।

অমরোমদনা, ব্রিটিশরাজনা অতোপ্পা মওং অমদা মীৎয়েং থল্লি; কঙ্গ্রেসপু শর্ত অমত্তা য়াওদনা সিভিল দিসওবিদিয়েন্স তোকহনলে, মশাগী অশোকপশিং লেক্কুনা লৈরে; রামসে মেকদোনাল্ডগী কম্যুনেল এৱাৰ্দনা কাঙলুপ মচেৎ মচেৎ তাঙ্দুনা জাতিগী ওইবা অপূনবা খোঙচৎতা শেমজিনবদা ৱারগদবা অমাঙবা কয়া থোকহনলে; খিলাফৎ মতমগী কঙ্গ্রেসকা লীগকা খুৎশম্নখিবা অদুসু পুমতোক তোক্লখ্রে। ১৯৩৩ গী ময়ায়দগী ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্ততা খন্ন-নৈনখিবা রাজনীতিগী বিফোর্মশিংদা মশক মচু থোকখিদবা অদুদা কঙ্গ্রেসকী ফীভম শোকচিল্লিবা অদু ময়েক শেংনা উৎলে।

সাইমোন কমিশন্না থিজিন হুর্মজিনখিবা, ফাগি তারবা রাউন টেবল কন্‌ফরেন্সকী মীফম অহুম, ১৯৩৫ গী আগষ্ট ৪ গী গভর্নমেন্ত ওফ ইন্দিয়া এক্ট - চহি তবেৎচুপ্পা তন্দে- মান্দে খন্ন-নৈনরকপসিনা, কঙ্গ্রেসনা তানজরক্লিবা তল মপুম অদু শুপ্নগী তনগং মচেৎ খজিক্তং ওইদুনা তোক্লে। এক্ট অসিনা চাউনা পুরকখিবা অহোংবা হায়ববু প্রোভিন্সশিংদা "দাইয়র্কি" গী মহুত্তা "পোপুলার রুল" অসিতনি। অকোনবগী অসিদা মীখলদা কারক্লবা মন্ত্রীশিংনা থবক লোইনা পায়রগনি, গভর্নরনা ইমর্জেন্সীগী মতমদা অখন্নবা শক্তিগুম্বা খরতমক য়েংশিল্লগনি। অতোপ্পা খোঙথাং অমনা নুপীসু ভোট পীবা য়ারগনি, ভোটরশিংগী মরল-মথুমগী চাং য়াম্না হন্তরগনি হায়বসিনি। মসিনা এলেক্তোরেত অসি মীশিং মিলিয়ন ৬ তগী ৩০ ফাওবা তেঙ্গৎহনবা ঙমলে।

এক্ট অসিনা ভাবতকী নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংসু - অপূনবা ভাবত্তা যাওহল্লগনি, সেন্তবদা লৈবিবা ফেদেবেল গভর্নমেন্তকী লাবাব হাউস(ফেদেবেল এসেম্বলী) কী মেম্বব মশিঙ শকক অহুমগী মনুংদা অমা নোমিনেত তৌহল্লগনি; অপ্পব হাউসতনা (কাউন্সিল ওথ স্টেত) শকক মঙাগী মনুংদা অনী নোমিনেত তৌহনগনি। অসুম্না নোমিনেত তৌবক্লিবা মেম্বব মযাম অসিগী মতেং লৌবগা বাজনীতি, সামাজিক অমসুং অর্থনৈতিক্কী চাউখৎ খোঙজেল তাল্লক্লিবা পুম্নমক মীচং শেমদুনা তাশিন-উশিন্নদনা থাবগনি হাযবা ফিবেপ অসি মযেক শেংলক্লে। মসিনসু পেন্দ্রদুনা, দিফেন্স, যাইনান্স, যোবেন এফেযাবর্স অমসুং বেলব্রেনচিংবা মক ওইবা হীবম কযা অসিদি ভাইসবোইগী শুপ্নম শাসন মখাদা অদুম থমখি।

অদুমকপু হাযবিবা ফেদেবেসন অসি নিংথৌমচাশিংনা যানিংদবনা মথবাই পান্দ্রি। নিংথৌ পানবা ষ্টেট শিংগী অপূনবা মীশিঙ তংখাই নৎত্রগা তংখাইদগী হেন্না মহুৎ শীনবশিংনা যেদেবেসন অসি যাববদি অতৈ লেমহৌবশিংনসু থাগদবনি হাযবা ফীভম অসিগী মতুংইন্না এক্ট অসিদা নিংথৌমচাশিংবু যানিংবা নৎত্রগা যানিংদবা ফোঙদোকপা যাগনি হাযবি। অদুমকপু ব্রিটিশবাজনদি মখোযনা যাবক্লবা কন্না তকশিনখিদে, মখোযনসু কঙ্গ্রেসকী ব্রাখল্লোনদা মখোযগী লৌচা, শক্তি অমসুং খুদোংচাবশিং অদু যানিংদবনা . কঙ্গ্রেসকা খুৎশম্নবস্ পামখিদে। অসুম্না ফেদেবেল স্কীমগী থবক ওইনা চৎথবা ঙমখিবা হাযবদ্ ফেদেবেল কোর্ট অমা অমসুং ফেদেবেল বেঙ্ক অমা থম্বা ঙমখবা অসি তনি।

যাম্না মক ওইবিবা ব্রাফম অমনা ভাবত্তা সংবিধানগী মবমদা খুমাং চাউশিন্নবা "দোমিনিযন স্তেটস" থম্বগী মতাংদা আইববিন্না হাযবম্বা অদু চহী ৬ হৌখ্রবস্ এক্ট অসিদা কবিস্ পল্লমদ্রে। ব্রিটিশবাজনা নেসনোলস্তশিংগা খুৎশম্নবগী মতাংস যাওদ্রে। শাখিনা নীংবা কাযববা কঙ্গ্রেসনা এক্ট অসি হৌজিক ওইবিবা সংবিধান অসিদগী হেন্না মপুক শেংদবা, তমথিনিংঙাই ওইবা মওং অমনি হাযনা লৌখ্রে। জবাহবলালনদি "মীনাই ওইবগী চার্তব" অমনি হাযবা যাওবা হাযখি, মবমদি ব্রিটেন্না শক্তি পুম্নমক পাযশিল্লগা শক্তি যাওদনা থবক পাঙথোকপা ঙম্নোইদবা দাযত্ত্ব পুম্নমক ভাবতমচাশিংদা হাঞ্জিনলকপনি।

অদমকপু, মতম অদখক্কিদি, কঙ্গ্রেসমেনশিংগী মেজোবিতি ওইবিবা বাইতিস্তশিংনা, অমবু ওইববস্ অমব ওইববস প্রোভিন্সশিংগী ইলেক্সনদা যাওশিনবগী থিবেপ লৌবে, জব্রাহবলালস্ মদুদা যাওশিনলে। লাইববশিংদা মশক থোক্লা অনাবা কোকহনগনি, ব্রিটিশকী মীনাই যোহ্লিংদগী নাম্ভোক্কনি হাযবা অকনবা খোল্লাউ যাওবা

ইলেক্সন মেনিফেস্তো অমা শেল্লগা জৱাহরলালনা চোকথবা লৈতনা লৈবাক শীনবা থুংনা চৎলি। মহাক্কী নীংথিজবা মশক মতৌ, নহা ওইবগী পূক্লিং লূপ্পা মওং অমসুং পুকচেল চাউবগী আদর্শ্য-অসিনচিংবা অসিনা চৎখি চৎখিবা মফমদা মীয়ামবু শুমহৎপা ঙমলে, গান্ধীগী হেক মথংদা, মহাক্না ভারতকী খ্বাইদগী হেন্না নুংশিজরবা লুচিংবনি হায়না মীয়াম্না লৌনরে।

১৯৩৭ কী ফেব্রুয়ারীদা ইলেক্সনগী ফল হাযদোক্লে, জৱাহরলাল অমসুং কঙ্গ্রেসকী ফীভম য়াম্না ফরক্লে, চামগী মনুংদা হুম্ফুতরা হেন্না কঙ্গ্রেসনা ফংখ্রে, প্রোভিন্স ১১গী মনুংদা ৫ দা এবসোলুত মেজোরিতি ফংখ্রে, ৬ শুবা অদুদসু ফীভম অদুম মফখি। অদুবু অৱাবদি মুসলিমশিংগী সীট ৫০০ গী মনুংদা কঙ্গ্রেসনা ২৮ তমক ফংবা ঙমখি। তশেংবদি মুসলিম য়াম্না লৈবা মফমশিংদা অয়াম্বনা বিজনেল পার্তিশিংদা ভোট পীনখি। অদুম ওইদুনসু কঙ্গ্রেসনা লৈবাক অসিগী মাইনোরিতি কাঙলুপতা মশক থোকপা থবক তৌবা ঙমদ্রি হায়বসিদি ময়েক শেংখি।

১৯৩৭ কী ময়ায় চল্লকপদা প্রোভিন্স ১১ গী মনুংদা ৭ তা কঙ্গ্রেসনা শক্তি পায়রে। অদুবু শেল মরাং কাইনা লৈতবনা মিনিস্ত্রিশিং অদুনা লৌমীশিংগী, হরিজনশিংগী অমদি শহরগী লাইরবশিংগী ফীভম করিসু ফগৎহনবা ঙমখদ্রে। প্রোভিন্সশিংগী বেভেন্যুদি মপূং ওইনা লমগী খাজনাদগীনি, মিনিস্ত্রিশিংনদি খাজনা অসি হস্থহনবা পামখিবনি, অদুনা হেঙ্গৎহনবগী আশা লৈনখিদে। অতৈ মরু ওইবা মফমদগী লাক্কদবা রেভেন্যুশিং অদুদি সেন্ত্রেল গভর্নমেন্তকী শেঙ্গাওদা লোইনা চঙখ্রবনি, খরবুদি প্রোভিন্সশিংদা য়েস্থোরকখি, অদুবু খরা অদুনদি মশকথোকপা সোসিয়েল ৱেলফেয়ার স্কীম অমত্তা পাঙথোকপা ঙমখিদে। মরম অসিদগী কঙ্গ্রেস মিনিস্ত্রিশিং মায় পাক্লরক্লে, অকনবা আন্দোলন কয়া মায়য়োক্লরক্লে। অদুবু পূক্লিং থৌগৎনিংঙাই ওইখিবা হায়বাবু সি, রাজগোপালচারী, গোবিন্দ বল্লভ পন্ত অমসুং বি জি খেরগুম্বা কঙ্গ্রেসমেন খরনা য়াম্না মতিকচাবা মিনিস্তর নৎত্রগা চীফ মিনিস্তর ওইবা ঙমখি; কঙ্গ্রেস সরকারশিংনা রাজনীতিগী বন্দীশিং থাদোকখি। মসি গভর্নবশিংনদি কন্না য়ানিংখিদবনি। অরোইবদা, খাদী শেৎপা ভারতমচাশিংনা প্রোভিন্স খবদা শক্তিগী ফম্ফমলাংদা ফম্বা ঙমখিবা অসিনি।

প্রোভিন্সশিংদা "পোপুলার রুল" থম্লগা সেন্তরদনা "ওতোক্রেতিক রুল" থম্বা - অনী অসি থবক পুন্না কুয়না চৎথবা য়ারোই হায়বসি জৱাহরলালনা মুন্না খঙি। কঙ্গ্রেস মিনিস্তরশিংনা সোসিয়েল ৱেলফেয়ার স্কীম কয়া পাঙথোক্লবা অৱাবা কয়া থেংনরিঙৈদা জৱাহরলালনা নীংতম্বগী লাল অসি মমৈদা করম্না মঙ্গল ওইহনগদগে হায়বসিদা পূক্লিং

লূপ্পুনা লৈবে। থবক অসিদা মহাক মতীকসু যাম্না চায, মবমদি ইতিহাস মমুৎতানা খঙবদগী মতম অদুগী বাজনীতিগী লুচিংবশিংদগী মহাক্না খুমাং যাম্না চাউশিনবা ঙমখি।

জবাহবলাল নেহরুগা গান্ধীগা হৌবকফম শাহৌ যাম্না খেন্নখি। জবাহবলাল খুনুং চংবা হিন্দূ ইমুংদগী হৌবকখিদে, মবম অদুনা হিন্দূগী পবম্পবাগী জ্ঞান অমসুং লৌশিং কযা মঙোন্দা মমি তাদে। লোযননা মহাক্কী মহৈমশিং ইংলণ্ডদা তম্লকই, চহী ২০ খবা হেল্লকপগী অদুৱাইদা সাইন্স দিগ্রী ফংলগা বাব তম্বা যাবর্বা। অদুবু আইনগী বা অসি মঙোন্দা কযা পাম্না থোক্কখিদে, মপা হবুংঙোনা থৱাই লূপ্লিবা নীংতম ঈহৌ অদুদা মহাক্না পুক্কিং চংখি। জালিযানৱালাবাগতা ব্রিটিশনা শাহিংচাবগী থৌদৌ তৌখিবা অমসুং গান্ধীগী প্রতিভা অদুনা মহাক কঙ্গ্রেসতা যাওবা তাখি। মহাক অচম্বা কঙ্গ্রেসমেন অমদি নৎখিদে, লাইবিক যাম্না পাই, লম কযা চৎলি, ভাবতকী ফীভম,ইতিহাস অমসুং অন্তবজাতিগী মীৎযেংদগী যেংখি, দার্শনিক অমগী মিহুল লৈবা মবম্না সমাজগী ওইজ ওইথক নৎত্রগা তৌনিংবতা তৌবগী শক্তি মহাক্না খক যাবা ঙমদে, খাঙবসু ঙমদে।

১৯১৭ কী বোলশেভিক বিভোলুসন্না মঙোন্দা শাফু যাম্না লৈহনখি, ১৯২৬ ২৭ তা ইউবোপ অমসুং বাশিযাদা কোযকই, অকনবা সোসিযেলিস্ত অমসুং সাম্রাজ্যবাদীবু যানিংদবা মীওই অমা ওইবে। ব্রুশেল্‌সতা লৈবিঙৈদা কোলোনীগী ওৎনেবা অমসুং সাম্রাজ্যবাদীগী মাযোক্তা অমসুং জাতিগী নীংতম্বগী লীগ হাযবা সংস্থান অদুগী ওনবেবা প্রেসিদেন্ত ওই। বাশিযাদা কোযবিঙৈদা পৃথিবীগী অহানবা কম্যুনিস্ত ষ্টেটকী মাথ পাল্লকপশিংদা খোযদাবা পোকই, থাগত্তুনা অর্টিকল কযা মথং মথং ইখি, মদুনা মবম ওইদুনা ব্রিটিশবাজবু মহাক্না কবি অমত্তা যানিংখিদে। ১৯৩৩ দা কম্যুনিস্ত অমনি হাযনা চিংনদনা মতেক খবা জেলদা থম্লুববসু মহাক্না কম্যুনিস্ত আন্দোলনগাদমক্তদি কাবসু তৌখিদে। অদুমকপু ১৯৩৪ দা আচার্য্য নবেন্দ্র দেব, জযপ্রকাশ নাবাযণ অমসুং অতৈ কযানা লিংখৎখিবা কঙ্গ্রেস সোসিযেলিস্ত পার্তিদি মহাক্না কন্না শৌগৎখি।

মসিদগী হেন্দাঙনা, মহাক্না "সোসিযেলিস্ত পেত্তর্ন ওফ সোসাইতি" অমা নাংতম্লবা ভাবতকীদমক মঙ লম্ভব তৌই, ১৯৩৮ দা নীংতম্বা ফংগনি হাযবা আশা অমতা টবক্তবদা মহাক অসি মঙফাওনিনবা হোৎনৈ। ভাবতনা নীংতম্লবা মতুং চহী ১০গী মনুংদা মাচম প্রজা অমগী শেন্থোক শকক অহুম হেন্সংহনবা ভুম্নবগীদমক মাঙজৌননা শেম শাননবা 'নেসনেল প্লানিং কমিতি" অমা মহাক্না লিংখৎলি। অতৈ কনা অমগুম্বা খংহ্রবপু মহাক্নাদ নাংতম্না যংলগা জাতিগী লূচিংবাশিংগা থৌদং যাম্না চাউবক্কনি, মাঙলোননা মশা হৎহৈ ৰ তাবনা হাযবাস মহাক্কী অচেৎপা থাজবনি। নেসনেল প্লানিং

কর্মিতি অসিনা শিন্দমফম ওইবতা নাওনা নীংতম্নবা ভাবতকী তুংগী প্লান্নিং কমিশন ওইবকই, লৈবাক্কী তুংগী যাইফনবা থৌবাং তৌবদা যাম্না চাউববা থৌদাং যানবনি।

নেহরুনা ভাবতকী বাজনীতিগী ফিবেপতা অচৌবা অহোংবা অমসু পুবকখি। ১৯৩৬ তা কঙ্গ্রেস প্রেসিদেন্ত ওইনা বাবেপ কযা থাঙ্গৎলি স্পেইনগী নিংথৌশিংনা বিপাব্লিকান গভর্নমেন্তাশং নমথনবা হোৎনবদা জর্মনান্না মতেং পাংখিবদু যানিংদবা যোণ্ডদোকই, চীনাদা জাপান্না লান্দাখিবা যানিংখিদে অমসুং ইটালীনা অবিসিনিযা লৌশননা যাখিদে। ১৯৩৮ দা নেহরু মশামক স্পেইন্দা চৎতনা বিপাব্লিকানশিং শৌগৎলুই, জাপানগা লান তৌনাববা চীনাদা "মেদিকেল মিশন" থাখি। মিশন অসিবু লুচিংখিবা ডাক্তব কোর্টনিস মথৌ তৌবিণ্ডেদা মথবাহ কৎখি. ভাবতমচাশিংনা অতৈ লমশিংদা সাম্রাজ্যবাদীগী মাযযোক্তা চংশিল্লবা জাতি কয়াগা খুৎশম্নখি, লোযননা মীওইবগী লাইবক শেম্বদা পৃথিবীগী ওইবা থৌদাং পাণ্ডখোক্লবকপদা শরুক যাবতা নওনা লৈবাক অসিগী চৎথাবিবা নীংতম্নগী খোঙজং আসবুসু মযেক শেংনা খঙইনখি।

নেহরুগী ব্রাখলদা ভাবতকী নিংথৌপানবা লৈবাকশিং আসবু নেসনোলস্তকী খোঙজং অসিদা মপুংথানা শরুক যাহন্নিংই। ব্রিটিশশিংনাদ নিংথৌমচাশং অসি মখোযগী মীচংনি হাযনা খন্দুনা ১৯৩৫ গী এক্তা কঙ্গ্রেসপু নমথনবা থৌবান্দা মখোযগী ফমফম চাউনা থাক্লুবনি। অসুম্না ব্রিটিশবাজনা লৈবাক্কী শরুক অহম খোকপগী অমা মখোযগী লাইথি ওইহনখিবা অসিদা নেহরুনা থবায শোকখি, যীভম এসি তেব যাবিবমখৈ থুনা চুমথোক্কদবান হাযনা পূক্লিংদা চপযুংনা লেপখি।

হোৎনখিবশিং মায ইপাক পাকখিদবদি নৎখিদে। ষ্টেট কযাদা প্রজা পাবষদাশং (ষ্টেট পিপলস কনফবেন্স) শেম্নদুনা মীযামগী অব্রাবা যোঙাদাক্লবকই। আলবাবমণ্ডদা ১৯৩০ হেল্লকপদা তমথিববা মহাবাজগী মাযযোক্তা প্রজাশিং ঈবাং হৌবল্লে, চঙা খবা ইউবোপতা মহাবাজ অদু ব্রিটিশবাজনা থমখি। অদুবু অযাম্বা নিংথৌমচাশিংনা দাযিত্ব যাওদবা থবক কযা চৎথবকই। খুদম ওইনা জামনগবদা নিংথৌনা ষ্টেট বেভেন্যুগী চামগী মনুংদা যাঙ্খেগী ওকযা মৎখি।

১৯৩৬ তা ওল ইন্দিযা ষ্টেট পিপলস কনফবেন্সতা সভাপতি ওইবদুনা নেহরুনা নিংথৌশিংদা দবখাস্ত থাদুনা অব্রাবা কোকহন্নবা হাযজবগী মহুত্তা মীযামগী অচৌবা আন্দোলন তৌগদবনি হায। খোঙজং অসি থুনমক মহিশুবদা চৎথখি, খুদক্তা মায পাকখিদ্রগসু নিংথৌপানবা ভাবতকী ষ্টেটশিংদা অনৌবা মীৎকপ অমদি থোকহনখি। উবিষ্যাগী লমদমদা লৈবা ষ্টেট কযাদা ত্রাইবেলশিংনা লৌমী মীনাই ওইবগী মাযযোক্তা লাঞ্জংনখি, লীকং তেন পুথোক্নুনা কাপখি; হাযদবাবাদ, ত্রাবাঙ্কব অমসুং কোচিনগী লমশিংদনা কম্যুনিস্তশিংনা বাজনীতিগী ওইবা বিফোর্ম কযা পুবক্লবা লমজিংখি।

গান্ধীনা রাজনীতিদগী পোত্থাখ্রবসু, থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিদা মহাকসু শক্তি অমদি অদুম ওইরি, মহাক্না কঙ্গ্রেসপু নিংথৌমচাশিংগী লমদা খুৎ থিংজিনবা পামখিদে, মরমদি মাথংগী অনীথোক্লা লান্থেংনবা হায়রবসি কঙ্গ্রেসকী, শোন্থরক্লবা ফীভম শেম্লনি। মরম অসিদগী ১৯৩৮ দা কঙ্গ্রেসনা "পূর্ণ স্বরাজ" অসি ভারতপুম্বগী ওইররস্ নিংথৌপাল্লিবা লমশিংদদি লমদম অদুগী প্রজাশিংতনা লাঞ্জংজগদরনি। অদর্ নেহরুনা মাথপাকখিরবসি ব্রিটিশশিংনা নিংথৌমচাশিংবু মতম শাংনা ঙাকশেনাররবা অদু থুনমক অহোংবা অমা লাক্লগনি হায়না খণ্ডহনখ্রবা অসিনি।

চৈরক অসিদা লৈবাক্কি ফীভম হেন্না হেন্না লুশিল্লকই। প্রোভিন্সশিংদা কঙ্গ্রেসনা রাজনীতিগী শক্তি পাযশিল্লকপদা মসলিম লীগকা যেৎশিন্নবা কয়া চোংথোরক্লি। মসিনা মরম ওইদুনা নাংতম লাঞ্জংদা মচাই মচাই তৌনরকপগী খুদোংথিবা কয়া থোরক্লে। মতম খরদা মুসলিম লীগকা যাওম যাম্না যৎলুদ্ররনি, ১৯৩০ পানখৎলকপগী মতম অদুদা মেম্বর খরশিং অমম্বা ফাওবা যাকদ্ররনি। ১৯৩৪ না অনৌবা সংবিধান লাকপা হৌরে, প্রোভিন্সশিংদা ইলেক্সন তৌরক্কদৌরে। অদুনা লীগকি মপাঙ্গল কনখৎহন্দবা যারক্লে। জিন্নাতন্না ফীভম অসি যগৎহনবা ওমগনি হায়না খন্নরক্লি। ১৯৩১ দগী ইংলণ্ডদা লৈদুনা প্রিভি কাউন্সিলগী উকিল ওইরবা জিন্নানা লীগপু লমজিংনগে হায়বা যারক্লে। হেক যারকপগী থা অদুমক্তদা ভারতকী রাজনীতিদা খোঙদারবে। মতম অদুদা গান্ধীদি রাজনীতিদগী মতম খরা পোত্থাদুনা লৈরিবনি। তাইওন্নবা থোক্লবিবা তাঞ্জা অসি মতুংগী থৌদোকশিংদা যাম্না মক ওইরকই।

জিন্না (১৮৭৬ ১৯৪৯) ভারতকা রাজনীতিগী লুচিংবশিংগী মনুংদা মকোক থোংনা লৈরিবা লুচিংবাশিংগী মরক্তা অমনি। মতম অমদা কঙ্গ্রেসমেন অমা ওইনা গোখলেগা হায়রপ মনৈ, কঙ্গ্রেস অমসুং লীগ অনীনা ১৯১৬ তা লক্ষ্ণৌ পেক্ট শেমহনবদা অচৌবা থৌদাং যাখি। মহাক "হোম রুল" যাম্না পামজবা লীগকী মীওইনি, রৌলত এক্ট শাথিনা যাখিদে। গান্ধীনা রাজনীতিদা খোঙদারক্লিবৈঙদা মহাক্না কঙ্গ্রেসকী থবক থৌরমশিংদা যাম্না থরাই যাওখি, অদুর্ মমেদদি কঙ্গ্রেসপু জাতিগী অপম্বগী নত্তবা হিন্দুশিংতগী ওইবা সংস্থান অমনি হায়না লৌখি।

মশামক লোরস্তর অম নত্তা ওইরবঙৈদা চহী কয়ামুক ইংলণ্ডদা লৈরই, ইংলিশকী শাক্তং লমচৎ লোইনা হেন্নখি, মতাং অমদদি ইংলিশ ড্রামাদা ফাওবা মমিং লৈরবে। লীগ মনুংমক্তদা খৎনরিবা চৈনবিবা মযাম অদু উকবগা হৈনরক্লদুনা ইংলণ্ডদা চংখিরনি। মফম অদুদা মতাক যাম্না চাশিন্নবা লৈবা ঙমখি, কঞ্জারবেটিব পার্তিগী মেম্বর অমা ওইনা

কঙ্গ্রেসনা হিন্দূশিংগী পার্টিনি হায়যু যাদ্রবদা, জিন্নানা অতোপ্পা লাল্লোং অমা অমুক তৌবকই। লীগতা রিপোর্ট অনী ইখৎহল্লী। পার্লিয়ামেন্টতা কঙ্গ্রেস মিনিস্ট্রিশিং চৈ থাংর্বনি, মুসলিমশিংবু তোঙান্না তাহল্লে, ওৎনৈবিবে হায়বসিনা পান্দম ওইবে। কঙ্গ্রেসনা অরানবা প্রচার অসি শেংদোক্নবা হোৎনৈ, ভারতকী চীফ জস্তিস সার মৌরিস গ্বায়রদা বিচার তৌহল্লী। বিচার অদু জিন্নানা য়ানিংখিদে, মরমদি মহাক্না পার্লিয়ামেন্টতা মুসলিমশিংগী মরক্তা হিন্দূবু কিহনবনি, লীগতা মুসলিম পুন্নমক চংলক্নবনি।

১৯৩৯ গী সেপ্তেম্বর থাদা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও থোক্লকলে। লান হেক লোইরগা নীংতম্লবা ভারতকী অনৌবা সংবিধান অমা শেমদুনা সেন্তরদা "পোপুলার রুল" থমহল্লগনি হায়বগী চপচারা খোঙথাং লৌররা মতুংদা ব্রিটেনগীদমক কঙ্গ্রেসনা চপচানা শৌগৎলগনি হায়রে। অদুবু ভাইসরোই লিনলিথগোনা ফবরা তাঞ্জা অদি লৌখিদ্রে, জিন্নাদা খুদোংচাবা পীরদুনা, তুংদা সংবিধান শেম্নবা হোৎনবকপা খুদিংদা কাঙলুপ কয়াগী মীহুৎশিংগা তান্নবগা থবক চৎথগনি হায়বক্লে। কঙ্গ্রেসনা অশাউবা অমগা লোয়ননা কঙ্গ্রেসকী প্রোভিন্সিয়েল মিনিস্ত্রি পুম্নমক থবক তোক্নবা হুকুম তৌরে, নবেম্বর থামক্তুদা তোকসু তোকখ্রে। হরাওজববা জিন্নানা ১৯৩৯ গী ডিসেম্বর ২২দা অরাবা কোকপা নুমিৎ (দে ওফ দেলিভরেন্স) হায়না লীগনা পালন তৌগনি হায়না লাউথোকলে।

লালহৌ অসিনা, কঙ্গ্রেসপু নমথবা অমসুং সাম্রাজ্যবাদীগী খোঙচৎ কনখৎহনবদা লীগকা মতেং য়াম্না লৌবা তাই হায়না লিনলিথগোনা থাজে। মরম অসিদগী ১৯৪০গী ফেব্রুয়ারীদা মহাক্না জিন্নাদা লীগকা রাজনীতিগী রিবেপ শেম্নবা হায়রে, ইউ কেদা মুসলিমগা বা চিৎথহৌদনবা নীংাশংঙি। মাসগী পাউখুম ওইনা জিন্নানা মুসলিমদি ওশেংনা হায়ররদা কাঙলুপ অমখক্তংদা, মপূং ফাববা "নেসন" অমনি হায়রে। ১৯২০গী মাচতা যর্মখিবা লীগকী সেসন্দা মহাক্না মুসলমানশিং জাতি (নেসন) অমনি, ভারতকা সমস্যাদি কাঙলুপ মশেলগী মনুংগী বা নত্তে, অন্তরজাতিগী শক্লোন যাওরি, অদুনা থাক অসিদা নৈর্গনি হায়না হায়কই। মরম অসিদগী মুসলিমশিংনা মশিঙ য়াম্না লৌরর অর নোংচুপ অমসুং নোংপোক্কী লমদমশিং অসি নীংতম্লবা স্টেটশিং ওইনা পুনশিনগদবনি হায়না লীগনা দাবী তৌকই।

মুসলিমশিংনা তোঙানবা নেসন অমনি হায়বা ব্রাফম অসি ১৯৩০ দা অহানবা ওইনা ভারতকী নেসনেলিজমগী মতম অমগী কবি ওইরম্বা মুহম্মদ ইকবালনা

পুথোকখিবনি। চহী খবা লৈরগা কেমব্রিজ ইউনিভর্সিটি দা লাইবিক তম্লিবা মুসলিম ছাত্র খরনা "পাকিস্তান" হায়বা ৱাহৈ অমা (পঞ্জাব, আফগানিয়া নৎত্রগা নোর্থ ৱেস্ত ফ্রোন্তিয়ার প্রোভিন্স, সিন্দ অমসুং বেলুচিস্তান হাযবা মিংশিং অসিদগী শাজিনখিবা) শেমদুনা মমা লৈবাক অমগী মগু মগুখি। ১৯৪০ গী মার্চ থাদা লেপ্লখিবা লীগকী ৱাবেপ অমনা পাকস্তান (নৎত্রগা পাকিস্তান অশেঙবশিংগী লম-মমৈদা অসুম্না পুথোক্লখি)গী ৱা পনখিদে, নীংতম্লবা স্টেটশিং হাযবসিসু ময়েক শেংহন্নখিদে। অদুবু জিন্নাগী অনীংবদি ফেঙেদোকখ্রে, ভাবত মচেৎ তাহনগনি, হিন্দূশিংগী মখুত্তগী মুসলিমশিং কনগনি হায়বসিনি। নীংতম-ঈহৌদা অৱাবা পোলোই অমগী ঈঙ্গৎ তৌরে।

জিন্নানা নেসন অনীগী ৱা পুশিল্লক্লিবসিগী মরম অসুম্না পী "হিন্দূ মুসলিম অনীগী ধর্মগী ৱাখল, সমাজগী চৎনবী অমসুং সাহিত্য মান্নদে হায়। মখোয় লৌন-লৈনবসু যাদে, চামিন-থকমিন্নবসু য়াদে, তশেংনমক মখোয়গী সভ্যতা তোঙান তোঙান্না লৈবা ঙাক্তনি।" মসি অচুম্বসু নত্তে, মবৈ খুৎযেৎ অসি অর্থ থোক্তে। অর্থ থোক্তবগী মরমদি ধর্মনা, নৎত্রগা তোঙানবা সভ্যতা ফাওবনা "নেসন" অমা শাগদবা নত্তে, মিদল ইস্ততা-থংন থংননা মুসলিম ষ্টেট কযা লৈরি, ইউবোপতা খৃষ্টিয়ান ষ্টেট কয়া লৈবিবসিনা হায়রিবা অসি পুন্নান লাল্লবনি। মসিদগী হেন্না মরু ওইরিবা ৱাফম অমনা জিন্না পোক্লিঙৈদা শতাব্দী কয়ামুক্তা হিন্দূ মুসলিম পুন্না শান্তি ওইনা লৈমিন্নবকখিবনি। তশেংনা হায়বা তাববদি, হিন্দু মুসলিম জাতি অমত্তনি, মরমদি মুসলিম অয়াম্বা হিন্দূদগী ওল্লকপা ঙাক্তনি; মখোয় মশেল লৌন-লৈনবা যাদ্রবসু লম লমগী কলচব অমসুং লোন অমত্তা ওইমিন্নবিবনি । খুদম ওইনা হাযরবদা বেঙ্গলী মুসলিমশিং পঞ্জাবী মুসলিমশিংদগী বেঙ্গলী হিন্দূশিংগা হেন্না নকশিন্নে, মান্নে,অদুগা ফ্রোন্তিয়াব হিন্দূশংনা ত্রাবাঙ্কব হিন্দুশিংদগী হেন্না ফ্রোন্তিযার মুসলিমশিংগা মান্নবা কযা লৈরি । মবম অসিনা নেসন অনীগী ৱাফম অসি অর্থ য়াওদবনি, ব্রিটিশরাজগী "দিভাইদ এন্দ রুল" (খায়দোক্লৌ অদুগা শাসন তৌ) হায়বদু পুশিল্লমদ্রবদি নেসন অনী কবিসু থোক্লমলোইদবনি।

# ১১
# মকোক ঙাওরবা ব্রিটিশ
## (১৯৪০-১৯৪৫)

১৯৪০ গী ওগষ্ট থাদা, জর্মনীনা অকনবা নোংথক্কী লাল তৌবকপদগা হিংনবা অকনবা খোঙথাং লৌখৎলিংঙৈদা ভারতকী নীংতম আন্দোলন চৌবিবর্শিংগী মতেং লৌবা হায়না ব্রিটেন্না লেপলে। ব্রিটিশকী অনৌবা প্রাইম মিনিস্তর রিনস্টোন চর্চিল যাম্না শাউগনবা সাম্রাজ্যবাদীনি, কঙ্গ্রেসপু তাথি-তাওইনবা মীশক্নি। ব্রিটিশ পার্লিযামেন্তকী কঞ্জার্বেটিব মেম্বর অমা ওইনা মতম অমদা মহাক্না হায়খি, "থুনবা তপ্লবা গান্ধী, ভারতকী কঙ্গ্রেস অমসুং মখোয়না পামজবা পুম্নমক লোইশিনগদবনি।" অমুকসু পনখি, "ঐখোয়না ব্রিটিশ ক্রাউনগী খ্বাইদগী লংলবা অমসুং মমল যাম্লবা মণিমুক্তা অসিবু, খক থাদোকপগী রাখল লৈতে, মসিনা ঐখোয়গী দোমিনিয়নশিং অসিবু লোইচল্লবশিংদগী চেন্না ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী মিংচৎ অমসুং পাঙ্গল পুরক্লবনি।" অসিগুম্বা খাববা পুকচেল অসিগা লোয়ননা ভাইসরোই লিনলিথগোদা কঙ্গ্রেসপু চেকশিন্না কোনশিনগদবনি হায়না চর্চিলনা পাউতাক পীবে।

লিনলিথগোনা লাল লোইবগা দোমিনিয়ন স্টেতস থম্নবা সংবিধান অমা শেম্নবা থৌবাং তৌবগনি হায়না লাউথোক্লে, অদুবু অসিমসু কাউথোক্তনা হায়ববে "তৌজিক্কী দায়িত্বশিং অসি ভারত জাতিগী পুন্সিদা মশিং যাম্বা অমসুং শক্তি লৈবা কাংবুনা হকথেংননা যানিংদ্রবদি সরকার অমত্তদা খুৎশিন্নরোই।" মসিনা লোন ফজদনা হায়রিবাদ মুসালমশিংগী মতুং শিল্লবা মুস্লিম লীগনা যাগদবা মওংদা দোমিনিয়ন স্টেতসকী সংবিধান শেমগনি হায়বসিনি। ওগষ্টকী প্রস্তাব হায়না খঙনরিবা অসিনা ওইহল্লকলবদি কঙ্গ্রেসপ থেম্বদগী চেন্না মুসলিম লীগকা চেৎনা খুৎশম্নখিবনি। ব্রিটিশবাঙনা মখেকশেংনা পান্নরিবসু কঙ্গ্রেস শোক্তনবা লীগপু মপাঙ্গল কনখৎহনবনি। জিন্নাগী থাজনিংঙাই ওইবা মতম অমা চর্চিলনা ওইবে। লিনলিথগোনা মহাক্কী প্রস্তাব অদুনা কঙ্গ্রেসতা তৌবিমল খঙনা উৎপগী মতুংতা চেন্না শাউইনগনি হায়না চেংলাখিবা মশানা তাজরবনি। প্রস্তাব তৌখিবা নুমিৎ ওগষ্ট ৮ মক্তদা প্রোভিন্সিয়েল গভর্নরশিংদা অরোনবা চিঠি ইথখি, সিভিল দিসওবিদিয়েন্সকী অনৌবা লাঙ্গং লাকপা যাবনা চেকশিন থৌবাং পাযখৎনবা হায়বে। কঙ্গ্রেসনসু প্রস্তাব অদু যাখিদে, যানিংদবা ফোঙদোক্লবা লাক্লবে। হান্নগুম্না অমুকসু গান্ধীবু নাংশিংনবক্লে, লুচিংবিয়ু হায়জকবে, মাগী ঈঙ্গিৎ ঙাইদুনা লৈবে।

জুন থাদা গুস্তানা গান্ধীনা হায়রক্লে: "ব্রিটেন মাঙ তাকহল্লগা ঐখোয়না নীংতম্বা তানগদবা নত্তে।" সরকারগী লানগী থৌরাং পুম্নমক্তা য়েংকদবা পুম্নমক মহাক্না য়াখিদে। মহাক্না হোৎনখিবদি য়াম্না চেকশিন্না থৌরাং তৌরবা সত্যাগ্রহনি, লান তৌনবা ফত্তে হায়না মীয়াম্না হায়জবগী অধিকার অদু তানবনি। মহাক মশামক্না সত্যাগ্রহ তৌগদবা মীশক খনখি, ৱা ঙাংলুনবা মতম অমসুং মফম মাঙজৌননা ওথোরিতিশিংদা খঙহনবনি। লোয়ননা অয়ুক পুং ৯ গী মমাঙদা নোংমাইজিং নুমিত্তা নৎত্রগা খৃষ্টমাস মনুংদা সত্যাগ্রহ তৌরোইদবনি হায়খি। বিনোবা ভাবে অমসুং নেহরুবু অহানবদ খনখি, মখোয় অনীমক ওক্টোবর থাদা ফাজিনখ্রে। থাংখাং নাইনা ঈহৌ চংশিনখি, ১৯৪১ গী ময়ায় চল্লকপদা কঙ্গেসমেন ২০,০০০ গী মথক্তা মরাল শীজিনখ্রে। সরকারগী লানগী থবক্তা অপনবা পীখিদে, মীয়ামগী মিহুলসু কাংহনখিদে। গান্ধীনা পামজখিবসু মদুতনি, চুম্নগী মমিংতা ওইনা য়ানিংদে হায়বদু ফোঙদোকচবতনি।

মরক অসিদা ব্রিটেন অমসুং মাগী এলাইর্জশিংগী লানগী ফীভম ফৎচিল্লক্রে। চর্চিলনা ফনা থৌনা লিংজেল লৈনা ব্রিটেনগী পাঙ্গল হাপচরবসু, জর্মনগী মপালৈত্রবা লানগী মেছিনশিংনা ইউরোপকী মপৃং ওইবা লমদমশিং মথং মথং তকখাইরক্লে। ১৯৪১গী ময়ায়চনবদা জর্মনীনা পৃথিবীগী খ্বাইদগী কনবা শক্তিনি হাযনা আশা থমজরিবা জর্মনীগী চান্সেলর হিটলরনা ইউরোপ পুম্নমকপু হায়বা য়ারে, লাকশিনবা ঙমখ্রে। মতম অমদা শান্তিগী সন্ধি তৌনরম্বা রাশিয়া তাঞ্জা হেক ফংবগা লাকশিন্নবা হোৎনরক্লে। থা অনী অহুমগী মনুংদা লাম্নী পুম্নমক থাজিন্দুনা রাশিয়া লোইশিল্লগা, মথংদা খ্বাইদগী কোন্না লৈহৌরিবা য়েক্লবা ব্রিটেন ণমথবগী থৌরাং তৌরে। জর্মনীগী মখুত্তা অসুম অসুম মায়থিশিল্লক্লবদা চর্চিলনা আমেরিকাগী মতেং নীরে। প্রেসিদেন্ত রুজভেল্টনা য়ারক্লে, চিঞ্জাক, ফিবোল, লালগী খুৎশু খুৎলাই (কোন্না মমলদি পীগদবা) ওইনা ব্রিটেনগী মতেং মতম অদুখক্কী ওইনা, তৌবা য়াবা তৌরক্লে। মসিনা আমেরিকাগী ইন্দস্ত্রি হায়নিংঙাই লৈতনা চাউখৎখি। ১৯৪১ গী ডিসেম্বর থাদা জাপান্না লান য়াওশিল্লকপদগী চর্চিলগী কোক ঙাওবা হেঙ্গৎখ্রে, পৃথিবী পুম্বগী লাঞ্জাও ওনখ্রে।

জাপান্না মশাগী লাম্নীশিং, সমুদ্র অমসুং নোংথক্কী শক্তিদা খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তা শেমগৎলগা ১৯৪১ গী অনীশুবা তংখাইদা, জর্মনী অমসুং ইটালী অনী পুনর্শিল্লগা "এক্সিস পাৱার" হায়না খঙনবা অদুগা ইংনা খুৎশম্নরে। ১৯৪১ গী ডিসেম্বর অঙনবদা হাৱাইদা লৈবা আমেরিকাগী জহাজ থাঙফম পার্ল হার্বরদা জাপানীজ এয়ার ফোর্সনা

বোম থাদদুনা অমাঙ অতা কয়া থোকহল্লে। খুদক্তা আমেরিকানা জাপানগী মথক্তা লান তৌবে হায়না লাউথোকলে, নুমিৎ খবা লৈবগা এক্সিস পাৱাবশিংনসু ইউনাইটেদ স্টেটকী মথক্তা লান তৌবে হাযবে ব্রিটেন্নসু জাপানগীমথক্তা লান্দাবে হায়না লাউথোকলে।

জাপান্না লান্দা মাযপাকখিবা অদু জর্মনীদগী তাবা নৎখিদে। পার্ল হার্বরদা লান্দাদ্রিঙৈদা জাপান্না ফ্রেন্স ইন্দো চীনা লৌশিনখ্রবনি, সাউথ-ইস্ত এশিযা পূম্বা তকশিল্লক্লে, থা অহুমগী মনুংদা দৎচ ইস্ত ইন্দিজদগী দৎচশিং তাম্থোবক্লে, ফিলিপিনদগী আমেরিকানশিং ইস্থোবক্লে, হোংকোং, মালয অমসুং সিঙ্গাপুরদগী ব্রিটিশ তকথোবক্লে। লমদমশিং অসিগী নীংতম্বা পাম্বা মীশিংগী মতেং ফংননবগীদমক জাপানীজশিংনা "এশিযাতিকশিংগীদমক এশিয়া" হাযবা শ্লোগান লাউবক্লে। অদুবু নিংথৌবেন হিরোহিতোনদি ওবিযেস্তশিংগী মপু ওইজবা অদুতা পামজখিবনি; মহাক্কুসু ব্রিটিশ ক্রাউন্দা মতম কুয়না ঙাম্থোইবক্লিবা "লংলবা মমল যাম্লবা মুক্তা" অদু মহাক্কী লুহুপতা ঙাম্থোইনবা ঙমজবী হোৎনখি।

"যাব ইস্ত" তা খ্বাইদগী চাউবা হিথাঙফম ওইবিবা সিঙ্গাপুর লৌশিনখিবা অসি ব্রিটেনগী শাথিববা মাঙজবা অমা ওইখি। ঈথৎ অদুদা মপানলোমগী সমুদ্রদগী লান্দাবকপা ঙমদনবা লানগী খুৎশু খুৎলাই মবাং কাযনা থমদুনা কল্লবা মফম অমা ওইহনখিবনি। অদুবু ১৯৪২ গী ফেব্রুযারী থাদা জাপান্না কংফাল লম্বীদা মার্লোশিযাবোমদগী লান্দাবকই, নোংমৈ অমত্তা কাপতনা ব্রিটিশ ইন্দিযান লাম্মী ৩০,০০০ ফাখি। যাম্না থুনা ইন্দিযা অসিমক হিরোহিতোগী লাম্মীগী মখুত্তা তাখিগদবা মওং লাক্লর্বনি। মসিগী মমাঙদা সাম্রাজ্যবাদী ব্রিটেন্না অশুক ৱাবা অমুক্তা থেংনর্খিদ্রবনি।

ভাব তকী নেসনেলিস্তশিংগী মতেং কবম্না ফংগদগে হাযর্বসি চর্চিলগী শিবা-চংবগী বাযম ওইবক্লে। মসিমক্তি প্রেসিদেন্ত রুজভেল্টনা ইনশিল্লকপনি। লান অসিদা আমেরিকানা তেক যাওশিল্লকপগা মখোয অনীনা (আমেরিকা অমসুং ব্রিটেন) "আটলান্তিক চার্তর" কৌবা অপূনবা দিক্লারেসন অমা সহি তৌনৈ। চার্তর অসিগী মতুংইন্না মখোযগী মীচংদা যাওরিবা লৈবাক পুম্নমক্তা, মখোযগী প্রজাশিং নীংতম্বা ফংদ্রবা পুম্নমক্তা নীংতম্বা ফংহল্লগনি হায। বাশক অসিনা ভাবতমচাশিংগী পূক্লিং নুংঙাইহনখি, অদুবু চর্চিলনা যাম্না থুনা শন্দোক্লা হাযখি, মদুদি ৱাফম অসি ব্রিটিশ সাম্রাজ্যদদি চৎনবোই। সিঙ্গাপুর মাঙ্খ্রবা মতুংদদি রুজভেল্টনা চর্চিলগী ৱা অসি ককপদা নৎতনা চার্তর অসিনা পৃথিবী পুম্নমক্তা চৎনগনি হাযনা ফোঙনা শেংদোকখি। মনুংদনা চর্চিলদা ভাবতপু সাম্রাজ্যগী লাংদগী থাদোকখো হাযনা রুজভেল্টনা তকশিনখি।

চর্চিলনদি, থাঙ্গেশেংনমক, ভারত থাদোকপগী ৱা খন্নবা ঙমখিদে। অদুবু ১৯৪২ গী মার্চ ১১ দা “ ৱার কেবিনেট” কী মেম্বর অমা ওইবিবা সার স্তাফোর্দ ক্রিপ্সনা ভারতকী লুচিংবশিংগী অনৌবা রাজনীতিগী প্রস্তাব কয়া খন্নবগনি হায়না চর্চিলনা লাউথোকই। লান হেক লোইবগা ইলেক্সন্দা কাবক্লবা প্রোভিন্সিয়েল মীহুৎশিংনা পুল্লগা দোমিনিযন স্টেতস সংবিধান অমা শেম্লগনি, মদুদা প্রোভিন্সিয়েল অমসুং নিংথৌপানবা ষ্টেটশিংনা মশা মশাগী ওইনা য়াওনিংবা অমসুং যাওনিংদবা লেপচগনি; লান মনুং অসিদদি ইন্দিযানশিংনা দিফেন্স নত্তনা ভাইসরোইগী একজিক্যুটিব কাউন্সিলগী থবক পুম্নমক পাযবা যারগনি হায়খি।

ক্রিপ্সকা ৱারী শান্নবদা মৌলানা অবদুল কালাম আজাদ (১৮৮৮-১৯৫৮) অমসুং জৱাহরলাল নেহরু অনীনা কঙ্গ্রেসকী লুচিংবা ওইখি। ১৯৪১ গী ডিসেম্বর থাদা গান্ধীগী মমিংতা ওইবা সত্যাগ্রহ য়াওরুবগী জেলদা থমখিবা অদুদগী নেহরু অমসুং অতৈ কঙ্গ্রেসমেনশিংসু থাদোক্লবনি, চহী অমগী মমাংদা নেহরুনা কঙ্গ্রেসগী প্রেসিদেন্ত মৌলানা আজাদপু ওইহনখ্রবনি । ১৯৪৫ ফাওবা ওইখি। মৌলানা অজাদ য়াম্না মগুন লৈবা ইসলামিক পণ্ডিতনি, মীংয়েং য়াম্না পাকই। মহাকপু ময়াম্না খঙনরকপদি মীয়াম্না কাহেন্না পাম্নরবা উর্দুগী চয়োলগী চেফোঙ “অল-হিলাল” ১৯১২ দা ফোঙবা হৌরকখিবা অদুগী সম্পাদক ওইর্ননি। চেফোঙ অসিদা ব্রিটিশনা টর্কিগী পোলিসিগী মায়য়োক্তা লৈখিবা অদু কন্না নিন্দা তৌদুনা ইখি। মুসলিমশিংগী খ্বাইদগী য়াযফবা ওইগদবদি কঙ্গ্রেসনা তৌরিবা নীংতম-আন্দোলন অসিদা মপুংফানা শরুক য়াগদবনি হায়খি। মতম অদুদগী হৌনা কঙ্গ্রেসকীদমক পূক্নিং অনী লোংদনা হোৎনবা যাবা কযা হোৎনরকখিবা মীওই অমনি।

ক্রিপ্সনা হায়রিবা দোমিনিয়ন স্টেতস অসি লীগনা ১৯৪০ গী মার্চ বিজোলুসন্দা দাবী তৌবিবা নীংতম্লবা মুসলিম মেজোরিটি প্রোভিন্সশিং অদগী খোঙফম শেম্লিবনি হায়বসি নেহরু অমসুং অজাদ অনীমক্না খঙবা ঙমখি। বিজোলুসন অদুবু পাকিস্তান রিভোলুসন হায়না খঙনখি। অদুবু অপাম পামদাগী ৱাফম অমা পল্লিবা অদুনা নিংথৌ পানবা ষ্টেট কয়া দোমিনিয়ন ওফ ইন্দিয়াগী মপান্দা লৈনিংহনগনি হায়বসিসু ওইথোকপা য়ারিবনি। মচেৎ তাবা ভারত অমা অজাদ অমসুং নেহরুনা শুকপাম পামজদবা মরম্না ক্রিপ্সকী মতম খরদংগী ওইবা ৱাফমদা মখোয়গী পূক্নিং থমখি। দিফেন্সকী থবক অসিসু ভাবতমচানা পায়গদবনি হায়খি, মরমদি একজিক্যুটিব কমিতি অসিনা নেসনেল কেবিনেট অমগুম্না থবক মীংথিনা চৎথবা য়ানবনি। অদুবু ৱারী শাবা অদু মহৈ য়ানখিদ্রে, কঙ্গ্রেস অমসুং থৱায় য়াম্না য়াওনা চংশিঞ্জখিবা, প্রেসিদেন্ত রুজভেল্টকী

মীহুৎ কোলোনেল লুই জোনসন, নীংবা কায়দুনা তোকখি। চর্চিল মশামক্তি পেঞ্জখি, মানা হায়খি, "তৌবা য়াব্রা য়েংশি হায়দুনা খরা অদুক হোৎনদুনা য়েংখিবনি।"

ক্রিপ্সনা লাক্লিবা অদু গান্ধীদি থওইনা তৌখিদে, থুনমক অহানবা প্লেন অমদা ময়ুমদা হুনখ্রো হায়খি। ব্রিটিশকী মরে অনী লোঙবা অমসুং ওৎলৈ পারে তৌরিবা অদু মহাক্লা খাঙবা ঙম্লক্লে। ক্রিপ্স হেক হুনখিবগা ব্রিটিশরাজনা ভারত থাদোকখিবা ফরে, মশানা থোকপা অমা তৌজহৌরগনি হায়না মোত পীখি। অদুগীসু মথক্তা ব্রিটিশনা ভারত্তা অসুম লৈশিল্লবদি জাপানীজশিংগী অশাউবী ওইরগনি হায়না থাজখি। হায়বগা তৌবগা মার্চকী ময়ায়দা জাপানীজশিং বর্মা ফাওদুনা আসাম তম্লক্লে, এপ্রিলদনা সমুদ্ররোমদগী বিশাখাপাত্নমদা বোম থাদরক্লে। গান্ধীগী পোরম অসিগী মতুংইন্না কংগ্রেস ব্রার্কিং কমিতিনা জুলাই থাদা " ভারত্তা ব্রিটিশকী শাসন খুদক্তা লোইশিল্লগদবনি, " য়াদ্রবদি গান্ধীগী লুচিং মখাদা অতোপ্পা সিভিল সিসওবিদিয়েন্স আন্দোলন অমদা হৌরগনি হায়না লাউথোকখি। ওগষ্ট ৮ দা গান্ধীনা অরোইবা ওইনা ব্রিটিশতা ভারত থাদোক্লবা হায়খি, ব্রাশক অমগা লোয়ননা - "ঐখোয়না থবক পাঙথোক্লগনি, নৎত্রগা শিরগনি (দু ওর দাই) ঐখোয়না ভারতপু নীংতমহনগনি, নৎত্রগা হোৎনরিবা অসিদা শিখিগনি।"

মথংগী নুমিত্তা গান্ধী নেহক, আজাদ অমসুং অতৈ কংগ্রেসকী লুচিংবা কয়া সরকারনা ফাজিনখি। মসিনা ইংনা তপ্পা চেকশিন্না ঙাকশেল্লগা তৌরম্বা আন্দোলন অদু মফম মরাঙ খঙদনা মৈ হৌরকপগী শক্তম লৌরক্লে। লৈবাক শীনবা থুংনা 'হর্তাল' মতম শাংনা লল্লোনবশিংনা তৌবে, শাউববা মীয়াম্না পুলিশকা খুৎ থোক্লবে, কল কারখানাগী শিল্পীশিংনা স্ত্রাইক চৎথরে। লোয়ননা মাঙন-তাক্লবা থবক কয়াসু চৎথরক্লে- পুলিশ স্তেসন, পোস্ত অফিশ, রেলবে স্টেসন, টেলিফোন অমসুং টেলিগ্রাফ আফিস মশিঙ খঙদনা থুগায়-খোৎকায় তৌবক্লে। অসুক কনবা আন্দোলন অমা ব্রিটিশবাজনা মমাঙদা খক থেংনর্খিদ্রবনি।

জালিযানব্রালাবাগকী হেক মথংদা আন্দোলন তৌরিবশিং নমথনবা অহানবা ওইনা লাম্মী থোমজিল্লকই (বেটালিযান ৩৭ তগী তারোই); নোংথক্তগী মীয়ামদা মেছিনগন কাপথরকই, খুঙ্গংহুপ্পা মৈ থাদোর্কপিরে, হিংচা য়ায়তম্বগী মওংদা কলেক্তিব ফাইন তৌই, মেন মান তাদনা প্রজা কয়া ফু -চৈরে। সরকারনা লমন খুম্বা অদু লোইরকপদা মী লিশিং হেন্না হাৎখ্রে, লিশিং লিশিংনা মরল মথুম মাঙখ্রে, লাখ অমরোমনা ফাজিনখ্রে।

লির্নলিঠগো মশামক্না লোন্না য়াজখি: "১৮৫৭ গী মতুংদা খ্বাইদগী হেন্না শাখিবা লালহৌনি, মিলিতরী সেক্যুরিতিগী য়েংদুনা ঐখোয়না পৃথিবীগী মমাঙদা লোংশিন্দুনা থমখিবতনি।"

অদুমকপু মতম অদুগীদি লিনলিঠগোনা পুম্নমক গান্ধীদা তাইশিল্লে, ফাজিন্দ্রিঙৈদা হান্নবা তুমীন্না লালহৌবগী মরাল শীজিনখ্রবনি। লান্না হায়জিল্লিবা অসিগী অৱাবা খাঙনবগীদমক গান্ধীনা চয়োল অহুম চরা হেনখি। অদুবু লিনলিঠগোনা হেন্না অশোকপদা থুম থাকচিল্লকই, চরা হেনবা অদু রাজনীতিগী বিশ্বাসঘাট তৌবনি হায়। চহী অমগুম্বা লৈরগা ১৯৪৪ গী মে থাদা, মেলেরিয়ানা কম্না নারকপদগী গান্ধী থাদোরক্লে। মতম অদুদা ব্রিটেন অমসুং মাগী এলাইজশিংগী লানগী ফীভম খরা ফরক্লে; রাশিয়ানা হিটলরগী লান্মীশিং তাম্থোরক্লে, আমেরিকানা জাপানগী ঈশিং তেঙ্গোল শাখিনা মায়থিহনখ্রে। ওইরক্লিবা ফীভম অসিদা ব্রিটিশ জাতিগী স্বার্থগীদমক মখোয়গী মতেংনা পৃথিবীগী য়েংদুনা গান্ধীনা "ঐবু শীজিন্নবিয়ু" হায়খি। মদুবু চর্চিলনা করিসু নাচুংখিদে, পাউখুম অমত্তা পীরকখিদে।

মথংদা গান্ধীনা জিন্নাগা "রাজাজী ফোর্মুলা" হায়না খঙনবা অদুগী মতুংইন্না খুৎশম্নবা হোৎনখি। ১৯৪২ দা সি, রাজাগোপালচারীনা পুথোকখিবা ফোর্মুলা অসিদা অসুম্না য়াওরি কঙ্গ্রেসনা লীগপু ইংথহন্নবগীদমক মুসলিম য়াম্না লৈবা নকশিন্নবা দিস্ত্রিক্টশিংগী অধিকার শকখঙবা ওইনা, নীংতল্লবা মতুংদা লমদমশিং অদুগী প্রজাশিংনা পাম্লবদি, ভারত্তগী তোঙান্না লৈখিবা য়াগনি। ১৯৪২ দা গান্ধীনা ৱাফম অসি য়ানিংখিদে, অদুবু হৌজিক্তি পাকিস্তান ওইরকপা য়াবগী ফীভম লাক্লবনা, মহাক্না জিন্নাগা ৱারী শারগা কঙ্গ্রেস অমসুং লীগ অনী চঙনা অমুকসু ব্রিটেনগী মায়য়োঙ্গা লেপমিন্ননবা আশা তৌই। অদুবু জিন্নাগী পামজবদি কঙ্গ্রেসকা সরকারগা অনী য়ানহন্দ্রগা অনীমক্তগী খুদোংচাবা হেক ঙম্বমখে, "ফীভম শোয়রবা, মশা মউ থুদেক্লবা, তীন চারবা পাকিস্তান" অমা মহাক্না পামজদে; মহাক্না পামজবদি নীংতম্বা ফাংদ্রিঙৈদা মুসলিম্না য়াগনি হায়না কঙ্গ্রেসনা ময়েকশেংনা ৱাশকপদগী হেন্না কবিমত্র তাবা ঙম্লোই হায়রকই। ৱাবী শাবা অদুনা কান্নখিবা হায়ববু গান্ধীগুম্বা মীশক অমনা জিন্নাগী থোঙজিন্দা লেপ্লুবদা জিন্নাগী বাজনীতিগী ওইবা তোংজবা হেঙ্গৎখিবা অদুতনি।

জিন্নাগী হেন্না ঙকচাউ খেকপগী তাঞ্জা অমসু লাক্লে। লির্নলিঠগোগী মথংদা ভাবত্তা লোর্দ বেভেল লাক্লে। কঙ্গ্রেস ৱাকিং কমিতিগী মেম্বর পুম্নমক থাদোক্লুবা মতুংদা, ১৯৪৫গী ময়ায়দা সিমলাদা ভারতকী রাজনীতি লুচিংবশিংগী মীফম অমা শীর্নখি;

ভাইসবোইগী একজিকুটিব কর্মিতি শেমদোক শেম্মাজনগী মতাং খন্নবনি, কমান্দব ইন চিফ অমসুং ভাইসবোই মশামক্কা অনী অসি নত্তনা অতৌদি ভাবতমচা ঙাক্তনা কর্মিতি মেম্বব ওইহনবা হাযবদু যেংনর্বনি, মুসলিমগী মশিঙগা অশেংবা হিন্দুগী মশিঙগা মান্নহনবা যাব্রা হাযবদু খণ্ডদোক্লর্বনি। প্রস্তাব অসি মুসলিমর্মশিংগীদি যাম্না হেন্না ফববনি, অদুবু জিন্নানা যাখিদে, মবম পীখি লীগতনা মুসলিম মীহুৎ লোযনমক খনগদবনি হাযখি। পঞ্জাব, বেঙ্গল, এন দব্লিউ এফ পি দা মুসলিমমশিংগী বাজনীতি পার্তি মযাম অমা লৈবি হাযবা খণ্ডলিবা বেভেলনা জিন্নাগী ব্রা অসি তাদবা যাবর্স্বনি। মসিগী মথক্তা কঙ্গ্রেসমক্তদসু মমিং লৈববা মুসলিম কযা, প্রেসিদেন্ত মৌলানা অজাদ যাওনা লৈবির্বনি। অদুবু বাযম অদু বেভেলনা থুর্পচিনখ্রে, জিন্নাগী অনীংবা থুংখ্রে, পীক্লিবা লীগপু যাম্না চাউনা উৎথোকপা ঙমলে।

মবক অসিদা সুভাস বোস (১৮৯৭ ১৯৪৫) না ইতোপ তোপ্পা মাযগৈ অমদা চংশিন্দুনা ইতিহাস শাগৎলি। লানতৌবা অমসুং বিচাব তৌদনা মীহাৎ মীপুনগী মাযযোক্তা বা ঙাংলুবগীদমক ১৯৪০ গী জুলাইদা মহাকপু ফাজিনল্লে, মদুগী প্রতিবাদ ওইনা মতম কক্তনা চবা তেনবগী খোঙজং মহাক্না চংশিল্লে। মদুনা মবম ওইদুনা মহাকপু জেলদগী থাদোক্লগা মযুমদা ঙাকশেন্দুনা লৈহল্লে। ঙাকশেল্লিবা পুলিশ গার্দশিংদা মীৎ এং শীজিন্নদুনা ১৯৪১ গী থাদা মযুমদগী থোবক্লে, কাবুল অমসুং মোস্কো যাওদুনা বার্লিন যৌখ্রে। ব্রিটিশকী মখুত্তগী ভাবত নাম্থোক্লবা হোৎনবদা হিটলবগী মতেং নীকবে। অদুবু জাপানীজগী শ্লোগান "এশিযাতিকশিংগীদমক এশিযা" হাযবদু নাংশিংলদুনা হিটলবনা সুভাসগী বা তাবিবক্তে। ১৯৪৩ গী মযাযদা শাখিববা সবমেবিনগী খোঙচৎ অমগী মতেংদগী মহাক্না সিঙ্গাপুব যৌবক্লে। জাপানীজশিংনা ফাজির্ল্লিবা ভাবতমচা লান্মীশিং অদু মঙোন্দা শীন্নবে। মখোয ২০,০০০ মুক খোমজিল্লগা "আজাদ হিন্দ ফৌজ" (ইন্দযান নেসনেল আর্মি) শেমগৎলে, ঝান্সিগী বানীগী মিংদা নুপীগী ইউনিট অমসু যাওহল্লে। লালগী খোল্ল উ "দিল্লী চলো" (দিল্লী তল্লো) লাউহল্লে। "ফৌজ" অসিদ কাঙলপগা বা লৈনদে, জাতগী ব খলনা মযেক শেংমর্নখিবনা যাওবিবা পুম্ন মক্না সুভাসনা হাযবা ইনখি মহাকপু "নেতাজী" হাযনা ইকাযখুম্নখি। কঙ্গ্রেসকী মচ অহুমগী খবাল শীজিন্নদুনা হিন্দুস্তানগী লোন লোন্দুনা, "জয হিন্দ" হাযবা শ্লোগান লাউদুনা "আজাদ হিন্দ সবকাব" লিংখৎলে। সবকাব অসিদা চাওনা শবক যাবিবদি লক্ষ্মী স্বামীনাথান অমসুং বাসাবিহাবী বোসনি। "ঘদ্র" গী মতমদা শিবা কিদবা বিভোলুসনবী ওইখিবা বাসবিহবী বোস ১৯১৫ দগী হৌনা জাপান্দা চেল্লক্তুনা লৈখ্রবনি। আজাদ হিন্দ ফৌজ লিংখৎপদা মথক্কী থৌদাং মমল লৈখিদে।

১৯৪৩ গী ডিসেম্বর থাদা আজাদ হিন্দ সরকারগী হেদ ক্বার্টস রেঙ্গুন্দা হোংলক্কে. আসামদা লান্দাবদা জাপানীজগা খুৎশম্নরে। ১৯৪৪ গী এপ্রিলদা মতম খরা কোহিমা লৌশিল্লে। লোয়ন্না, মণিপুরগী মোইরাংদা আজাদ হিন্দ ফৌজগী ফিরাল ১৯৪৪ গী এপ্রিল ১৪দা হাইগৎলে। ভাবতকী লমদা অহানবদা নীংতম ফিরাল ওইখি। আমেরিকানশিংদা আসামদা লাম্মী অমসুং মিলিতরী খুৎশু-খুৎলাই কয়া খোমজিল্লিৱৈদা, জাপানীজনা সাউথ পেসিফিক্কী লমদা আর্মেবিকানশিংনা কিহল্লক্লিবা অদু থেংননবগীদমক বর্মাদগী জাপানগী নোংথক লাম্মী পুথোকখি। মফম পুম্নমক্তা জাপানীজ কাংখোং চাইবক্লে, লান লোইশিনবা য়াবগী মওং উরক্লে, আমেরিকানা এটোম বোম অনী থাদরে। কিবনা থক থক নীক্লবা জাপান্না নুমিৎ খরনি লৈরগা ফীভম অমত্তা য়াওদনা চংজরে। বর্মাদগী হন্দোকখিবদা আজাদ হিন্দ ফৌজ শাথিনা ফীভম শোকলে, ব্রিটিশকী বন্দী ওইরে, সুভাস মশামকসু টোকিও তান্না এরোপ্লেন্না চৎখিবদা এরোপ্লন কাইদুনা শিখ্রে হায়না রিপোর্ট তৌনরক্লে। অসুম্না সুভাসকী থৌনা ফরবা খোঙজং অদু পোলোই ফংখিদ্রে, অদুবু চাওরবা অৱা পোলোই অর্মদি ওইখি। মহাক্না মরৈপাক মচা মিলিয়ন কয়া মিলিতারী ফিজেৎ শেত্তুনা মরৈবাক নীংবগী লাম্মী ওইহর্নখি। ব্রিটিশ সাম্রাজ্যবু ঙাকহল্লন্বা লাম্মীমক্না ব্রিটিশকী মায়যোক্তা লান তৌহন্দুনা ব্রিটিশকী মিহুল থাহুল চোইহর্নখি। মহাক্না শিখিবদা নেতাজীগী ৱারী অমব ওইখি, "জয় হিন্দ" হায়বা শ্লোগান্না ব্রিটিশরাজগী মায়য়োক্তা খোঙজংবগী জাতিগী সিম্বোল ওইনখি।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও লোইখিবদা ব্রিটেনগী অৱাবদি ফজনা কোকখি, অদুবু মায় পাক্লে হাইবদি নংখিদে। মশাগী লাম্মী কয়া শিখ্রে, শেল থুমগী ফীভম পুমচাই চাইরে, জাপানগী লাম্মীগী চৈফুনা কযারক হন্না ফুদংখ্রে। মখোয়গী সাম্রাজ্যবাদীগী থৌশিন অদুদি মফম অমত্তদা কুয়না চংথবা য়ারোইদৌরি। চিনাদগী জাপান তাম্থোকলে, ফ্রেন্সনা ভিয়েৎনাম অমুক্হন্না লৌশিনখিগদৌবে, ইন্দোনেসিযাদসু দৎচশিংগা লান তেমশিংনরি, আমেরিকানা ফিলিপিন্সতা নীংতম্বা পীরগনি হায়না খঙহনখ্রে।

মসিনসু লোইদ্রি। লানগী মতমদা ভারতকী মশাগী ইন্দস্ত্রি য়াম্না চাওখৎখি, মসিনা ব্রিটিশ ইন্দস্ত্রিদা অকনবা শাফু অমা ওইখি। ব্রিটিশ ক্রাউনগী লংলবা মুক্তা অদু হান্নগুম্না লংখিদ্রে, মশেক মঙাল শোন্থরক্লি। মসিগী মথক্তা মশাগী চোইজায়নরবা ইকোনোমি শেমজিন শাজিন্নবগীদমক ব্রিটেন্না অমেরিকাদগী দোলার বিলিয়ন ৪ রোম পুশিল্লে। মসি য়ানবগীদমক ভারতকী লল্লোন-ইতিক্কী লমদা আমেরিকাবু ব্রিটেনগী থাক্তা চপ মান্ননা থমলে।

অদুগা অঙ্কুশ, ভারতকী মপু ওইরবা অরাবা অসুম অদুম হ পকৎলাক্ল "ভারত থাদোকউ" (কুইত ইন্দিয়া) আন্দোলন হেক্লা লুশিল্লক্ল, সরকারনা মসি থেংনবা ৬ল্লোইদবগা মথং ওয়ার্কিংয়েল ওইনা যাদব যাবক্লি। লান মতুং আসেদা কে শুভং আস অমুক চংশিল্লক্রবদি লৈবাক অসি লাকশিনবা ঙমদনা কাংখোং চাওগদৌব। হান্নানা, পোৎচৈগী মমল বাংখৎলকপা, লিশাংশিংনা অবাৎ অপা লৈবগী শাফ কথা লেপর্বানি। ১৯৪৩ দা সরকারনা শীল্লাংবা শোযবদগী বেঙ্গলনা চাক যাম্লা তাংলবান. মী মিলিযন ৩ গী মথক্তা শিখ্রবনি। ব্রিটিশনা মীচম প্রজাশিংগী ঋযফনবা কবিসু ভৌবিদে হাযবসি প্রমান তৌখ্রবান । থবক যংনদবগী অবাবা খবদং ওইববসু কোক্লবা লাক্মী মিলিযন অনীশুম্বা হাপচিনবা হাযবসি যাম্লা চাওখ্রবা থবক অমনি। সুভাসনা মযেক শেংনা উৎখ্রবনি, ভারতকী লাক্মী শীজিন্নদুনা কঙ্গ্রেসকী আন্দোলন নমথগনি হাযবসিসু ওইথোক্লিবনি। ১৯৪৪ গী গুট্টোবর থাদা বেঙ্গেলনা চর্চিলদা কঙ্গ্রেসকা শান্তাইনবা বাযম পুখৎখ্রবান। অদুবু মচক কল্লবা চর্চিলনা ব্রিটিশরাজগী অবোতবা তাঞা লাক্কে হাযবাস যাখদে।

# ১২
# অরোইবদা নীংতম্লে
## (১৯৪৫-১৯৪৭)

মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাউ লোইফাংত্রিঙৈদা ব্রিটেন্দা লেবব পার্টিনা ইলেক্সন্দা মেজোবিটি ওইনবা মায পাক্লক্লবদা চর্চিলনা ব্রিটিশ প্রাইম মিনিষ্টব ওইবগী মতম লোইশিনখ্রে। ক্লিমেন্ট এটলীনা মহুৎ শিল্লে। মহাক্লা ভাবতপু মতম কুযনা নর্মশিন্দ্না থম্বা যাববোই হাযবা খঙঙি। অদুবু হাথু হাথদি চংশিনখিদে। নিংথমথাদা ইলেক্সন তৌবগনি হাযনা লাউথোকই, বেভেলদা "সেল্ফ গভর্নমেন্ট" মপৃংফানা ফংহন্ননবগী খোঙথাং অদু খবা লৈবগা চংশিনবা যাহল্লে।

তশেংবদি কঙ্গ্রেসনা সবকাবগা লাগ্নেংননবা অথুবা থৌবাংস্ লৈখিদে। অদুবু সবকাবনা্দি আই: এন:এ. গী লান্মীশিং ব্রিটিশকী মাযোক্তা লালহৌবগীদমক মীযাম মমাঙদা বিচাব চংথে। মীযাম্না লান্মীশিং অসিগী মথৌনা লৈববা মবৈবাকনীংবা কাঙবুনি হাযনা লৌখিনি হাযবর্সিদি খন্থুখিদে। দিল্লীগী লাল কিলাদা হিন্দূ অমা, মুসলিম অমা অমসুং শিখ অমা পি:কে: সেহগাল, শাহ্ নাবাজ খান অমসুং গুববক্স সিংহ ধিল্লোন অহুম অসিবু ইহান হান্না মবাল লৈবর্বনি হাযনা বিচাব চংথে। জাতি ওপ্পা অশাউবা যোঙদোবকই। মখোয অহুমগীদমক, নেহরু মশামক যাওনা, লৈবাক অসিগী খ্বাইদগী হেন্না শক্লাইববা উকিলশিংগী মবক্তগী অনী তেজ বাহাদুব সাপ্রু অমসুং ভুলাভাই দেশাইনা লেপাখ। লৈবাক শানবা থুংনা মীযাম্না বিচাব আস চংথদনবা প্রতিবাদ তৌবকই, আই:এন:এ গী বন্দী পুম্নমক থাদোক্লবা খোল্লাউ লাউখি। মতম অসিমক্তা নেতাজীগী পোক্লফম কলকাতাদা মীযামগী অশাউবা খমথেংনা ফোঙদোকই। লাইবক থীবনা নবেম্বব ২১ দা কঙ্গ্রেস, কম্যুনিষ্ট অমস্ং লীগকী ফিবার্লশিং পাথদুনা শহব অদুদা মহৈবোইশিংগী শাংলবা সভাযাত্রা চংলিবা অদুদা পুলিশনা নোংমৈ কাপশিন্খি। থৌদোক অদুদা হিন্দূ অমা মুসলিম অমা শিখি। মৈবিক অসিনা মীয়ামগী মৈজাওবী ওল্লক্লে, সবকাব খঙহৌদনা জ্ঞান মাঙলে। ত্রাম অমসুং টেক্সী চেনবা লেপখ্রে, কল কাবখানাগী থবকশুবশিং স্ত্রাইক তৌবে, আইন খোঙ্গাউনবে। নুমিৎ নিনিগী মনুংদা পুলিশ অমসুং লাম্মীগী গাডী ১৫০ মাঙহনখ্রে, অঙৌবা লাম্মী চাম হেন্না শোক পলহনখ্রে, পুলিশনা ১৪ বকহন্না নোংমৈ কাপখি, মী ৩৩ হাংখি।

এটলী অমসুং মহাক্কী কেবিনেট মিনিষ্টরশিংনা অকনবা ঈহৌগী লাল্লাউ অহানবা ওইনা তাবা ফংলে। মখোয়গী মরক্তগী অমনা অসুম্না হায়, " ঐখোয় মৈগী চীং অমগী মতোন্দা ফম্বগুম্লে, লান লোইরবা মতুং অসিদদি মতম অমদা হেক্তা রিভোলুসন থোক্লকপা য়াবগী মওংদা লৈবে।" পার্লিয়ামেন্টার দেলিগেসন অমা ভাবত্তা থারক্তুনা ভারতকী লুচিংবশিংগা রাজনীতিগী শক্তি শিন্নবগী মতাংদা কুপ্না রারী শাননবা থারক্লগনি হায়না লাওথোকই। ভারত্তনা, ব্রেভেলনা আই:এন:এ: গী লান্মীশিংনা মরাল লৈরে হায়খিবশিং অদু দণ্ড কোকথোকপিবতা নত্তনা, মখাগী বিচাবদি ইন্দিয়ানা আর্মি ওইবম্বশিং নমদুনা আই:এন:এ: য়াওহনখিবশিং অদুতদা চৎথরগনি হায়রে। ১৯৪৬ কী জানুৱারী থাদা পার্লিযামেন্টব দেলিগেসনদা নত্তনা কেবিনেট মিসন অমা ভারত্তা থারক্লগনি হায়রে। অসুম্না, ১৯৪৬ তা সেল্ফ গভর্নমেন্ট অমা থুনমক ওইরক্লগদ্রা হায়না অহানবা ওইনা মঙফাওনরক্লে।

অদুবু ফেব্রুয়ারী থাদা আই:এন:এ: গী অবদুল রশিদপু চহি তরেৎকী থবক কন্না শুগদবা জেলদা থম্লগনি হায়না রাই লাওথোকপদগী কলকাতা শহর মৈ হৌরে, হান্না অমুক্তা তৌখিদ্রিবা হিংসাগী থবকশিং চৎথরক্লে। পুলিশ অমসুং আর্মিনা মহৈরোই অমসুং কল কারখানাগী শিল্পীনা অনমবা ওইবা মী ৮৪ হাৎলে। ঈশিংগী লান্মীসু লান হৌবক্লে, ব্রিটিশরাজ থক থক নীক্লে। ব্রিটিশ ওফিসারশিংনা ওৎ-নৈরকপা, হিংবগী মথোং মরম খণ্ডহল্লক্তবদগী বোম্বেগী ঈশিং লান্মীশিংনা ফেব্রুয়ারী ২১দা কঙ্গ্রেস লীগ অমসুং কম্যুনিস্তকী ফিরাল হাইগত্তুনা মখোয়গী অৱাবশিং খুদক্তা কোকহনবতা নত্তনা আই:এন:এ: গী বন্দীশিংসু থাদোক্লবনি হায়না দাবী তৌরকলে। বোম্বেগী লালহৌ অসি থুনমক নমথখ্রেদি হায়বসু ভাবতকা অতে ঈশিং লান্মী থম্ফমশিংদা ঈরাং কন্না হৌখি, লান্মী ২০,০০০ লোমনা অকিবা লৈতনা শরুক যাখি।

অসুম্না ওৎ নৈবগী থবক অসিদা যানিংদবা ডৎলদুনা মফম কথামুক্তা পেন্দবা কযা মখা তানা ফোংদোক্লবকই। শহর শীনবা থুংনা লম্বীদা ফুন চৈনখি, আর্মি বেটালিযন অনীগী মতেং লৌরগা ফীভম অদু লাকশিন্নবা হোৎনবদা আন্দোলনকারী ২০০ হেল্লা হাৎখি, ফেক্তরী রার্কর ৩০০০০০০ দগী তাদনা স্ত্রাইক চৎথখি। আই:এন:এ: গী মীশিং অদুগুম্না লালহৌরিবা কাঙ্বুসু জাতিগী অথৌবা লোইনা ওইবগী ফীভমদা লাক্লে, ব্রিটিশরাজ ফীভম চুম্না লেপ্পা শুমজরক্লে। অসুম্না পাকশন্না হিংসাগী থবক চৎথবকপা অসিদা কঙ্গ্রেসনা নুংঙাইতবা ফোঙদোরক্লে, জিন্নাসু বল্লভাই পেটেলগা খুৎশম্নুনা লালহৌরিবাশংবু ফেব্রুযারী ২৩ দা মঙক নোলহনখ্রে। অসুম্না

য়েক্কবা শাথিরবা অমনি হায়বা লৌরম্বা কংগ্রেসনা সরকারবু কনখ্রে। অদুবু ঈশিং লাম্মী লালহৌবশিংনদি অসুম্না মপুক ফাজিনখি, "ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিদা থৌদোক অসি ঐতিহাসিক ওইবা মতাং অমনি, শাৰ্ভিসতা লৈবা মী অমসুং লমজাওদা চৎলিবা মী অনী অসিগী ঈগী লৌখোঙনা অহানবা ওইনা, মান্নবা পান্দম অমগীদমক পুন্না চেনমিন্নখি।"

পেথিক লোরেন্স, স্তাফোর্দ ক্রিপ্স অমসুং এ:ভি: অলেকজেণ্ডরনা শাবা কেবিনেট মিসন অদু ভারত্তা ১৯৪৬ কী মার্চ অরোইবদা থুংলরে। ভারত্তা ব্রিটেনগী খোঙফম চেৎত্রে হায়না মখোয়না হান্না খঙখি, মরক অদুনা কংগ্রেস অমসুং লীগ ইলেক্সন্দা ফীভম ফগৎলক্লে, মুসলিম ভোট চামগী মনুংদা ৯০ মুক অমসুং সিন্দমক্তদা এবসোলুত মোজোরিটি ফংবা ঙমলে, কংগ্রেসনা বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবসিন্দ নত্তনা মুসলিম নংত্তবগী ভোট চামগী মনুংদা ৯০ হেন্না ফংখ্রে। হান্নসু অদুম খঙলবনি, জিন্নানা মুসলিম মেজোরিটি লৈবা প্রোভিন্সশিং পুনশিল্লগা পাকিস্তান তোঙান্না লৈগদবনি হায়রে। লৈবাক অসিদা লীগনা খাইদগী চাওবা মুসলিম পার্টি ওইরগসু ব্রিটিশরাজনা মবম চাদনা হেক য়ানিংবসু ঙমখিদে। এটলীনদি হান্না লাওথোকখ্রবনি। "মেজোরিটিনা চংশিল্লকবদা মাইনোরিটি অমনা ভেতো শান্নরকপা ঐখোয়না য়ারোই"। কংগ্রেসনা মীয়ামগী আন্দোলন নৎত্রগা রিভোলুসন হেক্তা হৌহনবা ঙমই, মদু মখোয়না লাকশিনরা ঙল্লোই হায়বস্থি বেভেলনা মুন্না খঙখি।

জিন্নাগী পাকিস্তান দাবী অদু মিসন্না থওইনা তৌদ্রে। মরমদি জিন্না মশামক্তা হায়খিবগুম্না মাইনোরিটি কয়ামুক মেজোরিটিগী থৌজাল ঙাইদুনা লৈহনবা য়ারোই হায়বদি মুসলিম নংতবা মী কয়া লৈরিবা বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবকী শরুকশিং জিন্নানা খল্লিবা পাকিস্তান অদুদগী লৌথোকহৌবা তাবনি মসিগী মহুত্তা প্রোভিন্সশিংগী ফেদেরেসন অমা (নিংথৌপানবা ষ্টেটশিং কোন্না য়াওহনগদবা) শেম্না ব্রিটিশনা পামখি। ফেদেরেল গভর্নমেন্টনা ডিফেন্স, ফোরেন এফিয়ার্স অমসুং কম্যুনিকেসনদমক য়েংশিল্লগা অতৈদি প্রোভিন্সশিংদা ওটোনোমি য়াম্না পীবনি। লীগনসু মসি পাল্লম্বনি। লীগপু থৌগৎপা ওইনা অব্রাং নোংচু প অমসুং নোংপোক্কীদমক পুনশিনবা য়ায় লোয়ননা, পুনশিল্লবা অসিনা রিজনেল গভর্নমেন্টশিং মখোয়না পাল্লবদি লিংখৎচবা য়াই। শম্না হায়রবদা ভাইসরোইনা সভাপতি ওইরগা নেসনেল গভর্নমেন্ট অমা সেম্তরদা থল্লসি হায়বনি। কংগ্রেস অমসুং লীগ অনীমক্তা অশাংবা মতমগী প্রস্তাবশিং অদু অহানবদা য়ানিংলম্লগা মমৈদা কুপ্না খন্থরবা মতুংদা য়ানিংখিদ্রে। নেহরুনা কংগ্রেসকীদি

কন্সটিটুয়েন্ত এসেমব্লীদা যাওদবা য়াদে হায়খি, জিন্নাগী ৱাখল্লনা প্রোভিন্সশিং নমদুনা গ্রূপ ওইনা পুনশিন্দ্রবদি মুসলিম মেজোরিটি প্রোভিন্সশিংনা মমৈদা ভারত্তগী তোঙান্না তারকপা ঙম্লোই হায়বসিনি । অতেনবা মতমগী প্রস্তাবশিং অদুসু জিন্নানা য়াখিদ্রে, লোয়নবা কঙ্গ্রেস হিন্দূ মেম্বরগা মুসলিম মেম্বরগা মশিঙ চপ মান্নহনবা অনী অসি জিন্নানা করিগুম্বা মওংদা কোমথোকপা পার্মখিদে । অসুম্না মিসনগী থবক মঙ্গল ওইখিদ্রে, অদুবু চহী নিফু চুপ্পা "ডিভাইদ এন্দ রুল" গী পোলিসি চংথরকপগী ফল ওইনা ব্রিটিশরাজনা হোৎনবা পুম্নমক খেঙমগা থোকখি । কিশি হন্দোকপা ঙম্মখিদ্রে ।

কেবিনেট মিসনগা ৱরী শান্নবদা মঙ্গল ওইদ্রবদা জিন্না থৱায় শোক্না লৈহৌই। মাগী থম্মোয়না পাকিস্তান নংতনা অতৈ করিসু থওইখিদ্রে। অদুনা মহাক্না হোৎনজবা মহৈ য়ান্দবা য়াদে হায়না চপযুংনা লেপ্লে। অদুগীসু মথক্তা লায়য়েংবা ঙম্লরোইদবা থবোম্বীগী লায়না অমনসু নাশিল্লক্লি, কুযনা হিংখিগনি হায়বা আশাসু উবক্লে। (মহাক নারে হাযবসি য়াম্না চেকশিন্না মী খঙহন্দনা থমখি।) ব্রিটিশ অমসুং কঙ্গ্রেস অনীমক্না মাগী কোকথক্তা পিস্তোল থম্লবনিনা "ঐখোযসু পিস্তোল অমা শারে মসি শীজিন্নবা তারি", হায়না মহাক্না হায়খি। মুসলিম জাতিনা " দাইরেক এক্সন" লৌখত্তুনা পাকিস্তান শেম্লগনি হাযবে, "দাইরেক্ট এক্সন" গী মতম ১৯৪৬ কী আগষ্ট ১৬ তা লেপ্লে। "দাইরেক এক্সন" করিনো হাযবা মহাক্না শন্দোক্না তাকখিদে, অদুবু মমৈদদি হিন্দূশিং হাৎতোক্নবা থৌরাং ওইরম্লে।

কলকাতাদা, মুসলিম লীগ চিফ মিনিষ্টর সুহবাৱাদিনা ওগষ্ট ১৬ অসি ছুটিনি হায়না লাওথোকই, হিন্দ হাৎপদা পলিশ অমসং আর্মীনা খুৎ থিংজিল্লোইদবনি হাযনা খঙহল্লী। হিন্দু অমসুং শিখশিংনা খুনমক তিংসা যাওনা লমন খুন্নক্কনি হায়বাস মহাক্না থম্খিদে। নুমিৎ মরিনখক্তদা মী ৪০০০ দগী তাদনা হাংলে, ১০,০০০ হেনবনা অশোক অপন নংলে, অযাম্বনা মুসলিম ওইখি । দশা অসি খুনমক মুসলিম যাম্না লৈবা নোআখালি, নোংপোক বেঙ্গলগী তিপ্পেবা ডিস্ত্রিকশিং যৌশিনখ্রে। মফম অদুদনা হিন্দূশিং লূট তৌথোকপিবে, হাৎপা তুপ্পবোমদা চংশিনখ্রে। লিশিং ওইনা নিতাবদা হেনখ্রে, মখোযগী অবাবা পাউশিং অদু তাবগা মুসলিম কযা পাকতক্লনা হাংখ্রে, হিন্দূ হাৎকনি হায়না থৌরাংলম্বা মশিং অদুদগী শিখন মুসলিমগী মশিংনা য়াম্না হেনখি।

কাংথোং চাইবাক্লিবা অদ লাকশিংবা বেঙ্গলগী থৌবাং, অঙকপনি, য়াম্না মওং চাখদে। অদুবু মগী সবকাবদা কঙ্গ্রেস লা ঙক্তদুনা ফাঙম তাহনবা হোৎনবদি মায়পাকখি।

থা অনী লৈরগা লীগসু সরকাব য়াওরে, অদুবু মনুংদগী থুগায়নবা শিনবা ওইরম্লে। কঙ্গ্রেস মিনিষ্টবশিংনা লৈবাক অসিদা শান্তি পুরক্লবা হোৎনরিবা অদু নীংবা কায়হনখি। শাউবনা লুতোন কারবা নেহরুনা মুসলিম মিনিষ্টরশিং থবক থাদোকহন্নবা দাবী তৌখি, অদুবু ৱেভেলনা যাখিদে।

মতুং তাবকপদা মফম পুম্নমক্তা মথোং মরম খণ্ডলক্লে, ৱেভেলনা থোকপা তৌহনবগী মওংদা ভারত অসি লংশেক্লুনা থম্বা কন্না পাল্লক্লে। মহাক্না তশেংনা থৌবাং তৌবম্লবনি-ইমর্জেন্সি প্লান অমা শাগৎলম্লবনি - খরা শান্তি ওইনা লৈরিবা খাবোমগী, প্রোভিন্সশিংদা শিন্নরগা মখোয়গী লান্মী পুম্নমক লাংলিবা অৱাং ভাবত্তা পুল্লপ পুর্নশিল্লগা ১৯৪৮ গী মার্চ ৩১ দরা অদুৱাইদা অরোইবা ওইনা ভারত থাদোকখির্বনি। শাখিরবা থৌবাং অসি এটলীনা য়াখিদে, মহাক্তি ঈজ্জৎ লৈনা হন্দোকখিবা পার্স্বনি। ১৯৪৭ কী জানুয়ারী ২০ দা মহাক্না লাওথোকখি। কঙ্গ্রেস অমসুং লীগ অনীনা অনৌবা সংবিধান অদুদা য়ানিংলবসু য়ানিংদ্রবসু ব্রিটেন্না ১৯৪৮ গী জুন থাদা ভারত থাদোক্লগনি। অসিমসু লাওথোরকই মদুদি অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মনুংদা সাউথ ইষ্ট এশিয়াগী সুপ্রিম এলাইজ কমাণ্ডর ওইখিবা, কিং জর্জ তরুকশুবগী নক্লবা মরি মতা লোর্দ লুই মাউন্তবেত্তন্না লোর্দ ৱেভেলগী মহুত্তা ভারতকী ভাইসরোই ওইরগনি।

কঙ্গ্রেসকা খুৎশম্নরুবনা করিসু কান্নরবোই হায়বা জিন্নানা মুন্না খঙঙি। কাঙলুপকী ঈবাং শাগৎপতনা পাকিস্তান ওইথোক্কনি হায়না মহাক্না চেৎনা থাজখি। ১৯৪৭ কী মার্চ হৌগৎলকপদা পঞ্জাবতা মুসলিম হিন্দূ অমসুং শিখকী চুংশিন্নবা সরকাব মহাক্না ইনর্শিন্দুনা থুগাইবে। হিন্দূ অমসুং শিখশিং সিক্যুরিটিগী অকিবা মাযোক্লবে। অকালী দলগী মাষ্টর তারা সিংহনা অথুবা মতমদা শিখশিংগী মরৈবাক্কী দাবী পৃখৎলক্লে, পঞ্জাব এসেমব্লী চেম্বর মমাঙমক্তদা মহাক্না লুচিংদুনা সভাযাত্রা অমা "রাজ করেগা খালসা" (অশেঙবা হায়বদি শিখশিংনা শাসন তৌরগনি) হায়না লাওরদুনা চৎলরে। প্রোভিন্স অদুদা হিংসাগী মথি ফোংলে, হিন্দূ অমসুং শিখ ৫০০০ দগী তাদনা থা ৬ কী মনুংদা হাৎতোকলে।

১৯৪৭ কী মার্চ ২৪ দা লোর্দ মাউন্তবেত্তন্না ভারতকী অরোইবা ভাইসরোই ওইররে। চহি ৪৬ তা ঙাইরিবনি রাজনীতিগী হকথেংনবা জ্ঞান লৈত্রিবনি। অদুবু ব্রিটিশ সরকার য়ৌদনা মহাক্না লৌনিংবা ৱারেপ, মমাঙগী ভাইসরোইশিংগা মান্নদনা, নীংতম্না লৌবদি ঙমখি। মঙোল্দা শীন্নরক্লিবসি অতৈ অতোপ্পা ফিরেপ অমা লৌদ্রিঙৈদা খায়দোক্তবা

ভাবত্তা শক্তি পীখিনবা ঙম্বমখৈ বন্না হোৎনবা হাযবসিনি। থবক পাযবা হৌববা চযোল ৬ কী মনুংদা বাজনীতিগী লুচিংবা ১৩৩ গা ব্রাবী শামিন্নখি। মদুদগী মহাক্না খঙজিনবা ঙমখিবদি নীংতম্লবা ভাবত্তা ইউনিতাবি গর্ভর্মেন্ট অমা থবক ওইনা ওম্থোকপা ঙম্লবোই হাযবসিনি। মবম অদুনা লৈবাক অসি কবম্না খাযদোক্কদগে হাযবা থৌবাং তৌবদা পূব্লিং চঙখি।

মাউন্তবেত্তন্না খল্লিবা থৌবাং অদু ১৯৪২ গী "বাজাজী যোর্মুলা" গা যাম্না নকশিন্নবে। শম্না হাযববদা ভাবত সাম্রাজ্য অসি দোমিনিযন অনী থোকপা তাবে। মখোয় মশা মশানা তুংদা মশা মশাগী সংবিধান শেমজবা তাবে। পাকিস্তান দোমিনিযনদা বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবকী মুসলিম মেজোবিটি ওইবা দিস্ত্রিকশিং আসামগী শিলেট দিস্ত্রিক, সিন্দ অমসুং নোর্থ ফোন্তিযাব প্রোভিন্স যাওখিবা তাবে; নিংথৌ পানবা ষ্টেটশিংগীনা ব্রিটিশ ক্রাউনগা অথন্নবা মবি লৈনবা অদু তোকপা তাবে, মখোযগী অপাম্বা মতুংইন্না যাওনিংবা দোমিনিযন অমদা যাওখিবা তাবে। থৌবাং অসি ব্রিটিশ কেবিনেটকী অযাবা লৌকনবগীদমক মাউন্তবেত্তন্না থুনমক লণ্ডন্দা চৎখ্রে। জুন ৩ দা, মহাক্না হল্লকপা নুমিৎ খবনিগী মনুংদা ভাবতকী লুচিংবশিংনা যানিংবা ফোঙদোবক্লে। কঙ্গ্রেসকী ওইনা নেহকনা, লীগকী ওইনা জিন্নানা, শিখশিংগী ওইনা বলদেব সিংহনা থাকযাগী মমাঙদা নেহরু অমসুং পেটেলনদি, যাম্নমক পামজদ্রবসু, ভাবত খাযদোকপা নত্তনা অতৈ পম্বী অমা লৈত্রে হাযনা লৌখ্রবনি। জিন্নাগীদি ১৯৪৪ গী মযাযদা গান্ধীগা বাবী শানবদা "ফীভম শেইনাইববা, মওং মবিল কাযববা তিন চাববা পাকিস্তান" হাযনা যানির্খিদবদ্, হৌজিক্কী তঙাইফদনা যাদবা ঙমদে।

ব্রিটিশনা ভাবত থাদোক্কদবগী মতম এটলীনা লেপখিবা অদু চহী অমবোম ব্রাংলি। অদুবু কবিগুপ্তা বাখল খবদগী মাউন্তবেত্তন্না মাগী মিসন থুনা পাঙথোক্নিংলক্লে, থা তবা ৬নখৎনা, সাউথ ইষ্ট এসিযাদা মহাক্না সুপ্রিম এলাইদ কমাণ্ডব ওইবিঙৈদা জাপান্না মঙোন্দা চংজবকাখৈবা নুমিৎ অদুমক্কী চহী অনী যাবক্লবা, ১৯৪৭ কী ওগষ্ট ১৪ দা ব্রিটিশনা ভাবত থাদোক্লবা থৌবাং তৌখ্রে। মসিদা মহাক্কী "পার্তিসন প্লান" পাঙথোক্কদবা হাপ্তা তবাদা মঙাইবে। খোঙথাং পুম্নমক থুজিলহল্লে। বেঙ্গল অমসুং পঞ্জাবতা সমানা লেপথোক্লবা বাউন্দবী কমিসন অনী অহিং নুংথিল খাযদনা থবক শুহল্লে। অনৌবা ষ্টেট ডিপার্টমেন্ট পাযবিবা মিনিষ্টব বল্লভাই পেটেলনা থেমদুনা নৎত্রগা নমদনা নিংথৌপানব ষ্টেট ১০০ মানা মানা লৈবিবা মযমশিং অদগী দোমিনিযন্দা

যাওহনল্লে, নীংতম্বগী মতম লাক্লবদা ষ্টেট অহুমদ, কাশ্মীর, হায়দরাবাদ অমসুং জুনাগড়, মখোযগী অনীংবা মতুংইন্না খাযদোক খার্যজিন তৌবা ঙম্মখিদে, মাসি মাউন্তবেত্তন্না কুপশিন্না যেংশিনর্খিদরবনি । মার্চ থাদগী কাণ্ডলুপ মশেল তিংসা তৌনদুনা লাকখিবনি । চযোল তবাগী মনুংদা ভারত সাম্রাজ্যবু যাম্না মাযপাক্লা খাযদোক খাযজিন তৌবা মহাক্না ঙমজদ্রবসু মীওইবগী ইতিহাসতা খ্বাইদগী হেন্না তর্মাথিরবা থৌদোর অমনা মগুণ হন্থহনখি ।

অজাদকা রবী শাবদা মাউন্তবেত্তন্না চাওথোক্লা হার্যাখি, "পার্তিসন মতুংদা আন্দোলন খজিক্তং তৌরকপদা খ্বাইদগী হেন্না কনবা থবক লৌখণুনা অহৌবমক্তদা নমথগনি । কনাগুম্বা অমনা খুদোংথিবা থোক্লবা শীল্লক্লবদি মদু নমথনবা আর্মি অমসুং এযার ফোর্সতা হুকুম তৌগনি, তেঙ্ক শিজিন্নগনি ।" অদুবু খুদোংথিবা কযা থোক্লকই । অহানবদা, পুলিশ অমসুং আর্মিদা কাণ্ডলুপকী মহিক পক্লখি, অদুনা থাজবা থম্বা ঙমখিদে; অনীশুবদা, ব্রিটিশকী সিভিল অমসুং মিলিটারি ওফিসিযেলশিং চৎলমদাই ওইবনা, কান্নদবদা মতিঙ উৎনিংখিদে, অহুমশুবদা তেঙ্ক অমসুং এরোপ্লেন অমত্তা শীজিন্নখিদে, অরোইবদা রেভেলনা কঙ্গ্রেসকী লাযচৎ নমথনবা ব্রিটেন্দগী মিলিটারিগী মতেং লৌনবা, মতম অমদা থৌবাং তৌখিগুম, কবিগুম্বা অমত্তা হোংনখিদে। ভারতকী লাশ্মী ৫০,০০০ গী বাউন্দরী ফোর্স অমত্তংদি পঞ্জাব পার্টিসনগী মতাংদা শীজিন্নখি, অদুবু থবক অদুগা যেংনকবদা মতিক্তি যাম্না চাখিদে।

পঞ্জাবতা নীংতম্বগী মমি হেক তম্লকপগা নোবোক্কী শক্তম ঙাক্তা ওল্লক্লে। নাকল অমদা মুসলিমশিং, হিন্দূ অমসুং শিখশিং, অতোপ্পা নাকল অমদনা হিন্দূ অমসু শিখশিংনা মুসলিমশিং অমগা অমগা হাৎতোক্লবক্লে তমথিববা ঈবাং অসিনা মী মিলিযন তবা হেন্না নোংচুপ পাকিস্তান্দগী নৎত্রগা অদোমদা ঈশিং ঈচা ওগুম্না চেনথোক চেনাশন তৌহনখি । লম্বীদা অমুক মিলিযন তংখাই অমবোম হাৎখিবশ্বা যাই, অতৈনা নৌনা খুন্দাবগী হাইঙমদ্রবা অরাবা মবক্তা হাহাকার লাওনা লৈনখি।

চহী ৭৭ শুববা গান্ধীনা শান্তি অমসুং সৎভাবনাগী খোঙচৎ বেঙ্গলদা চৎলমদ্রবদি মফম অদুদসু হিংসাগী থবক্লা রাই চাইবমগদবনি। ১৯৪৬ কী ওক্টোবরদা নোরাখালীদা কাণ্ডলুপ মশেল ঙাওবিফৈবি পংহাৎতা হাৎনখিবা অদুগী অশাউবগা লোযননা গান্ধীনা পামজবা য়েংথিনবা অসি নুংশিবনা লাকশিনবা ঙম্মী হাযবসি চাংযেংলুনবা চৎখিবনি। মহাক্লা অহানবদা, নোরাখালীগী পীক্লবা খুঙ্গং শ্রীরামপুরদা লৈখি, মফম অদুদা হিন্দূগী

ইমুং ২০০ গী মনুংদা অহুম খক্তা লৈবর্মখি। তুংদা মখোযনা অতৈ খুঙ্গংশিংদসু চৎখি, মফমশিং অদুদসু মতম কুইনগী মতুংদা লাকপা মবি মতা অহল অমা লাকপগুম খন্নদুনা তোক্লখি। অযুক খুদিংগী মহাক্না চৎপদা টেগোবগী ঈশৈ "অকেলা চলো" হাযবদু শকখি। মহাক্কী মওং মতৌ অদুনা কাঙলুপ মশেল নুংশিনবমদবা অদু তপ্না তপ্না ফহনখি।

গান্ধীনা নোৱাখালীদগী বিহারবোমদা অমুক চৎলে, মহাক্না শন্দোকলুই, "নোৱাখালীগী মুসলির্মশিংগা বিহাবগী হিন্দূশিংগা পাপ চপ মান্নে অনীমক খন্দন চপ মান্ননা তৌগদবনি।" মুসলিমশিংবু থিনা তৌবগীদমক হিন্দূশিংবু মহাক্না চৈখি, মখোযগী শেল খোম্লগা অৱাবা তাববা মুসলির্মশিংদা যেন্থোকই. পব্লিক মিটিংশিংদা কোবান পাই, মাদুগী ফল ওইনা বিহাবদা ঈবাং নেমথবক্লে. হিন্দূ খবনদি ধর্ম মাঙথোকপা মীনি হাযনা কবেম্লখি, "মুহম্মদ গান্ধী" হাযনা কৌনখি।

গান্ধীগী কলকাতা খোংচৎতু নীংথিনা মাযপাক্লে, নীংতম্বা ফংলকপদা হিংসাগী থবক নৌনা অমুক কনখৎলকখিবনি। হিংসা তৌবক্লিবসি হিন্দূশিংনি। খ্বাইদগী ফীভম যৎতনা লৈবিবা মফম বেলিযাঘটাদা মুসলিম শিন্মী অমগী যুমদা গান্ধী লৈবে, হান্না চিফ মিনিষ্টব ওইবম্বা সুহবাৱদীসু মাগা লোযননা লৈমিন্নখি, গান্ধীগী মতেং পাংখি। নীংতম্বা ফংবা হৌবকপদা ওগষ্ট ১৪ দা হিন্দূ মুসলিম অনী পুন্দুনা হবাওমিন্নে। অদুবু চযোল অনী লৈবগা অমুক হাৎন শুনবকখি। গান্ধীনা খুদক্তা শিদ্রিফাওবা চবা হেনবগী থবক পাযখৎলে। নুমিৎ মবিনিগী মনুংদা কলকাতা পুমঈং ঈংখি।

কাঙলুপ মশেল হাৎন শুনবগী থবক লাকশিন্নবা মথন্তা হোৎনবিঙেদা গান্ধীনা নীংতম্না ফংবগী অবোইবা ড্রামা অদুদা পুক্লিং কবিমন্তা চংখিদে। মবর্মদি ভোখাই তানববা ভাবত্তা খৎন চৈনবা নুংশিনদবা কযা অদু মহাক্না খক পামর্জখিদবনি। ওগষ্ট ১৪ গী অহিং নোংযাইদা নীংতম্বগী পুংফম অদু লাক্লে, নিউ দিল্লীদা ওফিসিযেল থৌবাং কযা তৌনখিবা মতমদা গান্ধীনা বেলিযাঘটাগী তেক কাযবগা কা অমদা ফক অমদা তুমদুনা লৈথোকখি। অদুবু মহাক্কী মবৈবাকমচা মিলিযন কযানদি, অনৌবা আশা অমসুং মঙফাওনবকপদা নুংঙাইবা ফোংদোক্লদুনা হবাও তযামখি। নীংতম্লবা ভাবতকী অহানবা প্রাইম মিনিষ্টব নেহরুনা বাশক লৌববা মতুংদা কুইনা মঙজবক্লবা মঙ অমা মঙফাওনবকপগী পাউদম, তিল্লিবা মীযামদা তমখি, "চহী কযাগী মমাঙদা ঐখোযনা লাইবক্কা হাযন শীংনদুনা লাকখি, হৌজিক ঐখোযনা ঐখোযগী বাশক পাঙথোকপগী মতম লাক্লে, মপুং ওইনা মপান্থোকদনবে, মনুং থিংনর্দন। নোংযাইগী পংজা যৈবকপদা

পৃথিবী পূম্নমক্কা তূম্লিনৈদা ভারতনা মীৎকপ থোক্কুনা পুন্সি অমসুং নীংতম্বা ফগুলে। অরিবদগী অনৌবদা ভারতনা খোঙ থাংজিনবা, যুগ অমা লোইখিবা, কুয়না নমশিন্দুনা লৈরিবা জাতি অমগী থব্রায়না ব্রা ঙাংজবা ঙমলকপা ইতিহাসতা পঙনা থোক্কবা তাঞ্জা অমা লাক্লে। তাঞ্জা অসিদা ভারত, প্রজা মীয়াম অমাদি হেন্না পাকচাওনা মীওইবগীদমক সেবা তৌনবা ঐখোয়না ব্রাশক্লি । হৌজিক অপিকপা মীৎয়েং, মাঙতাক্কবা আলোচনা, পুক্লিং শেপ্পা নৎত্রগা মী হুনবগী মতম নৎত্রে। ঐখোয়গী অঙাং পূম্নমক্কা নীংথিনা লৈবা য়াবা নীংতম্লবা ভারতকী লেমজনিংঙাই ওইরবা দলাল অমা ঐখোয়না শাগৎপা তারি।" মীয়াম মিলিয়নশিং অদুনা মখোয়গী শরু শয়াং ফাওনা নুংঙাইবা পোক্লখি।

অদুদগী মাউন্তবেত্তনসু মতম খরদং অনৌবা ডোমিনিয়ন অসিগী গভর্নর জেনেরেল ওইনা লৈবিখো হায়জরে, মহাক্কসু হরাওনা য়ারে । মথংগী অয়ুক্তা মহাক্কা ব্রাশক লৌরে, কাউন্সিল হাউসকী মতোন্দা জাতিগী ফিরাল পাইহল্লে, সলামী নোংমৈ ৩১ কাপ্লে, কুম্মৈ অদু য়েংবা লাকপা হরাও মথোই কারবা মীয়াম্না নোংখাকপগুম লাউ - খোংদুনা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লখি। লাইয়াম্না বর খিকথরকপগী মওংগুম, ফিরাল চিংখৎপা মতমদা অতিয়াদা চূমথাঙ ফজনা থোক্লকখি। দৃশ্য অদু উরুবদা পেঞ্জরবা ইংলিশ মচা অমনা হায়খি, "অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা; অসিগুম্বা মঙ্গলগী মশক অসি উবদা, থম্মোয় হুনিংঙাই ওইদ্রবদি, মী অদু য়োৎনা শাবা লাইবু থাজদবা অমা শোয়দনা ওইগনি।"

# ১৩

# ভারত অমসুং নিংথৌ পাল্লস্বা লৈবাকশিং

১৯৪৭ কী জুন ১০ দা ইন্দিযান ইন্দিপেন্দেন্স বিল ব্রিটিশ পার্লিযামেন্টনা পাস তৌখিবগা লোযননা এক্ট ওল্লক্তুনা ওগষ্ট ১৫, ১৯৪৭ তগী ভাবত অমসুং পাকিস্তান নীং তল্লবা লৈবাক অমমম ওইনবে। বাজনীতিগী ওইনা ব্রিটিশ সবকাবগী শক্তি ভাবত অমসুং পাকিস্তান্দগী লৌথোকখ্রে। লৈবাক অমনা লৈবাক অনী থোক্তুনা নীং তম্বা ফংজববসু অৱাবা কযাদি অদুম মাযযোক্লবি। লৈবাক অনীগী ওমখৈ লেপথোক্লবা (পার্তিসন) নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংগী ফিবেপ, সংবিধানগী ওইবা ৱাফমশিং ইলায লাযখিদে।

ভাবতকী লুচিংবশিংগী "অগ্নি পবীক্ষা" নি। ব্রিটিশকী মতৌগুম্না থবক খুদিংমক নম্ফুন্সী শক্তি শীজিন্নদবা যাদবা মতাও কযা মাযযোক্লববসু অহিংসা অমসুং শান্তিগী লাঞ্জংদি থোযনা হেন্না লুশিল্লক্লি। ফীভম অসিদা বাজনীতিগী লুচিংবশিং অমদি প্রজাগী থৌদাং যাম্না লুবির্বনি। পামজবির্বদ গনতন্ত্রনি, সমাজবার্দনি, মীওইবর্গী হক কনবনি লম্বীনা অহিংসানি, শান্তিনি। মুসলিমশিংগী পাকিস্তান শেমখ্রে, নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংদি মবন্নাই হুন্দোক্লমলে ভাবত্তা যা ওগদ্রা পাকিস্তান্দা তিনগদ্রা হাযবদু মবাইবক্তা ইন্তোক্তুনা থনল্লে।

ব্রিটিশনা ভাবত লোই চনশিনখিবা মতমদা ভাবতকী লম শরুক মঙা থোকপগী মনুংদা অনীদি নিংথৌ পানবা মনীং মখা তম্বা বাজ্য ঙাক্তা ওইবন্লিবনি। বাজ্যশিং অসিব "প্রিন্সলি ইন্দিযা" (নিংথৌ পানবা ভাবত) হাযনা ব্রিটিশশিংনা খঙনৈ, ভাবতমচাশিংনা "ব্রিটিশ ইন্দিযা" গা খেন্নহন্দনা "ইন্দিযান ইন্দিযা" হাযনসু খঙনৈ। বাজ্যশিং অসিগী মনুংদা ইউবোপকী লৈবাকশিংগা চাউবা মান্নবা নংএগা হেন্না চাউবা লৈবাক কযা যাওবি। খুদম ওইনা হাযববদা মহীশুব অমসুং কাশ্মীব। খবা হন্থবা বাজ্যশিংদসু মীশং লাখ লাখ হেন্না লৈবা কযা অমসু যাওবিবনি। মসিগী মনুংদা মণিপব অসিসু ভাবতকী অবা নোংপোক চিদাইদা বর্মাগা (হৌজিক্কী ম্যানমাব) যুমলোন্নবা নিংথৌ পানবা লৈবাকমচা অমনি। পাল্লবসু চাউববসু লৈবাকশিং অসিদা মান্নবা থৌওং অমা ব্রিটিশনা হৈশিংনা শাগৎখ্রবনি "ব্রিটিশ পেবামাউন্তসি" (ব্রিটিশ সবকাবনা খ্বাইদগা হেন্না শক্তি লৈ) হাযবা বাখল্লোন অসিনা যাই থাখ্রবনি। লান্মীগী শক্তি, শেল তানশিনবা লৈবা, শাসনগা থবক্তা হৈশিংবা গুনশিং অসি নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং অসিদা শকখঙহনখ্রবনি।

"ব্রিটিশ পেবামাউন্তসি" কবম্না শাগৎখিবনো' থিজিনবদা পুক্নিং লৌশিং ওইনিংঙাইনি। মসিগী বাবীদি মমাঙদসু পনখ্রবান। নিংথৌশিংনা পেবামাউন্তসি অসি যাবগীদমক ব্রিটিশনা মখোয়বু শক্তি যাম্না লৈহর্নখি। মনুং নৎত্রেগা মপান্দগী শীংনবকপা খুদিংমক ব্রিটিশনা ঙাকশেনগনি হায়বগী থাজবা থর্মখি। থাজবা অসিগী মযাইদা ঙাউখিদুনা নিংথৌশিংনা নৎত্রেগা মখোইনা যাবা অচৌ অশাংশিংনা তৌনিংবতা তৌবা ঙমহল্লে। ব্রিটিশ ইন্দিযাদা লৌনবিবা খাজনাগী চাংদগী যামনা হেন্না লৌবা ৬স্মী, অইন খোঙ্গাউনবদা অকিবা লৈত্রে, প্রজাশিংগী হক নমথবদা নাচুংনদ্রে। সবকাবগী ওইনা খোমগৎখিবা শেলশিং মবন্নাইগী ওইবা থবকশিংদা অযাম্বা শীজিন্নথোকই। মশাগী যুমলৈ কৈবে, ফিজেৎ-চাকচা, অমদি কুম্মে ফিযোংদা কাহেনবা খবচ কয়া তৌনবমই। ইনাক খুনবশিংনা হেন্না হেন্না ইনাক খুনগৎলকই, লাইববশিংনা হেন্না হেন্না লাইবশিল্লকই। অদুবু বাজ্য খবদদি অফবা নিংথৌ, অফবা মন্ত্রিশিং যাওখিদবা নত্তে। মখোয়না শাসনগী থবক ফগৎনবা হোৎনৈ, খাজনা মবমচানা লৌই, থবক খুদিংদা প্রজাশিংগী মীহুৎ যাওহনদুনা অচুম্বা ব্রাবেপ লৌননবা হোৎনৈ। অদুবু অসিগুম্বা বাজ্যদি খবর্দান, অয়াম্বনা ফীভম অসুম অসুম যর্থচিল্লক্তে। নিংথৌ মশা মথন্তনা ওইহর্নখিব নৎত্রবসু শেলথুম, সমাজ, বাজনীতি অমদি মতৈমশিং তম্বগী মাযগৈদা লৈবাক্কী ওইনা যাম্না শোম্থনা লৈহৌই।

কুনশুবা শতাব্দী চংশিল্লকপর্দাদ, ওইবক্লিবা ফীভম অসি ব্রিটিশ সবকাবগা থৌশিং যাওদবা নত্তে হায়বসি খঙবা ঙম্বা নিংথৌমচাশিং যাওবকলে। মসিসু, প্রজাশিং মবক্তগ লুচিংবা কযা থোকলকপদগী আন্দোলন তৌনবকপা, নিংথৌশিংদা মীযামনা শ [illegible]বকপ থবক থৌওং কযা উবকপদগীনি হাযনা লৌবা তায। ব্রিটিশনা অমক নিংথৌমচাশি যাজিন্নবা থৌবাঙ তৌই। আন্দোলন [illegible]থবগা থবক্তা নিংথৌমচাশিং অসি [illegible] নৎএগা লোন্না অকনবা শক্তি কযামুক অমুক পীশিল্লকই। থৌবা [illegible] অসিদা যা[illegible] নিংথৌমচাশিং দণ্ডী পীনবা হোৎনবকই। ভাব তর্কা নিংথৌশিংনা প্রজাশিং[illegible] ঈহৌদ তোংশিল্লকাখবদু ব্রিটিশশিংনা কন্না যানিংখিদে। নিংথৌ পানবা লৈবাক খু[illegible] প্রজাশিংনা আন্দোলন তৌবকপা খুদিংমক চেকশিন্না যেংশিন্নবা অমদি নমথ[illegible]বা পা[illegible]াব কযা ব্রিটিশ বোসিদেন্ত খুদিংদা পীবে। খুৎ থিংজিনবা যাবা যাদবা থিদনা লৈবাক ঈবাং থোকলক্লবদি নম হাদুনা থিংজিনহল্লে। অদুমকপু নমথনবগী অনৌবা খো[illegible]ং অসি থওইনা ইনখিদবা বাজ্য খবসু অদুম মযাওবকই।

মাযগে অসিদা শাংথাবা যানা চংশিল্লাক্লবা বাজ্যশিংদি বাবোদা অমসুং মহা[illegible] লৈবাক অনী অসিদা চাউখৎপগী যাওন থুজিল্লকই, ইন্দস্ত্রি অমসুং লৌ[illegible]

থবক যগৎলকই, শাসন অমসুং বাজনীতিগা ওইবা বিথোর্মশিং মপং মথং পাযখৎলকই, মহৈ মশিং তম্বগী থাক ব্রাংখৎলকই ।

ব্রিটিশ ইন্দিযাদসু জাতিগী ওইবা আন্দোলন অসুম অসুম কনখৎলকই । গনতন্ত্র, দাযিত্ব লৈবা শাসন (বেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট), প্রজাগী ওইবা "সিভিল লিবর্টি" ব্রাফমশিং অসি প্রজাশিংগী মবক্তা নীংথিনা জ্ঞান তাবা মী থাওবক্লে । ঈহৌ অসিদা ব্রিটিশ ইন্দিযাদগী হইদোবকপা "টেবোবিস্ত" শিংসু নিংথৌ পানবা লৈবাক শাং চংশিল্লক্কুনা প্রজাগী ঈহৌ শাগৎপদা অভম অঙম্বা থৌদাং লৌনবকই । ১৯২০ গী "নন কোওপবেসন" অমসুং "খিলাফৎ আন্দোলন" পাম্লবকপা মা কয়া চোংথোক্লক্লে । মহীশুব, হাযদবাবাদ, বাবোদা, কাথিযাবাবগী ষ্টেটশিং, দক্ষিনাত্যগী ষ্টেটশিং, জামনগব, ইন্দোব অমসুং নাবনগবনাচংবদা "প্রজা মণ্ডল" নৎত্রগা "ষ্টেটস পিপলস কনফবেন্স" কয়া লিংখৎনবক্লে । ১৯২৭ কী ডিসেম্বব থাদা "ওল ইন্দিযা ষ্টেটস্ পিপলস কন্‌ফবেন্স (এ আই এস পি সি) পাঙথোকপা ভল্লে, ষ্টেটশিং অসিদগী লকপা বাজনীতিগী কর্মী ৭০০ হেনবনা শকক যাখি, লচিংবাশিংগী মবক্তা বলবন্তবাই মেহতা, মণিকলাল কোথাবী অমসুং জি, আব, অভযঙ্কবনাচিংবা যাওখি ।

"প্রিন্সলি ষ্টেট" নত্রগা "ইন্দিযান ষ্টেট" হাযনা খঙনবিবা লৈবাকশিং অসিদা ইন্দিযান নেসনেল কংগ্রেসনা যেংখিবা মীৎযেংদি ১৯২০ গী নাগপুব সেসন্দা তাখিবা ব্রাবেপ অদু নীংশিংনিঙাইনি । ষ্টেটশিং অসিদা মপুং ফাবা "বেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট" লৈহনবা হাযবসি যাম্না মকওইববা বাবেপ অমনি । অদুবু হেন্না মকওইবিবদি মফমশিং অসিদা "কংগ্রেসকী মিংদা থবক চৎথবদি যাবোই, কংগ্রেসকী মী যাওশিনবদি যার্গনি" হাযনসিনি । মসিনা তাক্লিবদি নাত্তম আন্দোলন চৎহনা তানবদি মনাগাই নৎত্রগা লম অদুগী ওইবা বাজনীতিগী সংস্থানাশিং লিংখৎলগা হোৎনজগদবনি হাযবনি । বাবেপ অসি মখাগী ফাঙর্মশিং অসন ওইহনখিবনি

(১) ব্রিটিশ ইন্দিযাগা প্রিন্সলি ইন্দিযাগা বাজনীতিগী ওইবা মীৎযেংদা চাঙনা খেন্নবা লৌব ।

(২) "সিভিল লিবর্টি" গী খে ভগে, বাজ্যশিং অসিদা হলে লৈতবগুম তৌবি ।

(৩) আইনগী মীৎযেংদা বাজ্যশিং অসি নীংতম্লা লৈবাক অমমমানি হাযনা বাখল্লোন কন্না লৌবি ।

মবম খবা অসি লৈবনা নাত্তম ঈহৌ পন্না চংশিনমিন্নবদা অকায হতোই কয়া পোক্লকপা যয হযনা কাংলপকী ল্লাংবাশিংনা থনখিবনি । লৈবাকশিং অসিদা

প্রজাশিংতগী ওইবা অকনবা ঈহৌ অমা শাগৎলক্লিবা ফাওবদি কংগ্রেসনা খুৎ থিংজিন্নীংখিদবনি । অদুমকপু ১৯২৭ অমসুং ১৯২৯ গী কংগ্রেস সেসনশিংগী ৱারেপশিংদা, মরুওইনা "লাহোৱ কংগ্রেস" হায়না খঙনবা মীফমদা জৱাহরলাল নেহরুনা মহাক্কী সভাপতিগী ভাষন্দা ইন্দিয়ান ষ্টেটশিংনা ভারত্তগী তোখায়না লৈখিবদি য়ারোই হায়খি । মখা তারকপদা ৱাফম অসি, তৌবগীদি, লমশিং অসিগী প্রজাশিংনা ফীভম অসি শাগৎপদা চাউনা থৌদাং লৌফম থোকই , নিংথৌ মচাশিংনসু মখোয় মখোয়গী প্রজাশিংদা মতিক চাবা অধিকার পীবিনবা অকনবা আপীল তৌরদুনা হায়খিবনি ।

ৱারেপশিং অসিগী মতুংইন্দুনা অচৌবা অহোংবা অনী লাক্লে - অহানবদা," গভর্নমেন্ট ওফ ইন্দিয়া এক্ট, ১৯৩৫" পাস তৌরকপা, অনীশুবদা ১৯৩৭ তা ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী প্রদেশ অয়াম্বদা কংগ্রেসনা শক্তি পায়বকপা । অহানবগী এক্ট অসিদা "ফেদেরেসন" গী ৱাফম য়াওরে । শক্তি মায়বশিংগী অপূনবা শক্তি অমা শাগৎপনি ফেদেরেল লেজিসলেচর শেম্লগনি, অপুনবা আইনসভা অসিদা ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী ষ্টেটশিংতা নৎতনা প্রিন্সলি ষ্টেটশিংগী মীহুৎ আইনসভা অসিদা য়াওরগনি । অসুম্না ব্রিটিশশিংনা মনুংদা লোন্না থৌরাঙ অমা তৌরম্লিবদি প্রিন্সলি ষ্টেটশিংগী মীহুত্তি নিংথৌশিংনা খনগনি, প্রজাশিংনা খল্লোই হায়বসিনি । অপূনবা আইনসভাগী মেম্বর অহুমগী মনুংদা অমা, নিংথৌগী মীহুৎশিংনসু ওইগদৌরিবনি । পাল্লিবদি নিংথৌগী মীহুৎশিং অসিনা প্রজাগী ঈহৌ লাকশিনবা ঙম্বা য়ায় হায়বগী ৱাখল্লোননি । ফীভম অসি ময়েক শেংলক্কুনা ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসনা অমসুং প্রিন্সলি ষ্টেটশিংদা লৈরিবা প্রজাগী সংস্থানশিংনা প্রজাগী মীহুৎ ওইহন্নবা কন্না তমশিন্নরকই । অদুবু প্রিন্সলি ষ্টেটশিংদা প্রজাশিংনা শক্তি পায়দ্রবদি পাল্লিবা অসি ওইথোক্লোইদৌরি । মৱম অসিদগী ষ্টেটশিং অসিদা প্রজাগী আন্দোলন কনখৎনরকই, খোঙথাংসু য়াম্না থুজিনবা তারকই ।

১৯৩৭ তা ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী অয়াম্বা ষ্টেটশিংদা কংগ্রেস মন্ত্রিমণ্ডল লৈবকপসিনা প্রিন্সলি ষ্টেটশিংদা প্রজাশিংগী মপাঙ্গল য়াম্না হাপখি । কঙ্গ্রেস পার্তিবু চুম্নগী রাজনীতি দল অমত্তা ওইনা য়েংনরম্বদু তোক্করক্লে, শক্তি পায়বা ঙম্বা দল অমনি হায়বা খঙনরক্লে । অনক অনকপা প্রিন্সলি ষ্টেটশিংদা কংগ্রেসকী ঈজ্জৎ য়াম্না হেঙ্গৎলক্লে । নিংথৌমচাশিংনা তূমীন্না উশিন্নদনা লৈবা য়ারক্তে ।

১৯৩৮-৩৯ দদি ষ্টেটশিং অসিদা "রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট" অমসুং "রিফোর্ম" কয়াগীদমক মীৎ লাওনা পাঙথোক্লরকই, প্রজা মণ্ডল কয়ামুক শেমগৎনরকই । জয়পুর, কাশ্মীর, রাজকোট, পতিয়ালা, হায়দরবাদ, মহীশুর, ত্রাবাঙ্কুর অমসুং উরিষ্যাগী ষ্টেট কয়াদা অনৌবা য়াওনগী ঈথক-ঈপোম চাউনা-চাউনা হৌনবকই ।

ওইরম্লক্লবা অনৌবা ঈরাং অসিনা কংগ্রেসকী ফিরেপ হান্নদগী য়াম্না হোংহলক্লে। ১৯৩৯ গী মার্চ থাদা ফমখিবা কংগ্রেসকী "ত্রিপুরী সেসন"দা অনৌবা ফিরেপ অমা লৌরে প্রিন্সলি ষ্টেটশিংগী থবক্তা কংগ্রেসনা খুৎ থিংজিনদবা হায়বদু শেমদোক শেমজিন তৌরে, প্রজাগী ওইবা থবক থৌরম খুদিংদা কংগ্রেস লাপথোক্লরোই হায়রক্লে। চহী অসিমক্তদা লুধিয়ানাদা ফমখিবা ওল ইন্দিয়া ষ্টেটস্ পিপল্স কনফরেন্সতা জবাহরলাল নেহরুবু সভাপতি হাপখি, ব্রিটিশ ইন্দিয়া অমসুং প্রিন্সলি ইন্দিয়া অনীগী ঈরাং পূল্লপ পূনশিন্নখি।

অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও থোক্লকপদা রাজনীতিগী ঈরাং অসি অম্মক মওং অমা ওইরক্লে। কংগ্রেস মিনিস্ত্রিশিং থবক্তগী পোথানরে, সরকারনা "দিফেন্স ওফ ইন্দিয়া রুলস" কী শক্তিশিং পার্য়শিনখ্রে। ষ্টেটশ্রিংদনা রাজনীতিগী ঈরাং অসুম অসুম কনশিল্লকই, নমথবা ইঙম ঙমলক্লে। ১৯৪২ দা "ভারত থাদোক্লো" (ক্টীৎ ইন্দিয়া) আন্দোলন কনখৎলক্লে, মতাঙ অসি য়ৌশিল্লকপদদি কংগ্রেসনা ব্রিটিশ ইন্দিয়া অমসুং ইন্দিয়ান ষ্টেটস্ হাযবগী খেন্নবা থমদনা ষ্টেটশিংদা তৌরিবা প্রজাগী অন্দোলনশিংদা পাক্লিং হেনা লপশিল্লক্লে। প্রজাশিংনসু "রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট" আন্দোলনগী মথক্তা ভারতকী "স্বাধীনতা" আন্দোলনদা মকা ফোংনা, থৌনা লৈনা য়াওনরক্লে। মখোয়না মখোযগী লমদগী ব্রিটিশ চৎখ্রো হায়বা দাবীতা নৎতনা ষ্টেটশিং অসিবু ভারত জাতিগী খাহদোক্লবা য়াদ্রবা ভাবতবাসী ঙাক্তনি হায়না লাউনরক্লে। লান লোইরকপা মতমদা ষ্টেটশিং অসিগী ফিরেপ মপূং ওইনা খন্ন-নৈনরক্লে।

জাতি অপৃথগী ওইনা খন্ন নৈনবকপদা থৌদাং চাউনা লৌরল্লিবা লুচিংবশিংগী মনাংদা সবদ ব পেটেল, য়াম্না শক্তি লৈরবা মী ওই অমা ওইরক্লে। হান্নগী বাখল্লোনদি "ব্রিটিশ পেবমাউন্সাস" লৈত্রবা মতমদা ষ্টেটশিং অসি মনীং মখা তম্না লৈবাক অমমম ওইহনোদনা হানবাসান। বাখল্লোন অসি পৃমহোং হোংদোকখ্রে। ষ্টেট অয়াম্বদা শক্তি থীনা চিংনবকপা, পাম্নোমগা পাম্নোমগা খানববকপা, প্রজাগী মৈ হৌনা চাকশ্বংলাক্লিবা ঈরাং, নীংতম্না লৈবাক অমা ওইবদা চংদনা য়াদ্রবা মচাকশিং দিফেন্স (খ্রাক শেনবা) কম্যুনিকেসন (লম্বী থোং) অমসুং করেন্সী (শেল মযেক -লম্লোন ঈতিক) অসিনচিংবগী অৱাবা কয়া থেংনগদৌরিবশিং পৃম্নমক অসি খস্তনরবা মতুংদা "ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এসেসন" (পৃশিন্নবগী সান্ধি) দা সহি তৌবা য়াওনরক্লে।

ত্রাবাঙ্কব, জনাগড়, কাশ্মীব অমসুং হায়দরবাদনচিংবা ষ্টেট খরদি তৌনরাক্লিবা ঈরাং অসিদা নাচুংদনা অদুম লৈথোকই। অদুবু মমৈদদি হায়দরবাদ মখক্তমক সহি তৌদনা লৈহৌই, অতৈদি ঈবাং অদুনা অদুম চেম্নদনা পুখরে। মণিপুর অসিমকসু জুলাই ২,

১৯৪৭ তা ভারত সরকারগা "স্তেন্দস্তিল এগ্রিমেণ্ট" (মনুংদা য়ানবা চে) তা সহি তৌনরবা মতুংদা থা অসিগী তারিখ ১১ মক্তদা "ইন্সট্রুমেন্ট ওফ এসেসন" দা মতম অদুগী মহারাজনা সহি তৌখি । হায়দরবাদকী নিজামমকসু নবেম্বর ২৯, ১৯৪৭ তদি সহি অদুম তৌহল্লবনি ।

মতম অদুদা খ্বাইদগী পীকপা নিংথৌ পানবা লৈবাক রাজকোর্টনি, মীশিং ৭৫,০০০ রোমতনি; খ্বাইদগী চাউবা নিংথৌ পানবা লৈবাক্লা হায়দরবাদনি । লৈবাক অনীসিদা থোকখিবা ঈরাং, ভারতকী নিংথৌপানবা লৈবাক খুদিংগী লমজিং লমতাক ওইবা য়াবগী মওংনি । লোয়ননা, ভারতকী নীংতম লানফমশিংদগী লাপ্লা লৈখ্রবা চংথোক-চংশিনগী খুদোং চাদবা কয়া লৈবা চীংলোন কয়ানা কোয়শিনবা তস্পাক্কা লোয়নবা মণিপুর ষ্টেটকী ৱারীসু অনৌবা মথেল অমদি শোয়দনা ওইফম থোকই । সিমানাগী, জাতি মচা মচা কয়াগী ৱাথোক লৈবা মণিপুরনি, অদুবু কাশ্মীরগুম্না ভারত অমসুং পাকিস্তানগী মরক্তা চয়েংনবা ৱাথোক কয়া পাকশন্না খণ্ডনখিবদি নত্তে, অদুবু তুংদা লাকপা য়াবা ভারতকী অৱাং নোংপোক্কী রাজ্যশিংদা থোকলকপা য়াবা অকিবা থৌদোক কয়াগী হৌরকফম অমদি লোন্না চীক্লা অদুম ওইখিবনি । অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও মতমদা ঈঙ্গিৎ খরদি অদুম মখণ্ডনখ্রবনি ।

X X X

মথক্তসু পনখ্রে, রাজকোট - কাথিয়াৱার উপদ্বীপতা লৈবা পীকখ্রবা নিংথৌপানবা লৈবাকমচা অমনি, মতম অদুদা মী লাখ তংখাই অমতা লৈরির্বনি । অদুবু ষ্টেট অসিগী মন্ত্রি মণ্ডলদি য়াম্না চাউই নোংচুপথংবা ব্রিটিশ ইন্দিযাগী ষ্টেট পুম্নমক মফম অসিদগী ব্রিটিশনা য়েংশিনফম ওইরিবনি ব্রিটিশ পোলিতিকেল এজেন্তকী লৈফমনি । ১৯১০ দগী ১৯৩০ ফাওবা পানখিবা নিংথৌ লক্ষজীরাজ মবৈবাকপু চাউখৎনবা হীরম খুদিংদা লমজিংলম্বা মতিক লৈবা লুচিংবনি । লৈবাক অসিগী নিংথৌবু ঠাকুর সাহিব হায়খণ্ডনৈ । লৈবাক্কী শেম্থোক লম্বীদা, মহৈ মশিং তম্বদা অমসুং রাজনীতিগী জ্ঞান লৈহনবদ ঠাকুর সাহিব অসিগী থবক কয়া মমল লৈনা লৌনৈ । মাংলৎ ওইনা প্রজাগী ভোট ফংলক্লবা মেম্বর ৯০ গী এসেম্বলী "রাজকোট প্রজা প্রতিনীধি সভা" মহাক্লা লিংখৎখি, সভা অসিগী ৱারেপ মহাক্লা মতম পুম্নমক্তা ইকাই খুম্নৈ । মতম অদুগী অণ্ডকপা থৌওং অমনি, তশেংবদি প্রজাশিংদা রাজনীতি তম্বীবনি হায়না লৌনৈ । ঠাকুর সাহিব অসি জাতিগী ৱাখল্লোনদা (নেসনেলিজম) থৱায় লুপচৈ । ১৯২১ দা ইহান হানবা ওইনা রাজকোটতা কাথিয়াৱাব পোলিতিকেল কনফবেন্স তৌহল্লি, প্রজাশিংগী মীহুৎ ওইনা

লুচিংবা কয়া শরুক যাহল্লি, মাসু লৈবরা মণশুখলাল মেহতা, অমৃতলাল শেঠ অচৌবা থৌদাং যাহল্লি, বিঠলভাই পটেলবু সভাপতি ওইহল্লি। ১৯২৫ দসু অমুকহন্না ভাবনগরদা কনফরেন্স তৌহল্লি। সেসন অনীমক্তা নিংথৌসু শরুক যাদ, লম দানা তৌবতা নংতনা জাতিগী ঈহৌদা মশামক যাওশিন্দুনা খাদি শেংলি। ব্রিটিশ পোলিটিকেল এজেন্টকী অথিংবা মতাক্কা থাওইদে. গান্ধীনা যাম্না নীংনে, সিংহাসনদা যমহল্লি, মশামক্কা মযামগা লোয়ননা যস্মীন্নৌ। জবাহরলাল নেহরুনা বাজকোটতা লাকপা মতমদা “পব্লিক বিসেপসন” পীহল্লি।

লাইবক থীবাদ, নিংথৌ অসিনা লৈখিদ্রবা মতমদা মচা ইবুংঙো ধমেন্দ্র সিংহগী মতমদগী হৌবে। মচা ইবুংঙো অসিদি মপাগী শতং শওং পুন্নমক্কী ওন্না তেনবনি। লুংচাইথোকপা যাম্না পামজে, লৈবক্কী ভাব পুম্নমক দেবান বীববালাদা শীন্নথোকই। দেবান অসিসু অনৌবা ঠাকুর অসিনা পামজবা অদু তদা পূক্লিং চংডে। মদুগী ফল থুনা যংলক্লে, ষ্টেটকা শেল থুমগী ফীভম যৎচিল্লক্লে, মরু ওইবা শেন্দ ল লম্বা পুম্নমক লন্নাই মী ওইশিংদা লোইনা শীন্নবে কঙ্গে। পোৎ চৈগী মমল খংবা বাংখৎপ্রে, প্রতিনিধি সভাগী মবা চৎনবক্লে।

ফীভম অসিদা বাজনীতিগী লুচিংবশিংনা ভূমিন্না লৈথোকপা ঙম্নবক্লে, মখল কয়াগী আন্দোলন তৌনবক্লে। সবকাবগী লশিং কাবখানাদা শীন্নশিংনা আন্দোলন কনশিল্লকই, নুমিৎ ২১ চপ্পা স্ট্রাইক চৎখবকই। অসুম খাণ্ডজিন্দুনা লৈবা থাবক্কুদুনা দবথাবনা শীন্নশিংগী দাবী পীনি, পানিংদনা পীথোকখ্রে। আন্দোলন তৌবনা অসুম্না মায় পাকলক্লবদা মীযামগী ঈহৌ কনখৎনবকই। চঠা নিপালগা মতুংদা কাথিয়াবাব বাজকিয়া পবিষদকী কনফবেন্স পাংথোক্লকই, মীওই ১৫,০০০ হেনবনা শরুক যাই, দবী কয়া থাঙ্গৎনবকই। দবীশিং তাবিবক্লবদা বাজকোট শীনবা থাংনা হড়তাল তৌই। সদাব পটেল চোংথোকই, অদুবু মায়পাখি। দববাবনা ব্রিটিশ বেসিদেন্টতা ব্রিটিশ অফিসাব অমবু দেবান ওইহন্নবা শীন্নলে, অমগী দেবান বীববালাবু ঠাকুবগী প্রাইভেট এডভাইজব হাপ্লে। অসুম্না ব্রিটিশক খুৎ২ তনা থিংজিনহল্লে। সত্যাগ্রহ চংশিল্লকই, মদুবু নমথনবগী শাওদি নোংনা নোংমগী কনাখৎলকই। অদুম ওইনমক কংগ্রেসকা খোতাং হনবা লৈতে, অসুম অসুম কুংশিল্লকই।

১৯৩৮ গী ইলেক্সনদ কংগ্রেসনা মায় পাক্লকপা মবগী লৈভম লাক্লে। মসি উবক্লুনা, ভাইসবোই লিনলিথগোনা সর্দাব পটেলগা যানচে অমা সাহ তৌননবা থৌবাঙ তৌবকই। দববাবনদি থৌবাঙ অসি যানিংদবনি, মবমদি যান চে আসদা ঠাকুবগী “প্রিভি পস” (নিংথৌদা পীগদবা সবকাবগী শেনফম) অকক্লবা চাংদা থমলকপা, মেম্বব তবাগী

কমিতি অমা শেমদুনা প্রজাশিংদা শক্তি কয়ামুক লৈহন্নবগী রিফোর্ম কয়া থাঙ্গৎহনবগী ৱাফমশিং য়াওরি। ঠাকুরনা সর্দার পটেলদা কমিটিদা য়াওননবা মী তরেৎকী মিং পীখৎলক্ল বা চিঠি ইরকই। চিঠি অদু ফংবগা সত্যাগ্রহ লেপখি।

ঠাকুরগী থৌশীলদা ব্রিটিশ সবকারনা খুৎ অমুক কন্না থিংজিল্লক্লে। সর্দার পটেলনা থাঙ্গৎলকপা মিংশিং খন্নবা য়ারোই, রেসিদেন্তকা তান্নরগা চৎথগদবা থবক্লি হায়রকই। সর্দার পটেলনা থাগৎচরক্লবসু লৌখিদ্রে ব্রাহ্মণ অমসুং বনিয়াতমক য়াওরকই, রাজপুট, মুসলিম অমদি অতোনবা জাতিগী মীহুৎ য়াওরক্তে হায়র্জিন্দুনা ককথৎখি। ১৯৩৯ গী জানুৱারীদা সত্যাগ্রহ অমুক হৌরে। সত্যাগ্রহীশিং বীরৱালানা ঙমজবী মওংদা ওৎ-নৈখি। ওৎ-নৈখিবশিং অদুগী মনুংদা গান্ধীগী নুপী কস্টুর্বা অমসুং সর্দারগী মচানুপী মণিবেন পটেল য়াওরি।

ফীভম হেন্না ফৎচিল্লক্ত্রে. গান্ধী যাওশিল্লক্লে, সত্যাগ্রহ তোল্লগা ৱারী শাননবগী লম্বী শীনদোক্লরে। অদুবু ৱাবী শানবদা করিসু কান্নবা ফংদ্রে। গান্ধীনা শিদ্রিবফাওবা চরা হেনবা হৌরে। ভাইসরোইনা ভারতকী চীফ জষ্টিসপু য়েৎনরিবশিং অদু য়েংশিলহল্লগে হায়রক্লবদা গান্ধীনা চরা হেনবা লেপখি। অদুবু চয়েৎনবদি অসুম অসুম হেঙ্গৎলকই। রাজপুট, মুসলিম অমসুং মুহম্মদ অলি জিন্না অমসুং বি আর আমবেদকার য়াওশিল্লকই। মতাঙ অদুদদি দরবারসু ভাইসরোইসু অমুক তূমিন্না লৈশিনখ্রে।

গান্ধী ভাব তারক্লে। ব্রিটিশনা ঠাকুরদা নম-হাদুনা য়াহন্নবা হোৎনরিবা অদুনা গান্ধীগী ফিরেপ হোংলে থম্মোয় জয় তৌবনা ফরে হায়না লৌখ্রে। য়ান-চে সহি তৌনবগী ৱাফম তোকথোক্তুনা অরেম্বদা মতম মাঙহল্লুরে হায়না ভাইসরোই, চীফ জষ্টিস, মুসলিম অমসুং বাজপুর্টশিংদা লাম্লে হায়জখ্রে, ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মখুৎতা রাজকোট শীন্নবল্লে। কংগ্রেসকী হান্নগী ফিরেপ প্রিন্সলি ইন্দিয়াদা খুৎ থিংজিনদবা হায়বদুদা অমুক হজ্জিনখ্রে। অদুবু চৈনাদি প্রজাশিংনা ফংহৌই। রাজকোটকী ৱাথোক অসিনা ভারতকী নিংথৌ পানাবা লৈবাকশিংদা মিৎ না শিংনিংঙাই ওইরে, মরুওইনা নোংচুপ ভারত্তা নিংথৌমচাশিংসু মখোয়গী পাঙ্গলদি ব্রিটিশতনি হায়বা খঙলকখি। ব্রিটিশ চৎখ্রবদি মখোয়গীদমক কনানা অমুক লেপ্পীরগনি? প্রজাশিংদি হান্নন নিংথৌশিংবু ওথি-তা ওইনখ্রবনি। ফীভম অসিদগী ভাবতনা নীং খা তল্লবদা ষ্টেটশিং ভারততা পূর্নশিনবদা সর্দার পটেলগী থৌরাঙ লাযহনখ্রে।

X X X

হায়দরাবাদকী ফীভমনা অমুক ইতোপ তোপ্লী। ভারতকী খ্বাইদগী চাউবা নিংথৌ পানবা লৈবাকনি, লম চাউই, মীশিং য়াম্মী। লৈবাক অসিগী নিংথৌবু নিজাম হায়না খঙনৈ। নিজামগী মখাদা লৈরিবা প্রজাশিং লোল অহুম ঙাংবা লমদমগী মীওই ঙাক্তনি। চামগী মনুংদা কুনদিপালনা মরাঠী, কুনদিথোইনা কন্নড় অমসুং য়াঙ্খেনা টেলেগু ঙাংঙি। ১৯১১ দগী ১৯৪৮ ফাওবা নিজাম ওইরম্বা ওসমান আলি খাননা ষ্টেট অসি মশাগী অনীংবা মতুংইন্না শক্তি লৈনা পার্নখিবা নিংথৌনি। মশামক্কী লম, ষ্টেট অসিগী লম চামগী মনুংদা তরানি। অতোপ্পা কুল্লা অমনা খুঙ্গংনি, মহাক্কী "জাগির" ওইনা মখল কয়া থোক্লা লৈরির্বনি। অহানবগী লম অসিদগী লাকপা আয়না কোনুংগী খরচ ওইনৈ, লেমহৌরিবা মফমশিংদগী ফংলকপা আয়না সরকার চলাইরিবনি। অকোনবগী অসিদদি আইনগী ৱা লৈতে, মহাক্লা পাম্বা মওংদা খোমগৎনিংবা শেল নৎত্রগা পোৎ-চৈ খোমগৎলিবনি। নমদুনা মীনাই ওইহনবগী চৎনবী "বেথি" হায়বসিসু অদুম পাক শন্না চৎনৈ। নিজাম অসিনা হিন্দূশিংগী সংস্কৃতি অমসুং ধর্মগী থবক্তা য়াম্না ওৎ-নৈ। উর্দুবু কোর্টকী লোল ওইহল্লি, লোল অসি চাউখৎনবা য়াম্না কন্না হোৎনৈ, ওসমানিয়া বিশ্ববিদ্যালয় লিংখর্লি। ষ্টেট অসিগী অতৈ লোল টেলেগু, মরাঠী অমসুং কন্নড়নচিংবদি করিশু থৌশাবিদে, লোলশিং অসি তম্বা শিক্ষাগী সংস্থানশিং নমথনবা হোৎনৈ। সবকারগী অৱাংবা ফমশিং মুসলিমগী ওইনা মশিঙ য়ামহল্লি। ১৯২০ দগী হৌনা লিংখৎখিবা "আর্য্য সমাজ" মুৎথৎনবা হোৎনৈ, পূজা তৌফমশিং থুগায়। হায়দরাবাদতি মুসলিম ষ্টেট ওইগদবনি হায়বা ফিবেপ মতম পুম্নমক্তা লৌই। ১৯২৭ তগী মুসলিমশিংতগী ওইবা সংস্থান লিংখৎতুনা দক্ষিনাত্যদা "মুসলিম ষ্টেট" পাকথোক চাউথোকহন্নবা মহাক্লা লুচিংঙি, মকোকসু নিজামতনা ওইহন্নবা হোৎনৈ।

অতৈ নিংথৌ পানবা ষ্টেটশিংদা প্রজাশিংগী ঈরাং হৌরক্লিবা অমদি ওৎ-নৈরক্লিবা মযাম অসি খাঙজিন্দুনা অসুম লৈবা ঙমনরক্তে। অদুবু হায়দরাবাদ ষ্টেট মনুংমক্তদদি অথংবা কয়া লৈখিবনা প্রজাগী ঈরাং মশক নাইনা কনখৎহনবা ইঙম ঙমখিদে। মসিনা মরম ওইদুনা মপান্দগী রাজনীতিগী নোংলৈ-নুংশিৎ কন্না শীৎচিনবা হৌরক্লে। ১৯২০-২২ গী "নন-কোওপরেসন" অমসুং "খিলাফৎ" আন্দোলন ষ্টেট অসিদা শক্লোন নাইনা চংশিল্লক্লে। মতম অদুদা কন্না পান্নরক্লিবসি তরেং নাইবা, নেসনেল স্কুল লিংখৎপা, য়ু থকপা থিংবা, অমাংবা জাতি (হরিজন) সমাজনা লৌশিনবিবা, গান্ধী অমসুং আলি মচিন মনাওগী ফোটো য়াওবা বেজ থেৎপা, হিন্দু-মুসলিম অমতনি হায়বগী খোল্লাউ অসিনচিংবনি। লোয়ননা, খাজনা কা হেন্না লৌবা, ধর্মগী অমদি সংস্কৃতিগী থৌরমদা সরকারনা খুৎ থিংজিনবদা য়ানিংদবা কয়া, কন্না মথি ফোংলক্লবনি।

মতাঙ অসিদা টৌলিঙ্গনাদা সংস্কৃতিগী ঈহৌ য়াম্না কনখৎলকই “ অন্ধ্র জন সংগ্রাম” লিংখৎলক্লে, মমৈদা “অন্ধ্র মহাসভা” ওনখ্রে। সংস্থান অসিনা হোৎনজবিবদি টেলেগু লোল অমসুং সাহিত্য চাওখৎনবা হায়দুনা লাইব্রেরী এসোসিয়েসন শেম্বা, স্কুল অমদি লাইব্রেরী লিংখৎপা, পাউ-চে অমসুং চেফোঙ ফোঙবা, বিদ্বার্স সোসাইর্তিশিংদা পুরি থৌগৎপা অসিনচিংবনি। মহাসভা অসিনা ১৯৪০ ফাওবদি বাজনীতিগী ওইবা খব পায়খৎখিদে।

১৯৩০ ৩২ গী “সিভিল দিসওবিদিয়েন্স মুভমেন্ট” তৌবকপদা ষ্টেট অসিগী নহারোল কয়া ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মফমশিংদা চত্তুনা যাওকই। মখোয়না ভাবতকী অতৈ প্রজাশিংগা তোংন-তিন্নরুই, জেলদা চংমিন্নবা কযাসু যাওখি। জাতিগী ওইবা বাখল্লোন কয়াদা পুন্না শরুক য়ামিন্নরুই। অসুম্না মখোযগী পুক্নিং অসুম অসুম চেংশিল্লকই। ১৯৩৭ তসু ষ্টেট অসিগী মফম অনীদা মশা-মশাগী সংস্থান লিংখৎলক্লে অমনা মহারাষ্ট্র পরিষদ, অতোপ্পনা কন্নড় পরিষদনি। ১৯৩৮ দা মফমশিং অসিগী লুচিংবশিং পুনশিন্দুনা ষ্টেটকী ওইবা হায়দরাবাদ ষ্টেট কংগ্রেস শেমলে। মমিং কংগ্রেস হায়জ বব অপুনবা সংস্থান অসি ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসকী মশা অমদি নত্তে, অদন লৈনবিব মরিদি যাম্না নকশিন্নবনি। অদুবু, মীযাম্না অনৌবা সংস্থান অসি মযেক শেংন খঙহল্লক্লিভৈদা নিজামগী সবকাবনা থিংজিল্লকই, হিন্দুশিংগীনি, যাওযম থোকপ মুসলিম কযা য়াওদে হায়না শন্দোকই। সরকাবনা বাবী শানবা হোৎনক্বদু কাংখিদে সত্যাগ্রহবোমদা চংশিলক্লে। আন্দোলন অসিগী লুচিংবা স্বামী বামানন্দ তীর্থনা। স্বামী অসি মবাঠী লোল ঙাংঙি, নন-কোওপবেসন আন্দোলনগী মতমদা লাইবিক তং তোক্লকখিবনি, অদুবু মখা তানা নেসনেল স্কুল অমদি কলেজদা মখা তমগে [illegible] অমসুং শোলাপুরগী ট্রেদ ইউনিয়ন লুচিংবা অমা ওইনা হৌবকই, মমৈদা হায়দরাবাদতা থৈদুনা নেসনেল স্কুলগী মওংদা স্কুল লিংখৎলি। পুক্নি মবেন্দা গান্ধীগী শাজংনি, ৱাখলগী লমজিংনা জৱাহরলাল নেহরুনি। অহল-লমনশিংনা মকা হংলোং ফোংনরক্লবদা ১৯৩৮ দদি সরকাবগা লাম্বা তৌনবা চোংথোরকপা প্রজাশিংগী লুচিংবা অমা স্বামী অসিনা ওইরে।

হায়দরাবাদ অমসুং ঔরাঙ্গবাদ শহর অনী অসিদা ষ্টেট কংগ্রেসনা সত্যাগ্রহ কযা মথং-মথং কন্না চংশিল্লকই। গান্ধীনা ওইবক্লিবা মওংশিং কুপ্পা শেন্নদুনা লৈখি, ষ্টেটকী প্রধান মন্ত্রি সার আকবর হাইদারীদা তোয়না চিঠি ই। থা অনী চংথবক্লবা মতুংদা ১৯৩৮ গী ডিসেম্বর থাদা সত্যাগ্রহ তোকখ্রে। তোকপগী মবমদি ধর্মগা বাজনীতিগা যেংশিন্নবা অফবা ওইরোই হায়বসিনি। সত্যাগ্রহগী অন্দোলনদা আর্য্য সমাজ অমসুং হিন্দু সিভিল

লিবর্তিজ ইউনিয়ন সংস্থান অনী অসিগী থবক থৌওংশিং জাতি বিজাতি খায়ববোমদা হায়বদি "বিলিজিয়স কম্যুনেলিজম" গী দোষ পাশিন্দুনা মুসলিম সমাজনা লান্না লৌনবক্লে। ষ্টেট কংগ্রেসনা গান্ধীগা কুপ্না ব্রা তান্নববা মতুংদা রাজনীতিগী থবক্তা ধর্মগী বা পশিনদবনা হেন্না ফবগনি খন্দুনা সত্যাগ্রহ তোকপা তাখিবনি। ষ্টেট কংগ্রেসপু হিন্দুশিংগী সংস্থান ওইনা সবকাবনা উবিবসি মযেক শেংহনখিবা তাবনি।

মতাঙ অসিদা "বন্দে মাতরম" গী ঈশৈ অমুক কনখৎলক্লে। হায়দরাবাদ শহরগী কলেজশিংদা ছাত্রশিংনা হোস্তেলদা লাইশোন সভা যম্মদা বন্দে মাতরমগী ঈশৈ কন্না শক্কৎনবকই। মসি সবকাবনা যানিংখিদে। থিংজিনখ্রে। স্তুতিক মথং মথং তৌনবক্লে, অথা অপুন কথা লোয়নবক্লে। কলেজগী ছাত্র কয়া তাম্বোবক্লে। মখোয় নাগপুর বিশ্ববিদ্যালয়দা চেংখ্রে, মফম অদুদা কংগ্রেসনা শক্তি পাযাবর্বনি, ভতিস চাঙ্গেলবনাস মখোযবু তবামনা তৌখি। থৌদোক অসিনা নহাবোলশিংগী অচৌবা লমথিং অমা ওইবে, তুংগী আশা চাউনবক্লে। ষ্টেয কংগ্রেস থিংজিনাখ্রবদগী লম লমগী সংস্কৃতিগী সংস্থানশিং মপাঙ্গল অমক কনখৎলক্লে। মকওইনা অন্ধ্র মহাসভাদা মবিল লৈবা নহাবোল কযামুক যাওশিল্ল ক্লুনা থবক কন্না চংশিল্লকই। ১৯৪০ গী অদুব্রাহৈদদি কম্যুনিস্ত পার্টিগা খুৎশম্নব ক্লুনা রাজনীতিগী খোঙথাংদা অকনবা ঈনোৎ পীবক্লে। লাইববা লৌউবা ময়ামগী মাযগেদা আন্দোলনগী মৈবী অসুম অসুম চুশিল্লক্লে। অনাশুবা লাঙ্গাও থোকলকপদগী সবকাবনা অথিংবা কয়া অমমুক হাপচিল্লক্লে। মী কয়া অফা অপুন তৌবকই। গান্ধীনা খঙ্গৎচবা মী তরুক যাওনা স্বামী বামানন্দ তীর্থ ১৯৪০ দগী ১৯৪১ চহী লোইবা যাওবা ফাজিন্দনা থমখি। মতম অদু গান্ধীনা লৈবাক পুম্বগী ওইনা অকনবা খোঙজংদা থবাথ যাম্না য ওশিনখিবা মতাঙনি, ষ্টেটকী ওইবা থবকশিংস থৌবাঙ অদুদা পুনশিনবা যাবা পম্নমব পুনশিনাখবনা ষ্টেট অমগী ওতনা থবক থৌবমদ মতম খবা লেপহনখি।

১৯৪২ ওগষ্ট থাগী "ভারত থাদোক্লো" আন্দোলনদা ব্রিটিশ ইন্দিয়া অমসুং প্রিন্সলি ইন্দিয়া অনীগী খেন্নবা হমদ্রে। ভারতনাসী খুদিংমক যাওবা তারে। ওল ইন্দিয়া ষ্টেটস পিপলস কনফরেন্সতা গান্ধী অমসং নেহরু অনীমক কন্না হায়রম্বা "রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট", "ভারত স্বরাজ" অমসুং "ষ্টেট পুম্নমক ব্রিটিশ ইন্দিয়াদা পুনশিনবা" হায়বা পান্দম অহুম অসিদা অপনবা শক্তি অমা চাউনা শাগৎলে। আন্দোলন অসিদা হায়দরাবাদকী নহাবোলশিং থৌদাং চাউনা যাবে। নুপীশিংস সরোজিনী নাইডুগা লোয়নবা মখাদা অকি অখণ্ড লেতনা চেংথোক্লবকই। কম্যুনিস্ত পার্টিদংদি আন্দোলনা অসিন [illegible] খ্রুদ, মবমদি পৃথিবীগী লাঙ্গাওদা ভারতনা ব্রিটেনগা মতোং পানবা তায়বস

মখোয়না য়ানিংদে। মদুগী মহুত্তা "প্রজাগী লাঞ্জাও" (পিপলস ৱার) হৌরকই। ৱাথোক অসি কনখৎলক্তুনা অন্ধ্র মহাসভা অনী থোক্লা কায়রে। ১৯৪৪ য়ৌরকপদা কম্যুনিস্তশিংনা মহাসভাগী মরুওইবা শরুক ওইরে, অদুবু ১৯৪৫ দা ফিরেপ অসি. অমুক শেমদোক শেমজিন তৌনৈ।

১৯৪৬ লোইরমদাইদা নলগোণ্ডা, ৱারাঙ্গাল অমসুং খম্মামগী মফম কয়াদা লৌমীশিংগী আন্দোলন কনখৎলকই। মহৈ-মবোংগী পোৎথোক্তা নমদুনা খাজনা লৌবকপা, মীনাই ফুঙ্গা লিংবা, আইনগী ৱাংমদা লম লৌশিনবা পুম্নমক অসিগী লান মহাজনশিংগী গুন্দাশিংগা "সংঘম" হায়না খণ্ডনরক্লবা অন্ধ্র মহাসভাগী লৌমীশিংগা হাৎন-শুনরক্লে। মমৈদা ষ্টেট পুলিসকা লৌমীশিংগা চৈতুপ ৱাতুপ, নুংনচিংবা খুৎলায় শীজিন্নদুনা হিংসাগী মথি ফোংনরক্লে। ১৯৪৬ তা আন্দোলন অসি য়াম্না ৱানা নমথখি, মী লিশিং লিশিং ফাজিনখি, ফুখি, হাৎখি, লুচিংবশিং জেল মনুংদা নমশিনখি। টেলিঙ্গনাগী লৌমীশিং মীৎকপ ফজনা থোক্লে।

১৯৪৭ জুন ৪ দা ভাইসবোই মাউন্তবেত্তননা ওগষ্ট ১৫ দা ব্রিটিশনা ভারত থাদোক্লগনি হায়না প্রেস কনফরেন্স অমদা লাউথোকই। জুন ১২ দা নিজামনসু লাউথোকই "ব্রিটিশ পেরামাউন্তসি" লৈত্রবদি মহাক মনিং মখা তম্লবা নিংথৌ অমা শোয়দনা ওইরগনি। মসিনা তাক্লিবদি মহাক ইন্দিয়ান ইউনিয়ন্দা য়াওবরোই হায়রবসিনি। জুন ১৬ তগী ১৮ ফাওবা হায়দরাবাদ ষ্টেট কনফরেন্সকী সেসন ফমদুনা ইন্দিয়ান নেসনেল কংগ্রেসনা মপুংফানা শৌগৎলদুনা, নিজামগী মায়য়োক্তা লৈরে; ইন্দিয়ান ইউনিয়নদা তিনগনি, "রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট" থমগনি হায়বা দাবী ময়েক শেংহল্লে, মীয়ামগী পূক্নিংদা অচেৎপা ফিবেপ লৈহল্লে। সত্যাগ্রহ আন্দোলন পাকচাউনা থৌরাঙ তৌরে। ওগষ্ট ৭ তা "জোইন ইন্দিয়ান ইউনিয়ন ডে" (ভাবত্তা পূর্নশিনগদবা নুমিৎ) গী থৌরম জয়প্রকাশ নারায়ণ য়াওনা পাঙথোকই। নহা, অহল, নুপী-নুপা খাক্তনা অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মওংদা থৱায় যাওনা পাংথোরকই। অফা অপুন, ওৎ-নৈবদি খুরক হাংখিদে। ওগষ্ট ১৩ দা নিজামনা জাতিগী ফিরাল হাইগৎপা থিংখি। অথিংবা অসি আন্দোলনগী লুচিংবাশিংনা শীঙনৈ। মদুগীদমক ১৯৪৭ ওগষ্ট ১৫ গী অয়ুক অঙনবদা স্বামীজী অমসুং মাগা লোয়নবশিং ফাজিল্লি। অদুবু "হায়দরাবাদ স্টুডেন্তস ইউনিয়ন" গী ছাত্র ১০০ না, চেকশিন্না ঙাকশেল্লিবা মযাম অদু নমথেক্তুনা "সুলতান বাজার" দা হায়নখিবা মতমদা জাতিগী ফিরাল পাইহল্লি। মথংগী নুমিৎ কয়াদসু মওং কয়া শীজিন্নদুনা জাতিগী ফিরাল থেৎপা ট্রেন কয়া নক্লবা লমশিংদগী হায়দরাবাদ য়ৌবা ফাওবা থৌজিল্লকই। থবক অসিদা থৱায় য়াওনা মায়পুর্নখবশিংদি

ছাত্রশিং অমসুং নুপীশিংনি । অদুবু নিজাম সরকারনা করিশু নাচুংবা লৈতনা প্রজাগী ঈহৌ অসি হিংসা শীজিন্নদুনা নমথনবা হোৎনৈ । "রাজাকার" হায়না খঙনবা "পেরা মিলিটরি ফোর্স" থাজিন্দুনা ঈবাং তৌরিবা মীয়াম তকখায়রল্লি, খুল খুলদা আর্মী কেম্প লৈহল্লি, খুৎলায় পুরগা থিবা হুম্বা কয়া তৌহল্লি । নম নমদুনা অৱাবগী শক্তম ওইহল্লি ।

নভেম্বর ২৯,১৯৪৭ তা ভারত সরকারগী "স্তেন্দস্তিল এগ্রিমেন্ত" তা নিজামনা সহি তৌরে, অদুবু প্রজাদা ওৎ নৈরদি অমুক হেঙ্গৎলে, রাজাকারগী মীহাৎ মীপুন হেন্না কনশিনহল্লে । মী লিশিং লিশিং ষ্টেট অসি থাদোক্কুনা যুমলোন্নবা ষ্টেটশিংদা চংজফম ওইনবে । মখোয়সু মফমশিং অদুদা খুৎলায় তম্বা হৌবে, রাজাকারশিংগা মায়যোক্নদুনা লান্থা তৌনবা শেম শাবে । থবক অসিদা কম্যুনিস্তশিংনা থৌদাঙ চাউনা যায়, মখোয়গী অকনবা মফমশিং নলগোণ্ডা, রারাঙ্গাল অমসুং খন্মামদা ট্রেনিং পা, লাল্লোং তম্বী । নিজামগী সরকারতা নৎতনা মহাজনশিংগী মায়যোক্তসু খুৎলায় থাননবা থৌবাং কয়া পাকশন্না তোৎনৈ । মহাজন কয়া মাগী মাগী লম শুন্দোক্নদুনা চেন্নবে, হুন্দোক্লব্লা লমশিং অদু লৌমীশিংদা যেন্থোকই । ষ্টেট কংগ্রেসসু খুৎলায় পায়র তম্বীরক্লে, ষ্টেটকী মতাই মতাইদা অমসুং কম্যুনিস্তশিংনা লৈরিবা মফমশিং অদুগী ৱাংমদা খুৎলায় তম্ফম শেমগৎলকই । মতম অদুদা নিজামগী জেলদা সত্যাগ্রহী ২০,০০০ হেন্না লৈরি, মসিদগী হেনবসু মপান্দা আন্দোলন লেপ্তুনা চৎথরি ।

১৯৪৮ গী সেপ্তেম্বর থাদদি, যনা তৌদনসু নিজামনা ইন্দিয়ান ইউনিয়নদা যাওনিংদ্রে হায়রসি মখেক শেংলে । চহী অসিমক্কী সেপ্তেম্বর ১৩ দা ভারতকী লাশ্মী থাজিল্লে, সেপ্তেম্বর ১৮ দা নিজামনা চঙজবে । ইন্দিয়ান ইউনিয়ন্দা পূর্নাশনবগী থৌবাং মপুঙ ফাবে । প্রজাশিংনা লান্মাশিংবু তবাম্না ওর্কখি । জাতিগা ফিবাল হৰ ওনা চিংশৎলে ।

X X X

মণিপুরসু, রাজকোট অমসুং হায়দরাবাদকুম্না যেলহৌঙৈদগী নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইরকই । লম্বী থোং খুদো চাদ্রবা ভারতকী অরা, নোংপোক চিদাইর্দনি, বমাগা (হৌজিক্কী ম্যানমার) নুমলোন্নাবর্বনি । চীংনা ইকোয় কোর্যাশল্লগা মযায়দা তম্পাক লৈবা লমদর্মান (শকক ৪ গী মনুংদা চীংনা শকক ৩ নি) সমুদ্দগী যাম্না শাপ্পী, বেল লম্বীগী খুদোংচাবা লৈতে । ভারতকী অতে লমশিংগদি লায়বদনা, যুমলোন্নবা লমদর্মাশিং

আসাম, খাসী চীং, নাগা চীং, লুসাই চীং, কাছার, ত্রিপুরা অমসুংং বর্মা (অঙনবা মতমদা "অৱা লৈবাক", নংত্রগা "কবো" হায়না খঙনখিবা) অসিনচিংবগসু লম্বী চৎথোক-চৎশিন অরায়বা নত্তে, মনুংমক্তদসু চীংগা-তমগা য়াম্না নকশিন্নবা ঙমদবা মফম কয়া লৈরিবনি। তম্পাক্কী লমদনা মী কুংনা তাই (তম্মীনা শরুক তরাগী মনুংদা মাপল্লোমনি) শক্তি লৈবা অঙম-অথৌশিং, নিংথৌনচিংবতনা মনাই মশল পুদুনা থৌরাঙ চাউনা চাউনা তৌরগা চৎনরম্বনি, লৈরম লৈবক্না মীশিং পোৎথাঙ পুনহল্লম্লিবনি। মফম অসিগী পোৎথোক চাথোকসু কোল-কাবখানাগী নত্তে, য়াম্না হন্দবা থাক্কী লৌউ-শিংউবগী লমদমনি, খোংদগী থোকপা ধাতুনচিংবসু মশক থোক্না লৈবা নত্তে। মফম অসিগী নিংথৌ ওইবা নৎত্রগা শাসন তৌবা খক লায়না থো কবা মফমনি। মহৌশাগী খুৎশেমতনা মশাগী নীংতম্বা ঙাকচনবগী অচৌবা পাম্বৈনি। লানগী অফবা খুৎলায বোম, তোপ, নোংমৈ, গাড়ী অমসুং অথুবা পাউজেলগীদমক দবকাব লৈবা বিজ্ঞানগী খুৎলাযশিং, মশাগী ওইনা লৈজবা নত্তে, লোয়নমক মপান্দগী পুশিল্লকপা তার্বনি। খুৎলায়শিং অসি পুশিল্লকপতা নৎতনা সভ্যতাগী কান্নবা হেন্না ফংখ্রবা মপাল্লমগী হবা নুংশিৎ, মহৈ-মশিং, চৎনরোল-লৈঙাক্লোন ধর্মনীতি, অর্থনীতি, সমাজ সংস্কৃতিনচিংবা খঙজিন-হৈজিন্নবগীদমক মপাল্লমদা চৎলুবা তায়, মফমশিংদুগী মীওইশিং চংহল্লকপা তায়। লমদম অসিগী মীচম প্রজাশিংনদি লম্বী-থোং নাতে চাদবনা মবম ওইদুনা লল্লোন ঈতিক্কী থবক্তা হৈ-শিংবা ঙমখিদে। পাৎ-তুরেল মচা খরদা হি-হোল্লগা, লম্বী থোং ফংখিদ্রবা মফমশিংদা যলগাড়ী নৎতনা কাংপোৎতনা করি তৌবা যাগনি ? শগোলসু মবাং কায়না লৈবা নত্তে, চীংগী লমদমদদি খোঙ নৎত্রগা মীনা পুবা দোলাই পুম্নমক অসি অৱাবা ঙাক্তনি। অচৌবা শক্তি অমনা লান্দারকপদা ইলায লাযনা থোক্লিবনি; ফী ভম অসিদা নীংতম্বা ঙাকপা হায়বসি ঈশ্বরগী মফমদা অসুম শীন্নথোক্কুনা লাকখিবনি। মবম অসিমক্তসু তম্পাক্কী লমদা অনৌবা ধর্ম কয়াগী লৈহাও চেল্লবা মফম ওইখিবনি। চীংদসু অদু মঙাই লাইরোন-তীল্লোনতনা পৃঙ্গিগী ঙাকলৌ ওইখিবনি।

মণিপুরগী নীং-তম্বগা য়াম্না মরী নকশিন্নখিবা থৌদোকশিংগী মনুংদা মতাঙ মরিদি য়াম্না মরু ওই। অহানবদা চহী তরেৎ খুন্তাকপা (অৱালান) ১৮১৯-১৮২৫, অনীশুবদা খোংজোম লান ১৮৯১, অহুমশুবদা পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাও ১৯৩৯ ১৯৪৫ (অহল-লমনশিংনা জাপান লান হায়না খঙনখিবা), অমসুং মরিশুবদা ১৯৪৭ তা ব্রিটিশনা ভারত থাদোকখিবা অমদি ১৯৪৯ দা মণিপুরনা ভারত্তা তিনশিনখিবা।

অঙনবা মতমদা মণিপুরদা হেক হেক লান্দারক্লিবসি অৱানি, মরক মরক্তা চিনাগী লান পান্বা কাঙবু খাগী হায়বসিসুনি। মণিপুরগী নিংথৌশিংগী মবক্তা ক্যাম্বা (১৪৬৭ - ১৫০৮)কবোম্বা (১৫২৪-১৫৪২) খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) অমসুং গরিবনিৱাজ (১৭০৯-১৭৪৮) অসিনচিংবা নিংথৌশিংগী হাক্তক্তগী অৱাগা মণিপুরগা অয়াম্বা মতমদা অদুম নুংশিনদদুনা লাকখিবনি। ১৭৫৯ দা ভাগ্যচন্দ্রনা অহানবা ওইনা সিংহাসন কাখি। পেনদবা অমদগী চহি অনী ফাদনা ফম থাদোকখিবনি, ময়েক্কীদি চহি মঙা মঙা নিংথৌ খুবম পুনবগী য়ানবা লৈখিবনি। মহাক্লা ১৭৬৩ দা অমুক হন্না তং তানা নিংথৌ হেক ওইবগা মণিপুরদগী অৱাশিং তাম্বোকখিনবা য়াম্না কন্না হোংনখি। অদুবু রাজনীতিগী ফীভম চেংতবা অমসুং অৱাশিংনা নোংমৈ শীজিন্নবা হানখিবনা থবক অদু অরায়বা ওইখিদে। মতম অদুদা ইষ্ট ইন্দিযা কম্পনীগী চিট্টাগোংদা (চট্টগ্রাম) নোংমৈ শানবা ফেক্টরী লৈবে। ফেক্টরী অসিগী খুদোংচাবা লৌননবগীদমক ভাগ্যচন্দ্রনা কন্না হোংনখি। খুংলায়গা লোয়ননা ব্রিটিশ লাশ্মী থাবক্কুনা অৱা তাম্বোকপদা মতেং পাংবিয়ু হায়জকই। ১৭৬২গী জুলাই থাদগী ওক্টোবর থা ফাওবদা য়ান-চেইনৈ অমসুং মতম অদুগী বেঙ্গলগী গর্ভনরগী অয়াবা লৌদুনা ১৭৬৩ জানুৱারী থাদা চিট্টাগোংদা লৈবা ব্রিটিশ কম্পনীগী মকোক মি: হেনরী ভেরেলেষ্টনা লুচিংদুনা ভাগ্যচন্দ্রবু তেংবাংনবা কাছারগী কোনুং খাসপুব ফাওবা চংশিল্লকই। লশ্মী থোং অমদি নোং-চিং য়াম্না তাখিবনা মরম ওইদুনা মণিপুর য়ৌরকপদি ঙমখিদ্রে, খোঙচৎ অদু কান্নখিদ্রে। অদুবু ব্রিটিশকা মণিপুরগা নর্কাশিন্নবা মরী অমদি ইহান হানবা ওইনা লৈনরে।

১৯শুবা শতাব্দী হৌগৎলকপদা অৱা লৈবাক মপাঙ্গল য়াম্না কনখৎলক্লে। ব্রহ্মদেশ হায়দুনা অচৌবা সাম্রাজ্য অমগী আশা তৌরক্লে। বর্মাদা লৈবা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগী মফম কয়া মখোযনা লৌশিল্লক্কুনা বেঙ্গল ফাওবা কিহল্লকই। মার্জিৎ মহারাজনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরিঙৈ ১৮১৯ দা অৱানা লান্দারক্কুনা মণিপুর লৌশিনখ্রে। ১৮২৫ ফাওবা চহী তরেৎ খুন্তাকপা হায়না খঙনদুনা অৱাগী লাশ্মীশিংনা মণিপুরদা ওৎ-নৈদুনা লৈখি। সিংহাসনমক্তি মুনখিদে হাযনা খন্নবা -য়াবা মওং লৈ। অদুবু ইতিহাসকারশিংগী মোত খেন্নবা য়াই।

অৱানা মণিপুর খুদুম চর্নাশিনখ্রবদা মতম মতমগী মণিপুরী নিংথৌশিংনা অৱা তাম্বোকখিনবা ইষ্ট- ইন্দিযা কম্পনীদা লাশ্মী অমসুং খুংলায়গী মতেং পীবিনবা অসুম হায়জদুনা লাকই। অমবোমদা অৱাশিংনা টিলাইনগী লানফমদা ব্রিটিশপু মায়থীবা পীদুনা লুচিংবা কয়া ফাজিনখিবদগী ব্রিটিশনা মণিপুরগী নিংথৌ গম্ভীরসিংহদগী (১৮২৫ ১৮৩৪) মতেং নীবকখি, লোযননা অৱাগী মখুত্তগী মণিপুর কনবদা মতেং পাংনবা হায়রকই। মর্যেগে অনী য়ানববা মতুংদা গম্ভীরসিংহ অমসুং মনাওনুপা নবসিংহ অনীনা মণিপুরদা লৈরিবা অৱাশিংবু মাযথীবা পীখি। অসুম্না মণিপুরদগী অৱা তাম্বোকখিবদা

নৎতনা ব্রিটিশ লুচিংবশিং অৱাগী মখুত্তগীসু কনদুনা চহী তরেৎ খুন্তাকপগী মতম লোইশিনখি।

মতাং অসিদা পনবা য়াবদি চহী তরেৎ খুন্তাকপা হায়রিবা মতাং অসিদা অৱাগী পান্দম নাঁখে শেংদবগুম তৌঁই। মণিপুরবু ওৎ নৈদুনা পূম্মাও মাওহন্নবা- মী, লন-থুম, য়ুম-কৈ, লম্বী-থোং পুম্নমক থনম্নরোই, মিং ফাওবা মুৎহৌরসনু হায়না উৎপা শাজৎ অমা উবা ফংঙি; মায়কৈ অমরোমদা মৈতৈপ্রজা মরক্তগী মীচঙ খোমনবা মখোয়না য়াবা নৎত্রগা য়ানগনি খনবা কনাগুম্বা নিংথেম মচাবু নিংথৌ হাপ্পগী থৌরাঙ ফাওবা তৌবা - হাপসু হাপখিবগী শাজৎ অমসু থেংনৈ। মপূং ওইবা মীৎয়েংদি অৱানা তশেংনা মণিপুরগুম্বা লৈবাক অমবু লৌশিল্লগা মখোয়গী মখা পোনবা নিংথৌ অমা হাপতুনা অরাপ্পদগী শাসন তৌরক্কে হায়বা ৱাখল লৈখিদে। মখোয়না নিংথৌ অমসুং লাম্নীদা চৎকদবা য়েক্লবগী শাজৎ অদুদগী হেন্দোক্তুনা প্রজা মীচম, নুপী অঙাং, অশোন-অনা খাক্তনা অকনবা মলোম অমগা লোয়ননা ইউরোপতা হিটলরনা যীয়ুশিংবু তুমহন্নবা হোৎনবগুম মণিপুরদা মৈতৈপুম্বা তুমহল্লগে হায়বা থৌরাঙগা লোয়ননা ৱাহৈনো ফোঙদোকপা ঙমদবা, শাথীবা মীহাৎ-মীনৈ চহী তরেৎ অদুগী মনুংদা তৌখি। মরম অসিনা অৱানা মণিপুর লৌশিল্লগা লৈবাক ঙাক্তুনা পানগে হায়বগী খুদম উখিদে। অৱানা মদু তৌবা ঙমগদবসু নত্তে। মণিপুর শাসন তৌবা অরায়বা থবক নত্তে হায়বসি মখোয়না হান্নসু খঙলমগনি। মণিপুরবু মখোয়না অরিবা মতমদগী হৌনা য়াম্না কিনা লাক্লিবনি। চহী তরেৎ খুন্তাকপদা অৱাগী মতিক চাজদবা অমসুং মণিপুরগী মুৎপা য়াদবা লু-তাং, য়াংলেন শরুদা য়াওবা মগুন অদু চপ চানা উৎনখি। মসিমক ব্রিটিশ ওফিসারশিংনা য়াম্না কুপ্পা খঙননবা হোৎনখি।

অতোপ্পা ৱাফম অমসু লৈরি। মণিপুরদগী অৱা তাম্বোকখ্রবা মতুংদা ব্রিটিশকা অৱাগা মখল কয়াগী য়ান-চে (১৮২৬ কী য়ান্দাবোগী য়ান-চেনচিংবা) সহী তৌনদুনা লৈবাক শেমগৎ-শাগৎপগী থবক্তা অমদি শাসন ফগৎনবগী থৌরাঙ কয়াদা ব্রিটিশ অসুম অসুম য়াওশিল্লক্নে। অদুবু য়ান্দাবো য়ান-চেদা মহাবাজ গম্ভীরসিংহবুদি সহি তৌহনখিদে। মদু ব্রিটিশকী লৌ অমনি । মহারাজ গম্ভীর সিংহদা শক্তি শিন্নদুনা অৱা তানখায়নবা থাজিনবা মতমদা ব্রিটিশনা মাঙজৌননা মহাকপু মণিপুরদা অমুক হন্না নিংথৌ খুবম লৌদুনা পাল্লু হায়বা ৱা অসি মতুংদা হোংদোক হোংজিন য়াদনবা মওংদা হায়নখিবনি। মসিগী অর্থদি গম্ভীর সিংহনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিবা মণিপুব অদু "সোভরেন পাৱার" অমনি হায়বসিনি।

ব্রিটিশকী ফিরেপ অসি মণিপুরবু চুম্না নুংশিবীবা অর্মাদি মরুপ ওইনা খনবীবগী ৱাদি নত্তে। মখোয়না মশাগী অফ-ফত্ত খঙঞ্জে, অৱাৎপা পুম্নমক উঞ্জে। গম্ভীরসিংহ মহারাজবু মখোয়গী মরুপ ওইনা সম্মান তৌনা মণিপুরদা পালহন্নবনা মখোয়গী ওইনা

ফরগনি হায়না ব্রিটিশনা খনখিবা অসিগী মরম চাওনা লৈ। অৱানা কাছার মনুংচংনা লান তৌরকপদা টিলাইনগী লানফমদা গম্ভীর সিংহনা মতেং পীরমদ্রবদি ব্রিটিশকী শাথীবা মাঙ-তাকপা ওইরমগদবনি হায়বসি ব্রিটিশনা খঙখি।

১৮৩৪ দা গম্ভীরসিংহনা হেক থুপখিবগা মচাইবুঙো নিংথেম পীশক চন্দ্রকীর্ত্তি মশাগী চহী অনীতা ঙাইরিঙেদা নিংথৌ ওইহল্লি, মতোন ইবুংঙো নরসিংহবুনা সেনাপতি ওইনা লৈবাক্কী থবক অয়াম্বা পুহল্লি। মতাং অসিদসু ইতিহাসকী কান্নরবা মচাক লৈরি। মণিপুরদা দেবেন্দ্র সিংহ মহারাজ অমসুং নরসিংহ মহারাজগী মতুংইনবা অচৌবশিংগী মনুংদা কন্না শক্তি মুন্নরকপদগী দেবেন্দ্রনা শাগোন্নরকপা তুংইনবশিংগী মীচং চংদবা য়াদ্রদুনা অতোপ্পা কাঙলুপ অদু নীংবা কায়হনখি। মখোয়বু তুম্মা মাঙহন্নবা থৌরাঙ ফাওবা তৌখি। অতোপ্পা মায়কৈ অদুবু লাকশিনবা নংদ্রিঙেদা মখোয়গী লুচিংবা কুননা কাছারদা চত্তুনা নিংথেম পীশকপু মণিপুরদা পুরকখি। মমিংতা ওইনা মফম খবদা খুৎ থোক্না লাম্ছেংনবগী থবক উখি।

য়ানবা অমগী মখাদা ১৮৩৫ দা ব্রিটিশ পোলিতিকেল এজেন্সিগী অফিস অমা মণিপুরদা ইহান হান্না হাংলে। হান্না মণিপুরদা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনীগী মহুৎ শিনদুনা থবক কয়া তৌরম্লবা লেপ্তেনেন্ট জর্জ গোর্দোনবু পোলিতিকেল এজেন্ট ওইনা মণিপুর সরকারনা তলব পীদুনা থম্লে। মসিসু ব্রিটিশকী অরুবা লৌ-অমনি। নরসিংহ সেনাপতিগা জর্জ গোর্দোনগা য়াম্না চান্নে। গোর্দোননা ১৮৩৭ তা ইহান হানবা ওইনা লামায় ৩৪১ পানবা ইংলিশ, বেঙ্গলী অমসুং মণিপুবী ডিক্সনারী অমা ইরম্মী, লোয়ননা ইংলিশ স্কুলসু লিংখৎলম্মী। শীংথানিংঙাইনি।

অঙাং ওইরিবা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজবু ১৮৪৪ দা মণিপুরগী ৱাংমদা থৈশ্রবদা নরসিংহনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইবে। ব্রিটিশনা চন্দ্রকীর্ত্তি ফম থাদোকখিদে হায়জরবসু মমৈদদি নরসিংহবু মণিপুরগী নিংথৌনি হায়না শকখঙখ্রে। নিংথৌ অসিগী মতমদা মণিপুরদা কুকী কয়ামুক খুন্দাহনখি। মসিদসু ব্রিটিশনা অচৌবা থৌদাং লৌখি।

১৮৫০ দা নরসিংহ মহাবাজনা লৈখিদ্রবদা মনাও ইবুংঙো দেবেন্দ্র সিংহনা নিংথৌ ওইরে। মতম অদুদা চন্দ্রকীর্ত্তিদি কাছারদা লৈরি, মশাগী চহী তরানিপাল হায়রক্লে। গোর্দোনগী মথংদা পোলিতিকেল এজেন্ট ওইরবা মেকলোগনা দেবেন্দ্র সিংহবু নিংথৌনি হায়বা শকখঙলে। অদুবু মণিপুরদা চন্দ্রকীর্ত্তি থুংলবা মতমদা চয়েৎনবা কয়া থেক্লক্লে। মণিপুরগী প্রজাশিংনা নিংথেম পীশক চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মায়কৈদা হুপনা লেপখিবা

মওং উবদগী ব্রিটিশনা মহাক্কী মীচংদা লৈজরবসু দেবেন্দ্র মহারাজ কাছারদা চেনখি। মসিদা ব্রিটিশ ব্লারৌখি, চন্দ্রকীর্ত্তিগী য়েক্লবা ওইখি। হান্না পীগনি হায়না য়ানখিবা কবো তম্পাক্কী ক্ষতিপুরন ব্রিটিশনা পীদ্রে, মসিগী লমন খুম্বা ওইনা চন্দ্রকীর্ত্তিনা ১৮৫০দা ব্রিটিশকা য়েক্লরিবা নাগা কাণ্ডবু অমদা লাম্মী অমসুং খুৎলায়গী মতেং পীখি। মসিদসু ব্রিটিশ সরকারনা হান্ননা শাউদুনা লৈবগী মথক্তা অমুক্কা হেন্না শাউনিংহনখি। চন্দ্রকীর্ত্তিদা কিহনল্লকই -ব্রিটিশ সরকারগী মতেংনা মণিপুর লৈরিবনি, মণিপুরগী নিংথৌনি হায়না শকখণ্ডবা তারবদি ব্রিটিশ সরকারগী মায়য়োক্তা থবক অমত্তা চৎথবা য়ারোই হায়রকই। ব্লাফম অসি ণ্ডাক্লা চৎলিবমখৈ ভারত সরকারনা চন্দ্রকীর্ত্তি অমদি মচা মশুশিং ণ্ডাক শেনগনি, খুৎলায় পীগনি, লোয়ননা অতোপ্পনা নিংথৌ খুবম মুলহনলোই হায়না ময়েক শেংনা খণ্ডহল্লকই। মরক অসিদা ব্রিটিশনা দেবেন্দ্র সিংহবু ঢাকাদা লেংদনা থম্লনবা থৌরাণ্ড তৌখি, মহারাজ অসিবু ঢাকা তাবা হায়না খণ্ডনখি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা পানবা মনুংদা পোলিতিকেল এজেন্টনা শাসনগী হীরম খরদা খুৎ থিংজিনখি। মসি হান্নদগী হায়বদি ব্রিটিশ পোলিতিকেল এজেন্ট লৈরকপদগী অথোই অহেন নাইনা অদুম তৌখিবনি। অদুবু ওইরক্লিবা ফীভম অসিনা মণিপুর অসি মনীংতম্বা লৈবাক অমা ওইজরগসু এশিয়াদা শক্তি য়াম্না কনখৎলক্লিবা ব্রিটিশ সরকারগা খুৎশম্নরবা লৈবাক অমদি শোয়দনা ওইরে। ১৮৫৫ দা ব্রিটিশনা ব্রহ্মদেশ লৌশিনখিবদগী অব্লানা মণিপুরদা অমুকহন্না লান্দারকপগী ব্লাদি লৈরক্লবনা মণিপুরদা ব্রিটিশবু থৌশাদবা য়ারক্তবগী মওংদা লাক্লে। অসিগুম্বা রাজনীতিগী অচৌবা অহোংবা অমা লাকপদগী, মমৈদা চন্দ্রকীর্ত্তি অমসুং ব্রিটিশ সরকার অনীগী মরক্তা অসুম অসুম মরী নকশিন্নরক্লে, শম্না হায়রবদা নুংশিনরক্লে। চন্দ্রকীর্ত্তিনা পাংবা য়াবা মতেং পাংলে। অসুম্না ফীভম ফগৎনরক্লবদা চন্দ্রকীর্ত্তিবু ইকাই খুম্নরদুনা কে সি এস আইগী উপাধি পীরে। প্রিন্সলি ইন্দিয়াদসু ব্রিটিশ ইন্দিয়াদসু ব্রিটিশনা নীংতম আন্দোলন তৌরকপদা নমথনবগী থৌরাণ্ড অমা ওইনা, মনা মথুম কয়া য়েঙ্খোরক্তুনা অচৌ-অশাং অমদি নিংথৌ কয়াবু ব্রিটিশকী মায়কৈদা লৈহননবা মতম অদুদা কন্না হোৎনরিবনি।

মহারাজ ঈশ্বর হায়না লৈবাকনা নুংশিনা কৌনরবা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা ১৮৮৬তা থুপখ্রবদা শুরচন্দ্রনা নিংথৌ খুবম ফংলে। অদুবু মমা তিন্নদবা মচিন-মনাওশিংগী মরক্তা চয়েৎনবা কয়া থোক্লকই। ১৮৯০ গী সেপ্টেম্বর থাদা কোনুং মনুংদা নোংমৈ কাপশিল্লকপদগী শুরচন্দ্রনা পোলিতিকেল এজেন্টকীদা লোৎতুনা খাণ্ডগি। খনবমখৈ

খল্লগা মনাও ইবুংঙো কুলচন্দ্রদা নিংথৌ খুবম শীন্নরম্লগা বৃন্দাবন চৎকনি হায়দুনা কাছাররোমদা চৎখি। মতম অদুগী পোলিতিকেল এজেন্ট মিস্তর গ্রীমরুদ অমসুং যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ অনীদি হরাওর্মিন্নে। থৌদোক অসি ভারত সরকারদা মতম চানা খঙহনখিদে। অদুবু কুলচন্দ্রবু মণিপুরগী নিংথৌ ওইনা শকখঙবিনবা অথুবা পাউদি ভারত সরকারদা থাখি। থুনা শকখঙবিরকখিদে, মরমদি শুরচন্দ্রনা হান্ননা ৱাকৎলমলে - তাম্বোকপিরকপনি, সিংহসন মুনবিহৌরবনি, মতেং পাংবীয়ু হায়জদুনা লৈরম্লবনি। চয়েৎনরিবা ময়াম অসি খন্ন-নৈনরবা মতুংদা ব্রিটিশকী ওইনা ৱারেপ লৌরে -(১) টিকেন্দ্রজিৎপু - মণিপুরদগী তাম্বোকখিবা, (২) কুলচন্দ্রবু মণিপুরগী নিংথৌ ওইনা শকখঙবা, (৩) আসামগী চীফ কমিসনারনা মণিপুরদা চত্তুনা ভারত সরকারগী ফিরেপ অদু মফম অদুদা খুদক্তা লাউখোক্লুবা।

১৮৯১ গী মার্চ থাদা আসামগী চীফ কমিসনার মিস্তর কুইন্তননা লাম্মী পুবগা মণিপুর য়ৌরক্লে। মথোঙ হুক্তবা থৌবাঙ কয়া লোন্না শীন্দোক্লগা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ ফাননবা হোৎনরক্লে। মায় পাক্রে, হেন্না শাথিবা ফীভমদা ব্রিটিশ মায়য়োক্লরে– কুইন্টন, গ্রীমরুদ য়াওনা ব্রিটিশ অফিসার লোয়নমক হাৎখ্রে। ব্রিটিশ সরকার খংপ্রেক খংলে, লুতোন শাৎলে। পৃথিবীদা র্মমিং লৈববা অঙৌবা ইংলিশ সাহেবপু করিশু লৈত্রবা মণিপুরনা হাৎখ্রে। মণিপুর তকখায়বা তায়। শিলচর, কোহিমা অমসুং টমু মায়ৈগে অহুমদগী ব্রিটিশ লাম্মী থোমজিল্লক্লে। খোংজোমগী লানফমদা ১৮৯১ এপ্রিল ২৩ দা মণিপুর মায়থীরে, নুমিৎ র্নিনিগী মনুংদা মণিপুরগী কোনুং ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী ওইখ্রে। অদুবু খোংজোমদি শহীর্দাশংগী তীর্থ ওইহৌরে, মরৈবাক নীংজবা কয়াগী ঈখেংনা লমদম অসি স্বর্গ ওইহল্লম্লে। পাওনা ব্রজবাসী, চীংলেনম্না, হৈরাংখোংজার্নাচিংবা অথৌবা কয়া অমব ওইহৌরে।

খোংজোম লান হেক লোইবগা অঙৌবা সাহেবশিংনা মণিপুরী খুদিংদগী খুৎশু-খুৎলায়, থাঙ তা লোইনা খোমগৎখি, লোয়ননা, মহারাজ কুলচন্দ্র, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনেরেল ফারে। নমফুগী বিচার চৎথরে ফাঁসীগী দণ্ডী লোয়না পীরে। মতম অদুগী ভাইসরোই লোর্দ লেন্সডাউন মঙক ফজনা হাইগৎলে। যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনেরেল অনীনা বিচারগী ৱাই অদু নম্ফুনি, তাৎনি হায়খি। মরমদি মণিপুরদি নীংখা তম্লবা ব্রিটেনগুম্না কনাগীসু মখাপোন্দবা সোভরেন পাৱার লৈরিবা লৈবাক অমনি। মরম অদুনা ব্রিটিশ লাম্মীনা নৎত্রগা কোর্টনা মখোয়গী বিচার তৌফম থোকপ্রা ? আপীল তৌই, অদুবু কনানসু পূক্লীং চঙনা তাবিরক্রে, ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্তমক্তদসু ডিবেট মচা অমদি তৌনে। ভাইসরোইগী শক্তিগী ৱাংমদা লৈরিবা

ৱাফম হায়বদি মণিপুর অসি লোই চনশিনগদ্রা চনশিল্লোইদ্রা হায়বসি ১৮৯১ গী জুন থাদা খন্নবনি।

মতাং অসিদা পনবা য়ারিবদি — মণিপুরবু আসামগী জীলা মচা অমা থমগদ্রা নংত্রগা হান্নগী মওংদা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা ওইনা ব্রিটিশ পেরামাউন্তসিগী মখাদা থমখিগদ্রা হায়বগী মরীদা ভারত্তা মরুওইনা মণিপুরদা থবক পুবা ব্রিটিশ অফিসারশিংগা বিলাটকী অচৌবশিংগা মোত খেন্নখি। মতম অদুগী পোলিতিকেল এজেন্ট ওইবা মেজর মেসব্রেলনা মণিপুরবু তমথীনা দগ্গী তৌসি অমসুং মদুনা ব্রিটিশ সাম্রাজ্য পুন্নবদা পাড়া অমা তমখিসনু– আসামগী অচম্বা থাক নেম্বা জীলা অমা ওইনা চহী অমা অনীদং নৈহৎপদা মণিপুর জ্ঞান তাগনি হায়না হৌদোরকপা ৱাফম ভারত সরকারনা য়াদুনা বিলাটতা অরোইবা হুকুম পীবিরক্লবা থাবদা বিলাটকী মকোক ওইবশিংনা প্রস্তাব অদু লৌখিদে। ভারতকী ব্রিটিশ শাসননা মণিপুরদা য়েংখিবা মীৎয়েং, কুইন্টন সাহেবনা মণিপুরদা চত্তুনা ইমুং মনুং খৎনবদা খবৈ খারা শারুবা, মতুং তাবগী লান খুৎতৌ, মরৈবাক নীংজবা লুচিংবশিংদা তৌখিবা হৌনদবা শাজৎ পুম্নমক অসি ব্রিটিশ পার্লিয়ামেন্তনা নৈনরগা নিন্দা তৌখি। মহারানী ভিক্টোরিয়া মশামক্লা মিস্তর কুইন্টনগী থৌশিলদা পেনখিদে। লোই চনশিল্লোই, "নেটিব রুল" গী মখাদা লৈগনি হায়না ৱারেপ্পখি।

অদুবু চহী অসিগী ওগষ্ট ১৩ দা বীর টিকেন্দ্রজিৎ অমসুং থাঙ্গাল জেনরেলবু মপাল কাংজেবুংদা ফাঁসী তৌদুনা হাৎখ্রে। মসিগী মমাঙদা ব্রিটিশকী মায়য়োক্তা থবক তৌখিবা পুখ্রম্বম কাজাউ(ফিঙাং) অমসুং নিরঞ্জন সুবেদার - জেল মনুংদা ফাঁসী তৌখ্রবনি। মতুং তারকপদা চিরাই নাগাসু অসুমনা হাৎখি। মহারাজ কুলচন্দ্র অমসুং অত্তৌম্না অনীদি মপুন্সিচুপ্পা মণিপুরগী মপানদা লোই থাখ্রে। লোয়ননা, মণিপুরগী নীংতম্বা পুম্মাঙ মাঙখ্রে।

১৮৯১ গী ওগষ্ট ২১ দা ব্রিটিশ সরকারনা ধমকাগা লোয়ননা লাউথোকই – লালহৌবগীদমক মণিপুর অসি লোই চনশিনফম থোক্লবনি, অদুবু মদু তৌবিদ্রবনি, নুংশিবিবা ওইনা "নেটিব রুল" দা নৌনা অমুক হঞ্জিনহল্লবনি। হান্না লৈরম্বা "নেটিব রুল" হায়রিবসি ময়েক শেংনা তাক্তে, গম্ভীরসিংহগী মতমদগীরা চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদগীরা হায়বদু চমম্নহনদুনা থমখি। প্রজাশিংনা ফীভম অসি খঙখিদবদি নত্তে। চয়েৎনরী হায়বা খঙনা খঙনা অদুম খাঙজিনদুনা লৈবা তাখি। "নেটিব রুল" অসি থবক ওইনা পাঙথোক্লিবনি হায়দুনা হান্নগী চীফ পোলিতিকেল অফিসার মেজর মেক্সব্রেলবু ব্রিটিশ সরকারগী মীহুৎ ওইনা পোলিটিকেল এজেন্ট হাপখ্রে। নরসিংহ

মহাবাজগী মশুশিং থোকপা চহী তকক্তা ঙাইবিবা চাউবীযাইমগী মচানূপা চূডাচান্দবু নিংথৌ হাপ্লে। মতাং অসিদা নীংশিংবা যাবিবদি যাম্না জ্ঞান লৈববা লৌশিংনি হায়দুনা ব্রিটিশনা হাপ্লা নিংথৌ অমগী মখাদা লৈবা শাসন মালহল্লগা মণিপুববু ভাবতকী ইন্দিযান ইন্দিয়া হাযনা খঙনবা নেটিব ষ্টেট অমা ওইনা থমখিবনি।

চহী অসিগী সেপ্টেম্বব ১৮ দা ভাবত সবকাবনা "সনদ" অমা থাবকই। "সনদ" অসিগী মতুং ইন্না মণিপুব অসি ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী শকক অমা চপ চানা ওইবে। হীবম খুদিংদা মখোযগী হক লৈবে। ব্রিটিশ সবকাবনা হাযবকপমখে মণিপুবনা ইনদবা যাদ্রে। হেক ইনদবদা ব্রিটিশ সবকাবনা মণিপুব অসি অমুক মথক মখা ওনবা ঙম্বগী শক্তি ফোংনা লাউথোক্লে। মসিগী'সু মথঙা মণিপুবন' চহী খুদংগী লূপা ৫০,০০০ কাঙ্গৎ থীবা তাবি, লানগী ক্ষতিপূবন ওইনা লপা ২,০০,০০০ (মতম অদূদা পুবা থাংবা ঙম্নবোঃদবা শেপফর্মন) পাবা তাবি। মতম অমদা নিংথৌ নৎএগা মহাবানীবু ইকাহ খুম্নব উৎপ। ওইনা সলামী নোংমৈ য়াঙ্খেমঙা নৎএগা যখ্দিগী তাদনা কাপ্লবম্লস "বাজা" নৎতবা "চীফ" চূডাচান্দ মশামক্কী অমসং মহুৎশল্লবা চাবোল শুবোলশিংগীদমক্তাদি সলামী নোংমৈ "তবামাথোই" দগী হেন্না কাপ্লোইদবনি হাযনা ব্রিটিশনা খশহল্লে। মতম অদুগ ব্রিটিশ পেবামাউন্টসগা মখাদা লেনা নিংথৌমচাশিং হাযদবাবাদকী নিজাম, কাশ্মীব অমসু, মহীশুবগা মহবাজাশং, বাবোদাগী গাযক্বাদ, ভোপালগী নবাব, সীক্কিম অমসুং ভূটানগী নিংথৌ যাওবা সলামী নোংমৈ কুম্নাথোইদগী তাদনা ব্রিটিশনা কাপহনাখবা।

মণিপুবগী বাজনীতিদা চপচানা খুং খিংজিন্নবগীদমক পিক্লবা অঙাং অমবু নিংথৌ ওইহল্লগা "বড সাহেব" হাযনা খঙনবিবা পোলিতিকেল এজেন্টপু মণিপুব ষ্টেটকী সুপাবিনটেন্দেন্ট ওইহনখি। ব্রিটিশ ইন্দিযাগী নমযুগী চৎনবোলশিংতা নৎতনা মণিপুবতগী ওইজবা চৎনবোল কযাদসু থিংবিনিংঙাই লৈত্রবা শক্তি (পেবামাউন্ত পাবাব) ব্রিটিশনা পাযশিনখ্রে।

১৯০৪ যৌবকপদা ব্রিটিশ আযসাবশিংনা ফনা কন্না হোৎনজদুনসু মণিপুবগী যাভম অসুম অসুম যৎচিল্লক্ত্রে। ঈশিং চাউবা, চাক তাংবা, হুবান চিহ্নি, লাযনা লাযচৎ তোইশিল্লকই। নীংতম লান্দা অচৌবা শকক যাবম্বা "মণিপুব আর্মি" মুৎথৎখ্রবা মতুংদা ব্রিটিশশিংনা শেমগৎখিবা ষ্টেট মিলিটবি পুলিশনা ওৎ নৈবকপা অসুম অসুম হেঞ্জিল্লক্লে। তাঞ্জা অসিদা মণপুবী প্রজা খবনা বেঙ্গলগী "অনুশীলন সমিতি" গা লোন্না মবী অসুম অসুম লৈনবক্লে। ব্রিটিশকী মথক্তা লালহৌবগী ঈবাং কযা শাগৎলক্লে। ১৯০৪ গী মার্চ থাদা "ছোট সাহেব" হাযনা খঙনববা এসিসটেন্ট পোলিতিকেল এজেন্ট জে,জে, ডনলোপকী বাঙ্গলা মৈ থাখি, জুলাই থাদা লুপী ৩০০০ লোম্না পোৎফম যমজবিবা খ্বাইবম্বন কৈথেলগী পোৎফমশিং মৈ চাকহনখি, ওগষ্ট থাদা ডনলোপকী

অনীশুবা বাঙ্গলা অমুকসু মৈ থাখি। খোইরাং-খোইশাওনরবা পোলিতিকেল এজেন্টনা প্রজাশিংদা অনৌবা বাঙ্গলা নমদুনা শাহন্নবা অকি-অকিবা থৌরাঙ কয়া পায়খৎলকই। নিংথৌমচা তরুক্কী প্রজা ৫০০০ গা লোয়ননা পোলিতিকেল এজেন্টকা তাইশিন্নবা কন্না হোৎনৈ। মণিপুরগী নুপী কয়াসু রাজনীতিগী থবক্তা য়াওশিল্লকখিবসি মতাঙ অসিদগীনি হায়বা য়ায়। সরকারদা ফোংনা শীংনবা হৌরবনি, নূপীলানগী অহানবা তাক্ককনি হায়নরবনি।

প্রজাশিংবু বাঙ্গলা শাগৎহনবগী ৱাথোক অদু আসামগী চীফ কমিসনারগী খুৎথাংদা ভাইসরোই লোর্দ কর্জন য়ৌনরে। প্রজাগী আন্দোলন নমথবদা ৱাগদবা মরমনা পোলিতিকেল এজেন্টকী হুকুম অদু চৎনহল্লক্রে, অদুবু নিংথৌমচা তরুক মণিপুরগী মপান্দা লোই থাখে। মেজোর জে, সেক্সপিয়ারবু অনৌবা পোলিতিকেল এজেন্ট ওইনা হাপলক্লে। মতম অদুদা ব্রিটিশনা শীন্দুনা মপান্দা মহৈমশিং তমহল্লুরবা চূড়াচান্দ, নিংথৌ সিংহাসন্দা শক্তি লৈনা ফমলক্লবনি। মঙোন্দা অমদি মাগী দরবারদা শাসনগী শক্তি মথং মথং শীয়খিনবা পাউতাক কয়া ভারত সরকারনা পোলিতিকেল এজেন্টতা হায়রক্লবনি।

অনৌবা পোলিতিকেল এজেন্টনা প্রজা হরাওনবা হায়দুনা লম-তু শেমগৎপা, বাজার শেমজিন-শাজিনবা, কোনুং অমসুং মন্দির শাগৎপা, সরকারগী বাঙ্গলা শাগৎ-খোকৎপগী থবকশিং মথং-মথং পায়খৎলকই। ১৯১৮ জানুৱারী ১ দা ভাইসরোইনা "মহারাজ" গী পদবী লাম্হোরকই, মচা-মশুশিংসু সিংহাসনবু কারবদি পদবী অসি ফংবা য়ারগনি হায়নরকই। মণিপুরনা শীফম থোকপা কাঙ্গৎশিং কোকপিরক্লে। নিংথৌনা ব্রিটিশকী মীচং ওইনবা শীল্লক্লে।

১৯২০ দগী ১৯৩৯ ফাওবগী মতম অসিদা গান্ধীগী "নন-কোওপরেসন" আন্দোলন ভারত শীনবা থুংনা কনখৎলকই, লোয়ন-লোয়ননা মচি-মচিদা হিংসাগী থবকসু য়াম্না কনখৎলকই। মণিপুরদসু ষ্টেটকী শেল-থুম অসুম অসুম ফৎচিল্লক্রি। মীলদা চেং তক্কুনা মপান্দা থাদোকখিবগী ৱাহৌদা মণিপুরী নুপীশিংনা সরকারগী মথক্তা পেন্দবা কয়া উৎলক্লে, ঈহৌ অসিদা নুপা কয়াসু য়াওশিল্লক্লে। নিংথৌ অমসুং ব্রিটিশ রিজার্বকী মায়য়োক্তা শান্তিগী লাঞ্জং কয়া শেম-শানরকই। ব্রিটিশনা নমদুনা পোৎথাং পুহনবা অমদি নম্ফুগী থবক কয়া চৎথরকপদগী কুকীশিং অমদি তমেংলোংগী চীংমী কয়াগী ঈরাং কনখৎলকই। মওং তারবসু তাদ্রবসু রাজনীতিগী অনৌবা মীৎকপ অমা থোকলক্লে হায়বা তায়।

মপান্দা চৎতুনা ইংলিশ এডুকেসন ফংবা মীওই কয়া য়াওরক্লে, ছাপাখানা লিংখৎতুনা চেফোঙ কয়া পুথোরক্লে, ইবা পাবা হৈবা মপানগী ঈরাঙ খঙবা অহৈ-

অশিং কয়া চোংথোক্লরক্লে। সংস্কৃতি, সাহিত্য অমদি সমাজগী ওইবা সংস্থান কয়া লিংখৎনরক্লে। অনৌবা মণিপুর অমা তপ্পা তপ্পা শাগৎলক্লে।

১৯৩৪ মে ৩০ দা "নিখিল হিন্দূ মণিপুরী মহাসভা" গী অহানবা মীফমদা মহারাজমক্না সভাপতি ওই। চহী অহুমগী মতুংদদি মহাসভা অসি মপূং ফাবা রাজনীতিগী সংস্থান অমা ওইরে। মমৈদা "হিন্দূ" হায়বা ৱাহৈসি লৌথোকখি। অনীশুবা মীফম, ১৯৩৬ তা শিলচরদা পাংথোকই, অহুমশুবা ১৯৩৭ তা বর্মাগী মগুলেদা, অদুগা মরিশুবনা ইম্ফালগী চীংঙাদা ১৯৩৮ দা পাঙথোকই। ব্রিটিশকী থৌইনশিন্দগী মহারাজদি অহানবা মীফম য়াওরম্লগা খোঙফম অদুম হন্দোকখ্রে। ব্রিটিশনা চিংনখিবদি ইন্দিয়ান কংগ্রেস কমিতিগী অমসুং অঁতে ষ্টেটশিংগী রাজনীতি মণিপুরদসু য়ৌরম্লে হায়বসিনি।

১৯৩৯ দা "অনীশুবা নুপীলান" থেক্লরে। মথক্তসু পনখ্রে, মণিপুরগী শেলথুমদি ফৌথোক-চাথোক্কা থানবা য়াদবনি। অসুম্না ৱানরিঙৈ মতমদা মীল তক্লবা চেং মপান্দা খুৎচাউ থাদুনা থাদোকখিবা হায়বসি প্রজাগী পুক ককপগুম্বনি। মরম অদুনা মপান্দা চেং থাদোকপা য়ারোই হায়বসি মতম অদুগী অকনবা দাবী মশানা ওইরকপা তাবনি। দাবী অসি নুপীশিংনা য়াম্না কর্নশিনহনখি মনুংদদি নুপা কয়াসু য়াওখিদবা নত্তে। দরবারগী সুপরিনটেন্দেন্ট ওইরিবা ব্রিটিশ পোলিতিকেল এজেন্টতা খুদক্কা অথিংবগী হুকুম থোক্লবা আন্দোলন তৌখিবনি। টেলিগ্রাম অফিসতা চত্তুনা নবদ্বীপতা লৈখিবা মহারাজগী যাথং লৌনবা হোৎনরিঙৈদা খামজিনবা ঙমদনা অশোক অপন কয়া থোক্লখি। লানমক্তি নত্তে, আন্দোলন অকনবা অমনি। অদুবু নুপীলান হায়না অসুম খঙনখ্রে। আন্দোলন মায় পাকখি, মহারাজনা চেং থাদোকপা খুদক্কা থিংখি। প্রজাগী, মরুওইনা নুপী সমাজগী, চাউরবা রাজনীতিগী খোঙজং অমনি। মতম অদুদা ভারতকী লুচিংবা অমতনা মণিপুরদা মকাফোংনা য়াওশিল্লকপদি নৎখিদে। য়াওরুদনবসু মতম অদুগী ওল ইন্দিয়া কংগ্রেস কমিটিগী ফিরেপ লৈরিবনি, মখোয়না পাল্লিবসু লম লমগী প্রজাশিংগী অশেংবা ঈহৌতবু ঙাইদুনা লৈনরিবনি। থুগায়খ্রিবা সভাযাত্রা কয়া, চাইখাইখ্রিবা পাব্লিক মিতিং কয়া, ফাজিনখ্রিবা লুচিংবা কয়া, পূম্মমক অসি য়েংলুরগদি ভারতকী অঁতে মফমগুম্না রাজনীতিগী লাঞ্জংদা মণিপুরসু চপচানা শরুক য়াখিবা মওংনি হায়বা য়ারে।

অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও (১৯৩৯-১৯৪৫) লাক্লে। ভারত শীনবা থুংনা অহোংবা অমা লৈরক্লে। মণিপুরদসুনি। ১৯৪১ দা মহারাজ চুড়াচান্দ নোঙ্গাখিদুনা মজাইবুংঙো বোধচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবকপা কুয়দ্রি ১৯৪২ মে ২০ দা বোম থাদবক্লনা লাঞ্জাও অসিগী অশেংবা লানফম অমা ওইরবনি, পৃথিবী শীনবা থুংনা ইম্ফাল অমসুং নাগালেন্দগী কোনুং কোহিমাগী মিং খঙনখ্রবনি। চহী অহুম মখায় চুপ্পা শাসনগী থবক কাংখোং চাইবে। রাজনীতি ঈবাং তূমিন্না য়ৈশিনখ্রে। অদুবু খা নোংপোকলোমদগী নেতাজী সুভাষচন্দ্রগী আজাদ হিন্দ ফৌজ (ইন্দিয়ান নেসনেল আর্মী) না মণিপুর

য়ৌশিল্লক্লবদা মণিপুরগী শক্লাইরবা মীওই কয়াদা নীংতম্বগী মৈনা অমুক চুখৎলরে। লাম্নী য়াম্লা ওইনখি। মোইরাংগী কংলাদা ১৯৪৪ এপ্রিল ১৪ দা আজাদ হিন্দ ফৌজগী ফিরাল হাইগৎপা ওন্নে। ব্রিটিশ পেরামাউন্টসিগী মখাদতা নৎতনা ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মফম অমদা ভারতকী ওইনা নীংতম-ফিরাল হাইগৎখিবা অহানবা মফম মণিপুরনা ওইরে। ১৯৪২ ওগষ্ট থাদগী চংশিল্লকখিবা "ভারত থাদোক্লো" আন্দোলনদা মণিপুরসু ওমজবী মওংদা শরুক য়াখি।

ভারতকী অঁতে মফমগা য়েংনবদা মণিপুরনা মীখা পোনবা থেঙখিবগুম রাজনীতিগী মীৎকপ থোকপদসু থেঙখি হায়বা তাই। অনৌবা শিক্ষাগী কান্নবা তপ্না তপ্না ফংখিবা মরমনা মতমগী ভারতকী ঈহৌদা মণিপুরনা মীৎকপ থোক্লকপদদি ভারতকী নীংতম লানগী খোঙজেল পম্বুং য়ৌগদবা কুইরমদ্রে। তৌববুদি নেটিব ষ্টেট অমা ওইরম্বদগী অঁতে মফমগা খোঙজেল মান্নদবা অদু লৈবনসু ওইগনি।

মণিপুরগী অনৌবা মীরোল হায়বদি মীখা পোল্লবা মতুংগী মীরোলনা রাজনীতিদা, সমাজগী অওনবা পুরক্লবা হোৎনবদা চঙশিল্লকখিবগী খোঙচৎ অরায়বা ওইখিদে। ১৯২০ গী মতুংদগী স্বাধীনতা ফংবা ফাওবগী মরক অদুদা খুৎমাবা লুচিংবা কয়ানা শীংথানিঙাই ওইবা থবক কয়া মথং মথং পাঙথোক্লকখি। সাহিত্যদা সমাজগী অওনবা পুরকপদা মহৈমশিং তম্বগী খুদোংচাবা কয়া ফংহন্নবা হোৎনরকপদা, জগোই ঈশৈনচিংবা সংস্কৃতিগী লমদা মশক থোকপা খোঙথাং কয়া উবা ফংলে। শক্লাইখিবা মণিপুরী মচা খরগী ৱারী অমসুং থবকশিং হৌজিক্তা নৌনা থিগৎনরক্লি হায়বা য়ারি। কুপ্না য়েংশিনবগী থবক্তি লাইরিক মচা অসিদা খরা ৱানা থোক্লে। খুদম ওইনা চুম্নগী মিং খরদং নীংশিংবদি কায়দে হায়না খঞ্জে।

রাজনীতিগী মায়ৈগেদা মীয়াম্না হান্নন নৎত্রগা মমৈদা শকখঙনবর্কাখিবশিংদি জননেতা হিজম ইরাবত, এলাংবম তোম্পোক সিংহ, ললিতমাধব শর্ম্মা, বঙ্কবিহারী শর্ম্মা, মাঘো সিংহ, সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ, ডাক্তর লৈরেন, কোয়জম অমুবী, পি তোমাল সিংহ, য়ুম্নাম খোইমচা, চিংঙাখম পিশক, ইরোম চন্দ্রহাস, শলাম তোম্বী, মাইরেম্বম কোইরেং, কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ, লাইশ্রম যুগেশ্বর সিংহ, হেমাম নীলমণি সিংহ, লাইশ্রম অচৌ, য়ুম্নাম য়াইমা, শগোলশেম ইন্দ্রমণি, রাজকুমার ভূবনস্না, নোংথোম্বম ইবোমচা, রানী গাইদিলু, জাদোনং, অলিমুদ্দিন, রিশাং কৈশিং অসিনচিংবশিংনি। সরকারগী থবক তৌবদগী নৎত্রগা জেলগী রাজনীতিদা ফোংনা চোংথোকনিংখিদবদগী শক্লাইরবা মীওই কয়াসু মশক মমিং লোত্তুনা রাজনীতিদা য়াওখিদবা নত্তে। নুপীলানমক্তদসু লুচিংবী কয়া চোংথোরকখি। মখোয়গী মনুংদা তোনখোম্বী, খোংনাং, মুখী, অমুবী, শবী, রজনী, লৈপাক্লে, ইবেমচা, সনাতোম্বী অসিদচিংবী কয়াগী মিং পন্নরি।

সাহিত্যগী পাম্বৈনা মীয়ামগী পূক্নীংদা অনৌবা ৱাখল্লোন পোকহনখিবশিংগী মনুংদা ডাক্তর লমাবম কমল, খ্বাইরাকপম চাউবা, হিজম অঙাংহল, হিজম ইরাবত, অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ, হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র, দ্বীজমনি দেব শর্ম্মা, পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা, সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ, লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল, অশাংবম মীনকেতন, মুতুম ঝুলোন, ৱাহেংবম য়ুমজাও সিংহ, গীতচন্দ্র তোংব্রা, রাজকুমার শীতলজিৎ অমসুং কৈশাম কুঞ্জবিহারী অসিনচিংবনি।

রাজনীতি অমসুং সাহিত্যগী লম্বীদা চোংথোকলখিবা লুচিংবা লুচিংবী কয়া সমাজ সেবাদা, শিক্ষা শন্দোকনবগী থবক্তা, জর্নেলিজমগী ঈহৌদা, ঠিয়েটর অমসুং অতৈ সংস্কৃতিগী থবক থৌরম কয়াদসু নীংতম পাউজেল শন্দোকপদা অদুম থৱায় য়াওনখি।

১৯৪৫ দা লাঞ্জাও লোইরে। কায়নরুরবা মণিপুরগী মীয়াম মাগী মাগী ময়ুমদা অমুক হাঞ্জিন্নরক্লে। রাজনীতিগী সংস্থানশিং মপাঙ্গল লৈহন্নবা ঈরাঙ অমুক কনখৎলক্লে। নিখিল মণিপুরী মহাসভা কৃষক সভা, প্রজা সম্মেলনী, মণিপুর সেবা সংঘ, মণিপুর ছাত্র সম্মেলনী, মণিপুর প্রজা কংগ্রেস, মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেস, প্রজাশান্তি অসিনচিংবা কয়ানা "রেসপোন্সিবল গভর্নমেন্ট" নৎত্রগা "প্রজারাজ" লাকননবা মায়ৈগে ফাংনা কন্না হোৎনরকই। মণিপুর ষ্টেট কংগ্রেসনা ওল ইন্দিয়া ষ্টেটস্ পিপলস্ কনফরেন্সকা খুৎশম্নরকই, ভাবতকী ওইবা কর্মুনিষ্ট পার্টি, সোসিয়েলিস্ত পার্টি মখোয়গী মশাশিং মণিপুবদা য়ৌরকই লুচিংবা কযা চোংখোকই।

ইতিহাসকী খোঙজেল অসুম অসুম থুজিল্লকই। মমৈদা ১৯৪৭ ওগষ্ট ১৫ দা ব্রিটিশনা ভারত থাদোকখ্রে। ভারত নীংতম্লবা লৈবাক অমা ওইরে। নুমিৎ অসিদা পণ্ডিত নেহরুনা দিল্লীগী লাল কিলাদা ভাবতকী মচু অহুমগী ফিরাল পাইহনখিবগুম মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহনা মণিপুরগী সনা কোনুংদা "পাখংবা ফিবাল" চিংখৎখি। অদুবু ৱাথোক অমদি লৈহৌই। ভাবতকী অনৌবা ফিরালগা মণিপুরগী অরিবা ফিরালগা য়েৎনরক্লবদা মহারাজনা পোলিতিকেল এজেন্ট সি পি ষ্টেৱার্টতা হায় " ষ্টেট অসিগী ফিরালগা ইউনিয়নগী ফিরালগা কংলাদা পূন্না চিংখৎমিন্নগদবনি, মরমদি পেরামাউন্তসিনা ষ্টেটকী ফিরাল চিংখৎহন্দ্রবদি কংলাবু মণিপুর ষ্টেটকী ওইরে হায়বসি অর্থ লৈতে।" ৱাথোক লুবা হেঞ্জিল্লকই। পেরামাউন্তসিনা অমুক চেফোঙ অমদা শেংদোকই, "মণিপুব ষ্টেটনা মশাগী ফিরালবু সন্মান তৌজবনি। ব্রিটিশনা পানবা লোইরদুনা মণিপুরনা স্বাধীনতা ফংবদা মণিপুরী জাতিগী ফিরাল হাইগৎপনি। অদুগী মথক্তা মণিপুর অসি ষ্টেট অমনি, মরম অদুনা ভারত দোমিনিয়নগী ফিরালগা মণিপুর ষ্টেটকী ফিরালগা (ষ্টট কাউন্সিল হোলদা) পূন্না হাইগৎখিবনি।" কংলাদদি পাখংবগী ফিরাল হাইগৎখিদ্রে। শেংদোকপা অসিনা অমুক হেন্না চমম্নহনখ্রে, সত্যাগ্রহ আন্দোলন ফাওবা চংশিন্নবা য়াওরকখি।

মরক অসিদা ষ্টেট মশাগী কন্সটিটুয়েন্ত এসেম্বলী শেমদুনা সংবিধান শেম্বা হৌই, মীখল পাগুখোক্লুনা আইন সভা লিংনবা হোৎনৈ, মসিগী মমাঙদা ১৯৪৭ জুলাই ১৫ দগী ওগষ্ট ১৪ ফাওবা ইংলিশ মচা এফ,এফ, পিয়ারসননা মণিপুরগী অহানবা চীফ মিনিস্তর ওইখি। মহাক্না চংখ্রবদা মহারাজকুমার প্রিয়ব্রত সিংহ্না চীফ মিনিষ্টর ওইহৌরে। অদুবু, পূম্নমক অসিগী ওন্ন-তৈনবদা ১৯৪৯ সেপ্টেম্বর ২১ দা আসামগী মতম অদুগী কোনুং ওইখিবা শিলংদা মহারাজ বোধচন্দ্র সিংহ্না অনৌবা ভারতকী মীহুৎ ভি,পি, মেননগা আসামগী গর্ভনর শ্রীপ্রকাশকী মমাঙদা য়ান-চে অমা (মর্জর এগ্রিমেন্ত) সহি তৌনদুনা মণিপুর অনৌবা ভারততা পূনশিনখ্রে। হায়দ্রাবাদকী ফীভম অদু তাদনবা বোধচন্দ্র মহারাজনা মহাক্কী মন্ত্রি মণ্ডল নৎত্রগা আইনসভাগী ৱা ঙাইরমদনা নাম্ঘোকপা য়াখিদ্রবা মওং অমদা সহি তৌখিব্রা হায়বা ৱাহংদি লৈহৌরি। অদুমকপু রাজনীতি পার্তি অমত্তনা মতম অদুদা অয়েৎপদি লৈখিদে। য়ান-চে অসিগী মতুং-ইন্না ১৯৫০ জানুৱারী ২৬ তগী চংনবা হৌখ্রবা ভারতকী সংবিধানগী অহানবা সিদ্যুলদা ১৯ শুবা ষ্টেট (পোর্ট সী) অমা ওইখ্রে।

মতুংদা ১৯৫৭ তগী অমুক ইউনিয়ন টেরিতোরি অমা ওইরে। ইউনিয়ন টেরিতোরিগী হকথেংনবা লাইবক্তি সেন্ট্রেল গভর্নমেন্ততা লৈবা মরমনা অমুক পেন্নদবা লাকলে। এডভাইজরী বোর্ড, টেরিতোরিয়েল কাউন্সিলগী চাংয়েংনা মণিপুরদা নীংবা থুংনরক্রে। লৈবাক ঈরাং অমুক হৌরে। ১৯৭২ গী জানুয়ারী ২১ দগী মপূংফাবা ভারতকী ষ্টেট অমা ওইরে। ৱারী অসি মসিদা লোইবদি নৎত্রি। মণিপুরী মচা অয়াম্বনা চুশিনখ্রবা ব্রিটিশ শাসনগী মনম কোক্তবগুম তৌরি। মরুওইনা নৌনা হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংনা ঐখোয় কদায়ফাওবা নীংতম্লে হায়বগী ৱাহং তোয়না হংনরক্লি। ইশা ইশানা পাউখুম ফজনা পীবা তারি।

লোইরবা

# লমন্ তোনশিঞ্জবা
## (পোস্ত স্ক্রিপ্ত)

লাইরিক মচা অসি খুৎই ওইনা লৈরিঙৈ মতমদা "নাৎকী নীংতম ৱারী" হায়না মিংথোঞ্জদুনা থমজখি। মরমদি পৃথিবীগী লৈবাক নৎত্রগা জাতি খুদিংগী শাংল-শাংলবা ৱারী কয়া লৈরিবশিংগী মনুংদা মচেৎ খজিক্তং শোকপা ঙমব্রা য়েংগে হায়দুনা হোৎনজখিবনি। মরু-ওইবা মীৎয়েংদি ঈপানাৎ ঈপুনাৎশিংগী ৱাখলগী শক্তম অমতং শাগৎচনিংখিবনি। মীশক অমসুং থৌদোকশিংগী ইতিহাস কুপ্না নৈনরুবগী মহুৎতা পরম্পরাগী ওইবা দৃশ্য খজিক খজিক্তংগী ৱারী অমা শাগৎচদুনা রচনা অমগী মওং লাকশিঞ্জখিবনি। মসিগীদমক ঐনা হঙ্গোইজদবা অহল লমন ওজা গুরুশিংগী মফমদা চৎ-চত্তুনা খন্ন-নৈনজকই। মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়া পীবিরকখি। ওজাশিং অদুগী মনুংদা মতম শাংনা ভারতকী পার্লিয়ামেন্তকী মেম্বর ওইবিরম্লবা শ্রী নিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহসু অমনি। তাকপি তম্বীবকপা কয়াদা নৎতনা মণিপুরগী নীংতম ৱারীগী মতাংদদি লোইবা নাইররোইদবা ৱাবী কয়া লীবিবকখি। তশেংনমক্ মণিপুরতগী ওইবা অসিগুম্বা লাইরিক মচা অমত্তং ফাওবা কন্না ইর্জনিংখি। অদুবু লাইরিক অসিদদি ওইহাথোক্লবনা হায়নিংবা খরদং পল্লগা তোকচবে। উপায় লৈজখিদ্রে। ওজা অসিদা কন্না হায়জরবা মতুংদা লাইরিক অসিগী ৱামাঙ্ য়ানবা ওইনা ৱাহৈ অমা-অনীদংদি ইবিয়ু হায়জরবদা মথৌ চিল্লবসু চিন্না হরাও-হরাও য়াবিরক্লে। ওজা ইবুংঙো অসিগী লমন হায়নিংঙাই লৈত্তনা তোনশিঞ্জরে।

লোয়ননা, লাইরিক অসিগী মমিংসু ইচম চমনা "নীংতম ৱারী" তমক হায়না থমজরে। খুৎই ওইরিঙৈদা মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা পূক্লিং থৌগৎপিরদুনা লাইরিক অসি ফোঙ্গননবা হায়দুনা শেলগী মতেং খরা পীবিরকখি। তেংবাংবিরকপা অসিগীদমকসু মণিপুর সরকারবু হন্না হন্না থাগৎচরি, তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

বানানগী মতাংঙদা পেন্দবা খরা য়াওগ্নে। মসিগীদমক ঙাকপিগনি। মতুংগী খুৎনমদা চুমথোকচরগে।

অইবা

তাং ২০।৮।৯৯ ইং

# মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং


১. বিপিনচন্দ্র - মোদর্ন ইন্দিয়া, নিউ দিল্লী, ১৯৭১

২. তারাচান্দ - হিস্তরী ওফ দি ফ্রিদম মুভমেন্ট ইন ইন্দিয়া দিল্লী, ১৯৬১

৩. এস, গোপাল - জৱাহরলাল নেহরু - এ বাইওগ্রাফী, লণ্ডন, ১৯৭৫

৪. বি, আর, নন্দ - মহাত্মা গান্ধী, এ বাইওগ্রাফী, লণ্ডন, ১৯৫৮

৫. ই,এম,এস, নম্বুদ্রিপদ - হিস্তরী ওফ ইন্দিয়ান ফ্রিদম স্ত্রগল, ত্রিবান্দ্রম, ১৯৮৬

৬. এস, এন, সেন - ঐ তিন ফিফতি সেভেন, দিল্লী, ১৯৫৭

৭. অমলেস ত্রিপাথি - দি এক্সত্রিমিস্ত চেলেঞ্জ, কলকাতা, ১৯৬৭

৮. বুদ্বদেব ভট্টাচার্য্য - ফ্রিদম স্ত্রগল এন্দ অনুশীলন সমিতি, সম্পাদক ১৯৭৯

৯. এ, সি, বোস - ইন্দিয়ান রিভোলুসনরিজ এব্রোদ, ১৯০৫-২২, পাটনা, ১৯৭১

১০. এম, কে, গান্ধী - এন ওটোবাইওগ্রাফী -দি স্তোরী ওফ মাই এক্সপরিমেন্তস ৱিথ ত্রুথ, লণ্ডন, ১৯৬৬

১১. তেন্দুলকর - মহাত্মা

১২. জৱাহরলাল নেহরু - এন ওটোবাইওগ্রাফী

১৩. সুকমল সেন - ৱার্কিং ক্লাস ওফ ইন্দিয়া, হিস্তরী ওফ ইমর্জেন্সি এন্দ মুভমেন্ট্ ১৮৩০-১৯৭০ কলকাতা, ১৯৭৭

১৪. সুভাস বোস - দি ইন্দিয়ান স্ত্রগল, কলকাতা, ১৯৬৪ (ইডিসন)

১৫. এ, কে, গোপালন - ইন দি কোজ ওফ দি পিপলস
বেমিনিসেন্সেস, মাদ্রাজ, ১৯৭৩

১৬. উর্মিলা ফদনীস তোৱার্দস দি ইন্তিগ্রেসন ওফ ইন্দিযান
ষ্টেটস্ ১৯১৯-৪৭, বোম্বে, ১৯৬৮

১৭. অদিত্য মুখর্জী দি ইন্দিযান কেপিটেলিষ্ট ক্লাস - আসপেক্স ওফ
ইতস ইকোনোমিক পোলিটিকেল এন্দ
আইদিওলো-জিকেল দিভলপমেন্ট ইন দি
কোলো নিযেল পেবিযদ ) ১৯২৭ ৪৭ (এস,
ভট্টাচার্য্য এন্দ বমিলা থাপব সম্পাদক, ক্রিযেতিং
ইন্দিযান তিস্তবী)

১৮ মোহিত সেন, দি ইন্দিযান বিভোলুসন বিভিয় এন্দ
পর্সপেক্তিবস, নিউ দিল্লী, ১৯৭০

১৯ বিপিনচন্দ্র অমসুং ইন্দিযাগী স্ত্রগল ফোব ইন্দিপেন্দেন্স, কাংবু
১৮৫৭ ১৯৪৭, নিউ দিল্লী, ১৯৮৯
(ইংলিসন)

২০ [illegible] তিস্তরী ওফ দি ফ্রিদম মুভমেন্ট, দিল্লী, ১৯৮৭

২১. আর কে ঝলাজিৎ সিংহ তিস্তবী ওফ মণিপুব, ইম্ফাল, ১৯৬৫

২২. প্রোসিদিংস ওফ দি মোদর্ন ইন্দিযান তিস্তবী কংগ্রেস, ১৯৭৫

২৩ এ সেন্তেনাবী তিস্তবী ওফ দি ইন্দিযান নেসনেল কংগ্রেস

২৪. নাংতম্বগা মবি লৈননা ( ওগষ্ট ১৫ অমসু, জানুযাবী ২৬)
মণিপুব সবকাবগী অমসু, লনাইগী চেফোঙশিং ।

অসিনচিংবা ।

## মীশক্, সংস্থান অমসুং ঈহৌ খরগী মিং.য়াওফম

### অ



### ই



### এ

## মীশক্, সংস্থান অমসুং ঈহৌ খবগী মিং য়াওফম

## মীশক, সংস্থান অমসুং ঈহৌ খরগী মিং য়াওফম

## মীশক্, সংস্থান অমসুং ঈহৌ খবগী মিং য়াওফম

## মীশক্, সংস্থান অমসুং ঈহৌ খরগী মিং য়াওফম



য়



য



র

## মীশক্, সংস্থান অমসুং ঈহৌ থৱগী মিং য়াওফম

## মীশক্, সংস্থান অমসুং ঈহৌ খবগী মিং য়াওফম

## মীশক্, সংস্থান অমসুং ঈহৌ থরগী মিং য়াওফম



*য়েংবিগদবা :* ৱাহৈ খরদি লামায় কয়াদা হঞ্জিন্না য়াওবা য়াওরি, অদুবু অহৌবা লামায়তমক হাপচরে।



## অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

১. ময়াই কারবা শামু (রারীমচা) ১৯৮৯ ⓒ

২. হনুবা অমসুং সমুদ্র, (অর্নেষ্ট হেমিংবেগী উপন্যাস 'দ ওল্‌দ মেন এন্দ দি সী'' গী মণিপুরী অনুবাদ), ১৯৯১

৩. রারী লী খোঙ্গুল লী, অহানবা শরুক (অঙাংগী সাহিত্য), ১৯৯১ (ক)ⓒ

৪. মালিকা মমা (রাবীমচা), ১৯৯৩

৫. কায়রবা ঈশিং পুন (ওক্টাভিও পাজগী খোমজিনবা শৈবেং), ১৯৯৫

৬. বাবী লী খোঙ্গুল লী, অনীশুবা শরুক (অঙাংগী সহিত্য), ১৯৯৭ (গ)(ক)ⓒ

৭. যুগান্ত ( ইবাবতী কার্বেনা ইবা, সাহিত্য অকাদেমিগী মনা ফংখ্রবা 'যুগান্ত' গী মণিপুবী অনুবাদ) ফোঙবা : সাহিত্য অকাদেমি, নিউ দিল্লী, ১৯৯৭

৮. জয়দেবগী গীতগোবিন্দ (মণিপুরী অনুবাদ), ১৯৯৭

৯. মতমগী মণিপুবী বাবী মচা (খোমজিনবা অমসুং সম্পাদন তৌবা) ফোঙবা : মণিপুব ষ্টেট কলা একাদেমি, ১৯৯৭

১০. লাইরিক অসি (নীংতম বাবো বচনা অমা), ১৯৯৯

(ক) মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি ১৯৯০ গী সাহিত্যগী মনা অমসুং সাহিত্য অকাদেমি, নিউ দিল্লীগী ১৯৯৪ গী সাহিত্যগী মনা ফংখ্রবা।

(খ)ⓒ মণিপুর সবকারগী ১৯৯২ গী অঙাংগী সাহিত্যগী মনা ফংখ্রবা।

(গ)ⓒ এন,সি,ই,আব, টি, দিল্লীগী ১৯৯৫ গী নেসনেল প্রাইজ ফংখ্রবা।